# KHUNAISIGEE THOK LILA

**A Manipuri Socio-political Satire**

**By Khaidem Pramodini Khanganba**




অহানবা কোঙবা : ১৯৯৮

অকোঙবী : খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

মশীং : ১০০০

নমফম : লময়ানবা প্রিন্টার্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল

মমল : লুপা ৭০/-

ফংফম : মনিপুরী চনুরা লৈশেম মরূপ (মচা লৈমা)
পেলেস কম্পাওন্দ, ইম্ফাল
ফোন নম্বর — ২২৯১০৩

কে পি স্টুডিও
কাকেথেল থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল
ফোন নম্বর — ২২১৪৪৬

# ৱাহৌদোক

শ্রী প্রেসকি ইডিটর প্রদীপ ফানজৌবমনা পূক্নীং থৌগৎপীদুনা ইহনখিবা, মচা লৈমা অমদি লময়ানবা প্রিন্টর্স অনী অসিনা লাইরিক নম্বগী অৱাবা প্রুফ লৌবনচিংবা পূম্নমক মায়রোং য়ানা লৌবিখিবা অমনা মাস্তর ক্যেনীনা শেলগী মতেঙ পীরকপা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা "খুন্নাইসিগী থোক লীলা" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি ফোঙদোকপা ঙমজবনি। ঙসি খ্বাই তরাগী মফমদা লাহ্নোকচরি।

১৯২০ গী হিয়াঙ্গৈ ৫ নি পানবা
তাং ২৫/১০/৯৮ ইং

নোল্লুকচরি
খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

# খুন্নাইসিগী থোক লীলা

# সলাই তরেৎ

কৌবা লোকমাই হেনবী পলেমদো স্নজীংগী চীংদোন্দা মমোম লাংলেন লাই নূরা তরেৎনা থৌগল তৌ মমায় নোংপোক ওল্লদনা ফম্লি। মপারি পাঙ্গলবা সলাই তরেৎ কৌখি। মহোয় লাকপা ঙাইহিরি। মপারি সলাই তরেৎ অদো য়ৌরক্লে। অপোকপী পলেমবু মপারি তরেৎ অদুনা খুরু খুদক শনশা লৈদা কুন খুরুমজে। অদৈ পলেম নাক্তা চগুদুনা "পলেম্না নপারি ঐখোয় কৌবিববু করি য়াবা পাউমেনবিগদবা লৈবা কোলোইবিয়ুদো।"

কৌবা লোকমাই হেনবীনা য়াবা চিঙ্গোইরকই, "পারি পাথৌ পাঙ্গলবা করি থোইনা লুবা বাফম লৈতেদো। নমাদি নবেনধৌ-নোংদোল লাইরেম্বীগী মশাইকোন্দা চৎলগে পায়মনুংদা খল্লেদো। ঐনা খোঙবাইদ্রিঙে করিগুম্বা হীরম খরদং শিন্নরমগে হায় কৌবনি। পায়মা খোয়জগুনা তিল্লাং থকয়োৎনা তারোকো। নহোয় পিবা তরেৎকি লম চাকথুং চপমান্ননা য়েনথোক্লগা পীরমনীংঙি। খুদোনবী থিন্দুনা তু অবাং নোংপোক পাংবদা য়েংঙু– আদৈ চীংশাং তরেৎ পরেং শানা লৈরিসে উরব্রা? মসি নহোয় তরেৎকি লমনি। চীংশাং তরেৎ অসে নহোয় তরেৎতা অমমম থুংলবনি। চীংশিং অসিগী চীংদোন্দা নখোয়গী লৈননবা য়ুম অমমম ইমানা শারম্লবনি। কা তরেৎকি য়ুমজাও লাইখন তাবনি। অদুগা বাফম অমনা নহোয় নহোয়গী ইংখোলনুংদা নখোয়গী অপাম্বা মতুং ইন্না গির্জাবু ওইরে, মসজিদপু ওইরে, মন্দিরবু ওইরে শাজবা তারে নশানা। মদু ইমানা শাবিরমবা ঙম্লমদ্রে। অপাম্বা য়াওরবদি ইমুংদা লাইনিংথৌ সনামহী খুভম লাৎপসু য়াগনি। শুমাঙ ময়ায়দা মেরা বাগুম বাংনা উরা বারা অমা য়ুংলগা সলাই তরেৎকি ফিরাল থেৎতুনা পাইহনগদবনি"।

পিবাশিং অদুনা পাউখুমজে, "পলেম য়াথং ফিগাও শানা য়াজরি নপারি ঐখোয়না। পলেমগী য়াথং অমতা মালেম লৈদা তাহনজরোই।"

লোকমায় হেনবীনা "নখোয়গী বা তাবদা ইমা পেল্লে। নুংঙাই ঙমখে লৈতরে। পাল্লিশা বায়েন চৈরাক নীংথিনা পাঙথোকউ। মীয়াম পেলহনগদবনিকো।

ফরে ফরে হৌজিক্তি নয়ুম নরান পাংখরো হুলবাইরো। পলেম নমা ঐদি নচন লাইনূরা তরেৎকা লোয়নদুনা নবেনধৌ নোংদোল লাইরেম্বীগী মকাই কাদা খোঙবায়রগে।"

বাহৈশিং অসি চিঙ্গোয়রম্নগা কৌবা লোকমায় হেন্বী পলেমদো মমোম লাংলেন তরেৎনা থৌগল ইন বায়র খোঙদোই হুন পাইখৎখরে নোংদোল অতিয়া তম। মশক উখিদ্রে।

চহী য়াঙখৈ হায়জিল্লক্লে সলাই তরেৎকি পিবা তরেৎনা লৈঙাক শাসন পুরকপা। মখোয়গী মখাদা হাকথেংননা থবক পুবা মন্ত্রী কয়ামরুম লৈ। মন্ত্রী ময়ামদো তোঙান তোঙানবা বিভাগ অমমম পুনৈ। মন্ত্রীশিং অয়াম্বদি অহানবদা ফরম্মী। পুকচেল শেংনা লৈবাক্কী ফনবা তৌবা মীতা ওইরম্মী।

মমৈথংদদি মহোয় ময়ায় অমা কারক্লে। লমচৎ শাজৎ হোংলক্লে। মশাগী ওইজবা ঙমখৈ য়ৌনা থিবা হৌরক্লে। শেঞ্জা থুমজা তৌরক্লে। লম্বী লমফৈ চৎলক্লে। নোংমা ইখঙ খঙহৌদা লাকখি লাইয়ামগী মীহুৎ অমদি উমংলাইগী মীহুৎসু য়াওনা। য়াম শাউনা হায়রৈ "করিনো তৌরি মতৌসিবো? লৈবাক মাঙবা তারেনা। থিনথবা য়াদ্রে। লাইয়াম ঐখোয় ফাওবা লৈফম কোন্নদ্রকানসিদা লম পীথোক্কনি। মদু খন্ননবা কেবিনেটকী মিটিং অমা থুনা ফমগনি। অথুবা মিটিং অদুদা খন্নগদবা বাফম্না হুই অমগী মকোন শাবা চনগদবা লম মচেৎ অমা পীবৈ বাফমনি হায়না তায়। মসি চুমদবা বাফম্নি। অদুনা কেবিনেট ফমদ্রিঙৈগী মমাঙদা অচৌবা রেল্লী অমা চৎহৌদুনা মীয়াম খঙহনবা পাম্মী। অদুগা য়ারবদি মিটিং ফমহনগনুসি কেবিনেট উথাইসি। মখোয়না মিটিংদা খন্নবদু অফবা ওইরক্কনি হায়বা থাজদে। চৎকদৌরিবা রেল্লী অসি সলাই তরেৎকী পিবা তরেৎপু লমজীং লমতাকপীয়ু হায়জগে লাকচবনি।"

"কেবিনেট কদৌঙে ফমগনি হায়না তায়?" হংলকই পিবারেন্না।

লাইয়ামগী মীহুৎনা খুম্মী "হয়েং। মখোয় য়াম্না লোম্না ফমদুনা খন্নগে তৌবা জাৎনি। অদুদা লাইবক ফদুনা তারকপনি।

উমং লাইগী মীহুৎ অদুনা "মকোন লৈত্রে হায়রিবা হুই অদুবু অশেংবা হুই নত্তমাল্লে। মনা অনীগা মমৈগা ককথৎলি হায়নে।"

পিবারেন্না "রেল্লী চৎসি হায়বদো ঐখোয় ইচিন ইনাও তরেৎমক্লা হরাওনা য়াজরে। মতম মাঙহন্দুনা কান্নদে। হয়েংনি রেল্লী চৎতৌরিসি। ইশানৌ নখোয়

তরেৎসু তারো, লাইয়ামগী মীহুৎ অমদি উমংলাইগী মীহুৎসু তাবিরো। মায়কৈ তরেৎ ফাংনা ফুগৎলকসি রেল্লীদো। ঐখোয় পিবা তরেৎনা রেল্লীগী মায়কৈ অমমম লমজীংগনি। সলাই তরেৎকি ফিরাল অচৌবা অমমম পায়রগা লাক্কনি।

রেল্লী চৎপা নুমিৎনি। সলাই তরেৎকী পিবা তরেৎনা লুচিংদুনা লাকপা লাইয়ামগী রেল্লী অঙকপনি। সমুদ্রগী ঈথক ইপোম হৌরকপসি মঙাই লাইয়াম্না লাকপদো। লাইয়াম্না লমজাও শোরোক পুমথন থনখ্রে।

চীক্লা চায়নবা ঙমখিদ্রে। অদুক য়াম্বা অদুক চাউবা রেল্লী কংলৈদা খক চৎখিদ্রি উখিদ্রি। লাই অমতা চিৎথদে খোংবাল্লাই তিনখাকফাও রেল্লী য়াউবা লাকখি। পাথৌ পাঙ্গলবা সলাই তরেৎকি পিবা তরেৎনা লমজীংলকই। মখুৎতা সলাই তরেৎকি অচৌবা অপাকপা ফিরাল অমমমসু পায়।

মায়কৈ খুদিংদৈ লাকপা রেল্লী চৎপা য়াওরিবা লাইয়াম পুন্নমক রেল্লী লোইরকপদা সনা কংলাদা পুল্লগদৌরি। লাইয়াম অদো তুমিন্না লাক্ত্রে। স্লোগান লাউ লাউদুনা লাকই।

লাইয়াম্না লাউদুনা লাকপা স্লোগানশিং অদু মখাদা পীজরি ঃ-

*হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্না*
*শিমিন্নসি ঐখোয় পুন্না*
*ঐখোয় মশেল কাপখায়নসি*
*ঐখোয় মশেল হাৎনসি*
*ঐখোয় মশেল য়াম্নসি*
*ঐখোয় মশেল তুপ্পসি*
*ঐখোয় মশেল কক্লসি*
*লাইয়ামফাও লৈফম লৈত্রকান*
*হুইদা লমপীবা মকোন শাহনবা য়ারোই*
*হুইসু হুইশেং নত্তে লমহুইনি*
*লমহুইনা ওল্লকপা হুইনি*

*মনা ককপা হুইনি*
*মমৈ ককপা হুইনি*
*লাইয়ামগী খোল্লাও তাগদবনি*
*লাইয়াম শক্তি জিন্দাবাদ*
*মন্ত্রী মন্দল মুথৎলু*
*শেনজা থুমজা বন্দ*
*সলাই তরেৎনা শাসন পায়শিল্লু*
*ইনকিলাব জিন্দাবাদ*
*লোং লিভ আবারা রিভোলুসন*
*মপু ইবংঙোনা য়াইফরে*
*শিদবা মপুনা য়াইফরে।*
*য়াইফরে য়াইফরে য়াইফরে।*

রেল্লী লাকপা লাইয়ামদু সনা কংলা য়ৌরক্রে। লাইয়ামদু মীতীন অমা তৌসি হায়নরে। মীতীন ফম্লে হৌরে। ভাষন পীনরে। মানা মানা হায়নীংবা হায়নরে ঙাঙনরে। বা শাঙনা শাঙনা ঙাঙনদে। মতম অরেম্বদা মাঙহন্দে।

লাইয়াম্না মীতীন অদুদা ঙাঙনখিবা শন্নপা ৱারোল ঃ

লাইয়ামগী লৈফমফাও কোম্নদনা লৈরবা মতমসিদা হূইগী লৈফম মকোন শাফম লম পীবা য়ারোই। উমংলাই ফাওবা লৈফম লৈতদুনা চীং মান উমং ৱামংদা লৈহল্লে। খ্বাই পুন্নমরক্সু ফীভম অসি মুন্না খণ্ডবী উবিরবনি। লৈবাক ঙাক্লোন নীংথিনা মুন্না খণ্ডদবশিংবু শাসন চুপ্নি পায়হনবিগনু। মেম্বর ৬০ লৈবা সভাদা মন্ত্রী ৫০ থমজিনবা। বিভাগ অমা মন্ত্রী অমনা পূবা চৎনবীনি। মন্ত্রী য়াম্মন্দুনা বিভাগ অমবু মচেৎ মচেৎ থোকনা থুগায়রগা মরি-মণ্ডা য়েন্নদুনা পায়হল্লে। হৌজিক্তি করি থোক্লে। লাং ফাং তৌনবা য়াওরক্লে। থবক লৈতদুনা টুরগী নামাদা গঞ্জা, ফোর ললোনবা য়াওশিল্লক্লে। শেনজা থুমজা নোংমা নোংমৈ হেনগৎলক্লে। অদুনা মন্ত্রী মণ্ডল অসে মুথৎলসি। থম্মনুসি। ঐখোয়দি হৌজিক নিংথৌ পানবনা হেন্না পামলে। মরমদি নিংথৌ হায়বসি মী অমা খক্তনি অনি শুদে। মন্ত্রী ময়ামদা পীরম্বা তলব শেলফম অদো চাওখৎ থৌরমগী থবক্তা থাদরসি শীজিন্নরসি। চেঙ্গুম চানীংদে, চাবা য়াবা মন্ত্রী চেঙ্গুম নত্তে। চেঙ্গুম শৌগুম শৌরিবসে মন্ত্রী ফম হেক মুথৎপদা চেঙ্গুম অমতা শৌগৎলক্লোই। নিংথৌ অমখক্তনি। নিংথৌদা পীগদবা তলব অমখক্তগীনি। অদুনা নিংথৌবু লৈবাক ঙাকহল্লসি। হূইগী মকোল শাফম লম পীফরোই। ঙসিদগী মন্ত্রীগী লম্বী বন্দ।

সলাই তরেৎকি পাথৌ পাঙ্গলবা পিবা তরেৎ, লাই কোটি ৩৩, উমংলাই ১০৮ অমতা ওইনা য়ানদুনা মখাগী ৱারেপশিং অসি তাখিঃ -

অহানবা ৱারেপঃ মন্ত্রী মণ্ডল মুথৎপা মন্ত্রীগী লম্বী বন্দ।
অনীশুবা " ঃ নিংথৌনা লৈঙাক শাসন তৌহনবা।
অহুমশুবা " ঃ হূইগী মকোন শানবা লম পীদবা, মকোন শাহন্দবা।

তৌনরিবা পুন্নমক অসি নোংদোল থক্তা সলাই তরেৎ পোকপী কৌবা লোকমায় হেনবী পলেন্না হরাও মথোই কারদনা নুংঙাইনা মিৎ কুপতনা য়েংজরি। কংলা মপুংয়ায়দা তৌরিবা কুম্মৈদুদা পেল্লদুনা পলেন্না নোংদোলথক্তা তগুপ তরেং ঙাল্লিবা মমোম লাংলেন তরেৎপু কৌরগা য়াবা মপাউ মেল্লকইঃ

"ইমোম লাংলেন তরেৎমক চৎলু নবেনধৌগী য়াথং লৌরগা আমরাপুরদৈ পারিজাৎ অশাৎপামখৈ তক্লা হেকলকউ। অদুগা ইমাগী নাক্তা পুরকউ।" লাই নুরা তরেৎ অদো থীন্দে মমাগী নাক্তা পারিজাৎ মখৈ হেক্লুনা পুরক্লগা পৈররে। লৈ ময়াম অদু চাইথরে মালেমগী সনা কংলাদা পাঙথোকলিবা মীতীন অদুই মথক্তা।

পলেম মমা ইবেম্মা কৌবা লোকমায় হেনবীনা মপারিশিংগী থৌওংদা পেনবীরদুনা নোংদোল থক্তে পারিজাৎ লৈরাং চাইথরক্লিবনি হায়বা খঙলবদা সলাই তরেৎকি পিবা তরেৎ, লাই কোটি ৩৩ অমদি উমংলাই ১০৮ না কয়াদা হরাওজখিবা। ❑

# মঙদা য়ুবী লাকপী

(লাঙজেগা তেনজেগা অনী মঙগী পাউতন্নবা)

তেনজৈ – তায়াইমা। ঐ হন্দক মরকসি ওয়োক ওয়োকপা মঙ ঙাক্তা মঙঙিনে।

লাঙজৈ – করি মঙবু মঙগেনে? মঙদা ঙা অঙৌবাকা ফারমব্রাও? মঙদা ঙা অঙৌবা ফারম্নবদি তাইবংদা শেল ফংঙি হায়নবনিঁহে।

তেন – কদায়দৈনোদা। ওইররোইদবা ঙাক্তা মঙদা উরমবৈ ঝানিদা।

লাঙ – অদো তম্মো তারসিদনা।

তেন – তম্মগেকো? সে সুম তৌরম্বা জাৎনিদা শগোল তোংবা নুপা মরীনা মায়গৈ থুংনা পাউ চেল্লে। পাউদি মপাল কাঙজেবুঙদা পানা ৪গী লৈশা মখৈ য়ুবী লাকপী শান্ননি। লৈশা চহী ১৮ দগী ২৫ ফাওবৈ মনুংদা লৈবা মখৈ অমতা চিংথবা য়াদে লোইনা লাকদবনি। পানা ৪দৈ পাখং অমমমতমক লৌনি। মখোয় ৪না য়ুবী ওইগনি। অদুগা শান্নগদবা কুম্মৈনি সিনিসে।

লাঙ – নঙগীদি নুংঙাইদৌবো মাল্লিবো তাবদা লীথরকও।

তেন – অঙকপনিকো বিষ্ণু। বিষ্ণু। মপাল কাঙজেবুঙদো হাইফেৎ চাউরবনিদনা মদু পায়ে য়েংবা লাকপা মীয়াম্না। অঙকপনি মীয়ামদো য়ামথ্রে য়ামথ্রে অগাধনি। নুপী অঙাং, শল-ব্রাহ্মন, খোঙতেক মিংতাঙ শুনা তিল্লে। কুম্মৈদু হৌরমদাইদা মাইক্তা লাউথোরকএ - সনালৈবাক কংলৈবাক মমি শামলে মমি শামলে। তম্বা পাখঙ লৈশিল্লক্তরে লীশীং য়াথ্রে য়াথ্রেদা খুৎশিম্না য়োনথোকখ্রে থবাই মঙা। মশীং বাথলে পাখঙ মশীং বাথলে। চনুরা মশীংনা হেল্লে নিঙোল মশীংনা হেল্লে। মহৌশাগী খল কায়রে কমদৌসিগে হায়না কাঙজেবুঙগী চিদাই চিদাইদা লৈপুং ফম্বা কাঙবুনা খন্নরে।

ময়ামদুগী মরক্তে খরনা হায়- মীরৈবাক্তা থাদোকখ্রসি অহেনবা মখে। আরবকী ললোনবদা য়েনথোকখ্রসি। মদুগী ঠিকাদু ঐ লৌজগে। খরনা ঠিকা অদুদা ঐসু য়াওনি ঐসু য়াওনি হায়না লাউনরকই। অরেম্বা শেল পাম্বা শূদনা নোমদনা শেল তানবা পাম্বা মৈতৈনিনা। লৈপুঙ ফমদুনা খন্নরিবা মরক্তুদে খরা চহী অহল ওইরবা মীওই অমনা হায়রকই– ঐখোয়গী চনু নিঙোলবু করম্না মীরৈবাক্তা থাদোকনি? নঙগী আরব হায়বদুবু পাঙল নত্রাও? মানি মানি খুড়া পাঙল ঙাক্তনি। আরব পাঙল লৈবাকনি। অদুদি ইবো করম্না?

অতোপ্পা খরনা হৌদোরকই– য়ুবী লাকপী শান্নহন, মরায়বক চাং য়েংনহন অঙম্বনা লৌজসনুনা করিনো? মাগী ওইজসনু য়ুবীদো পাখঙদো? প্রোপোজেলদো বাফমদো ময়াম্না ফৈ ফৈ মদুনা ফৈ হায়না য়ানরে বারেপ তারে। বারেপতুগী মতুং ইন্না শীনজবনি ঙসিগী কুম্মে। শীনজরিবা থোইনা মবা লৌবিদ্রবা কাঙজেবুঙগী চিদাইদা লৈপুঙ ফম্বা কাঙবু।

হৌজিক কুম্মৈসি হৌনবা তৌজরগে। য়ুবী পাখঙ, চনুরা লৈশাবীশিং শেমশারো। মাইক্তা কৌথোরকইঃ পানা অহানবৈ য়ুবী থোরকলো। কাঙজেবুঙগী ময়ায় অসিদা লেপলরো।

থোরক্রে য়ুবী পাখঙ। এইডস লাঙ্গনা পকপা পাখঙনি। থোরকই কাইদা কাইদা মখোঙ থাং। আশা চাউনা মোমোন নোক। শোয়দনা লৈশা অমা ফংলনি খন। লেপ্লী কাঙজেবুঙগী ময়ায়মক্তদা। মায়কৈ মরীদে চ্যেঙ্খোরক্লরকই লৈশা শঙ্গু শঙ্গু। হয়িংখোই পাইগুম পাইথোক্লরকই। খ্বাইদে লমজেল, য়াঙবী লৈশাদুনা ইহান হাম্না চঙশিনখি। য়ুবী পাখঙ মাগী ওইগে মপূক্লীংদা খন। থুনা হন্দোরকই লৈশাদো মমায় থোক লোংথোক খোঞ্জেল বাংনা লাউরকই ঃ

ঙমজরোই ঙমজরোই। লায়না শন্দোকপা ঙমজরোই। নৌনা লুখ্রা ওইবা ঙমজরোই। ইমা হাক্তক্তগী পেনজরে খাজরে। হায়না লাউরম্মগা চঙখ্রে।

অনীশুবা পানাদে থোরকইবা য়ুবী পাখঙদুদি কমদৌই?

নম্বর ফোর কাপ্পগীনি হায় মপাম্বোম অনীদো ফুরি থুংবগুম খুরক হাঙদা মফম লৈ। কুচুনা তাইফেৎ ঈ থাংদে। মকলাক্লা বাচেৎ তংখায়। মখোঙফাও নীং-থিনা থাংবা ঙমদে। মশক্তো হেক উবদা উবদা লৈশা অমতা চ্যেনশিল্লকখ্রে। ইকায় নুংশি য়াম্নখি তম্বা য়ুবী পাখঙ অদো। লৈশা মরক্তে অমনা– অসিবু

নুপানিকা হায়রদনা। নোকপু নোক্লীংঙি। মাই মাই ঙমজরোই চুক শাগে হায়রসু শাজসনু। ঐরা দাই লৈতে মনাক নক্লীংদে। মাগী চাকথাক হুনবা ঙমজরোই। লৈশা অদুগী বা তাবদা ফল্লিবা লৈশা ময়ামদু মমায় ওস্থোকখি। মতুং ওস্থোকখিবসু য়াওই। চঙঙকপদি হায়রন্নু মতীলদুম শিৎখি।

অহমশুবা পানাদে থোরকপা পাখঙ অদুদি কমদৌই?

মশা মউ নোয় পেল্লি। চাউ শাংই। মমায়দো শম্বোম্বী কায়। থাগৎলে মথা মথা লাইথুং থুংবা মান্না। য়ুগা গঞ্জাগা অনীদো মাগী তৎনা থানবা লৈত্রবা চান্নরবা মরূপনি হায়নৈ। হাইরং হাইরং থোরকই খা ৰাং চিংঙ চিংঙদনা মখোঙ কারল তুরল থাং। তুরোই ঙামলোই লেপলৈ কাঙজেবুঙ ময়ায়মক্তদা মমিৎ উইরুম উইরুম তৌ। মাবু হেক উবদা লৈশা ময়ান্না খোঞ্জেল অমতা ওইনা লাউনরকই– রেল্লী চৎপদা স্লোগান লাউগুম। থুনা থোকহনখো য়েংনীংদে। য়ুঙাওবৈ চৈফু খঙজরে ঐখোয়। য়ুঙাওবৈ চোইরোল তানীংদে ঐখোয়। হনজিন হনজিন ঙাঙবা ৰা তানীংদে ঐখোয়।

মরীশুবা পানাদে থোরকপা পাখঙ অদুদি কমদৌই?

— মশা ফৈ শান্নরোইনি। চাউ শাংঙি শবান মূর্ত্তি ফজৈ। মশকসু য়েংবা য়ান্না নীংথিজৈ। কুচু পানলি। মফি মরোলদি খিত্তমক শেৎলি। হেক উবদা নুপা থোকপা মাল্লি। চুং ফিরাল চায় নুপাদা নুপানি। মাবু উবদা তিল কুৎ কুৎ য়োৎলি তিল্লরিবা লৈশা পুমনমক। পানা অহমদে লাকপা পাখঙশিংনা লেপ্লম্বা মফম অদুমক্তদা মহাকসু লেপ্লী। মহাক্তি চুন্না লেপতে। মসল উৎ উৎতুনা হকচাং শাজেল তৌদুনা লৈ। কদম তৌদুনা লেপ্লী। মানা তৌরিবা পুন্নমক লৈশা ময়ামদুনা মমিৎকুপতমখে য়েংলি। হুইশেল খোংলকপা ঙাইঙমদে লৈশা ময়ামদু কৃক কৃক ইন্না ইন্না চ্যেনশিন্নখি হোৎচিন্নখি। লমজেল য়াঙনা য়াঙনা চ্যেনশিনখি। য়ুবী পাখঙ অদু লৈশা ময়ান্না মশক উদমখে য়োমশিনখি।

তেনজৈ– পাখঙ অদো লৈশা ময়ান্না য়োমশিনখিদুনা মশক উখিদ্রে। মদুদা পাখঙবু শিরম তারে হায় ঐনা কন্না লাউবনিদা। মদুদা তায়াইমনা মঙলারুরমান্নে হায়দুনা ঐবু হৌদোরকপা নত্রাও?

— লাঙজৈ-মান্নিনে। মঙলাক্লরনি হায় হৌদোকপনিনে। নঙদি নুংঙাইখ্রবা মঙ অমা মঙলম্বা জাৎ ওইরে। ইবুংঙো নঙগী মঙ অসিদি মহাভারত রামায়নদে হেন্না নুংঙাইহে তাবদা।

তেন – মণ্ডদো তায়াইমা মণ্ড ওইরম্বে ফবনি। মদুবু তাইবংদা থোকপা য়াবা থবক্স হায়বা। খণ্ডদ্রেদা তৌরিসে হন্দক মরকসে ওথোকপা ওইথোক্লরোইদবা ভাক্তা মণ্ডগিনে।

লাণ্ড – নণ্ডগী মণ্ডদো অর্থ লৈবা মণ্ডনি।

তেন – করম্না?

লাণ্ড – করম্না হায়বু হৌজিক মনিপুরদা পাখণ্ড ইনখৎলক্লিবা চহী ১৭/১৮ দগী ২৪/২৫ ফাওবে মনুংদা নোংমতা লেপ্তনা, নোংমতা কাংদনা শিনরি হায়জরিবা। ইবুংঙো মসিবু লেপ্লা মরৈতরবদি নুপী মশীংনা নুপাদে হেনবা হায়বসে মশানা তারবনি। ইবুংঙো তেনজৈগী মণ্ডদা নুপা মুম্বরিদো নুপীময়াম্না অদুগুম্মদনা ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুরদসু নোং মদি থোক্লরগদবনি। কুইররোই।

তেন – অদুদি য়াম লুরিবা ৱাফমনিনা।

লাণ্ড – নেপোলিয়াম্না হায়রম্মীদনা ইম্পোসিবল হায়বা ৱাহয় লৈফম থোক্তে। ডিকসনারীদসু হাপফম থোক্তে হাপলোইদবনি, করিগুম্বা হাপ্লম্বা য়াওরম্বা থোক্লবসু লৌথোক্কদবনি হায়না। অদুগুম্মদনা মৈতৈ লৈবাক, কংলৈবাক, স্না লৈবাক মনিপুর অসিদা ওইবা য়ারোইদবা, ওইথোক্লরোইদবা করিমতা লৈতে। পুন্নমক ওইথোকপা য়াবা ভাকনি। ❑

# থৱাইনা পোম্থা শরূপৃং

ঙসি ১৫ আগস্টনি। উতোন ৱাতোন, কবুলিয়া পাম্বী, খোংনাং বোট পাম্বী চাউথোই ৱাংথোইবা পামেল উপান্দা মাইক্কী চোংগা থেৎ শক্লি ঈশৈ, মরু ওইনা মরৈবাক নীংবৈ ঈশৈ। স্কুল, কলেজ খুদিং লাঙলি লাউরি শক্লি শোল্লি- বন্দে মাতরম, জয় ভারত মাতাগী জয়, স্বাধীন ভারতকি জয়। পূমনীল নিল্লী ইম্ফাল সহর।

লমজাও, শড়ক মী চৎপৈ, কৌনবৈ, ৱারী শান্নবৈ খোঞ্জেলনা পূমলাঙ। হৱাগাড়ী, মোটোরগাড়ী, স্কুটর, লুনা, ওটোরিক্সো, রিকসো, সাইকল, ঙংলি, চেল্লি লেপ্পা লৈতা। চৎল্লি মপা মচা। মপানা মখুৎশম পুরি স্কুলগী ইউনিফোর্ম শেৎপা মচাদু। সনাকংলাগী কাঙজৈবুংদা পেরেড য়াওবা চৎলিবনি। নুপামচা অদুনা মপানা শল্লিবা মখুৎ মচাদু ফৎ শত্তোকই। নোম্থখি। অঙাংদুগী ফুরিৎখাওদা মমানা হাপ্লিরকপা রুমাল মচাদু ফৎ শত্তোক্লগা কম্থোকই। ঙরাংতা মপানা লৈবিরকপা ফিগী খোঙুপ অঙৌবা অদুদা পকপা উফুল। গাড়ীনা চীক্লা চায়নবা ঙমদনা চ্যেল্লিবা মী কুঙখ্রবা শড়ক্তা গাড়ীনা তক্কনি হায়বা নাচুংদা।

ঐসু চৎলি। ঙসি হরাও কুম্মে তৌনরিবা নুমিৎসি য়েংনীংঙি করিনো অমা। মী অয়াম্বনা হায়গৎনরকই কাঙজৈবুং তম। হাইথনা চৎলিবদি ঐ ইতোমতনি। মীনা হায়নবা উমং অমা লৈ। উমংদুগী মরমদা তাবা কুইরে। য়েংনীংদুনা চৎলি উমংদু তম খুঙ্গং কয়া ফাও।

খুঙ্গং অমখক্তা য়ুমদোনপোক অমা থেংনৈ। য়ুমদু ৱানা শাই ইনা কুপ্পি। য়ুমদো য়াম মল্লে, শেগায়রে ইহো হোরে, কিন্থরে। য়ুমদো মনা শিন্দবা কুইরমাল্লে, য়াংলেন অদো ইহো হোনা উরে। য়াংলেন নত্তবা মফমদনা ৱাচেৎ উবসু য়াউই। য়ুমদু পয়থরে তুনীং তুনীং তৌরে। ফক্লাং অয়াম্বা কিন্থরে। য়ুম্বী মখোঙ অনীনা ঙাকলৌ ওই লেপতি লেপলি য়ুমদো। হায়রিবা য়ুমদুগী মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা ফমলি মীয়ায় চল্লবী নুপী অমা। মানা শেৎলিবা ফনেক অদো মল্লে। লং

অপৌবনা শাবা ফনেক্লি। মচুনা লৈবাক মচু । ফি ইন্দে। বিড়ি মচৈ অমা চিংলি। করিনো অমা নীংশিং বাখল তৌবা মাল্লি। মরক মরক্তা বিড়ী চিংলি মৈখু কামথোক্লি। মচানুপী অপিশক অদুনা মমাগী খুকউ কোল্লদুনা কপ্পি বারৌনা। হীক হীক কপ্পদুনা হায়, "ইমা। ঐগী ইউনিফোর্ম লৈবিররোইদ্রাও? ওঝানা ইউনিফোর্ম শেৎত্রবদি পেরেড য়াওহল্লোই স্কুল কারক্কনু, হায়রকইনে। সে ইমা। লৈবিররোইদ্রাও মী ভন্না চৎনপ্রে। নংগুরোইয়ে সে ইমা! মমাদুনা থকলিবা বিড়ীগী মৈখু কামথোকলিবা অদুনা মচাদুগী বাহংগী পাউখুম পীবা ওইবা তায়।

মথংদা চৎলি লবুক লমহাং অমা শম। লৌরীদা ফমদুনা লৈরম্বা অহল অমা থেংনৈ। মহাক লৌমী মাল্লি। কংক্রে ভাম্বক অমা চিংলি মৈখুদি থোক্তা মমিৎ অদো শংত্রিক কুপ্তমখে য়েংলি মাগী মাঙদা লৈরিবা লৈত্রুক চৎলবা লৌবুক। মদুদা হৌরিবা ভাঙলৈনরবা ফৌ পাম্বী, শাৎপা ভমদ্রবা পাম্বী। লৌবুক্তা তাইনবা খুঙ্গংগী খুন্দোন্দা লৈরিবা স্কুল। স্কুল অদুদা মাইক হৌনা খোংলি লাঙলি অঙাং মচাশিং। ১৫ আগস্টকি কুম্মে পাঙথোক্লিবনি। মাইক্তা শকরুই ঈশৈ বন্দে মাতরম। মরক মরক্তা লাউরি অঙাং ময়ান্না "জয় ভারত মাতাগী জয় স্বাধীন ভারতকী জয়?" শক্লিবা, লাউরিবা, লাঙলিবা ময়ামদুবো তারিদ্রাও লৌরীদা ফল্লিবা নুপাদুবো?

য়ান্না বানা চৎলবা মতুং কাইনথংদা ঐনা য়েংগে খল্লিবা উমংদু উচীন নাচিন্না য়ৌরে। লম্বী লমশাং লাকপৈ বাবনে, লম্বীনগা ফত্তবনে তপ তারে ইশাসে। উমং অদু য়ৌরবা অদুদদি শ্বর থরা হোন্দোক্রে। ভহাক ফম পোৎথারে। অমুক হৌগৎলে। মীনা ভাঙনবা তাবৈ মতুং ইন খঙনীংবনা হেনজিল্লক উমং মনুঙ চঙ য়েংগে লেপ্লে চপ যুং। চঙশিনবা হৌরে। চঙলে উমং মনুং।

অঙকপনি উমং অদো। উজাও অমদি মনা পুংলবা উপালনা পীক থন্না হৌই। পাক চাউবদি ভমখে লৈতে। উজাওশিংদুই মশা মরেঙ পাক্লা শন্না কুঙনা শন্দোকপা মরন্না শুক্লা মম্মী উমংদো। নুমিৎ থোক্রবসু নুমিৎকী মঙাল পাক চংবা ভমদে। খুরক হাংদে মঙাল লিৎশিনফম লৈতে। লম্বী লৈতে খোঙ্গুল তাদে। তিং খং তুম্বৌনা পীক থন্না হৌই। নুংথিল পোবোবতা মকু খোংঙি। কাক্লা কোয়পাই পাই লাক্লা লাক্লা খোংলি। লমহুইসু খোংগৎলক্লি। নোংথক্তা লংজাসু শঙ্গু শঙ্গু পাইরি। উমং অদু হেক চঙবদা অকি তুজুং পোকই।

উমং অদুই ময়ায় ওইরম্বা অহাঙবা লম্পাক মচা অমা লৈ। লম্পাক মচাদুই ময়াদা লৈপুং ওই, লৈতোঙ ওই তৌবা, চীংদুম মচা মানগুমসু তৌবা

অমা লৈ। মচুনা উৎ মচু মাল্লি। নাপীদি হৌদে। মফম অদু করিনো? করি লৈবগে হায়বা চিংনবা খঙনীংবা অমা পোক্লকই। ঐনা লেপ্লিবা মফম অদে পংলাপ লাপ্তুনা নক্লপনা নুংপাক ৩/৪ তাদুনা লৈবা উরে। চঙশিন্দুনা খরা পাকপা অমা খল্লগা মথক্তা ফমলে। পুক্লীংদা চিংনৈ বাখল তৌই। লৈপুংসি করি ওইরিগবা হায়না। লৈপুংগী মরমদা খঙনীংবা হেনজিল্লকই।

বাখল খন্না খন্না গুহাক ফম্মী। মিনিট ১০ মুক ওইগদরা অদুম লৈরগা উৎ মচু মানবা লৈপুং অদুদে মী ওইনা তৌবা মথং মথং হৌগৎনরকই। লৈপুং, লৈতোঙ, চীংদুম মচা লৈখিদ্রে। গুম্না মী ওনখ্রে। মফমদু খ্রিৎ নানখ্রে। বাই তৈথোকপগুম্না নানখ্রে। লৈপুংদুদে হৌগৎলকপা মীয়াম অদুনা পীক থনখ্রে লম্পাক মচাদো। মখোয় ময়ামদো কোয়না ফম্লে। মিটিংগুম্বা অমা তৌগদবসু মাল্লি। ফম্লম্বদে মখোয় চপ মান্নবা হৌগৎলি। লেপ্লী মরু লুকথৈ মিনিট অনীগুম্বা ওইগদ্রা লেপ্লল্লগা অমুক ফমথৈ। অদুদে মিটিং হৌরে। ময়ায় টাংবল লৌরিবা নুপাদো মমায় শেংনা উদে। মখোঙ উদে। চৌকিগুম্বা অমদা ফম্বদি মাল্লি।

ইহান হানবদা নুপা অমা হৌগৎলকই। মহাক মীয়ায়দে খরা লৈশিল্লে। মানা ভাষন পীবদা হায়, "ঐহাক পোক্লফম লমদম ইমা লৈবাকপু থবাই হকচাং য়াওনা নুংশিজবা মীওই অমনি। ইরৈবাকপু নুংশিজবদে ইশাই চহী ১৮ শুরকপদা সিফাই খল্লি ইমা লৈবাকপু সেবা তৌজনীং। তাল্লবা লমদম কয়া য়ৌরুরে। জঙ্গলদা নুমিৎ কয়া অমা লেল্লুরে। অকনবা অকি তুজুং পোক্লবা লাম্থেং কয়াসু মায়োক্লরুরে। থোইদোক্লা কল্লবা লানফম অমদা ঐহাক থবাই মাগুলে। ঐনা শিরদুনা লৈপাক্তা ওন্দুনা লৈহৌবদা কনা অমতনা ঐবু হন্না য়েংবিরমদে। শাহিদশিংগী মিংগী লিস্ট ফোঙলকপদসু ঐগী মিং য়াওবিরক্তে। ঐগী শিরবা হকচাংদু লাংজা, কাক, লমহুইনা শেৎ শেৎতুনা চাখি। ফুমসু ফুম্বীখিদে, মৈদসু থাদোকপীখিদে। থৌদৌ থৌওংদুদা ঐ থবাই নুংঙাইখিদে। অদুনা মালেমদা তৌনরিবা নীংখা তম্বে পালনসে ঐ সুকয়াও য়াওজনীংদে।" হায়রল্লগা শাউনা মরু লুকথ ফমথখি।

অনীশুবদা হৌগৎলকই নহা অমা। মকম্থি ফুদোক্তুনা য়াম শাওনা হায়, "ঐ ইপা ইমানা ইথক্তা পোকপনি। অপোকপা নৌনা কায়নখি। ইমা লুপ্লাবীনা চাউনবা য়োক্লকপনি। ঐনা লুহোংবা মতুং থা ৩ হেক শুরকপদা ঐবু টেলিগ্রাম্না কৌরকখি য়ুমদে। ঐখোয়গী অফিসার কামান্দিংনা। ঐসু টেলিগ্রামদু হেক ফংবগা ইমা অমসুং ঐগী নুপীবু থনল্লগা চৎলি। হেক য়ৌবগা অকনবা লানফম অমদা

মাওজনী থানা চঙহনখি। ঐগী লাইবক থীবা মরমদে নুমিৎ ৪/৫ নি অকনবা লাম্বেলরবা মতুংদা বোম্না পান্দুনা ঐ শিরে। ইশাদো পুতোই তোইনা বোম্না পান্দুনা মচেৎ মচেৎ চাইখাইখি। মীশি ফজদনা শি।

নহা অদুনা মথা অমুক শমথরকই "কৈদৌগে ঐনা হায়দি ঐগী থৱাই য়াওদ্রবা শিরবা হকচাংদো বোম্না পান্দুনা পুমচাই চাইখাইখিদুনা পোৎলোইবা য়াবা হকচাং মচেৎ অমফাও ফংদদুনা পোৎলোইবিদ্রবসু ঐবু পোকপী ইমা অমদি ঐগী নুপীদা শিদ্রে হায়বা পাউ অমতদি পীবিবা য়াই হায়বানি। ঐগী ইমা লুখ্রাবী কম্নতনা মপুম থিৎলবী থেংখাং থেংখাং কয়াদা কায়না মৈশা লাংলক্রবী, মরায়বক থীরবী ঐগী নুপী মপুরোইবগা লোয়ননা থা ৩ দৈ হেন্না লৈমিন্নবা ফংজহৌদ্রবী মখোয় অনীদা ঐ শিখিবগী পাউ পীবিদ্রিবনো করিগী তাকপীদ্রিবনো। ইশ্বরগী খুয়াদা হৈ-লৈ অমতং তুলসী মনা অমতং ঐগীনি হায়না কৎচবা ফংহনবিদ্রিবনো? সিবু করিগীনো? ঐ পেন্দে। ঐ নুংঙাইতে। মখোয়দি ঐ শিদ্রে হায়বা পাউ তাদবনিনা হল্লকখিনি হায় ঙায় লৈরমনি। মসিগী পাপ কনানা পুবিদৌরিনো। খল্লু খল্লুরগা শাউনীংঙিনে প্রানসে গ্রোক গ্রোক চাকই হায়বা।"

ৱাহয় খরসি হায়রম্লগা ৱা ঙাওবা লোইদনা তোকখি। ঙহাক লেপ্লম্লগা তুমিন ফমথখি।

মথং অহমশুবদা ৱা ঙাওদৌগী হৌগৎলক্রিবা নুপা অদুদি অহল খরা ওইরে। মানা ৱা ঙাওবা হৌরকই "ঐদি সিফাই খল্লক্তে লানফম ময়ায়দা চঙলকপা মীওই নত্তে। অদুবু সিফাইদে হেনবা থবক কয়া তৌরকই। নীংখা তম্নবে আন্দোলন কয়াই মাওজীন থারকই লমজীংলকই। জেল কয়ারক হন্না তারকই। পুলিসকী চৈফু কয়া খাওলকই। সিফাইগী নোংমৈ তোংনীংনা থিনখিবা, বটনা শুখিবা, খোঙউপ বূটনা কাদুনা নেৎখিবা। অসিনচিংবা খুদোংথীবা অৱাবা কয়া নংদুনসু ইমা লৈবাকীনি, পোক্লফম লমদমগীদমক্তনি খল্লুবদা লোইনা কাউথোকখি। ঐবু মলেমনা হাৎলকপা মীহাৎ নখোয় ময়াম তাবদা তুজুংবা পোক্লনি। খুদম খরা নখোয়দা পীগে তারো।

ঐবু সাহেবশিংনা নুংশিদবা হৈনদবসে খম থেংবনি। মহোয়না ঐবু শীংদুনা লাকপা কুইরবনি। তানজা ঙাইদুনা লৈবনি। তানজা ফংলবদা মখোয়না নোংমৈনা ঐবু নমদুনা ফায়। ফারবা মতুংদা ঐবু মফম অমদা মিং খুমজিল্লগা পুই। কা অমদা ঐবু পুশিল্লগা নুমিৎ হমনি চঙনা ঐবু মচেৎ মচেৎ থাওনা কজুনা হাৎলি। অহানবা নুমিৎতা কা অদুদা মোরোক থায়। মথংগী নুমিৎতা মিং অনী কোৎথোকই

মীহাৎ থীনা হাৎপ্রবনিদা ঐ তমফম খণ্ডদে। ঐবু হাৎলে হায়বসে মলেৎনসু তাকথোকক্তে। ঐখোয় কাওবুনসু থিদে। ওসি ফাওবদা ঐ শিগ্রে হায়বসে কনানসু খওনদে। মী অয়াম্বনদি ঐ হিংলমনি খল্লমনি। মলেমনা ঐগী থবাই য়াওব্রবা হকচাংদো বোরাখাও অমদা হাপ্পগা পুরক্লুনা মফম অসিদা হন্দোক্রম্বনি। ঐনা ময়ামদা হায়জনীংবা বাফম অমদি আগষ্ট ১৫গী নীংখা তম্বগী হরাও কুম্মৈসে ঐ য়াওজরোই. পামজদে জয় পত্র। পীবীনু ঐভোন্দা মিংথোল। ইমা লৈবাকপু থৌগল তৌজবনা ঐগী পেনজবনি। পোক্লফম লমদম ইমাইদমক থবাইনা পোম্বা ওইবা হায়বসে ঐগী পামজবনি। ঐনা পামজরম্বা পনথুংদো য়ৌরে। ঐ পেল্লে।

মরীশুরকপদা বা ভাগুদোই হৌগৎলকপা নুপা অদুদি লেম্মী। চাউ শাংগুি মকোই খজীক খাকই। মহাক্লা য়াম ঈংনা তপ্পা মোং হাদনা বা ভাগুবা হৌরকই। সিদা তিল্লিবা ঐখোয় পূন্নমক মালেমদা লৈবা মীনি হায়রিবা মীওইশিংনা থওইনা মীথানবিদ্রবা ভাকনি। মফম অসি শিরগা পোলোইবিদ্রবা, মৈ থাদোকপীদ্রবা, লৈরোন চনবীদ্রবা ময়াম পুরক্লগা হন্দোকফমনি লংখোকফমনি। ঐখোয় পূন্নমক লংথোকপদা হন্দোকপদা য়াওরক্লবা ভাকনি। করিদি তৌনি হৌজিক শিরবনিনা হন্দুনা অমুক চৎপসু য়াদ্রে। আগষ্ট ১৫ গী কুম্মৈগী শীল্লি লাওলিবা কাওবুগা নখোয়না তৌরিবসে শোয়রে হায়দুনা খৎনরুবসু য়াদ্রে। মখোয়না তৌরিবা অপূম্বা অচুম্বনি অরানবা অমতা য়াওদে। তৌবা ওম্বা অওম্বা অমগী হুকুম অমগী মখাদা থবক তৌরিবনি চৎথরিবনি। পাওথোকলিবনি কুম্মৈ। মখোয়না শীং-থারিবসি মখোয়না তাজবা খওজবা খরতবুনি। ওমখৈ লৈতনা মীচঙ মীখায় নাইবনি মখোয়দি। অদুনা মালেমদা অমুক হন্না পোক্তবনা ফরে হায়না খনজে ঐদি।

ঐখোয় ময়ামগী শরুতনা শাগৎলরা, থোলগৎলবা, তোংহল্লবা লৈপূং, লৈপূং অসিগী অকোয়ম্বদা লৈরিবা উমং অমসুং লৈপূং অনী অসিগী মমিং অমমমদি ওসিগী মীতীন অসিনা থোল্লম্বনা চুম্মী হায়বসে ঐনা ময়ামগী মফমদা থমজরি খন্নবিয়ু হায়না।

অরোইবদা ময়ায় টাংবল লৌরিবা মখোঙ লৈবাক তাদবা অদুগা মাগী ফমফম অদুদগী হৌগৎপা মাল্লি অদুগা লেপ্পগা হায়রকই "ঐগী ইমম্ভেদা বা ভাওবিথিবা ময়ামদে খওজরে মদুদি সিদা তিনবিরিবা পূন্নমক তাইবংপান্দা অইবং-মীনা থওই বাবোই তৌবিরকব্রবা, মথবাইনা মমা লৈমাকীদমক পোম্বা ওইদুনা লাক্লবা ভাকনি। মরৈবাকপু য়ৌনা নীংজবা ভাকনি। অদুনা ঐখোয় ময়ামগী

শরূতনা শারবা চীংদুম মচাসিংগী মমিংনা "থবাইনা পোম্বা শরূপূং" হায়না থোল্লসি। অদুগা চীংদুম মচা অসিনা লৈরিবা উমং হায়বদি অকোয়বদা লৈরিবা উমং অসিনা "নীংতম উমং" হায়না থোল্লসি। হৌদোক্লক্লিবা ৱাফমদু তিল্লিবা ময়ামদুনা য়েৎনবা লৈতনা অমতা ওইনা য়ানখি।

ময়ায় টাংবল লৌরিবা নুপা অদুনা মখা তাথরকই "ঐগী ইমাগুদা বা ঙাওবিখিবা পূকচেল চাউবা অদুনা হৌদোকপীরম্বা অদুদা থোনজবনি। ঐনা থোনজবা মিং ময়াম্না অমতা ওইনা য়াবিবা অসিদা থবায় হকচাং য়াওনা নুং-ঙাইজে। ঐনা হৌদোকচনীংবা অমথক্তংগা লৈজরি। মদুদি চহী খুদিংগী নুমিৎ অসিমক্তদা মফম অসিমক্তদা "নীংতম নুমিৎ" পাঙথোকসি পোক্লফম লমদম ইমাদা হৈকৎ লৈকৎ তমলসি।" ৱাফমদুমসু ময়াম্না য়ানখি। মিটিংসি স্বাইদা লোইশিল্লসি হায়।

বা ঙাওবা লোইফাৎত্রিঙৈ মিকুপ অমগী মনুংদা মীয়াম অদো অমুক শরূ পোল্লাং ওনখ্রে। উৎ ওনখ্রে। হান্নগুম উৎ মচুগী লৈপূংদু ওইনা লৈখ্রে। উমং অদো পুমচীক চীকখ্রে। অঙকপনি অঙকপা।

খঙহৌদনা মকু খোংলকই কু কু, লমহূই খোংগৎলকই উৱা, উৱা, ক্বাকসু লাক্লা লাক্লা খোংলি ক্বাক ক্বাক, উমাইবিনা উশাদা তোং য়েংলি মুনা মুনা। খুনু খরংনা পাইরি কোইপাই কোইপাই। লংজাসু নোংথক্তা মঙক অশাংবা তিংতোক পাইরি য়েংলি লৈমায়দা কোয়য়েং কোয়য়েং।

"থবাইনা পোম্বা শরূপূং" ইকোক নোন খুরুমজরম্লে। অদুগা খোঙ তপ্পা তপ্পা থাং "নীংতম উমং" তুংওই থনম বিদায় পীরম্লে। ইয়ুম ইরাল প্যাংলক্লে। ❑

# চীংগী থম্বাল উথম্বাল

## (১)
## থম্বালনা বারী লীরবা

নোংমা লাকই ঐগী যুমদা। অমুক্তা উনখিদ্রিবা মৌ মীয়ায়দে খর লৈশিল্লবা অমা। ঐগী ইনাক্তা চওশিল্লকই। ফমদুনা লৈরিবা ঐঙোন্দা হংলে ঐগী মিং। মৌ অদো মশা যুম্লেনৈ। কুচু পানলি ঙৌই। চৎনবা য়াবা শক্তানি। ফজে হায়বমক্তি য়াদে। থী হায়বসু হায়নীংদে। চন্দন চবা থিল্লি ইরং লং। মরাইবক্তা লাই খুরুম্মুবে সিন্দুর নম্মী। পানা ক্বা ঙাংশং ঙাংনা চপ চপ শায়।

ঐগী শক তাক্লে। মানসু চুম্মে হায়রে। ঐগী ইনাক্তা মাই ফম্লবা ফিদা থাই। ফম্মু হায়বদে ফিদা অদুদা মহাক ফমথরমই। ফম্লবা মতুংদা মানা হায়– “ঐদি নঙোন্দা ইনে হায় কৌগেকো। নঙসে ঐগী ইপাদো য়াম মাল্লে হায়বা।”

– কৌনীংবতা কৌও। ঐদি কৈমতা বেরা লৈতেয়ে। নঙনা ঐগীদা লাকপবু কৈদৌবা লাকপনো? করি থবক লৈবগে? করি হংনীংবা করি হায়নীংবা লৈবগে?

– ঐনা তাবদা নঙসে বারী তাবা পাম্মে হায়না তায় চুমব্রা?

– চুম্মী।

– অদুগনে বারীনা করম্বা বারীনো হায়বদকো হৌজিক হৌজিক হিংলিবা মী ওইরবসু নত্ত্রেগা শিগ্রবা মী ওইরবসু মখোয়দা থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা থৌদোক বাথোক্কী বারীনা হেম্লা পাম্মে হায়না তাবনিনে। ঐনা হায়ররিসে চুম্রা ইনে।

– চুম্মীনে। ঐদি বারীবু তারদি চাকফাও চাবা কাউজাৎনি। তাবতবু মীওইবে পুন্নীদা থাঙ্গেশেংনা থোকখিবা থৌদোক্কী বারীনা হেম্লা পাম্মী।

অশেম্বা বারীদি ঐ খক তানীংদে। তাসু তাদে।

— অশেম্বা বারী নত্তেয়ে ইনে। ইশামক্তা থোকপনে। ঐগী পূকন্নুংদা লৈরিবা বারীসে ইশাগী বারীসে মীঙোন্দা লীথোকপা পাম্মে। মী অতোপ্পদা লীথোক্লবদি পূকন্নুংদা ফুমদুনা থম্বদা অবাবা অমা ওইরিসে, পোৎলুমসে খরদং ওইরবসু য়াংগদরা খন্দুনা তৌবনে।

— শোয়দনা য়াংগনি। মদুদি মশানা তাবনি।

— ইনে! ঐগী বারীসে, ঐগী পুন্সী বারীসে কনা অমতনা তাবীনিঙদে। তাও হায়বসু য়াদে। অদুনা তাবিগদবা ইনেগুম্বদা লীগে হায় লাকচবনি। ঐনা ইনেগীসিদা চৎকে চৎকে খনবা কুইরবনি। সুকঙম হেক ঙমদবা। ঙসিদি থবক পূন্নমক থাদোক্লগা চৎতদি অমুক্তং মচৎলগে হায়দুনা লাক্লবনি।

— ঙসি নঙনা সিদা লাকপসে ঐগীদি লাইবক ফবনি।

— করম্না?

— লাইবক ফবা হায়বু ঙসিদি অচুম্বা অশেংবা বারী অমা তাবা ফং দৌরিসিনি। মীনা তাবিনীংদ্রসু ঐদি নঙগী বারী তানীংঙে। লীরো য়ামতানীংলবনি।

— ইনেনা তানীংঙি হায়রবনিনা লীরগেকো।

— ঙাইখো নঙনা লীগদৌরিবা বারীসে নঙ নশামক্কী বারীনিকো। মী অতোপ্পে বারী য়াওদেকো য়াওদে।

— মীগী বারীদি ঐদি কৈদৌনা লীদৌরিবা? ঐ ইশামক্কীনে ইশামক্কী।

— নঙ নশামক্কী বারী?

— হোয়।

— অদুদি বারী হৌরোনে। ঐদি নশামক্কীনি হায়বা তাবদা অমুক্কা হেন্না তানীংলবনে। হৌরো থীল্লে।

— ইনেবু চাক চারবরাও?

— চারে।

— ঐসু চারগা লাকপনে। ইনেগা চামিন্নগে হায়দুনা কা মনা য়োমদুনা পুরক্লে।

ময়োম থোকই। পানা মনা, কা, শুনু, হিদাক মনা শুন্না পুথোরকই। অদুগা ঐঙোন্দা কা চান্না হায়না হংই। চায় হায়না খুম্বদে মতপ অমা তপ্পগা ঐঙোন্দা লালকই। মাসু মতপ অমা তপ্পগা চায়। অদুদে বান্নী হৌরকই।

অসুন্না -

ইনো ঐসে চীংমী নিঙোলনে। ওংবনা মৈতে বামোন্দা। ঐনা বা ঙাংবদা লোলনা খোইরি তৌরগদি খোইরি চন্দোল ইরং লংনা লাইবক্তা থিল্লিসি উরগা ইনে নোক্লিংলমনি।

- ঐ নোংক্লিদে। ঐ নুংঙাই। ঐ হরাওই। বান্নী মথাদুম লীথরো।

ঐবু লৌবিবা নুপাদো ঐজ্ঞাদো চন্দোন থিনবা য়াম পামজৈয়ে। ঐজ্ঞানা হায়খিবা নঙনা চীংমী নিঙোল ওইবনিনা চন্দোন থিনবা ফৈ। নুমিৎ খুদিংগী থিনগদবনি হায়রম্মে ।অদুনা চন্দন থিল্লিবনি। ঐসে ইমা ইপানা পোকপা মচা শিংদে ইতোন তোনবীনে। ইথক্তা ইবুং অহমা ইচে অমা লৈবনে। ঐগীনে ইমা ইপাদো নোম্বা কম্রে। লৌসু য়াম লৈবা ফৌসু য়াম থোকপা। ফৌ য়োন্দুনা শেলসু পায়বনে। ঐখোয়গী খুল অদুদা ঐখোয় ইমুংনা ইনাক খুনবা ইহেন হেনবনে।

ঐনা চহী ১৬ শুরকপে অদুবাইদা ঐদো ক্লাস ঐইটতা তমলি। ঐখোয়গী খুল অদুদা লৈবা স্কুলদা। পাখং লৈশা পুন্না তম্বা স্কুলনি। ঐদো শক য়াম্না ফবা নত্রবসু ইনখৎলকপে মীনা য়েংনীংবা লংননীংবা মতম থোকএ কুচুসু ঙৌবনিনা ময়াম মরক্তা ঐপুতা উবনিদো। নোংমা ঐখোয় খুলদা জিব গাড়ী অমা লাকএ। মতম অদুদদি ঐখোয়দি পোকপদে জিবগাড়ী অমুক্তা উদ্রিদো। ঐখোয় লৈশা ময়াম হৌনদুনা তান্নদুনা গাড়ীদু য়েংঙে গাড়ীগী পেত্রোল মনমদো নুংশি হায়দুনা তান্না তান্না নমমিদো।

ঐখোয় খুন অদো ইমফালদে মাইল ৫৩ লাপ্পি হায়। জিব গাড়ী অদুনা কোয়থৌ থৌদুনা ইপাগী য়ুম থিরকএ। জিব গাড়ীদো সরকারগীনি হায় সরকারগী থবক ১ গী লাকপনি। খুলগী অহল হনু ময়ামনে চঙদুনা মহোয়গী লৈনবা মফম শেম্বীয়ে। মহোয়গী লৈফমদু ঐখোয়গীদগী য়ুম ২/৩ চৎলগা লৈবনে। মদুদা মহোয়বু থুংহনবনে।

- ইনে বান্নী তারিব্রাও?

- তারিনে।

- মিং উইশিনবদুদা ঐদি ঐগী ৱারী তানীংদদুনা তুমবোঁহি নীংলুরবা।
- তুমদে। কদায়দে তুম্বা য়াগদগে? নণ্ডনা লীরকপা ৱারীগী মতুং ইন্না মিংতা শং শংনা উরিবনিনে সিনারিশিংদো। মখা লীথরকওনে।

মহোয়গী লৈকমদা ঐখোয় চং চংতুনা গাড়ী য়েংবনে। মহোয়দু অহানবা লাকপা নুমিংতনে গাড়ীদুদা মী ৭ তোংঙকএ। মখোয়দু গাড়ীদে মথং মথং কুমথরকই। ইকোন কোনবা কুমথরকপা নুপাদু ৭ অদুই মনুংদা খ্বাইদে নহা ওইয়ে। পাখং মচানে। মা উবদনেকো ইনে ঐগী ইশাসে থক থক নীকয়ে। মায়সু ঙাংশং ঙাংবনি হুমাংসু ইশাসে লুপ্পনি। পাখংদুসু ঐবু উবদে মাগী মখুৎদা পায়রিবা উপুদো লৈপাক্তা তাবনি পাখংদো মশক ফৈয়ে। কুচুদনি খর মুবা য়াম্না মুবদি নত্তে। রাশিদি লৈকো।

জীব মপোৎ অমা লাকলমবদো সরকারনা মহোয়দা শিন্নরকপা থবক লোইরে হায়দুনা চংকদৌরে। নুমিং ৭ নি শুবদা মহোয় হনখিয়ে। চৎখিবদা ঐখোয় খুনগী মীয়াম্না মখোয়বু থিন্দোকই। ঐখোয় লৈশা ৭/৮ হৌনদুনা চীংমায় অমদা লেপ্লগা য়েংঙি। পাখং মচাদুনা ঐখোয়না লেপ্লীদু য়েংদুনা য়েংদুনা চৎখি। ঐখোয়সু মহোয় চৎখিবদু য়েং য়েং লৈহৌই।

পাখং অদু চৎগ্রবা তুংদা করিগীনো খঙদে ঐ লাইরিক ওরাইবা য়াখিদে। লাইরিক ফাত্তোলুবদা লাইরিক ময়েকতি উদ্রদুনা মাগী মশক্তা উদুনা লৈখি। ঐ নুমিং ৭/৮ নি লাইরিক পাবা য়াখিদে। খর লৈরগদি অদুম ফগ্রে। কৈসু নীংশিং-খিদ্রে কাউথোকখরে।

থা ৪ রোম হৌগ্রবা তুংদা নোংমা ঐখোয় খুলগী ইবুং অমা লাকই মানা ঐখোয় য়ুমদা লৈবা ইবুংশিংগা করি করিনো ৱারী য়াম্না শায়। মানা চংলমদাইদা ঐবু কৌথোক্লগা হায়—মহাক লাক্লে। ঐগীদা লৈ। নঙগা অমুক্তা উনসি হায়বনি। ৱাদু তাবদা ঐ খর চিংনখি। উনসি হায়রিবা নুপাসি কনানো? কনা ওইরিদগে? করি মরমগী উনগদৌরিবনো? ৱাহং কয়া লাকখি। ঐ খনফম খঙখিদে। মমৈথং দা উম্নরগা অমনি অমনি হায়বা খঙদোকলগে খল্লে।

খুলগী ইবুং অদু ইমমিং অঙম কৌই। দাদা অঙমনা শীনবিদুনা উনরে। ঐগা উনসি হায়রিবদু অতে কনা ওইরমদ্রে। ইহান হানবা উনবদা তু চুংনখিবা, মায় ঙাংখিবা, পাখংমচা অদু ওইরমলে। মরোল ইরোলসু খঙনদেনে। তুম্মিন লৈনে। ৱা ঙাঙথোকপসু ঙম্নখিদে। দাদা অঙমগী মতেংদে খঙবা ঙমখিবা হায়ববু মহাক থা ৩ ছুটি লৌদুনা ঐবু উনবা লাকলিবনি হায়বা অসিমখৈদনি। ৱাফম

অসিমদি তশেংলবনি। অমুকসু ঐগী পুক্নীংদা হাংলকখি- ঐবু উনবৈদমক করিগী থা ৩ ছুটি লৌরিবা?

থা ৩/৪ ঐখোয় খুলদা মহাক নৈশিন্দুনা লৈরে। দাদা অঙমগী ময়ুমদা প্রাইভেত তমফম শঙ অমা লিংখৎলে। খুলগী স্কুল তমলিবা পাখং লৈশা ৭/৮ খোমদুনা অয়ুক অয়ুক্তা প্রাইভেত তম্বীবা হৌরে। মরু ওইবা সবজেক্ততি অঙ্কগা সাইন্সকতনি। বিষয় অনী অসিতনি মানা তম্বীরিবা। লাইরিক তম্বীবা অদুদা ফংলকপা পৈশা মখৈ মহাক লৌদে দাদা অঙমদা লোইনা পীশিল্লি হায়। অদুনা দাদা অঙমগী থবক অয়াম্বসু মানা মতেং পাংঙি। লৌদবু চৎলবসু চীংদা শীং চনববু চৎলবসু মাসু দাদা অঙমগী মতুং ইন থবক য়াওই হায়নৈ। মরম য়াম ওকই অসুন্না।

মহাক অঙ্ক ফৈ হায়বসে ঐগী ইবুংশিংসু তারে। ইবুং অহন অদু স্কুলগী ওজা ওইবনি। মানা তাবা স্কুলদি ঐখোয় খুলদৈ নুমিৎ নিনী চৎলগ লৈবা খুল অমদনি। ইবুংদুসু মাগী থাগী তলব ফংদুনা ইমাদা পিবা লাকই। মানা ইচলসি, ইচল হায়রিসে ইনে ঐবুনিকো, অঙ্ক খরা শোল্লি। অঙমগীদা লৈরিবা মৈতৈ ওজাসি মাবু প্রাইভেট তম্বীহনসি হায়না অমদি ইবুং অনীদুদা হায়রম্লগা ইবুং অদু ওজা ঙাংনবা চৎখি।

ইবুং অহল হন্নক্কুনা পাউ তমলৈ - ইমা ওজাদু ঐখোয় থম্বালবু প্রাইভেত তম্বিয়ু হায়বদো য়াহৌরে। অঙমগীদা তম্বা লাকইদুদি ছাত্র য়াম্মে। মদুদা তম্বা হৈরোই। অদুনা ঐখোয়গী য়ুমদা লাক্কুনা তম্বীয়ু হায়রম্লবনি। ওজাদুসু য়াহৌরে হংয়েংদৈ মা লাক্লনি।

ইরুজনীংবগা থোংগ্রা তেকপগা মাম্নৈ হায়বদু থোকখ্রেদো। নহাল মখৈ মানা খল্লকলিবসি করম তৌরগা করি উপায় তৌদুনা ঐখোয় ইমুংদা লিথশিন্দুনা চঙগনি। অদুগা ঐগী ইনাক নকশিনবা য়াগনি অসিনী। ঐজ্জাদো লৌশিং লৈবা মীনে। অদুনা মানা লাং থাকপদুদা ঐগী ইবুংশিং থুবনে। ঐনা পুন্সীগী ওইনা নাম্ৰোকপা ঙমদনা থুখিবনে। মহাক ঐবু লাইরিক হৈনবা অঙ্ক হৈনবা তম্বীবা ওইরমদ্রেনে। নুংশিবা তম্বীবা ওইরমখ্রেদো মাসু ঐখোয় লোন খরা খরা তারকলে। ঐসু মৈতৈলোন খর খঙলে।

ঐখোয় অনী অসুম নুমিৎ খুদিংগী লোয়নবদৈ নকশিন্নবা হেল্লকখ্রেদো। ঐনা চীংমী নিঙোল ধর্ম্মনা খৃষ্টাননিদো। অদুগা ঐজ্জানা মৈতৈ বামোন ধর্ম্মনা বৈষ্ণবনিদো। অনীসি থাপনেনেকো ইনে। অদুবু থাপ্পরবসু নকশিন্নখ্রেদো। অয়ৌবা

নুংশিনবদদি সমাজগী চৎনবীনা থিংবা ঙমদে। পল নমখাইদুনা চেহুখি নুংশি ঈচেল পনথুং তম।

ঐজ্ঞাদুগী মিং কৃষ্ণচন্দ্র কৌই হায়। মমা পাবুংনা থোনবিবা মিংনি হায়। মানা থোনজবা মিংনা রনজিৎ। রনজিৎ হায়বা মিংসি তাবদা ঐজ্ঞাদো পাম্বনা খোঙদে তোনফাও মতু চুংখি হায়। রনজিৎকি অর্থোসু তাকপীরম্মী রন-লানফম, জিৎ-ঙম্বা পাকপা হায়বদি হীরম খুদিংগী মায়োক্লবা লানফমদা মায় পাকপনি হায়না।

অদৈ ঐগী মিংসু হংলকখি। ঐনা থম্বাল কৌই হায়না খুম্মী। মিংদু তারগা মানা হায়রকখিনে -"থম্বালদি পুথ্রী, পাংতা লাইজা ঈশিং লৈবা মফমদতা হৌরগা শাৎপনি। লমঙ্গংদা চীংদা শাৎতে। চীংলক্তা শংথ্রীক শংবা চীংগী নাপোমদা ঙৌশ্রোক ঙৌনা শাৎপা থম্বালদি চীংগী থম্বাল উথম্বালনি। অতিয়া মপূংয়ায়দা নাইতোম থোকপী থাজগুম নঙদি য়াইফ খুলগী লোইবী চীংমায়দা শাৎপী থম্বাল উথম্বালনি। নঙদি ঐগী থম্মোইনুংদা তোমথিন শাৎপী ঐতগী থম্মোই থম্বালনি।" মানা হায়রম্বা ৱাহয়শিংসে কাউদ্রিদো চিনফা পুরিদো। খল্লু খল্লুরগা ঐ কপনীংলকইদা।

মানা ঐবু লুনা তৌবা য়ৌনা নুংশিবা উৎলকপদু নোংমদি ঐগী ইমানা উথোকখ্রে। মদুগী পাউ অদু ইমানা ইবুংশিংদা তমথোকখ্রে। ঐবু ৱাররুবা ইবুংশিংদা হায়খি। ইবুংশিংনা ঐবু য়াম্না চৈ থাংখি থীনা ফুবিখি। থীনা ফুখিবনা ঐ নোংমা নীনি ফম্মুংদৈ হৌগৎপা ঙমখিদে। হকচাং ঙমদবনে ইকায়বনে ঐ নুমিৎ ৭/৮ নি স্কুল কাখিদে। পাউদু মাসু তাখি। ঐনা চয়োল অমরোম স্কুল লেপলুরগা কারকপা নুমিৎতনি। ঐনা লাক্লদবা লম্বীদা মহাক ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্মী। মাগী মশক হেক উবমক্তদা ঐ মিৎতগী পি ওরো ওরো তাখি। মাসু মমায় মমিৎ ঙাংখি কপ্লমক্তি কপখিদে। মশাদু থক থক নীকখি। ঙহাক মাসু ঐসু ৱা ঙাঙথোক্লবা ঙম্নখিদে। ঙহাক লৈরগা ঐনা মঙোম্দা থোকখ্রিবা থৌদোক পূম্নমক্তুগী পাউ অমতা চিৎথদনা তমখি। ঐনা তম্বদু তারগা মহাক য়াম নুংঙাইখিদে।

মাগা ঐগা লম্বীদা উনখিবা নুমিৎ অদুমক্তদা ইবুংশিংনা মাবু থেংনখি হায়। হেক থেংনবগা ইবুং অনী চঙদুনা শাথীনা ফুবিখিমাগ্রে। থীনা ফুবিমন্দুনা হৌগৎপাফাও ঙমখিদে, চৎপসু ঙমখিদে হায়। ইবুংশিং অদুনা পোরগা পুদুনা বস থাফমফাও চৎলি। অদুগা মহাকপু বস গাড়ীদা থাঙ্গৎপীরগা বস ভারানচিংবা পীদুনা ইম্ফাল য়ৌনবা থাখি হায়। অসুম্না ঐগী ইবুংশিংনা মাবু ঐখোয়গী খুলদৈ তাম্হোকপিখি।

মশা থীনা শোকমনখিবনা ডাক্তরদা থা অনিরোম লৈদুনা লাইকম্নখি হায়না মীনা তম্মী। ঐ ইশামক্লা উরুবদি নত্তে। মাবু ঐগী ইবুংশিংনা লাকনবিখিবা পুন্নমক্তু কাইনথংদা তারকপনি। অদুদৈ মাগী মশক উবা ফংখিদবসি চহী অনীরোম খর হেন্রে। মানা খুলদু থাদোকলম্বা চহী অহমলোম শুরকপৈ অদুবাইদা মহাক ঐখোয়গী খুলদা অমুক হন্না লাকই।

হন্দকমুক লাকপদদি মহাকপু কনা অমতনা মানি হায়বা খঙবা ঙমখিদে। ঐতনি মাবু খঙবা। মদুসু মানা হায়দোরক্কবা কান্দদা খঙবনি। ঐগী মরমগীদমক মহাক সিফাই খনবনি হায়। ঐনা উনবা ফংনবা মাগী পোস্টিং ঐখোয়রোমদা তানবা হোৎনখি হায়। বাচৎ বানোম কয়া তৌখি, শেলফাও পীজখি হায়। ঐখোয়গী খুল লৈবা মায়কৈদা তারবদি ঐবু উনবদা সহায় উপায় খর ওইবা য়াই খনবনি। তৌরুরিবা পুন্নমক নঙগী মরমগীনি হায়। পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা ঐখোয় অনীগী মরী অসুম অসুম নকশিন্নরকখি। মায়কৈ অদোমদা মানা লৈবগী মতম শুরে। মফম অমদা অমুক পোস্টিং চৎপা তারে।

চৎলমদাই মতম নকশিন্নক্রবদা মহাক্না হায়- "নঙবু অমসুং ঐবু ওৎখিবৈদমক নবুংশিংদা লমন খুম্বা পাম্মি। লমন মখুমদি নঙনা ঐগীদমক লেপ্পীরবা অদু ওইরবদি নবুংশিংদা ঐ করিগুম্বা অমতা তৌরোই। নত্রবদি নবুং অহমক হাৎতোক্রম্ন ঐসু শিদোকখিগনি। খঙঙব্রা থম্বাল। " মাগী বাহয়শিংসি তাবদা ঐ নুংশা থীখি। মানা বাদু ঙাঙবা কান্দা মশাসু থক থক নীকখি মমিৎসু ঈ কানা ঙাঙখি।

হয়েং চৎলনি হায়বা নুমিৎ অদুগী নুংমিদাংবাইরমদা মাগা ঐগা উনৈ। মদুদা মানা হায়রম্মী - ঐ হয়েং চৎপা তারে। করম্বা লমন মখুম পাম্বগে হায়বদু নঙ ঙসি অহীং অসি খল্লো। অদুগা হয়েং অয়ুক অঙনবদা নঙগা ঐগা উনসি। মদুদা নঙগী অরেপ্পা অমা হায়গদবনি। উনসি হায়বা মফমদো তাকলম্মু।

ঐনা "ঐখোয়গী খুনগী ঈশিংখোংদা উনসি হায়খি।"

অদুদৈ মহাক থুনা অদুম চৎখ্রে। বা লান অমতা ঙাঙলম্বা তৌদা। অহীং চুপ্পা অদুমা ঐ তূম্বা য়াখিদে। মওল মওল খল্লি ঐনা ঐগী ইবুং অহমগী মথবাই কনবনা ফবরা? ইমা অমদি ইবুংশিংনা হায়বা ইনবনা ফব্রা? খনমখৈ খল্লগা ইবুং শিংগী মথবাই কনবনা ফৈ হায়না খল্লে। অদু ওইরবদি মাগী মায়কৈদা লেপ্পা তারে। মাগী মায়কৈদা লেপ্লবদি ইমা, ইবুং ইচে ইখুন থাদোকপা তায়। অদুম তৌরবদি ইবুংশিংগী মথবাইদি মাঙলরোই শোয়দনা হিংলগনি ঐগী নুংশিনবসু থুংলনি। নোংঙাল্লকপগা টিন অমা পুদুনা ঈশিংখোংদা চৎলে। মফম অদুদা

ঐজ্ঞাদো লেপতুনা লৈরম্মী।

ঐজ্ঞানা "নঙ নপূক লেপ্লবরা?" হায়্ন হংলকই।

লেপ্লে হায়না ঐনা খুম্মী। অদু ওইরবদি চেল্লসি নফি হোংদোকও হায়দুনা সিফাইগী পোষাক শুনা পীরকই। খোঙউপ খোঙগ্রাওশিং অদু পুরদুনা মোংশোং অমদা হোংলে। শেথচিনলে। শেথচিনবা লোইরদুনা ঐ থোরকলে। ঐগী য়ুমদৈ শেথলক চারকপা ফিরোল পূন্নমক চিন অহাংবা ঐনা পুরকপা অদুদা লোইনা নমশিল্লগা ঈশিং খোংদুদা অদুম থনল্লে। অদুদৈ ঐখোয় অনী চেল্লকলে।

সিফাইগী গড়ী অমা খর চৎলগা খামদুনা লৈরম্মী। মদুদা ঐবু কাখৎলু হায়দুনা কাখৎলি। সিফাই ময়ামদুগী মরক্তা ঐবু ময়াই ওইরপনা মী উদনবা ফমহল্লে হায়রগা গাড়ীদু থৌদুনা লাকই। অসুন্না ঐ চেল্লকপনি মাই মতুং ইনদুনা। ইম্ফাল য়ৌরকখ্রে।

ইম্ফালদা চহী ৭/৮ ভারাদা লৈরে। ভারা লৈরিঙৈ মতমদো য়াম্না বানা লেল্লি. শেল বাৎপৈ, চান থরুবা বাৎপৈ মখল কয়াই অবাবা নংখি। মখল কয়াগী অবাবা নংদুনসু ঐখোয় অনী কায়নবৈ বাদি লৈখিদে। অবাবা নুংঙাইবা পূন্নমক পুন্না পুন্না মায়রোঙ য়ামিন্নখি। অসুন্না লেল্লকপনা ঐখোয়গী ইচা অহম ফংজরে। অঙাং নুপা ২ নুপী অমা পোক্রুনা।

ঐখোয় ঐজ্ঞাদুবু পোকপা ইকুবোক ঐজ্ঞা পুরেনদু ইখঙ খঙহৌদনা নোং মদি ঐখোয়গী লৈফম অদুদা লাকই। ঐনা ফিদা থাই ফম্নবা অদুগা কোক খুমদুনা ঐজ্ঞা পুরেনদুদা কোক নোন্দুনা খুরুম্মী। ঐজ্ঞা পুরেন্দুনা য়ারে য়ারে হায়রগা মখা তাথরকই- "ঐ ইমৌ কৌবা লাকলিবনি। সিদা সুম লৈরবদি অঙাংশিংসে মাঙবা তারে। খোঙজোং মাংজোং তৌদুনা মফম মরাঙ অমতা খঙলরোই। কৃষ্ণচন্দ্রগা মুন্না তানরগা ঙসি নোংমা নীনিসিগী মনুংদা লাক্লবা তৌকো।

ঐখোয় অনী মুন্না খন্নরে নুমিৎ হুমনি মরীনি চঙনা। কৌরিঙৈ অসিদা চৎহৌবনা ফরে খল্লে। অঙাং অহম অদু পুদুনা চৎলে। শল গাড়ী অমা বায়দুনা পোৎ চৈ পূন্নমক পুরে। ঐখোয়গী লৈননবা য়ুম কৈ, লৈফম কানচিংবা শেং-দোক্রুনা, তরু তরু থম্বীরম্মী। ইনেমবোক থৌরানী অদুদি ঐখোয়বু উবদৈ মঙক পয়থোক্রুনা মাগী ইমুংদা চঙখি। নোংমা অদুমা মশক উবা ফংখিদে। ঐখোয়গী লৈনবা শেংদোকপীরম্বা য়ুমদুদি ঐজ্ঞাবু পোকপা ইমা থৌরানী অদুগী য়ুমনি হায়।

চহী ৭/৮ ঐজ্ঞাগা লৈমিন্নরকপা অদুদা আজ্ঞানা তমখি মাদি অতোম্বীগী

মচানি। অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা মাবু নীংথি নুংঙাইনা তৌবিরক্তে। মহে মশিং নীং থুংনা তম্লক্তবে বারী, পীদোম্না লৈরকপা, অঙাং ওইরিঙৈ চাবা থকপা নীংবা থুংদবা, হীরম খুদিংদা মাবু তাথী তাওইনা তৌবিবা, মমানা মতোমতমক পোকলম্মী। নৌনা শিখি। অদুনা অঙাং ওইনা মমা কায়নরকখি। নীংবা থুংলক্তবা ময়াম অসিনা মরম ওইদুনা মহাক মরীন খাবনি। ঐখোয়গী শক উবদে মঙক পয়থোক্নুনা চঙখি হায়বা ইমা থৌরানী অদু নুপী অহলনি। ঐজ্ঞাবু পোকপা মমা নত্তে। ঐজ্ঞা পুরেল লৈরবদি থৌরানীদু বা লান অমতা ঙাংদে। হেক চৎথোকখিবগা প্রমান তৌ তৌদুনা ঙাংঙি। ঐ লৈবা নুংঙাইতনবা তৌই। য়ারবদি চৎখ্রসনু হায়বৈ মতানি। ঐবু হাওনি মাংঙি হায়দুনা শোক্না শন্নদে ঈরুজনবা ঈশিংফাও মাংঙি হায়দুনা হয়দোকই।

মসিগুম্বা ওৎ নৈবা ইমুংদা লৈরকখি ঐ লেল্লকই মতম ইচা অহুম য়োক। মতম কয়া হৌখ্রে। থা কয়া চৎখ্রে। নোংমা নুমিদাং অমা ঐজ্ঞাদু য়ু ফুলদা ঙাওরগা হল্লকই। অদুগা মানা অঙাং ওইরিঙৈ শেৎপা চাবা মনীং থুংলক্তবা, পোক্তবী মমানা তাথী তাওইনা তৌবিরকপা। সিফাইদা লৈরিঙৈ মতমদা য়ানীং য়ানীংদবা, পামদবা অরানবা থবক কয়া তৌহনখিবা, ওইদবা কয়া ঙাংহনখিবা পুন্নমক মথং মথং ওইনা লাউখোংদুনা ঙাংথরকখি। ঐনা ঐজ্ঞা অহন তাখ্রনি বাজাও থোকপা তারে হায় খামজে। ঐনা খাম্বা য়াদে ঐনা ঙাংবা মা থওইনা তাখিদে। অদুম মানা চৈনীংবা ঙাংনীংবা পুন্নমক ঙাংখি। পুংমুক লাউরম্লগা বারমল্লে মহাক তুমখুন হন্না তুমথখ্রে। মহাক তুমখ্রবা অদুদদি ঐসু ফমুংদা চঙলে।

নুমিৎ নীনি হুমনি শুরে মহাক অফিস কাদবা। হংলসু চয়োল অমগী ছুটি লৌরকই হায় মচাশিংবুসু হান্নদে হেন্না লুনা চান্না তৌবগুমসু উই। মচাশিংনা চানীংঙি হায়মখৈসু লৈদুনা পীজে। মাগী মহৌশাগা মান্নদবা শাজৎ উবদা ঐ চিংনবা অমা পোকখি।

নুমিৎ মরীনি শুবৈ নুমিদাং অথেংবদা ঐবু কৌশিল্লি অদুগা হায়রকই- "থম্বাল। নঙ ঐবু শাউগনু। ঐ সিফাই খনবা তোকলে। হয়েংদৈদি নঙ ঐবু উবা ফংলরোই। নঙনা কয়া য়ানীংদবা থবক্তা ঐহাক চঙবা তারে। ঐনা লম্বী অসিদা চৎকদৌরিসি তঙাই ফদবা লৈবদগীনি।

অঙাং অহুম অসে নঙগী অঙম্বা শক্তিনা য়োকহৌবা তারে। ঐনা চৎখ্রবা তুংদা ঐবু থিরক্নু। নঙদি মরাইবক ফবী নুপী হায়বদুদি ওইদ্রেদো। মপোক থীনা পোক্লকপা হায়দুনি। নঙবু মপোক থীহনবদি ঐননিকো। মসি খল্লুবদা ঐগী থম্মোই অসি

কায়গদৌরে।" হায়রগা মমিৎ ঈরা চেন্দুনা ঐবু শংগ্রিক য়েংদুনা লৈ। ঐনা থেমজিনবা য়াবমখৈ থেমজিনজে। অদুবু হায়বা খুদিংমক নুংদা ঈশিং চাইবগুম থোকখি। অহীংদু ফনা য়াম্না থেংলমনি। তুম্বনা ফরে হায়নদুনা মাই মাই ফমুংদা চঙনরে। থেঙলবনিনা ফম্মুংদা হেক তাবগা অদুম তুমথনখরে।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবে অদুবাইদা ঙরাং নুমিদাং অথেঙবদগী বাকমদু খংনীং নীংশিংলকই। ফমুংদে ফুক হৌগৎতুনা ঐজ্ঞাগী কাদ চঙ ঐজ্ঞা হিপলিবরা য়েংলুই। ঐজ্ঞা লৈরমদে। লৈরমদবা অদুদা পুক্নীংদা তয়াং তশোইবা থুক লাউবা অমা পোকখি। নিংদোল চোংঙি মঙ হাগুম থোকখি ইহাঙ হাঙবগুমসু তৌই। মহৌশাগা ইমান মান্নদে। অদুবু কমদৌনি লৈরমদ্রবনিনা লৈরমদ্রেদনা। উপায় লৈতে করিদি তৌনি? ঐ বা ঙাঙথোকপা ঙমখিদে। কনাদসু হায়দোক্তে। তুমিন তুমিন মাবু থি। থিবা ফংদে। ঐখোয় খুলদা হংঙি লাক্তে হায়। অসুম্না মফম খঙদনা লৈরকপা ফনা কুইশিন্নক্লে।

নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা নুমিৎ য়ুংবৈ অদুবাইদা ঐগী ইবুং ময়ায়দো লাকই। মহাক্না ইফিং ফিংনা হায়রৈ – "নঙ পাউ তাদ্রিবরা?"

মাগী মতৌদুদা ঐসু পাখৎনা "করি পাউ?" হায়না ঐ হংঙি।

ইবুংদুনা হায় "ঐখোয় খুলদা কনানো অমা নোংমৈনা কাপতুনা হাৎলমলে হায়দুনা ময়াম য়েংবা চৎলি। য়েংলুবদা নঙগী নুপা ঐজ্ঞাদু ওইরমলে। লালহৌবদা য়াওই হায়দুনা হাৎলম্বনি হায়। সিফাইনরা, লালহৌবা মখোয় মশেল কাপনদুনা শিবরা খঙদে। শিদুনা লৈরমলে। কনানা কৈদৌবৈ হাৎপনো হায়বা মুন্না হঙলক্তে থুরো খর থুনা চৎতবা য়াদ্রে। অফংবা গাড়ী অমা বাইরো।

পাউদু তাবদা ঐ তৌফম খঙখিদে কোকচাউবি কাখি। ইবুংগা ঐগা জিব গাড়ী অমা বাইদুনা চৎলি ঐখোয়গী খুল তান্না। হেক য়ৌবগা অশিবা হকচাং লৈরিদুগী মনাক্তা চঙশিল্লি। হকচাং অদু ফি অমনা কুপতুনা লৈরম্মী। কুপলিবা ফিদু হাইদোকলুবদা ঐজ্ঞাগী থবাই য়াওদ্রবা হকচাংদু উবদৈ জ্ঞান তাদনা অদুম বাহুথ্রমাল্লে। জ্ঞান তারক্লবা মতুংদা ইবুংগা ঐগানা অশিবা হকচাং অদু পুদুনা জিব গাড়ী অদুদা লাকখি ইম্ফালদা।

ঐনা গাড়ী মনুংদা ঐজ্ঞাগী মকোক অদো তমপাক্তা মোন খাংহল্লগা পুরকইদো ইম্ফাল ফাওবা। মিৎতগী তারপা পিনকো লেপ্লা লৈতবনিনাকো ইনে ইম্ফাল য়ৌবা মতমদা ঐজ্ঞাগী হকচাংদো পুমচোৎ চোৎলম্মীদো। হৌনবী মতুং ইন্না পোৎলোইখি। শোরাংনচিংবা চাউনা ফজনা শোনখি। বার্ত্তোন ফংবা ফংদবা

মী য়াম্না লাক্লখি। মীশি অদুনা অঙকপা অমা ওইখিবননিকো। ঐহাক হৌজিক্তি থোইনা নুংঙাইতবা লৈত্রে। ঐঙ্গানা পামজরম্বা লম্বীদা ঐঙ্গা চৎখ্রে। মানা নীংজরম্বা থুংখ্রে। কৈদৌনি ইচা অহম অসি ফজনা য়োক্লগা লোইরে মী অমা ওইনবা।

ইনে। পেনখিদ্রেদকো। নুংঙাইতে। অদুবু হৌজিক্তি করি তৌরুনি। শিবা ঙাইবা ওইনা ইচাশিংসে য়োকপা নত্তনা। ঐঙ্গানা তাকলম্বা পুম্নমক্কে হৌজিক ফাওবা কায়দনা ঐ ঙাক্লুনা চৎলি। ঐনা চন্দন থিল্লিবসে ঐঙ্গানা পামলম্মে অদুননে। নোং হেক ঙানবগা থবক ইনখাং লোইরগা ইরুজথোক্লুনা চন্দন থিল্লিবনি নোংমতা কায়দনা। চন্দন থিনদনা ঐ মপাল থোক্কে লমজাওদা চৎতে। ঐঙ্গানা য়ারমদবা থবক অমতা ঐ তৌদে।

ঙসিদি থেঙসু থেঙজিল্লক্লে। ঐ হল্লগে। নোংমগা লাকখিগেকো। ইনেনা ঐগী বারীবু থবাই য়াওনা তাবিবসে ওহোক্লা নুংঙাই। শাংখ্রবা ঐগী পুন্সী বারীনি। পেন্দ্রি অমুক্কা হন্না লীরখিনি। ঐঙ্গানা শিগদবা নোংমা নিনি বাৎলিঙেদা ঐঙ্গাদে চিঠি অমা ফংখি। চিঠিদু ইনে পাবিহৌ য়াওরকই। পাবা লোইরগা ইনেনা থমজিনবিয়ু। ঐ নোংমা লাক্লগা লৌরগে। মাঙবদি মাঙহনবিগনুকো। ঐনা শিবা মতমদনে থবাক্তা থল্লগা থম্মোইনা চেজেৎ কোনশিন্দুনা শিদৌরিনি। ইনে ঐবুদি কাউবিগনুকো।

বাহয়শিং অসি হায়রগা চিঠিদু ঐঙোন্দা পী। অদুগা চৎলগে হায়রল্লগা থম্বাল চৎখি।

(২)

## থম্বালগী চিঠি

থম্বালনা চৎখ্রবা মতুং চিঠিদু ফাক্তোক্লুনা পায়। ইরম্মী অসুন্না —

থম্বাল !

মতম কুইরবৈ তুংদা চিঠি অমা ইরি নঙোন্দা। মসে তরাইনা লৌগনুকো। পুন্সীগী ওইবা য়াই। করি মরমদৈনো হায়বা ঐসু খঙদে ঙসিদি খৎই ইনীংলকপা অমা ফাউই ঐগী ইশাসিদা। ঐ হৌজিক ফাওবা হিংলি। লৈফমদি নঙ হঙলকনু। তাকথোকপা য়াদে। নঙোন্দা ঐনা হায়রমদবা বা খরদং ফোঙদোক্লীংদুনা তৌবনি। নঙনা নতোমক্তা হোৎনজদুনা ইচাশিং লৈননবা যুম শারে। অঙাং অহন্মক ফজনা

মহৈ-মশিং তমহিল্লি হায়বনচিংবা ঐ লোইনা তায়। থাপনা লৈনরসু নঙগী পাউ লৌবদি খক লেপ্পা লৈতে। ফৈ নঙনা তৌরিদু । অদুম্না নুপী থোক্কা হিংগদবনি।

ঐনা কাউবা য়াদবা নীংশিংদুনতা লৈবা অমদি নঙনা খোইরি খোই ঙাঙবা বা, মরোল শুদবা বাহয়না লোনবা মৈতৈলোন্দো। হায়রিবা বাফমসে নঙ ঐ খঙনবা হৌরকপা মতমগী বানিকো। থম্বাল। ঐখোয় অনীগী পুন্সী হৌখ্রবা পুন্সী নীংশিং নীংশিং মতম লেল্লি ঐহাক্তি। নীংশিংবসে নুমিদাং মী চীক্লবা মতমদনা অমুক্কা হেল্লিদো। নঙবু মতম লেল্লিদো ঐহাক্তি। নীংশিংবসে নুমিদাং মী চীক্লবা মতমদনা অমুক্কা হেল্লিদো। নঙবু ঐনা থাদোক্লম্বে মরমদো ঙসিদি হায়রগে - ঐনা সিফাই খল্লুবা নঙগী মরমগীনিদো। অদুগা সিফাইদৈ তোক্লকপা মরম্না পোক্লফম লমদম ইরৈবাক্কদীমক।

সিফাই খনবদৈ তোক্লবা মতুংদা মতম খরা ননাক্তা লৈরম্মী। মতম অদুদা ঐনা তুংদা চৎথরক্কদৌরিবা লম্বী অদু নঙোন্দা খঙহল্লি। নঙনা লম্বীদুদা ঐনা চৎখিবা নঙনা পামখিদে য়ানীংখিদে। ফনা কুইনা ঐসু নঙবু পাক থাদোক্তুনা চৎপা ঙমখিদে। পুক্নীংদা মওল মওল খনখি। ঐ তৌফম খঙখিদে। অমারোমদা নঙগী নুংশি লীচীং অমরোমদনা ইমা লৈবাক পোক্লফম নুংশিবগী লীচীং। মতমদুদা কৌরকখি ঐবু খুৎলাম তোয়না। পম্বুবা য়াদবা মতম লাক্লদুনা ঐ নোংঙাল্লমদাইদা হৌগৎতুনা থোরকখিবনি নঙবু থাদোক্লম। তাক্লবদি নঙনা য়ারক্লোই খন তাক্লমদবনি নঙবু। তাক্লমদে হায়দুনা, থম্বাল নঙ ঐবু বারৌগনুকো। ইমা লৈবাকপু থৌগল তৌদবা য়ারক্তবা মতাং থোকখিবননি। তঙাইফদবা থবক্সি। ইথৌদাংনি। থবাইনা পোম্বা ওই পোক্লফম লমদম ইমাবু কনবা তাবনি।

ঐ ঙসিফাও হিংলি। নঙগী ননাক্তা অমুক্তংদি লাকখিনি। নঙবু উনরখিনি। শিবা তারবসু ননাক্তা শিরনি। নৎত্রগনা নঙগী খুলদা। মদুনা নঙবু কয়াই মতীক নুংশিবগে হায়বদু উৎলমদৌরিনি। অমনা পোক্লফম লমদম ইরমদম, ইমা লৈবাকপু থম্মোই শেংনা নুংশিজবা নীংজবা মপারী লৈরিবোরে হায়বদু মীয়াম্না খঙজসনু।

থম্বাল নঙনা হায়বা ইন্দে হায়দুদা নঙ ঐবু বারৌগনুকো।

নঙগী - রনজিৎ

(৩)

থম্বাল লাকপা ঙাইরি

থম্বাল অমুক হল্লকখিনি, বারী লীরখিনি। চিঠি লৌবসু লাকখিনি হায়রম্মী মানা চৎলমদাইদা। নোংমা লাক্কবরা লাক্তে। নোংমা লাক্কদবোই নীংঙি লাক্তে। ঐদি থম্বাল লাক্লগা বারী চুম্না লীহনখিনি হায় ঙাইরি। নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে। থা কয়া চংখ্রে থম্বাল চিঠি লৌবা লাকখিদ্রে। মাগী লৈফমনচিংবসু হংহৌদে।

অদুবু ঙসিসু থম্বালনা থনম্বা চিঠি পায়দুনা থম্বাল লাকপা ঙাইরি। ❑

# হোমো মপা তোমালোগী লাইবক

পাবুং তোমালোগী মচা নুপা অহম পোকই। নুপী পোক্তে। পাবুং পাখ্রানি।

পাবুং মীয়ায়দে খরা লৈশিল্লে। মচা নুপা ইবোহল চহি ৩১ শুরে। মচা নুপা য়াইমা ইবোয়ায়মনা চহী ২৯ শুরে। মচানুপা অতোনবা অদুনা চহী ২৭ হায়রক্লে। অতোনবা অদুই মমিং ইবোতোম্বা কোই। ইবোতোম্বনা চহী ৩ শুরকপদা মমা শিখি। পাবুং তোমালো পাখ্রা ওইরকপা চহী ২৪ পুরা ফারে। মমিংতা মমৌ উনীংলকলে। অহল ওইশিল্লক্রবনিনা মমৌনা সেবা তৌবসু পামলে। মহোয় মহোয়না মশানা মৌ অমতা পুশিল্লক্তবনিনা হৌজিক পাবুং তোমালো মচাশিংগী মৌ হায়বা চৎপা তারক্লি।

হোমো মপা তোমালোগী বারী অসি মচা নুপা অহমগী পর্ব্ব অমমম অহমথোক্ল খায়দোকপা য়াই। পর্ব্ব অহম থোক্লা খায়দোক্লদি বারী মচা তাবসু হেনগনি।

(১) অহানবা পর্ব্ব (মেরী ডিমাপুর ওংবী)

মচা নুপা অহল ইবোহলদো ডিমাপুরদা পান দোকান অমা ফমলি। পৈশা তাল্লিবনি। মমিংতনি পান দোকান হায়জবা অতে অতে পোৎসু য়োল্লি। হাইফেৎ শিৎপা জাথনি মাই দোকান্দো। নোংমদা লুপা লীশীং ২/৩ শিথলি চাউরাক্লা। তাবদা মীনা ঙক্লরমনি। কৈসু ঙকনীংঙই লৈতে। ইবোহল হায়বা মিং অসি পাবুংনা মচানুপা অহলনি হায়দুনা থোনজবনি কৌজবনি। খ্বাইনদি মাবু ডিমাপুরগী ইতৈমা মেরী হায়না খঙনৈ। মেরী ডিমাপুর ওংবী হায়নসু খঙনৈ।

মেরীনা ডিমাপুরদা পাঙথোকলিবা খরদং নোংহেক ঙানবগা মেরী মাই পান দোকান্দা থোক্লদৌগী মকে শেম্বা হৌই। ঈরু মায়থজ, পাউদর থা, চন্দোন থীন, লাইবক ময়ায়দা সিন্দুর ঙাংশং নম, চিনবান ঙাঙবী তয়, পিশুম য়েক, মশম ফজনা হাৎ, পিগ্রাই কোমপাক লংনা ফেংলবা ময়ায় ওইরুপ চাউবা কোমপাক্লু মখুৎ য়েথনা পায় রেশম অঙাংবৈ শেঙ্গাওদু খুদাং ওইদা কিশিন মনুংদা মনি বেগ

২ হাপ, লোঙ্গিশেৎ, মোরেগী মোজা ফুরিৎ ১ লিৎ, চুরুট মচৈ অমা মচিন্দা চুপা কাইদা কাইদা লাকই মাগী দোকান তম। শামু লমশাই শাজথনি। মেরী লোয়নরকই চৌকিদার বহাদুর।

মেরী – হায় বহাদুর থোঙ হাংদোক্লাও।

বহাদুর – মেম সাহেব হাংদোকচগে।

মেরী – থোঙ হাংদোক্লল্লগা চৎলু মারবারী হোটেলদে তেকরা ১ গা চা সেপসিয়েল ১ গা পীরকউ ঐনা হায়রকই হায়উ।

বহাদুর চৎখি। হল্লকই তল চা পুরক্লুনা পীরে।

বহাদুর – মেম সাহেব অতৈ অতৈ করি থবক?

মেরী – অতৈ অতৈ হায়বু হোটেলদা চৎলগা নঙ তল চারুচো চাথকলুচো। কুইদি কুইরক্কনুকো। থুনা হল্লকউকো।

মতৌ অসুন্না মেরী ব্রেকফাস্ট চাবা লোইখ্রে। খোঙ্গ্রাই চন্দুনা মাগী ফমফমদা ফজনা ফমখ্রে। মনম নুংশিবা ধুপনচিংবা থাদুনা মাই দোকান্দো মনম য়াম নুংসি। লক্ষী ইমা ইবেম্মা লেঙশিনবিরক্কদবা মাল্লি।

মেরি – হাইমা। তাইঙো থিকাদারদি ঙস্তানা কদোমদা?

থিকাদার– বার্ক সাইদতা চৎকে তৌবা।

মেরী – অদো ঙনমন্দরাও?

থীক – ঙন্দবা য়াদবনিনে। বার্ক সাইদতা ঙন্না চৎহৌদ্রদি লেবরর ময়ামদো থবক ঙন্না হৌরোইদৌরিবা।

মেরী – তাইঙো করি করি তৌজরকউগে?

থীক – চুরুট ৫৫৫ দো উপু মঙা মৈখেৎ উপু অমা। পানা ক্ল মতপ ১০ মুক।

মেরী – তাইঙোনা মৈখেৎ হায়রিসিবু ঐখোয়গী তায়োতা চনুনা মোরেদৈ সিগারেট লাইটর অমা পীরকপদুদি?

থিক – মদু চীংনুংদা তাহৌরে।

মেরী – তাহৌরবোরে। পাম্মুইদা ফজপ্রবনিদা। তায়োতানা তাইঙোগীদমক তাইঙোদি মশা নানবনিনা পায়বা পকচনি হায়দুনা লৈরকপনি হায়দো।

থিক – ফজ্জে হায়দুনা কমদৌনি তাহৌরবো করিদি তৌনি। সে (হায়দুনা ১০০ চংপী ১ পী)

মেরী – সিদি হন্নীংঙাই অচোইবা লৈত্রি থোরকপদা ঙাইরি। খুলামখাম কৌদ্রিনে।

থিক – খুংলাম খামদু মদুনা কৌরো। পোং য়ান্না শিংলো। পোংশিং ফরো।

মেরী – সে লৌবিরো। পানা মতপ ১০, চুরুট উপু ৫, মৈখেং উপু ১ খাওসিদা য়াওরবনি।

থিক – খাওসিদুম ফজখ্রেদা।

মেরী – তাইঙোগীদমক ঐনা খাক্কুনা থমজবা খাওনে। পানা ক্বা মতপসিমনা হৌজিক হাবিরো। শেন অচোইবা হনগদবসিদি হোরেল হল্লকপদা হনবা তারেদনা।

থিক – য়াইদা য়াইদা । হন্নীংঙাইবু লৈরম্মরোই।

মেরী – থর লৈরি।

থিক – চংলে চংলে।

থিকাদার চংখ্রে। মেরীনা চামা চংপীদু পায়রগা "অরৈনু নঙনা লৈশিন্নকউ, অশিংনু নঙনা শিংচিন্নকউ কুকু " হায়রগা ১০০ চংপীদু চুপ্পলগা বেগতা হাপচিনখি।

মথং মথং লাকই পানা ক্বা লৈবা। মেরী মখৌ চিন্নি পানা তল্লদা। পানা পীখি লৌসিন্নী পৈশা। লাকই মারবারী পঞ্জাবী, উরিয়া, বীহারী, নেপালী মাদ্রজী, বেঙ্গলী, আসামী, নাগামী, খাসিয়া মীখল শুই। লাকলিবশিংদুগা মেরীগা মহোয় মহোয়গী লোন্দা ঙাংনৈ। মেরী লোনকাসু জাং শুনা হৈ। মেরীগী পান দোকান্দে থর চংথোক্লগা নুপামচা কয়া চাউদ্রিবা অনী জুরু জুরু তৌ বা ঙানেরি।

অমনা হায় "ইনে মেরীগী ক্বা য়াম হাউই হায়নৈ। মতপ ১ দা লুপা ২ পী হায়। ঐখোয়সু মহাও য়েংসি চাসি হায়বানি।"

অমনা "পৈশাদি শুদে কমদৌনি? অমা লৈরগা তংখাই তংখাই য়েন্নরগা চান্নসি। " হায়নদুনা মখোয় ২ মেরীগী পান দোকান ময়াদা লেপতুনা ২ চংপী অদু পীরগা ক্বা মতপ অমা পীয়ু হায়।

মেরীনা "নখোয়দি ২ শুই। ক্বা মতপ অমতা লৈরিদি কৈগীনো। ক্বা চাদবা অমা য়াওব্রাও?"

মেরীনা হংবদুদা মখোয় অনী খুমফম খঙদদুনা য়েংনদুনা লৈ। "নখোয় অনীনা অসিদা লেপ ঙাংনবদো ঐ তাহৌয়ে। ঙসিদি পোৎশিং য়াম্না ফৈ অদুনা মিথাই ১/১ মগা পানা ক্বা মতপ ১/১গা নখোয়দ পীজথোকসু ঙাইদনা" হায়রগা মিথাইগা পানগা পী লূপা ২ চৎপীদুসু হনবীখি। নুপা মচা ২ দু হরাও হরাও চ্যেনখি।

(২) অনীশুবা পর্ব্ব (তায়োতা চনু মোরেতাবী)

পাবুং তোমালোগী মচা অনীশুবা ইবোয়াইমদুসু মোরেদা পান দোকান অমা ফম্লি। ময়াম্বুং অহল ডিমাপুর ওংবীগা মচিন মনাও কারবার মাম্লে হায়দি কারবার খুতৌ লাকতৌবু হায়জরিবা। খেন্নবা অমতংদি লৈ। খেন্নবা হায়বু মাগীদি ব্রেক্কী কারবার অমা য়াউই।

কেবা খোংপাকদি ময়াম্বুং অহনদৈ মানবু হেল্লি হায়নৈ। মাগীদোকান্দা পাউদর জাৎ শুনা ফংঙি, মায়তৈ হিদাক মহী মপং শুনা য়োল্লি, কেনবা পোৎ চৈ মরাঙ কায়না ফংবনিনা মাসু য়াবমখৈ কেবজাৎনি। নহারোল অমদি লৈশানা পাম্বা পোৎ ঙাক্তা শিংপসু ময়ামদৈ হেল্লে। পুন্নমক অদুগী মথক্তা ব্রেক অমসু য়াওরিদো। পৈশা পায়দনীংঙাই লৈতে।

ইবোয়াইমা হায়না থিরবদি মোরে বাজারদা কনা অমতনা মাবু খঙদে। অদুগা মাগী পান দোকানগী সাইন বোর্ডতা চাউনা থারি "তায়োতা স্টোর" হায়না। মোরেদা তায়োতা চনু মোরে তাবী হায়রদি পুন্নমক্কা মাবু খঙনৈ। খজিক খরাক্তা ফাওবা নত্তে মোরে সেগাক কায়না ফাওরি জাৎনি। মহাক ব্রেক চেল্লি হায়বসি লোইনা মীপুম তিংনা খঙনরবা বাফমনি। পুলিসনা ফানবা ফনা হোৎনজে। অদুবু ঙসি ফাওবা ফাবা ঙমদ্রি। পুলিসপু লায়না থামায়বা ঙম্মীসু হায়নৈ। শম্না হায়রবদা ব্রেক্কী পোৎচৈ য়োলবদা মমিং লৈরবা মীওই অমনি।

কৈথেল কাবী নুপীশিংনা থুম্মোক মনুংদা ব্রেক্কী পোৎ চৈ পুদুনা চৎপা। খুল মনুংদা ফাও ফাওদুনা চৎহনবা। লমজাও শোরোক্তা খক চৎহন্দবা অসিনচিং বা অসি মানা হৌদোকপনি হায়নৈ। তায়োতা চনুনা ব্রেক তৌরিসি খ্বাইদে মরু ওইবদি নম্বর ফোরনি। মাগী দোকান্দা ফোর বরাবর ফংইসু হায়। মনিপুরদা ফোর মরাঙ কায়না ফংলিসি মানা থাদোরকপা ওইরমাল্লে।

অমনা মাগী পান দোকানগী শীজিন্নবনি হায়জিন্নগা মোরেগী সুপারি খ্যোগ খ্যোগ লৌশিন্দুনা ইম্বাল লোমদা থাদোক থাজিন তৌদুনা শেল য়াম্না তাল্লিসু হায়নৈ। ডিমাপুরদা লৈবা ময়াম্বুংগী ক্যা মরু মানা হুল্লি হায়। মরক মরক্তা খণ্ডনবা গাড়ীদা থাবসু থেংনৈ।

তায়োতা চনুদি ব্রেক য়াওবনিনা মচিন মনাও অহুমগী মরক্তা শেল পায়বা মানা ইহেন হেনবনি।

(৩) অহুম শুবা পর্ব্ব (সিনেমা হোলগী মিস হেলেন)

পাবুং তোমালোগী মচা অতোনবা ইবোতোম্বদি মাদি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা ফাওরিবনি। সহরগী ময়ায়মক্তদা লৈরিবা সিনেমা হোল মনাক্তা ফম্বা পান দোকান। মায়কৈ ৪ মক্তে লাকপা মীওইশিংগী মিৎয়েংফম ওইরিবা পান দোকান। পান দোকান্দু ফমলিবনী "মিস হেলেন"। খ্বাই তরানা থোনবা ইবোতোম্বে মিংনি-মিস হেলেন। ময়ামবুং অনীদে মানা হেনবা হায়বু মানা সহর ময়োলদা ফম্বা পান দোকান। ময়ামবুং অনীনা ফম্বনা মনিপুরগী মপান্দা অমদি মনিপুরগী চিদাই ঙমখৈদা সহর মচাদা।

সিনেমা য়েংবা লাকপদা পোপা লাকপা উরদি লেম্না থাদে। মরূ ওইনা লুহোংবা কুইদ্রিবা খরা থাপ্পা খুঙ্গংদা লৈবা মানবা মীবুনা হেম্না লুনা তৌই। মাগী বা তাগনি খন।" নোংমা সুম তৌ জাৎনি। নহা পাখণ্ড অমনা মৌনাও মচা অমগা সিনেমা য়েংবা লাকচৈ। নুপাদু টিকেট ককপা চণ্ডখি। মৌ মচাদু নুপাদুবু ঙাইরি হেলেনগী পান দোকান মপাদা লেপ। হেলেম্না উরদুনা কৌশিল্লি মৌ মচাদু ফমহল্লি মনাক্তা থারিবা মোরাদা। পুথোরকই মাগী কোসমেতিক বোকস। উপু হাংদোকই মাগী কেনবা মপোৎ ময়ামদু য়েংহল্লি। তাকই মথং মথং তৈবা মতে, থাবা মথা য়েকপা ময়েক। ব্রান্দ তাক্তুনা খণ্ডহল্লি।

টিকেট ককপা চণ্ডখিবা নুপাদু টিকেট পায় থোরক্লে। মৌ নহাদু উদবদুদা কোয়েং য়েংদুনা থিরকই। উরে হেলেনগী মনাক্তা মোরাদা ফমদুনা লৈবা। হেলেনগা মখোয় অনী মরু লুপথ করিনো অমা য়েংলি, বা ঙাংনরি। নুপাদুনা চণ্ডশিল্লক্তুনা হায়রে "লাকও বেল খিংখরে। সিনেমা হৌদ্রনি। চণ্ডলসি মল্লবদি চণ্ডবা নুংঙাইরোই। লাকও চণ্ডলসে"

ঙহাক কান্নরগা মৌ নহা মচাদুনা খুমলকই "ঙাইখোবা ঙহাক্তসু। য়াম লুরবা পোৎ অমা য়েংলিয়ে। নঙগী সিনেমাকা লায়রি। মসি অমুক্তা মুম্না য়েংলকগথিগে।"

অমনা সিনেমা লোইরকান। মী হন্নগ্র তুং মাগী পানদোকান থোঙ লোনশিল্লি। তামো মাগী স্কুটর পুদুনা লাকই মাবু লৌবা । তামো স্কুটরবালা হেক উবদা ওসিদি অক্বা ফংদে হাফ ১খক্তং।

তামো স্কুটরবালা - ঐনসু সেকমাইদে খরা পুরকই।

হেলেন - কয়া য়াম্বা জাৎনো সেকমাইগীদুবো?

তামো - লিক্রী ১ খক্তনি। টিন পবা চনবদো।

হেলেন - য়ারনিদা লিক্রী ২ অসিনা ওসিগীদি।

মখোয় ২ চণ্ডখি শাবা লোইদ্রিবা মপু লৈতবা দোকান অহনবদুদা। তামোনা পুরকপা লীক্রী গ্লাস মচা ফজবী মশা তনানবী। পুথোক্লে হয়রে থকমিন্নরে অনীদো। ওাওরে হাইফেৎ, হাইরে খরা, ফাইরে লৈয়েং। লোইরদুনা থোরক্লে ২ দো। তামো স্কুটরবালাগী মনীং নম্বী হেলেন। ইংলিস ফৈরেং তুরেং লোল্লদুনা থৌরি গাড়ীদো। তামোনা গাড়ী খংচোং চোংবদা তাহৌই হেলেন লম্বীদা।

হেলেন - হিংচাবাও মী ১ মনীংদা তোংঙি হায়বা কাউরি করিগীনো? অয়ো, অয়ো খ্বাং তেক্লমাল্লে।

হেলেন-তোহৌবদুদা তামো গাড়ী খাম্মী। খৎনৈ মখোয় ২ অমগা অমগা ফুনৈ। তামোনা হায় "ঐ লাল্লে। শাউরনু।"

মখোয় ২ না খৎনবদু লম্বী মনাক অদুবাইদা লৈবা ইমুং ১ গী লৈশাবী ১ না তায়। মা নুংশা থী খৎনবৈ বাহৈশিং, ১দি ফুনবৈ মখোল তাবদা খনখি মতৈ মনাও খৎনরমাল্লে ফুনরামাল্লে। তুমলিবা মবুং হৌদোকই হায়- "তাচৌ তাচৌ মতৈ মনাও ফুনরমাল্লে। নুপাসিনা মাগী নুপীবু শাথিনা ফুবিরে। ওহাক্তা খাম্বীরুসি তাচৌ হৌগৎলো লাকও। মচন নুপীনা হায়মনবদুনা মবুংদো হৌগৎলকই। মবুং না তোর্চ ১ পায় মচন নুপীনা লালটেন ১পায় থোরকই মচিন মপুরা ২দো । তোর্চ কাপ্পদা উরকই নুপী য়াওরমদ্রে নুপাঙাক ওইরমলে। লৈশাবী মচাদো মবুং গী মাঙদা ইকায়খি। মবুংদো ঙকখি থৌদোক অদুদা।

ওসি পাবুং তোমালোদো ফল্লি মাগী মাঙোলদা চিন্তাগী পোৎলুম পু। খল্লি বাখল মতোমতা। মচানুপা অহম পাখণ্ড শরী ভাক্তনি অহন্না মেরী ডিমাপুর ওংবী, য়াইমনা তোয়োতা চনু মোরে তাবী, অতোম্বনা হেলেন ইম্ফাল সহরগী সিনেমা হোল মমাঙগী ১তা ভায়রবী হেরোইন। মখোর অহমসে নুপী নহা থিবা লুহোং খোঙদোবো মতম হেনখিবা তারে হায়দুনা কোয়না চথলি নুপী হায়বা।

কনা ১তনা পীরক্তে পীয়ু হায়বা য়ারক্তে। চনু নিঙোল অমতনা হোমো নুপাশিং অদুদা ওংনীংদে। নুপী শাজনীংবা হোমো নুপাদা লৈদৌ শরুক থৌরী য়ান্দুনা শিজখিগে। মসিনি হায়রুবা লৈশাবী পুন্নমক্কী পাউখুম।

তোমলোগী মচা নুপা ৩ দো নুপী থিবা কংখিদে। চুকশাখি চুক। ওহোকপনিদা পাবুং তোমালোগী লাইবক। ❑

# মতমগী ইন্টর্ভিয়ু

## ১বা সিন

ইন্টর্ভিয়ু বোর্দকি মেম্বর, ফমদুনা লৈ। ফজরবা কা অমদনি। কাগী থোগুজিন্দা পিয়ন অমা লেপতুনা লৈ। পিয়ন্দুনা ইন্টর্ভিয়ু য়াওবা লাকপা মী কৌথোক কৌশিন তৌরি।

(মালী লৌবে)

কেন্দিডেট - চঙকপা য়াত্রা স্যার?

বোঃ মেম্বর - য়ানি য়ানি চঙঙকউ। নমিং করি কৌই।

কে - হেনখোপাও ! স্যার।

মে - সার্টিফিকেট, য়াওরকপা চে চাং পুন্নমক পীরকউ য়েংগে কদায়?
(পীরকই, লৌই, য়েংলগা) নঙ মেট্রীক পরিক্ষা করম্বা সেন্টরদা থাই?
করম্বা স্কুলদা তম্লগা থারকই?

কে - ককচীং স্কুলদা তম্লকা চূড়াচান্দপুরদা থাপনে।

মে - নঙ করি খুন্দেনো?

কে - লমকাতৈনে। লমকাদা ইয়ুম লৈপনে।

মে - চূড়াচান্দপুরদা লৈবা নঙনা করিগী ককচীংদা চৎতুনা তমলুরিবা?

কে - মেম সাহেব নঙপু চূড়াচান্দপুরদা তোয়না লাকপা নত্রনে চূড়াচান্দপুরদা ককচীং লৈপা নঙ কিরিকি খঙতে। বিমলা লৈনা স্কুলদা ককচীং লৈপতুতি। অয়ুকসু নুংদাংসু অনীরক তৌপনে। ঐতিকো অমুক্তা তমপনিনে। অয়ুকী ককচীংতা। নুংতাংততি ঐ তমতেকো।

ফম হাপতৌরিনি ফম হাপতৌরিবা

অঙম্বনা মথকলোমদৈ হায়রকপা

হাপ্পু হাপতবা য়াদে হায়রকপা।

২ লুবা সিন

(ওজা লৌবে)

মে — নঙ নমিং করি কৌবরা?

কে — রোজালিন চনু লুবাং কৌজে স্যার।

মে — করি খুলদৈনো?

কে — হাইমা ! করিনোনে হায়রিসিবো। খুল হায়বা বাহযশিদি চীং মানদা, লবাই থবাইদা শীজীন্নদোবা বাহয়বো। ঐদি ইম্ফাল ময়োন্দেনে। স্যার ঐবু খঙবিব্রাও? রেভেনিউ মন্ত্রী ওইরিদো অদুগা হেক পোকমিন্নবা মনাও নুপাগী মচানে ঐসে। মন্ত্রীদো ঐগীদি পাবুংহন্নে।

মে — ও! আই সী। অদু ওইরবসু নঙোন্দা বাহং খরদি হংবা তাবনিকো। ইন্টর্ভিয়ুনিনা হংদবা য়াদেকো। হংকে, নঙ হোম সাইন্স গ্রেজুয়েটনি হায়বা নত্রা?

কে — মান্নি স্যার।

মে — অতুতি ঐ বাহং খর হংলকেকো। মমা মপা অনীকা, মচা নুপা ১ কা নুপী২ কা লৈ। মপোক ১সু লৈ। পুন্না ইমুংতুতা মীকোক ৫খক লৈপনে। নুপাতুকী থাকী তোলোপনা লুপা লীশীং ৪,৫০০ চামগনি। ইমুংতুকী বজেৎ করম শেমকত্রা?

কে — অদুগী লাইরিক্তা য়াওরিদুদি। হেক য়েংলগা লোইহ্নদুবো। লায়খ্রপোৎনিনা।

মে — অছা! Tell me the process of laundary.

কে — স্যার লুন্দরী হায়দি করি হায়রিনো?

মে — ঐনা নঙোন্দা হংলগা নঙনা অমুক ঐঙোন্দা হংলকপকো। নঙ লোন্দরী খঙতে। খঙত্রপতি ঐ হায়পিকেকো। ফি চনাং করম থাকতকে হায়না ঐনা হংপনিকো।

কে — এ অদুবুদি ঐ খঙজিনা। প্রকিত্রকেলদা ঐদনা ফার্স্ট তারকইবো। করিগী খঙদনেইগে। খঙজি খঙজি।

মে — অতৈ অতৈ প্রাক্তিকেল্স লৈরিকো। হায়তি হৈরা অচার শেম্পা, অথুম

অহাও শোম শাপা চাক থোংপানচিংবা ফচনা ছাত্রীশিংতা তমপীপা ঙমনিকো।

কে — ঙমনিয়ে স্যার। লোইনা তম্বীবা ঙমজনি।

মে — নঙকি খুজিন শাংনা থাকলিবা, মচিন তুমহল্লিবা, খুজিনতা নমায়তা য়েকলিপা ময়ামতো প্রাক্তিকেল ক্লাসতা কৈমতা কায়রোইহ্রা?

কে — কায়রোই স্যার। করিগী কায়দৌরিবা ? ঐনা খুৎনা পায়দুনা তৌদৌবসু নত্তনা। এটেন্দেট নুপীদুগা ছাত্রী ময়ামদুগনা তৌজগদবা অদুবো। ঐনা চৌকিদা লেম্না ফম্লগা তাক্লগা লোইরে।

মে — Oh! I understand.

ফম হাপতবা য়ারোইনে

মমিংগীতা ওইনা তৌদবা য়াদদুনা তৌবনে

মতমগী ইন্টর্ভিয়ুনে খঙবীয়ো।

মতমগী চৎনরিবা ইন্টর্ভিয়ু।

৩ শুবা সিন

(চৌকিদার লৌবে ইন্টরভিয়ু)

বোর্ড মেম্বর — নমিং করি কৌই?

কেন্দিডেট— অদানী মাও।

মে — অচুম্বতা হায়উকো। অচুম অচুম্ব হায়রদিনে শোয়দনা নঙবু হেক্তা থল্লগদনি। নঙ চহী কয়া শুরে। অশেংবা খুম্মুকো।

কে — ঐপো, ঐকি অশেংপা চহীতি ১৫ নি। অতুতকো ময়াম্নকো চহী ১৮ শুরতি সরকারকি থবক পায়পা য়াতে হায়পিপা। অতুতকো ১৯ হাপচিনপা। নঙনা পায়পিপা চেত্তো (খুদোম্বী থিন্দুনা) তুতা য়াওপনে য়েংপিয়ো মুন্না। উকনিয়ে। ইতুনা য়াওরিপনে।

মে — নঙগী ইপাদো করি থবক তৌরম্মী?

কে — ঐকি ইপাতিকো মাও ব্রোক্তা চৌকিতার ওইরমপনে। হৌজিক মাতি শিগ্রে। মাকি মফমদা ঐ ওইপিকে হায়পিপনে। ইপা শিথিপতে ইপানা তৌরমপা ওফিসকি থপক পুন্নমক ঐনা তৌপিপনে। ইপা লৈরিঙেতসু তৌয়ে। পি

তি ওগী চাকসু ঐনা থোংপিপনিকো।

অমসু লৈরিতা হায়তোক্লদি ময়াম্না শাওনি।

মে — কনাসু শাউরোই। হায়দোকউ। অশেংবা হায়ববু শাউই হায়ব্রাও?

কে — পি তি ও কীশু ই ও ময়ামকিসু য়ুদো ঐনা লৌপিয়ে। মহোয়না ঐঙোন্তা হায়দোকনু হায়পা।

মে — আদানিদি মপূক য়াম্না শেংঙিনে। অচুম্বা অওইবতা মহায়। নহোয়গী এম এল খঙব্রা? কনানা ওইরি।

কে — পেনচামিন পানিনা ওইরিয়ে।

মে — মাগী মখদাংদা মকোয় খাকলিদো করিগীনো নঙ খঙব্রা?

কে — খঙইতা।

মে — খঙঙদি হায়উ তাসিদনা।

কে — মা তারতি শাউকনিতা।

মে — তারোইনে। হায়উনে। তারসু মাদি শাউরোইএ। ঐখোয়সু খঙনীং তৌবনে।

কে — অতুপুরাও ফিল্মতা জেকি হায়পা অমা য়াওপতো অতুকি মতৌ তম্পা। ইন্তাইলনিতা।

(হায়রগা চগেম মরু মানবা ময়া অদু উবমখৈ নোকই)

ফম হাগুবা য়ারোইনে

মমিংতগী ওইনা তৌবা ইন্টর্ভিনে

মথকলোমদে অঙম্বগী হুকুম।

## ৪ শুবা সিন

(অঙ্কগী ওজা লৌবৈ ইন্টর্ভিয়ু)

বোর্ড মেম্বর — নমিং করি কৌই? করি খুলদৈনো?

কেন্দি — মিংনা ডোমিনিক। খুলনা শিরোই।

মে — ঙসি তৌগদৌরিবা ইন্টর্ভিয়ু অসি অঙ্কগী ওজা হায়্রেনি। নঙ ভাব তারেদনা?

কে — তাজরে স্যার।

মে — নঙ খঙ্গে হায়না লৌরসি। নঙ ছাত্র-ছাত্রীশিংদা অঙ্ক তম্বীদৌরিনি। অদুনা নঙোন্দা অঙ্কগী ৱাহং খরা হংগেকো।

"এ প্লাস বি হোলথিং স্কার" হায়বা ফোরমুল্লাসি শন্দোক্না হায়উ?

কে — মতুতি ঐডি খঙতেগো।

মে — করিগী খঙদ্রিবা?

কে — তমপতা য়াওরক্তে। তম্মক্তে।

মে — অদুগা নঙ মেট্রিক পাস তৌরে হায়দুনা সার্টিফিকেট পায়রিবা? সার্টিফিকেট অসিবু নঙগীরা মীগীরাও?

কে — ঐ ইশাকীনীতা।

মে(১) — ঙাইখো ডোমিনিক। ঐ বা হংগে। নঙ নত্রা ক্লাস নাইন কাবদা আলজেবরা হৈনদে হায়দুনা অঙ্ক লৌখিদবদো নঙ নত্রনে?

কে — আ মেম সাহেব নঙ কম নীংশিংপকো ঐ কাউথোকলুপনে। মেম সাহেবনা হায়পিপসে অচুমপনে। ঐ আলজেব্রা লৌরক্তপনিনে। অতুনা খঙতপা খুমপা ঙমতপা।

মে (২)— নঙ অঙ্ক হৈত্ররবদি করম্না অঙ্কগী ওজা ওইদৌরিবা? ওজা ওইবা য়ারোইকো। য়ারোই হায়রিসিনি।

কে — ওজাই ফমবু ফংলদি তমপিপা ঙমকনিতা।

মে(১) — করম্না ঙমদৌরিবা?

কে — করম্না হায়পো ঐকি তলবতো তংখায় পীথোক্লকা প্রাইভেতা ওচা অমা অঙ্কতো হৈনপা ঐসু তমপাতারেতনা।

ফম হাপ্তবা য়ারোইনে
মমিংগীতা ওইবা ইন্টর্ভিয়ুনে
তৌদবা য়াদদুনা তৌরিবা
মথকলোমদে অঙমবে হুকুম।

## ৫ শুবা সিন

(চৌকিদার লৌবে ইন্টর্ভিয়ু)

বোউকি মেঃ— চঙঙউ চঙঙকউ লাউ।

(লৈশা নহা কাওবোয় খোঙগ্ৰাও শেংগা. তুপী লাইখন তাবা উন্না ফি ইন্দবা ফুরিংতমক লিংগা, মশম তেন্না ককপা অনীনা নাক য়েং চপতুনা পুশিল্লকই কেন্দিদেন্ত অদু। অহল ফনা ওইরে। চহী খর লৈশিল্লবা মীতানি লৈশা অনিদুনা অহলদু পুশিল্লক্লগা মনাক্তা অদুম লেপতুনা লৈগে তৌই। লৈবা য়ারোই হায়বদে অহলদু ফকলাংদা ঙাহল্লগা থনমলে।)

নঙগী নমিং করি কৌই। থকংকনু হেক্তা খুমদোকউ।

কে — (কোয়েং য়েংলগা) পুংজাথাং।

মে — পুংজাথাং কিগনু। নঙনা পুরকলিবা চেদু পীরকউ য়েংগে?

(পীরবা ঙমদ্রে। পিয়ন্না লৌদুনা বোৰ্ডকি মেম্বরশিংদুদা লানশিল্লি। মেম্বরশিংনা য়েং লগা হংলকই)

নঙদি কাংপোকপীদা লৈবনি করন্না ফেরজোল স্কুলদা তমলুরিবা।

কে — তুমিন্না কোইরুপ চয়েংদুনা লৈরে।

মে(১) — অচুম্বতা হায়উ। অচুম্ববু হায়দোক্লবদি নঙবু শোয়দনা থনগনি। ফেরজোল হায়বা লমসি কদায়দা লৈ?

কে — (বাহং হংলকলিবা অদুদা ওনশিল্লগা) নঙসু খঙতপরা? ঐতি মুন্না খঙতেনে তেংনৌপলদরা উখ্রুলতরা, তমেংলোংতরা খঙতেপো। হং-ঙক্লনি হায়পা খঙতপনিনেকো য়ুমতা ইচাশিংতসু হংলক্তে। নঙনা অচুমপতা হায়উ হায়পনিনকো অচুমপতু হায়পিকে ঙসি অয়ুক্তো ইচানুপানা লৈতুনা পুরকপনে। লুপা য়াংখৈ পী হয়কো। কতায়তে লৈরকপনো খঙতে।

মে — নঙ চহী কয়াদি শুরে?

কে — ঐপোঙ্গ ঐকি চহীদি ৩৫ শুরে।

মে — নঙবু কাসিদা থিনজিল্লক্লবা লৈশা ২ দো কনা কনানো নঙগা করি থোক্লে?

কে — মখোয় অনীতুপুরাও ঐকি ইশুঙাক ওইরে। ইচা নুপা অহলতুনা পোকপা। মচেতুতিনেকো কুমশি চহীতা মেত্রীক পারিক্লা ঙম্রপনে।

মে(১) — চহী ৩৫ তা ঙায়রিবা মঙনা নঙ ফংলিবা? নঙদি নয়াফাও শুনা হৌদ্রি। অঙাং য়াম ওইরি।

কে — নঙবু মতুংতি হায়মল্লিজা। ফাকি তৌতুনা ঐপু লৈনেপা মাল্লি। ঐকি য়া তেকলিপসে নহা পাখঙ ওইরিঙেদা উচিংঙে। মতুংদা গাড়ী কুরুং চৎতুনাকো উনা য়াত্তা থোমতুনা ঐকী য়াসে তেকপনে। হৌতবা নত্তে। হৌরমপনে।

মে(১) — ঐদি ভসাইনা হায়ব্রেনা। অশেংবা অচুম্বতা হায়উ হায়না। নঙগী অশেংবা চহীবু কয়া শুরবগে?

কে — ঐকি অশেংবা চহীতিকো ৫৫ নত্রগা ৫৬ শুরম্মকনি। ঐখোয় এম এল এ নতি য়াওত্র য়াওরুচো য়াকনি হায়পিরকই।

মে — নঙ নহোয়গী এম এল এদা পৈশাকা পীজরব্রাও?

কে — পীচতেত্তা।

মে(১) — পীজদ্রদি মানা করন্না য়ানি হায়রকলিবা?

কে — অতুপুরাও মানা ভোত লেপ্পা মতমতকো। ঐকী ওক ১ য়োল্লগা লুপা ৫০০ তি মতেং পাংখিয়ে।

হাপতবা য়ারোই হাপকদবনি
নিয়ন্না য়াবা য়াদবা য়েংঙুনু
মতমগী চৎনরিবা ইন্টর্ভিয়ুনে
মথকলোমদে তাউথরকপা হুকুম।

## ৬ শুবা সিন

(মুখ্য সেবিকা / সুপরভাইজার ১০গী ফমদা কেন্দিডেট ৮০০, কেরানী ১০গী ফমদা কেন্দিডেট ২০০০, ফিল্দ এসিস্টেন্ট ১৫গী ফমদা কেন্দিডেট ২৫০০ অদুগা কেরানী ১৫গী ফমদা কেন্দিডেট ২৩০০ থাগৎলকই একচেঞ্জনা। ডিপার্টমেন্ট অনীগীনি। সেক্রেটারিদি মী ১না পুন্না ওইবনিনা বোর্ড তোঙান তোঙাল্লবসু চেয়ারম্যেনদি সেক্রেটারিনা ওইগনি। হায়রিবা ফমশিং অসিগী ইন্টর্ভিয়ুনি তৌদোরিবা অসি।)

(১)

(ইন্টর্ভিয়ুগী অহানবা নুমিৎ)

সেক্রেটারি - ইন্টর্ভিয়ুগী বোর্ডকি মেম্বর শুরবনিনা হৌরসি।

মেম্বর(১) - স্যার এমপ্লোইমেন্টনা থারকইসিদি নোংমদা লোইবদি লায়রদনা থা

অমারোম্বু হেন্না চঙবা য়াইনে।

মেম্বর(২)— কয়া য়াম্না থারকপগেনে ( হায়বগা লিস্টতু ফাকৎতুনা য়েংঙি ) হয়ে হয়ে ফম ১০গী মী ৮০০ থারকপা।

সে — লৈশা অরৈমখৈ থারকএদনা। করিগীনো এমপ্লোইমেন্টনা মশীং হেন্না থারকইবো। ফম ১০গীদমক্তি ১০০ দং খনগৎলগা থারকপা য়াইনা।

মে(১) — য়াদদুনা থারকইনি স্যার।

সে — কনানা য়াদ্রিবা?

মে(১) — তোয় গন পায়বা অশেংবনিসু খঙদবা অমাঙবনিসু খঙদবা কাঙবুনা এমপ্লোইমেন্ট ডাইরেক্তরদা লুশম পায়রগা মখনাও তিংখলদা তোইগন্না নল্লগা থাহল্লকপনিদা স্যার।

মে(২) — অদুদি কমদৌবি তারে স্যার?

সে — (ঙহাক খল্লগা) এগ্রিগী ডাইরেক্তর মাগী হয়েং তৌগদবা ইন্টর্ভিয়ু লিস্ট মখৈ পুদুনা সিদা লাকউ হায়না ফোন্দা কৌরসি। অদুগা মাগা য়াওনা খন্নরসি। কেরানীগীসু ফম ১০গী লীশীং ২০০০ থারকইনা সিদে।

(এগ্রিগী ডাইরেক্তর লাকলে)

ডা(২) — স্যার চঙজরকপা য়াগদ্রা?

সে — চঙকও। ফম্মো। ইন্টর্ভিয়ুগী মরমগা ঐখোয় পুন্না খন্নদবা য়াদবা বাফম অমা লৈরে।

ডা — করিনো স্যার?

সে — নঙগীদা কেন্দিডেট কয়া থাগৎলকই?

ডা (২)— ফিল্দ এসিস্টেন্টকিদা ফম ১৫গী মী ২৫০০ অদুগা কেরানীগীদা ১২গী ফমদা ২৩০০ থাগৎলকই স্যার।

সে — স্ক্রিমীং অমা তৌদুনা মী খর খৎথদ্রবদি ইন্টর্ভিয়ু তৌবা ঙমবে বা লৈতে। কেরানীগীদি পুন্না তৌমিন্নরসু কায়দে। এফ এগা / এম এস কাদু তোঙান তোঙান তৌরসু য়াই। স্ক্রিমীংগী থবক অসি ঐ য়াওহল্লনু। ডাইরেক্তর অনীনা থোকপা তৌরো।

ডা(১) — অদুদা স্যার য়াম লুবা অমা লৈরিনে।

সে — করিনো?

ডা(১) — মথকলোমদে ইরকপা ডি ও ময়ামদুনা কমদৌবা তারে? স্ক্রিমীংদা লৈহৌবা য়াওরগদি?

সে — লৈহৌববুদি শোয়দ্রবনিনে। অদু নত্রবদি করিগী ডি ও ইরক্কদগে?

ডা(২) — স্যারদি পাউ অমা তাবিরমখিরোই।

ডা(১) — তারম্বসু য়ারেদা।

সে — করি পাউনোনে?

ডা(১) — হন্দকী ইন্টর্ভিয়ু অসিগীদমক অগুস্মা ১/১না ডি ও প্যাদ লীশীং ১০/১০ নম্নখি হায়।

ডা(২) — অদুনা ওই তারে ঐগী ইচা নুপাদো চে লৈরন্নী হায় চৎখ্রগা লৈরক্কনা হল্লক্লে। ঐনা হংবদা দোকান্দা চে ফংদ্রে অগুম্বশিংগী ডি ও ইননবা পেদ লোইনা নমথোক্লগ্রে হায়রকই হায়নে দোকান্দারশিংনা।

ডা(১) — ঐখোয়দফাও অসুক য়ান্না ইরক্লসিনদি। স্যারদদি মহা ওইরম্মনি।

সে — ইন্টর্ভিয়ু লোইরগা নতৈমনা সের ফালা ওন্দুনা য়োনগনি হায়দুনা গেরাজ অমনবদু শেংদোক্লগা পয়দুনা থল্লিয়ে ডি ও শিংদো।

ডা(২) — স্ক্রিমীংগী নুমিৎতি?

সে — মদুদি ডাইরেক্তর অনী অম্নরগা লেপ্লো। তারিখতুদদি ঐজেন্দা খঙহল্লকউ। ঙসিগীদি সিদা সুম লোইশিল্লসিনে।

(পিয়ন কৌরগা)

মপান্দা লৈরিবা ময়ামদো অদুদা ইন্টর্ভিয়ু য়েথোকলে। তৌগদবা নুমিৎ অমুক লেপলগা খঙহল্লকনি। রেডিওদা লাউথোরক্কনি। খবরদসু হাপলক্কনি। ডিপার্টমেন্ট ডিপার্টমেন্টকি ওফিসকি নোটিশ বোর্ডতসু থেৎকনি হায়না মরোল ঙগাইনা হায়দুনা খঙহনখো।

(২)

(অনীগুরকপা ইন্টর্ভিয়ুগী অরোইবা নুমিৎ)

সে — পি পি সি বু অসুক কুইনা চঙবসিদি কনানবু। নুমিৎ ২০ নিসি ফাইলকা ১তা পায়বা ঙমদ্রবনি।

ডা(১) – স্যার ডি ওগা টেলিফোনগা অনীনা কুইহন্নবনিদা।

ডা(২) – খবরদা ইনরকইবদুনা কমদৌরিবা? স্ক্রিমীংদা খৎথহৌরবা মী মখে ডি পি সি য়াওহন্নে হায়না। অচুম্বনিকো ইনরকইদুসু।

সে – মদুদি সোলভ তৌগ্রেদা।

ডা(১) – কেন্দিডেট শুনা য়াওবা অমা টাইপ ফুজিল্লগা নোটিশ বোর্ডতা নুংদাং মী খঙহন্দনা থেৎচন্দুনা থমগ্রেদনা।

সে – ডাইরেক্তর তাকপা নংহৌদ্রবা। অদুননি।

ডা(১) – মদুদি য়াম ফজ্রবা বাননা।

সে – হৌজিক লুরিবা হায়বু লৌগদবা ফম মশীংদে ডি ও না হেল্লিসি। ডি ওদা নত্তনা লুপা লীশীং ৫০ অমসুং ডি ও গী মথক্তা তোপলকইনিনে।

ডা(২) – স্যার ডাইরেক্তর ঐখোয় ২ দসু নপলকই স্যার।

সে – কয়া কয়া?

ডা(১) – ২০/২০

সে – ডি পি সি প্রেসিদিংস অসিসু মথকলোমগী এপ্রোভেলগীদমক থাগৎখিদৌবনি। মহোয়গী মী য়াওদ্রবদি এপ্রুভ তৌ হায়বা য়ারকওইদৌরিনি। অদুনা ঐ সুম তৌগে হায়না খল্লি নহোয় ডাইরেক্তর অনীনা বোর্ড মেম্বরশিংনা য়ারবদি।

ডা(২) – করিনো খনবিরিদু তাকপীরো।

সে – ডি পি সি গী ফল হায়দোক্লনুসি। নমশিন্দুনা থম্মসি। হংলগা মী য়ামন্দুনা নম্বর, তিষ্ঠোক তিনশিন তৌদুনা পোজিসন শেম্বদা মতম খর চঙগদৌরে হায়রসি। ডি পি সি গী / বোর্ডকী মেম্বরগী সহী য়াওদনা ফল লাউথোকপা ফম হাপ্পা য়াদে। ডি ও ১দিশেলনকা চৎনপোৎ নত্তে। প্রেসিদেন্ট রুল লাককাও নমশিনদুনা থম্মসি।

ডা(১) – বায়েন শাঙদে চৈরাক লাক্লদি স্যার?

সে – লাকচসনুদা কৈনো। পায়লকী লৌশিং শীজীন্নদুনা মায়োক্লরগা লোইহন্দুবো। মহোয়না ডি ও গা পৈশাগনা য়োমদুনা থারকইশিং অদুদি কৈমতা খঙদনা। ডিমাপুরগী লম্বী অশাংবা খঙদে। মনিপুরদা ব্লোক কয়া লৈবগে হায়সু খঙদে। ভারতকী প্রধান মন্ত্রী কনানা ওইরিগে হায়না হংলগা হামেংনা

ওইরি হায়রেদনা। মহোয়বু করম্না থবক হাপকদৌরিব্নো?

ডা(২) – চুম্মী স্যার অমদি শান্নবে সার্টিফিকেট চবুল অমা পান্নরকপা য়াউইনদনা মঙোন্দা শান্নবে মরমদা হংবা অমত খুমদেপ্রা খঙদদুনা। স্যারনা হংবদা ঐ হকচাং ঙমদে হায়বসি ইংরেজীদা হায়উ হায়রগা মানা I cannot my body হায়না খুন্নকপদো।

সে – কেন্দিডেট ১ তা ফম হান্নদা মতীক চাদে। মহোয় হাপ্লবদি ওফিস চালাইবা য়াররোই হায়বা।

ডা(১) – স্যার হন্দক লাকলিবা কেন্দিডেটশিং অসি ফিজেৎ চাকশেৎ য়াম লুদে। নুপা মখেনা খোঙপ্রাও তপ নপ্পী ফমথবা য়াদবা ঙাক শেৎলি। অদুগা মশন্না নুপীদৌনা শাংনা হেক খাক্লদনা। নুপী মখেনা অমুক খোঙপ্রাও শেৎলে মশম তেন্না ককলে। নুপীনি নুপানি হায়বা মশক খঙদ্রে। চীংমী লৈশা মখেনা স্কার্ট খুকউ মথক্তা তপ নপনা শেৎলে। মশন্না য়েমপাক তুপ্পদৌনা তৌবসু য়াউই মত্রং মত্রং। ধাকা ককপসু য়াউই। ফুরিৎতমক লিৎলি ফিসু ইন্দে। তমগী মৈতে লৈশা মখেনা ইনফিদি ইন্নি হায়বু ফুরিৎতি পাখৎ সার্ট ঙাক্তা লিৎলি। উবদা অহল লমন্না শাউপ্রপোৎনি।

সে – হায় পাখৎ সার্ট হায়দি ঐদি অমুক্তা তাদ্রিনা? করম্বা ফুরিৎ জাৎনো? আমেরিকাগীরা? রুসিয়াদসু ফংব্রা?

ডা(১) – পাখৎ সার্ট হায়দি স্যার, নুপীনা মপুক থাদোক্নুনা লিৎপা অকৌবা ফুরিৎ অদুবুনি। হায়রিবা পাখৎ সার্ট লিৎপী খরদি মতৌ য়ান্না মান্না অহৈবা শারদুনা লাকপা জাৎনি। মহোয়না টাইপ ফুবদা য়ান্না থুনা তেক-তাক, তোক-তাক পংফুদা ফুইয়ে মিনিঠ ১৫ চঙনা ফুগদবদু মিঃ ৫ দা লোইরে হায়না থোরকয়ে। মাগী পেপারদু য়েংনরু কান্দদি ময়েক ১ তা য়াওরমদবৈ বানিদা।

ডা(২) – মহোয়না য়েক খোৎলিবা ময়ামদুনা মী মাদ্রে। মহোয়না খুন্দংদা চৎতুনা করম্না থবক তৌরুগদৌরিবনো?

সে – খঙদ্রে-মহোয়দো ডি ও না শেলনা য়োমশিল্লবা কেন্দিডেট ঙাক্তনে। অদুননে ডিপিসিগী ফল গ্রহন লাকহন্নসি, নমশিন্দুনা থম্মসি হায়রিসে। ❑

# খুল্লাকপৈ থেলদা বোকসিং

নোংপোক মায়কে ঙাল্লক্রে। উচেক্কী মরুপ্পা খোংলক্রে। লৈপাল হৌরিবা উমংদা পোমদুনা লৈরম্বা লৈশিংদো লৈকা ফম্না ফম্না শাৎকাইরক্রে। মালং ফৌরোই ইন হাইনা ছম্না ঙম্থোইরে। ফজ ঙমখে লৈতরে মপুই লৈকোল নীংথিরে মপুই লৈকোল ফজরে। য়েংবে পেনবা নাইদরে।

মিকুপ খুদিং চৎথি পুংজা খুদিং হৌখি মতম্না কনাবুসু ঙাইবিরমদে। কোরৌহনবসু অদুমঙাই মাগী খোম্থাঙ লেপ্পা লৈতে। ইনুং মম্বা হৌজিল্লক্রে কোরৌহনবা অঙানবসু নোংচুপ চীংয়া পাংলক্রে ঙাগ্রনবা মছেক্কা লোয়ননা সনা মানবা মচুই মঙালনা লোকমাই খুদিং য়ৈবা কয়াই মতীক ফজবা য়েংবে পেনবা নাইদবা য়েংনীংদুনতা লৈবা পূক্নীং হুনা নীংথিরবা মতমনি মতম তানজা অদো।

মতম অসিমক্তদা শাবী শানৌ অনী লোয়নদুনা তুংথা মাঙথা চেন্না চেন্না কাখৎথ্রি বাংলবা মচি চীংগী চীংদোল তম। খোইখোইরবা লম্বীগী তুংইন লেপ্পা লৈতা চেন্লি কারি অনীদো। য়েংনহৌই মীয়াম্না পল্লেন থোংগী থোংখোংদা লেপ। হংনহৌই মীয়ামদুনা মখোয় মশেল অমগা অমগা - মখোয় অনীনা চেনখ্রিবসি কদায়দনো? কৈদৌবনো? হায়না। পলেল তুরেলগী খোঙনুংদা লৈঙেই পেকপা কাঙ্বুসু বিড়ি মচে অমমম চিং পোত্থারি ফমলি। মখোয়দুসু য়েংলি অনীদুবু। হংনরি হায়নরি অনীসিনা চেনখৎখ্রিসিবু কৈদৌরিজাগনো?

শাবী শানৌ অনীদি চেন্লি কম্না চেন্লি অবাবা খঙদমখে চেন্লি। "নুমিৎ তাগ্রনি। নুমিৎ তাগ্রদি মম্লনি। মম্লদি কমদৌনি? কনাইদ চঙলুনি, কনাইদা থুংলুনি।" মসিনি অনীনা মিপাইরিবা বাফম। অনীনা খল্লিবা বাখল।

পলেন থোংগী থোংখোংদা লেপ য়েংহৌরিবা অদুই মরক্তে—

অমনা – মখোয় অনীসিবু নুপী চ্যেল্লিবা হায়দুরাও? নত্রগা ব্রেকী পোৎচে পুরিজাৎলা?

অমনা – ব্রেকী পোৎ পুবা মান্দেবো। মশাদা কৈমতা য়াওবা উদে হায়বা। ওইরম্মোইদা ঐ থাজদে।

অমনা – অদুদি মখোয় অনীনা য়াওনা চ্যেন্না চ্যেন্না চৎলিসি করিগীনো?

অমনা – নুপী চ্যেনবা নুপী চ্যেনবা। খিঙবিরেদনা। ঐখোয়দি চ্যেন্নি হায়বা তাবা কুইরে? চ্যেন্না চত্রদি থুনা য়ৌরোইদৌরিবা। লমথুংফম য়ৌদ্রিঙে লমথাংদা ফাহৌরদি কমদৌ তারিবা? অদুননে। পনবা য়াদবনে তন্না য়াদবনে খঙবিও ভাব তাবিও?

অমনা – অদুদি নুপীদো মশা য়াম ফবা মাল্লি হায়রানি।

অমনা – নঙ কম খঙলিরা?

অমনা – অদুবুরাও? মাননে ঙমখ্রবা মচি চীংসে চ্যেন্না চ্যেন্না কাখৎপদো নুপাদুদে খর হেল্লপ হেল্লপ্না কায় হায়বা।

অমনা – মহোয়ন্না চ্যেল্লিসি মোরেগী সনা ব্রেক চ্যেল্লি জাৎননে?

অমনা – মহোয়না হায়রি ময়ামদো অমতা নত্তেসে। অচুম্বদো ঐ হায়বিগেসে। নুপী চ্যেনবনে নুপী চ্যেনবা। চ্যেল্লিবা শাবী শানৌ অনীদো ইনুং মমশিল্লকপা অদুদা বা তান্নরকই খন্নরকই। নুপাদুনা হায় "ইশানৌ ইবেম্মা নুংশিবী, নুজা নঙবু তাবরা?"

নুপী – তাজরিয়ে পাম্মুবা। লমলান কাইগী খোয়রোইদি লোইয়ুমবও, পাম্মু মীচাপোক্তি নুংশিবওঙ্গ করি য়াবা পাউতাকপিগদবা তাকপিয়ুদো ননাওদা।

নুপা – অতৈ করি য়াবা নত্তেদো লোয়ুখী। ইনুং তৈনা মমশিল্লকপা অসিদা পায়মা ঐগী পুক্নীং অসে লৈতাদরে। বাদবা ঙমদে থবাই অসে ইশানৌনা য়ারকনি য়ারকলোই অরেপ্পা খঙদবনা।

নুপী – থংলেন নঙবু পাম্মুবাঙ্গ মানজা করি বানোনে তাকপিরিবা অদুবো। ননাও ওইবী ঐগী পথপ্রান থবাই মঙদি থংলেন নকাদা কৎথোকচপ্রবনি। য়াবা অমতা হিক্তোকচরোই মালেম লৈদা তাহনজরোই। পাম্মুবে য়াথং ইনজনি। সুম কৈ হায়বদো তাকপীয়ু ননাওদা।

নুপা – ইপা মরিং খুন্নাকপে ময়ান শঙলেন্দা ঙসি নোংলেন অহীংসিমতং য়ারেকথিসি

হায়ববু ইশানৌনা করি?

মখোয় অনীদো চঙলকই ইপা মরিং খল্লাকপৈদা। খুন্নাকপৈ শুমাঙ মতা ফবদা লেপ্পী অনী খান্নাংননা শ্রীশ্রীরাধা কৃষ্ণ অনীগী যুগোল মুর্ত্তিশুম। মতম অদুদা ইপা খুন্নাকপদি করি য়ৌরি? মাঙোল খেঞ্জং লাংদা ফম তোংজে থবুম ফান শামু খুৎতুনা শঙাই পয়া শিরি থুমোক শাবে। খুন্নাকপনা মিৎয়েং শাংখৈরকপদা উরুরে লেপলিবা অনীদু। মিকুপ খরা শংত্রিক য়েংলগা চিঙোই মপাউ হংলকই।

খুন্না — পারি মদম মানবা, ইমোম মদম মানবী নখোয় অনীনা ইপাইদা লাকপদি করি থৌগীনো? পাউদম্মুদো নপা খুন্নাকপা ঐঙোন্দা। য়াম্বা ননীং তমজৌ। কোলোইনীংবা পুম্বা মখাক থমদা কোলোইজৌহে।

নুপা — পম্বৌ মানবা ইপা ইবুংঙো! ঙসি কৌবা নোংলেনসিদা নপারি মমোম অনীনা পম্বৌই শুমাঙ মথৌগোন অসিদা লেপচরবদি অতে করি থৌগী নচ্চদেদো। ইনুং তৈনা মমশিল্লকপসিদা খুন্নানবা কয়া খুদোং চাররোই খন পম্বৌগীদা ইনুংসিদং —

খুন্না — ঙসি ইনুংসিমতং ঐগী মোংবা ইরান্নুংসিদা য়ারেক্কে অসি নৎত্রা নখোয় অনীনা চিঙোইরিবা অসিবো?

অনীনা — মান্নি মান্নি পম্বৌ।

খুন্না — ইপাগীদা লাক্রবদি অদু অদা থিবা য়ারিব্রাও? নুংঙাইবা নুংঙাইতবা থিফদে ঐগী মোংবা শঙলেন্নুংসিদা ঙসি ইনুংসিমদি য়ারেকখিবা তারেদনা। চঙজরক্রবা মীবু চঙজফম পীবা হায়বসে ইপাগী ইথৌ ওইবনি। চংঙু চংঙু পারি ইমোম অনীমক। শঙলেন্নুংদা নমা খুল্লকপী লৈরমনি। মাগা তাথোক তাশিন তৌনরুরো। চংঙো চংঙো করিমতা হঙোইরুনু।

ইনুং মম্বা লোইশিল্লক্রে। নোংঙাল্লমদাই য়ৌরকলে। শজীক হল্লে থবা মমৈ বায়রক্রে। কালনা মতম অসিমক্তদা অনীনা লৈবা কাদা জু-জা, জু-জা, মরাং মরাং তৌরকই। শেৎ শাৎ দুব দাব মখোলনা নিল্লি ইপা খুন্নাকপা তারনি মতানি চারগী পৌরোল শৎ থোঙগী নাতৈ কাঙ খোঙথাঙ কল্লপ থাং অনীদো তুমিন্না কিন থিন্ন থিন্ন মপাল থোকখি। কোম্বোং লাম্বোকখি য়াঙনা চ্যেন্নখি।

লাঙলিবা মরক অদুদা চ্যেনখিবে খোঙথাং মখোল তাব্দা হীঃ করিনো

হায়দুনা য়াকাইরকই খুন্নাকপা ফমলেনথক্তে কুমথরকই। অনীনা তুম্বা কাদা চঙ য়েংঙি। অনীদু লৈরমদে। খুন্নাকপী হৌদোকই। "থোদৌ অমনি খুন্নাকপী মিৎ নাকোং শিংনা লৈয়ুকো।" হায়রম্বগা য়ান্না ফিংনা থোঙ্গাম্লোমদা থোকখি। খুন্নাকপীদো ইঙক ঙক মেন মান অমতা তাদা য়ুময়াইদা লেপ লৈহৌই। খুন্নাকপা থীন্দে অনী অদুনা চৎখিবা খোঙ্গুল লীরকই মথং মথং।

খুন্নাকপনা মথং মথং খোঙ্গুল লীরকপদা মাগী থেলদা তম্বা অনী ফি শেন্নদুনা শয়েং পাম্বোম ঙান্নগদগী লৈবা উরে। মনাক চঙশিন্নগা য়েং বদা উরে তম্বদো। হেক উবদা খুন্নাকপনা চিঙ্গোই মপাউ লাউরকই।

খুন্না – হায় হায় তম্বা নঙবু ঐগী য়াবাসে তাব্রা হায়। ঙরাং ইনুংদং ঐ ইরান শঙলেম্নুংদা য়ারেকচগে হায়দুনা ইমোম মদম মানবী অমা পুরক্তুনা লাকখিবদো তম্বা নহাক নত্তব্রহে। ঐবু উশিৎতব্রা খঙগনিদনা নহোয়।

নুপা – মাম্নি পঙ্গৌ মাম্নি। অশাও পরৈনবিনু। নুপীদো নুপী নৎলমদ্রে। নুপানা নুপী শাশিন্নবা ওইরম্নে। মানা ঐবু মীনম্নম্বা নমথাক তৌরম্বা অদুদা শাউনীংদুনা তৌবনি।

খুন্না – আঃ আঃ অদে কমদৌরবা?

নুপা – পঙ্গৌ! মদুগীনি ঐখোয় অনী  শয়েং পাম্বোম ঙান্নদৌরিসি।

খুন্না – ইবো নঙদি করিগী নমায় অদুক থকলুরিবা? মায় থকলুরদি শায়েং থয়নবা পাম্বোম ঙান্নবা অরেদনা। ফৈ ফৈ অদুনি নুপা থোকল্বনি। নখোয় অনী চাংয়েং-নদৌরিসিগী অমপায়ার ইপানা ওইহিগনিকো। কৈমতা নুংশা থীনু। বাহৈশিংসি হায়রম্নগা খুন্নাকপনা হৌরো হৌরো হায়দুনা রেফ্রি খোংখি। রেফ্রি হেক খোংখিবগা অনীদো কদম তৌ হোৎচিন্নখি। তাপ তাপ কোন্নখি। মুক্না, লোংখ্রৌ, কমলাক কোৎপি লুখম, কায়, যুদো, টাই-কুন্দো আর্মরেস্টলিং, উশু, বোকসিং, কেরেটে,  কারাটে, অসিনচিংবা আইটেম কয়ামুক্তা অনীদো চাংয়েং তৌনে। অমনা অমবু লাকচনদে। আইটেম অমমম লোইরকপদা ইপা খুন্নাকপনা হুইশেল শাংনা শাংনা অহমলক খোংই। অসুন্না অসুন্না শয়েং থয়নরকই পাম্বোম ঙান্নরকই অনীদো। লাক্লরিবা অনীদো বারে ঙমখৈ লৈতনা। চোকথরে মশাদো। ইপা খুন্নাকপা অমপায়ারসু বারে হমাং তারে। শাদৌ খোংলে বাবনা। কোক ঙাওরে মিৎ তম্দন পাইরে।

পূং অমরোম ফাজিল্লক্রে মখোয় অনীনা লাক্লরক্লিবা, ইন্নরিবা, কাওনরিবা থিন্নরিবা, থোন্নরিবা। মখোয় অনীমক হুমাং তপ তপ তানরে। খুল্লাকপা অমপায়ারসু লেপ্লদা খ্বাং নারে চ্যেনবদা খুকউ নারে। মরক মরক্তা কোয়চেন চেনবদু চপ লেপ্লগা অয়ো য়ো হায়দুনা মখ্বাং পায়লে।

নোংপোক চীংথে লাল্লুম্বা, অবাং পাখণ্ড য়ুরেনবা, য়েইময়াই তাউদন অঙানবা, কোরৌহনবা নোংথৌ শোরারেল য়াকাইরক্রে। তগুপ তরেং, ঙাঙ্ম্রনবা ফিজোল থোল শনরীক পরেংনা ঙক্তা ঙাহ্নোই।

কোরৌহনবা মায়থোঙ তঙাংঙি, তয়ালবু ঙমজে। খরা শাউরপ তৌবা ওংদানি। তম্বা অনীদুদা মিৎয়েং শাংখৈরকই। কোরৌহনবে অশাউবা মতৌ অদু উবদা নুংশা থিখি মিপাইথি তম্বা অনীদো। মখোয় অনী ফুনবা লাক্লবা খুৎলে য়াম্না থুজিল্লকই। উরু উরু লৈনৈ। পম পমদুনা মরেংবান্দা থাঙ্গৎনরকই। হায়গৎনৈ থাদনৈ, হায়গৎনৈ থাদনৈ দম-দম বোম-বোম । খোঙফম খর শোয়খিবদে ওম্থখি অনীদো লোকখাদা। আ লোকখাদা, চীংচপ্তা, গুরুংদা মশক উখিদে। ইপা খুল্লাকপনা য়েংথখি লোকখাদা মখোয় অনীনা ওম্থখিবা লোক মপাদা। কদায় য়ৌগ্রে অনীদো হায়। বাখল ঙমখে য়ৌদবা অনিদো। খুল্লাকপৈ মিৎনা উবা ফংখিদে মুরুম মুরুম শোনখি খুল্লাকপা শিরম্মনি অনীদো শোয়দনা শিরম্মনি। মখোয়গী মীশি অসিদি লমশি হায়বদু তারেকো। বাখল মপূং ফাদেকো, বাখল খাংতপ খল্লিকো মীশি মথোঙ হুক্তেকো।

খুল্লাকপনা হায়খি “অদুবুদি নরমচৎ অদুনা মীশি মথোঙ চাদবনি। মখা তানীংঙাই বাফম কৈসু লৈতে। ঐ চৎলে, তমলুগে খুল্লাকপীদা। অমতা চিংথদনা তমগে মখোয় অনীনা শান্নরম্বা লীলাসে।” হায়রগা মখোয় অনীনা ওম্থখিবা মপা অদুদা তীল অহমলক শিংথরম্লগা মফি তাখৎ মখুৎ অনী তীল থাক মথুল পোপ পোপ ফু, মনীং তেকথোক খৌশা খৌশাদুনা চোং চোং চৎখি খুল্লাকপাময়ুম মোংবা মরাল তমখি। ❑

# ঙাইরমগেকো ইডেন লৈকোলদা

নোংমদোন লাইরৈবাক্কুম ফজরবা লোইবী লোকমায় অমদা শাৎলি লৈকোল থম্না গুলাবলৈ। অঙাঙবা, অঙৌবা, নাপু, ঙাঙলৈনবা মুনা ঙাঙবা শিঙেল লৈচু শুনা হৌরি শাৎলি লৈরাং লৈখল শুরি। ইনুং চুপ্না লীক্লা ফুরবী শিঙেল লৈরাং গুলাবলৈ তগৎ তগৎ তেক হরাও মথোই কা মোমোন নোক ঙাইজরি মথংলেন খোইনীং নুংশিবা।

চেক্লা শৈশক তারক্লে, পোম্বী শাখপ তোয়রক্লনি। নীংজবা আশা থুংলনি মায়থোঙ মকা লাম্নরি লৈকোলগী গুলাবলৈ ময়ামদো। মখোয় মশেল অমগা অমগা জুরু জুরু তৌনরি, মুরুম মরুম শোম্নরি। চিবোন চিবোন ঙাঙনরি মালং শহম ফংবদা খঙোল হকচীক লাংবদা।

ফজখ্রে নুংশিখ্রে পাম্মুখ্রে মালেম লৈকোল নীংথিবী। মালেম লৈরাং নুংশিবী য়েংদুনতা লৈনীংঙি য়েংদুনতা । লৈকোল নঙবু উরগা ঐগী ব্রাখল লৈতাদরে। থম্মোয় ঈরাং হৌরক্লে পল্লেফম খঙদ্রে। ব্রাখলগী লংলা লংজীন মাঙখরে থিঙমদ্রে।

লৈকোলনুংদুই নোংপোক হারম পাঙবদা মতাইদি চিদাই খরা ওইরপ লৈরাং লৈশাৎ তমজরিবী থোংতা থোংপী তথোংপী নৌদ নৌবী তনৌবী ঙাঙদা ঙাঙবী ঙাংশঙ ঙাঙবী নাইতোম তাবী শকহেনবী শিঙেল লৈরাং গুলাবলৈ পুমবুম্না চফু শারক্লি। লৈরাং লৈকা চোইদরি লৈহী মপুং ফারি লৈকা চোল্লি।

খঙহৌদে উহৌদে পাইশিনখি নারোল্দা নাশোল পীক্লা খোইনীং অমা শকহেনবা। লৈরাং মকা তম্নদনা লঙনরুগে মতানি লৈহী পেন্না চুপলুরগে মওংনি। তোংলরে নৈররে চুপ্নরে ওংলরে। কয়াদা ব্রানা খাঙজখিবা শকহেনবী লৈরাং গুলাবলৈ। সুম্না কুমজা তরেং চুপ্না নুংশি চৈথেং খাঙলক্লবী গুলাবলৈ শাৎলি ঙাল্লি লৈতেংলি মালেম লৈকোলদো। কুমজা খুদিং য়েন্নীংথা কোরৌ খুদিং লৈশাৎ তম থৌগনজরি মালেম লৈকোল নীংথিবী।

নোংমা কোরৌ অমদা পাইরকখি চেক্লা খুনুখরং কৌবী অমা মালেম লৈকোল তম। পাইরে কোয়পাই কোয়পাই পাইরে। লয়না লয়না পাইরে লৈকোল থুং। লৈরাংগী লৈহী চুপচরম্বা পোম্বী চেক্লা মচা মচাদি খুনু খুরং শহুম ফংবদা কিবনা থক থক নীকখি। উনা মরুমদা লোৎনখি পাইনখি লৈকোলদে পাইথোক্লখি। লৈকোলগী লৈরাং মখৈসু হাইনা হুমনা ঙানা থেংনা খাঙনখি কিজবনা খুনুখরুং মহাক্তবু।

থোৎনা নৌবী তঙাংবী লৈরাং গুলাবলৈ মাগীদি চান্নরোই মথংলেন খোইনীং লৈরাংগী লৈয়োন, খোয়থুন্নবী শিঙেলগী লৈহীনা নুংশি লৈপুল ওইখিবনা নাম্বোকপসু নংহৌদ্রে পাইথোকপসু ঙমহৌদ্রে তাখরে খুনুখরুংগী খায়াৎতা। খুনুখরংদুনা পাইথরকই তাপ ফায় খোইনীংদো। তিংথোরকই মখোঙ ওইগী খুবাং। থৌরা তুন্না খুজিন্দো মচাতা থুমনা ফাওনা থিংজিনখি খৌনাও তিং খলদা খোইনীংগী। খোঞ্জেল থোকখিদ্রে নুংশি শৈশক লেপখরে চেক্লা অপিখক খোইনীংদো। চেন্দুনা পুখরে মালংদা খুনুখরুং কৌবী উচেকতুনা।

তমথীবী খুনুখরং কৌবী চেক্লানা মখোঙগী খুজিন্দা লেংদুনা পুখিবা শকহেনবা খোইনীংদো মুন্দুনা মশানৌ গুলাবলৈ মথাদে। পুরক্লে য়ৌরক্লে খোনাং অশোইবী পামেলদা তোংলরে। থম্লে খোংনাং অককপা মককথক থবাই মচেৎ য়াওরিবা খোইনীং মচা শকহেনবদো। খোইনীংগী শাগল তুফাং মচাদি অপিখক কনজরি ফদরৎ ফদরৎ লেঙবদি ঙমজদা পাইজনীং পাইবদি ঙমজদ। খুনুখরং অদুনা মখোঙ অনী চঙ ফাদুনা নেৎতুনা থম্লে শদোং শেৎপা হৌরে মচিন অথৌবনা চীক চীক মচেৎ মচেৎ ফৎ ফৎ চিং কুৎ কুৎ য়োৎখরে।

পাইরকখিদ্রে খোইনীংদা অমুক হন। শক্লখিদরে নুংশি ঈশৈ তাখিদরে খোইনীং খোঞ্জেন। তাখিদবনা নুংশি শৈরোল কংখরে লৈকোলগী লৈরাং খিবিক। মাঙখরে মুৎখরে মালেম লৈকোল। আ ওম্বোকপনিদা করি মতৌ কৌবগেনে তৌরিসিবো। চাকইদা, পাম্মুখ্রেদকো মালেম লৈকোল। শাহীং চাবী খুনুখরং তমথিবী মসিনা নঙগী পুল্লীগী অপেনবনিকো। অকনবনা অশোনববু তুহৎপা তাইবং হৌনশা খোঙচৎ ওইরবোই।

খুনুখরংদি শাহীং চাবনি হিংথৎ থৎপনি হিংচা চাবনি। মহাক্কীদি মনাৎনি মহৌশানি। শাহীং চাবা হিংচাবনা মচিঙ্গাক ওইজবা খোইনীং মচা অমবু ফাদুনা চাবদা থিংলগদবা কনানো তাইবংসিদা। চাজসনু মপূক থম্না চাসনু পেম্না চাজসনু। খোইনীং মচা অমা শিখিববু শিজসনু কনানা করিবু হায়জরনি। মালেমনি মালেম চিঙ্গাকনি চিঙ্গাক।

শকহেনবী গুলাবলৈনা তেংথারি থম্মোয় শোক্লা তেংথারি ——

ঐগী থম্মোয়গী পোম্বী। থবায় মিরেল মঙামক মিগা থানা তরূকমক নথবাই নঙগী লাম্নফম পুন্সী নঙগী শৈশক শৈরোইফম ওইরেদো সনাখোংনাং মককথক। নুংশি নঙবু ইনাক্তা থমজনীং লৈহীনা লৈকা চোন মালেম লৈকোন্দা লৈরাং লৈশাৎ তমলুবদি পাম্মুই থবাই মাঙনবা ওইরমলেদো। বারৌগনুকো ঐবু। নোংমদোন অতিয়া লাইরৈবাক য়েক্ল তিংখং লৈত লম, ইডেন লৈকোল মপুং য়াইদা শাৎলমগেকো নঙবু ঙাইদুনা। চেক্লা শাখপ তোয়রকউ পাইরকউ তোং লখো লৈকাদা লৈহী পেন্না চুপ্পখো।

মালেমদদি নঙগা ঐগা নুংশি নুংশি কায়নরেদো। ইথংলেন নঙবু নুংশিবা। মপোক লাঙেন অমদা ঊনথিসিকো। অমুক্তং। ঙাইরমগেকো ইডেন লৈকোন্দা। ❑

# অরাংবীদি হৌদোং লম্বোইবনি

প্রমোদিনী

তাং ২৬/৫/৯৮ ইং

মশু মবেন ফম্লি মাঙ্গোলদা ফক অমা থা। মশুনা মবেনদা খবর পাদুনা তাহল্লি। খণ্ডদবা করিগুম্বা য়াওরক্লবদি মবেনদা হংঙি। মবেননা তাকপীরি হিদাকফু চিংনা চিংনা প্রোক প্রোক।

মশু - অবোক ! অবোক !

মবেন - কৈনো ? অমুক কৌদ্রসু নঙগী খবরদু পারো তারসে।

মশু - অদুবুরাও খবরসিদা "অরাংবীদি হৌদোং লম্বোইবনি" হায়বা পাউ অমা য়াওরিয়ে। হৌদোংবু মীদৌনা লম্বোইবরাও? করি হায়রিনো অবোক মসিবো ঐ ভাব তাদেবো। খর তাকগীয়ুবা অবোক।

মবে - করি হায়রিনো হায়দু হান্না তাথোকখিসিদনা খরবদা ইরিদু পারগা।

মশু - লম্বোইবা হায়রগা করম্বা মীশকপু খঙনবগে? অদুগা হৌদোংসু মীগুম্না লম্বোইনবরা? অনীসিগী খেন্নবা লৈরদি হান্ন খর তাকপীখোও অবোক। য়াম খঙনীং তৌবনে অদুগা খবর পাসে।

মবে - ইশুনা খঙনীংঙি হায়রদি তাকসু ঙায়দনা। মীনা লম্বোইরদি ব্রহ্মাচারী ধর্ম্ম চৎকনি। ব্রহ্মাচারী হায়দি মীদু নুপা ওইরগনা নুপী থিদবা নুপী ওইরগনা ময়ুম পান্দবা। লাই নীংবা, কল্লক মিহৌবা য়াওদবা অপাম্বা লৈতবা মশাগী ওইজবা থিদবা মীওই ওইগদবনি। শা ঙা চাদবা, মনা মশীং, হবাই চেঙবাই শঙ্গোমনচিংবা থক চাদুনা হীংবা মীওই ওইগনি। অদুগা হৌদোং লম্বোইবা হায়রগনা মসিগী ওন্না তয়নবনি। কৈমতা তৌদবা শারদুনা মতু ইপোন পোন তুমিন্না কুন্দুনা লৈশনরগা তানজা ঙায় মীরৎ নারৎ য়েং মী খঙহন্দবা লোম্ন হুরান্দুনা ঙারুবাক হোগাইরগা ঙা চাথোকপা, শাঙ্গোম চফু থুগাইদুনা শঙ্গোম থক্তোকপা,

চফু উয়ান ইনথুদুনা চাক ইনশাং চাথোকপা লোইরগা তুমিন্না চাদবা শাদুনা কুন্দুনা লৈবা হায়রিবা হৌদোং অসি মানা লৈবা ইমুংদতা তৌবা নত্তনা লৈকায় থুংনা কোয়চৎ চৎ খুঙ্গং লান মচিঞ্জাক থিবা চৎলি। মখোয়সিবু লমহৌদোং নত্রগা হৌদোং লম্বোইবা হায়না খঙনৈ।

মশু - মী লম্বোইবগা হৌদোং লম্বোইবগসি য়াম খেন্নরি জাৎনিনা। খবরদা য়াওরিবা "অরাংবীদি হৌদোং লম্বোইবনি" হায়বসি পারগেকো অবোক।

মবে - পারো পারো।

মশু - ইনাক কৈরাক খুনবা দোলান্দা লৈবা কোৎচাও খিনবা নুপা অমখক লৈ। মচা পোক্তে। মাগী হৌদোং লম্বোইবা ৩৪/৫ রোম লোইরি। হৌদোংশিংদু মচিঞ্জাক অমতা মানা থাক্তে। মশা মশানা লৈকায় খুল্লক থুংনা চৎ চৎতুনা থিজে মচিঞ্জাক। মপুক থননা চারগা ময়ুমদা হেক হেক হনজিল্লকই। অবোক মখোয় ময়ামদু হনজিল্লকগা চীক্লরমলোইদ্রাও? হৌদোংদি চীক্লগল্লি।

মবে - করি চীক্লদনি। অদুক য়াম্বদুবো।

মশু - হৌদোং চীক্লরদি মী খৎনৈ হায়দায়নে অবোক চুমব্রাও?

মবে - চুম্মী। চীক্লরিসিদি। অমগা অমগা তিন্নবা য়াদদুনা কাপনরিবা, হাৎনরিবা, য়ুম মৈ থানরিবা পুন্নমকসে হৌদোং চীক্লবৈ ফল ঙাক্তনি।

মশু - খঙজরে অবোক। মখা পাথজরক্লগে। হৌদোং লম্বোইবা লমহৌদোং ময়ামদুনা লাক্লগা বেক্কতা থম্বা পৈশা মখৈ লোইনা চাথোকম্রে। বেক্কতা শেল অমতা লৈরমদ্রে। সরকারগী থবক তৌবা মীগী তলব পীনবা শেন্নীং লৈত্রে হায়দুনা তলব পীদবা থা ৩/৪ শুরে। শেল চাথোকপ্লিবা হৌদোং লম্বোইবা ময়ামগী মরক্তা অরাংবী অচৌবা অমা য়াউই। মানা চাবনা খ্বাইদে য়াম্না হেন্না চারম্মী।

অবোক হৌদোংবু পৈশা চাব্রাও?

মবে - কনানা খঙবনোদা। পংহায় হায়নবা হায়বা অদুনি। হৌদোংনবুদি শেল মচেৎ মচেৎ ফক্তুনা চায় হায়ব্রাও? প্রমাম্নে প্রমান।

মশু - অবোক! অবোক! য়াম নোক্লীংবা অমসু য়াওরে। পারকে।

মবে - করি য়াওরগে? লাই তীলগী বা য়াওব্রনে?

মশু - লাইগী বাদি য়াওদেয়ে। থম্বালগা খোইমুগগী বানে।

মবে - অদুদি পারকওদনা তারসি। থম্বালগা খোইমুগগী বাদি মহোয়দি কৈদৌনা হাপ্লীবা। অতে ঈ পাউ হাপনীংঙাই লৈত্রজাৎনা। শ্রীগোবিন্দগী চরনদা কৎকদবা থম্বালবু খবরদা কৎপা হৌনে হায়ব্রা? হৌজিক মতমগী নহারোলশিংসে মথোঙ হক্তেনে। পাথরক্রো করি হায়রিনো তারসি।

মশু - স্নাকোনুংদা তৌগদৌরিবা অচৌবা মিটিং অমদা মসল উৎলুনি, নুং থাঙ্গৎলুনি হায় চৎখিবা তম্বা শাফবা অমা লম্বীদা খোইমু ওল্লগা মিটিং মফমদা শাৎপা থম্বালদা তোংখ্রে। শাফবা অদু খ্বাইনা অওন অওন চাবা, ফন ফন হঙোই, কালা বাজার হায়না খঙনমাস্লে। হৌদোং লম্বোইবা লমহৌদোং ৩৪/৫ লোইবা নুপা অদুগী মনাও নুপানি হায়। হৌদোং অরাংবী লমহৌদোং অচৌবদো শাফবনা পুরক্তুনা ময়াম্বুং অহনদা খুদোল তম্বনি হায়। অরাংবী অসি মতৌ ইমান মান্দনা শারাক হৈবা মানা ইহেল হেল্লি হায়নৈ। মানা খ্বাইদৈ হেন্না শারাক হৈরিসি মনাও ইবুংঙো শাফবনা চহী ১০ চঙনা ট্রেইনীং পীরকমাস্লে। অদুনা অরাংবী শারাক হৈবনি শাফবৈ বিদ্যা শীজিন্নবনি।

মবে - হৌদোং লম্বোইবা লমহৌদোং ময়াম লোইরিবা নুপাদো নোংমদি মা দষা তাবা শোয়দে। হৌদোং ময়ামদুনা শাবুক ঙাবুকনিনা মচিঞ্জাক মুন্নরকপদৈ খৎনরক্লদি চীক্লরক্লদি মা লৈফম খঙলোই ময়ুমদু উজার মেলা শানিসে। মদুইদুম নুংশা থীবি ইবেনদি। মাইদমক ইবেন বাদবা ঙমদে। হৌদোং মশীং য়াম্বনিনা মানা খাম্বসু ঙমলোইদো।

মশু - মাইদমক অবোক্ল কৈগী বাবীরিবা ? মাগা অবোক্কবু করি থোক্লবগে?

মবে - কৈসু থোক্লদে। অদুদা হৌদোং লম্বোইবা ময়াম্না শেল মখৈ চাথোকখিদুনা তলব পীনীংঙাই শেল লৈত্রে। তলব ফংনদ্রে মীয়াম প্রজা বানরে হায়বমা নঙনা পাখিবদা য়াওবদাইনে।

মশু - য়াওখি, য়াওখি, পাখিবনি।

মবে - অদুনিদনা চীক্লরক্লবদি খৎনরক্লবদি ঐখোয়সু ৱাদৌরিবা। নঙগী খবরদুবু পাবা লোইরব্রাও? করি করি য়াওরি তাবা য়াবা।

মগু - অমুক্তা মুন্না য়েংঙকখিগে। য়াওবে য়াওবে অমসু য়াওরম্মে। য়াম নুংঙাইদৌ মান্নে। পারক্লগে তারো।

পাউগী মমিং "থাঙ্গোল, থম্বাল অমসুং খোইমু।" গুসাইগীদুনা "অরাংবীদি হৌদোং লম্বোইবনি"। মমিংশিসিদি শেথলিহে।

থম্বালদি লৈরাং থম্বালদি লাইজা ঈসিংদা শাৎপনে। চীংদা লাইজা পাৎ পুখ্রি লৈতে। লৈকংদা, লৈতোংদা, চীংদোংদা লৈরাং থম্বাল থাগনি পায়মা নুংদা খন্নুবা শিঙেল অরেম্বা ওইরে লৈরাং অতিঙা তারে। কবু কৈওইবা ননীং নমাং হেলো ওইরে হেত্রোং হোরে। হেলো হেত্রোং হে থম্বালদি লাইজা ঈশিং অতুংবা মফমদতা শাৎপনে।

চীংমী চনুরা খ্বাংজেৎ মচি লাং, কোকশেৎ তন্না শেৎ, য়োৎলেন খুৎতা পায় য়োৎলৈগী নোংথাংশা, মালেম লৈকল তোইরদনা, থবাই ফৌবু হুন্নেদো। ফৌবু থারেদো, থাকলৌ পামলৌ উরেদো। পান্দোং শন্নেফ ফারে, শাংবা লেপতন্নে। মপুং ফারে, মহয় য়াম্নে চরোং চুম্নে, মহয় মুম্নে ফৌ মুম্নে লৌখাও মতমবু য়ৌরে। থাঙ্গোল ময়া থৌনা থাংখরে। খাওরে সনা ফৌ। চোম্নে ফৌকে থম্নে ফৌকে।

অবোক ময়ামসিবু করি হায়রিনো?

মবে - মদুগী ঈ পাউদুদি নহোয় অঙাং ওইরিবনিনা হৌজিক্তি ভাব তাখিরোই। লৈঙাকলোনগী বা ফুমদুনা ফুমদুনা নাথেদুনা হায়রিবনিনে। হয়েং চাউরক্লগা মরাইনা ভাব তাজরকনি।

মগু - অবোক্তি লাইরিকসু হৈতনা করন্না লৈঙাকলোনগী মরমদা খণ্ডিবা?

মবে - চরোদহে। লাইরিক হৈত্রসু নবেন্না লাইশু খণ্ডবদি নহোয় পুন্নমক্তে হেন্নিবনিনে। লাইরিক ময়েক চত্তে হায়বতনি। লাইরিক ময়েক চৎত্রবসু থোংনরকরপদে উরকপদে, তারকপদে খণ্ডলকপনে। মসিবু লাইশু খণ্ডবা কৌই। লাইরিক হৈরসু লাইশু খণ্ডবা হায়নরিদো তাদ্রাও। ইবেনহোয়দি লাইশুদি খণ্ডগ্রজাংনিদা।

মগু - অবোক গুসিগীদি খবর পাবসে শাইদা সুম লোইশিন্নসিকো। অতৈদি থোইনা য়াওদ্রে। য়াওরিবা হায়বু সার্টিফিকেট ভাহৌরে, মনি বেগ

তাহৌরে, যনবোই মপী-মচা লৈরে, মী অশিবা অমা তুরেন্দা তাউথরক্লে, কাপ্পবদা ৫ শিরে ৭ শোক্লে, হাৎনরে, থাওনা য়াল্লমলে, মপুরোইবা লৈবা মচা ২ চেনবা নুপী ১ অতোপ্পা নীপা ১দা ক্লবনা কন্যা কৎপিরে, পৈশা লাকখ্রে, লেশাবী ছাত্রী অমা স্কুল কুপ্পকপদা চিংখ্রে। কেসেট ফোওজরি, শ্রাদ্ধগী বার্ত্তোন কৎচরি অসিনচিংবতা মওাইরে। ঈ পাউ অতৈদি থোইনা য়াওদ্রে। শ্রীশ্রীগৌরচন্দ্রায় নম, লৈকৎ লৈহুল হায়রিবা ২ সিমসু তত্তনা য়াওরি।

মবে - খওদ্রেদা হৌজিক কালসে যুগ অমা ওইরেনে তাহৈদবা ঙাক তারে উহৈদবা ঙাক উরে। কদোম থোক্লদৌরিনো খওদ্রে। চৎলো চৎলো লাইরিক অমুক ঔরাইক্লরো। ❑

# মানস সরোবরদা কোঙগ্রেং

প্রমোদিনী

তাং ৩০/৫/৯৮

মানস সরোবর খা নোংপোক এসিয়াগী লমদমদা লৈবা খ্বাইদৈ চাউবা পাৎনি। পাৎ অসিগী পাক চাউবা ঙমখৈদি মিৎনা তাম্বা লম ফাওবনি। মসি শীংথানবা য়াবা য়েংবা য়াবা ফজবা পাৎ ওইনবা মানস কৌবা পূকচেল চাউরবা নুপা অমনা শেমগৎলম্বনি। পাৎ অসি শেমগৎপদা মাগী লৈজবা পুন্নমক লোইনা কৎথোকলম্মী। শেমগৎ শাগৎপদা মশামক নোম-লিকপা য়াওনা হোৎনরম্মী। মাগী মিংগী মিংথাং লৌদুনা "মানস সরোবর " নত্রগা "মানস পাৎ" হায়না খঙনখি।

পাৎ অসে ফজে হায়বা তাবা কুইরে। য়েংনীংবনি। অদুবু চৎনবৈ খুদোং চাবদো ইফং ফংদনা লৈরকই। ঐনা ইশাগী চহী ২৯ হায়রকপদা আইএগী ফাইনেল পরীক্ষা পী। পরীক্ষা হেক লোইবগা ইমান্নবা মখৈদি হোস্টেল থাদোক্লুনা ময়ুম ময়ুমদা চৎনখ্রে। লৈহৌরিবা হায়বু ঐখোয় অহুম খক্তা মঙাইরে। ঐখোয় অহুম্না লৈহৌরিবগী মরমদি মানস পাৎ য়েংলুনবৈনি। ঐখোয় অহুম অমুক্কী পুং ১০½ তাবে অদুবাইদা খোঙশাল্লি মানস পাৎ তম। নোংমা অমগা মখাইরোম চঙঙি মানস পাৎ য়ৌবদা। ঐখোয় রেল গাড়ীনা চৎপনি।

মানস সরোবর য়ৌরে। ফজখ্রে পাৎ অদো। ঈশিংনা থরোই মহীগুম লুই। ঈশিংগী ঈমায়থক্তা য়েংলগা মখাগী লৈমায়গী লৈপাক উবা ফংঙি। অদুক্কী মতীক লুই ঈশিং অদো। মথল খুদিংগী হি লৈ। ভারা পীরগা বায়দুনা তোংবা য়াই। পাৎ অদুবু য়েংবা লাকপশিংনা বাইদুনা তোংনবা থম্বা মাল্লি। ঐখোয়সু হি অমা বায়দুনা পাৎ য়েংবা চৎল্লি। অঙকপদি পাৎ অদো কোঙগ্রেংনা থন্না লৈ। ঈশিং মনুংদা য়েংথবদা মক্রক মক্রক অতোং অকুৎ নাইনা লৈবা উই। ঈশিং মনুং-দবু কয়িনো হায়না মুন্না য়েংবদা উরকই কোঙগ্রেংনা খুরক হাঙদনা লৈবা। পাৎ

অদুদা কোঙগ্রেং নত্তনা থরোইগী জাৎ অমতা লৈতে। লবুকথরোই ফাওবা লৈতে। মদুদা ঐখোয় খরা গুক্লা থোকই।

পাৎ অদো থুংনা কোয়বদি ঐখোয় ঙমলক্তে। মতেক খরতনি ঐখোয়না চৎলকপা। পাৎ অদো নাপী মকা অমতা তাদে। থৌইদোকপা মনা মশীং নাপী সিংবী হৌদে। পূমলঙ লংঙি পূমলু লুই। পাৎকী অকোয়বদা পাৎপান্দা য়োৎকি বেঞ্চ পরেং পরেং থাদুনা লৈ অরাকপা মীসিংগী ফন্নবা। মসিনী চহী ৫০ রোমগী মমাঙগী মানস পাৎকি দৃষ্যা।

মানস পাৎ য়েংবা লোইরবদা ঐখোয় অহুমক য়ুম য়ুমদা হন্নরে। স্টেসন্দা বিদায় পীনরমদুনা। রেলগী থোঙনাওদা য়েংলি উরি মানস পাৎকি নীংথিবা ফজবদো মিৎতা শং শংনা উরি। লেপ্পা লৈতনা চেল্লিবা রেলগাড়ীনা ঐবু পুদুনা চৎলি। পূক্নিংনা মানস পাৎকি পাৎপান্দা।

চহী কয়া হৌখ্রে। নোংমতবু নীংশিংলুদে। লাঙতক্লনা ঙাইঙমদনা নংহৌররোই মতাগুম চ্যেন্দুনা য়ৌলুবদো মানস পাৎ। খঙহৌদনা নোংমদি নীংসিংলকই পাৎ অদুবু। মিৎতা উরকই পাৎকি ফজরবা দৃষ্যাশিং মথং মথং। চৎনীংখি মফমদুদা অমুকহন মানস পাৎ য়েংবা।

তানজা অমা লাকখি কন্যাকুমারী, রামেশ্বরম, টিরুপতি চৎপৈ। কন্যা কুমারীগী ফজবা দশ্য য়েংলকই। কোরৌহনবা নুমিৎনা সমুদ্র ঈমায়দৈ খজিক খজিক লিংখৎলকপা নুমিদাংবাইরমদা সমুদ্র ঈমায়থক্তুদা অমুক লুপখিবা। কয়াদা পূক্নীং হূনগাই ওইখ্রবা দৃশ্যনো? কন্যাকুমারীগী অকোয়বদা লৈরিবা ঈশিং ঈপাক ময়ামদু উরুবদৈ অমুক্কা হেল্লকই মানস পাৎ উনীংবা য়েংনীংবদো। রামেশ্বরম টিরুপতি লাইফম অনীদু য়ৌথোকলুরগা লাক্লে মানস পাৎতম।

য়ৌরে মানস পাৎ। ঙকপদা থেংখরে পাৎকি শক্তম পুমহোং হোংলল্লে। থরোই মহীগুম লুরম্বা লাইজনা কদায়দা চৎখ্রবা? ঈপাক থক্কী ঈমায়দো হৌরকপা ইপোমগা লোয়ননা ঙা জাৎ কয়ানা হরাওনা শান্নজবদো অমতা উবা ফংদ্রে। পুন্নমক অদুই মহৎতা থন্না, থম্বাল, থমজেৎনা কৃক কৃক ইম্ননা লৈবা পাৎ ওইরল্লে। লাইজ ঈশিং ঈরীক অমফাও উবা ফংখিদ্রে।

চহী ৫০ মনুংদা কয়াদা থীনা হোংলমখ্রবা? অঙকপনিকো অহোংবা নাইবা মালেম তাইবংপান অসে। ঐবু লমজীং লমতাকপীরিবা নুপা অদুদা ঐনা য়াম্না কুপ্পনা মুন্না হংজে। করিদৈ কমদৌনা মানস পাৎকী শক্তম অসুক থীনা হোংখ্রিবনো? করম্না কনানা হোংহনখ্রিবনো?

নুপা অদুনা মথং মথং লীথরকই

পাৎ অসিবু ময়ামগী য়েংনফম ওইবা য়ানবা শেমগৎ শাগৎলম্বা অহল অমা লৈরম্মী। মহাক হৌজিক্তি শিখ্রে। মহাক লৈখিদ্রবা মতুংদৈ পাৎ অসিগী শক্তম হোংখ্রিবনি। শিখিবা মতুং চহী৪/৫ দি থোইদোকপা অহোংবা লৈরমদে। অদুগী মতুংদগীদি খণ্ডহৌদে অঙকপা ফংনা হোংলকখি। কদায়দগীনো য়েংবা লাকপনি খণ্ডদে কোঙগ্রেং খুনবা লাকপনি খণ্ডদে মী জাৎ জাৎ পংলাক্তা লাকই। খুৎলায় জাৎ জাৎ পুরক্তুনা ঙা ফায়, কেঙগ্রেং খোল্লি। পেক্লগা বোরা থন্না থন্না হাপতুনা গাড়ীদা পুখি। করিবু তৌনদৌরিনো কদায়দা পুরিবনো কনামতা খণ্ডনদে। হোল্লিবদু অমনা অমবু উখিনি খণ্ডখিনি মতানি লোম্না লোম্না তৌনৈ। কুইদে চহীমুক্কী মনুংদা কোঙগ্রেং উরক্তে। কোঙগ্রেং লোইশিন্নক্রে। কোঙগ্রেংনা লৈপাক উরমদবা পাৎ লৈপাক উরক্রে।

নোংমা অয়ুক অমা নুপা অমা লাকখি। মহাক্না পাৎকি অকোয়বদা চৎলগা কোয়েং য়েংঙি। থাম্না চারা ৪/৫ সু মখুৎতা পায়। ঙহাক ফমদুনা লৈ পাৎপান্দা। মহাক্কীদু বাখল খনবা মাল্লি। ঙহাক ফম্নম্নগা মফি মরোল লৌথোক্তুনা পাৎকি ঈশিংদা চোংথখি। ইরূপতুনা চৎখ্রগা পাৎয়ায়দা ফাওগৎলকই। ঈয়ায়দুদা থাম্না পাম্বী চারা অমা থারম্মী। ময়ায়দগী খর খর চৎথোক্লগা মায়কৈ মরীদা অমম থারম্মী। থম্বাল পাম্বীসিং অদু থাবা লোইরগা শেংনা ইরু মায়থজথোক্লগা মফি শেৎচিন্নগা চৎখি। হন্না মক্তা য়েংলমদে। কনাদসু করিগুম্বা বাহয় অমতা হায়রমদে। তুমিন্না অদুম চৎখি। হৌজিক ফাওবদা নুপা অদুমসু ঐখোয়দা অঙকপা অমা ওইদুনা লৈরি। মহাক্তো কনানো হায়বদু ঐখোয় খণ্ডদে।

চহী অমা অনী লৈরবা মতুংদগীদি পাৎ অসে থম্বালনা পূমথল থল থন্না খেঞোংনা শংত্রিক শং লৈরাং মপালনা পূমঙাও ঙাও পূমঙৌ ঙৌ শাৎখরে মানস পাৎ। লৈরাং থম্বালগী লৈনম্না পাৎ অমসুং পাৎকি অকোয়বা শীন থুংনা নমখ্রে। মলয়া নুংশিৎনা হুমদুনা হুমদুনা নুংশিরবা লৈনম য়েল্লি মীপূম থুংনা। হৌজিক্তি পাৎ অসে থম্বাল পাৎ ওনখ্রে। কোঙগ্রেং হায়বা তোকখিদুনা থম্বাল পাৎ হায়নখ্রে। অঙকপনি মতমগী য়াওল মতমগী খোঙজেল। মতম মহাক্না পুরকপা অহোংবা।

ঐনা হংঙি কোঙগ্রেংদি অমফাও লৈখিদ্রবরা?

লমজীংবনা খুমলকই-লৈরায়দা করিদা অমা অনী নপতুনা তাদুনা লৈরমগাদ্রা? ইউবু উখিদ্রেদা। মকু মরাং খরদি তাদুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মদুসু অহাম্বা ভাক ওইরমাল্লে।

অসুম্না ৱারী শার শারদুনা লমজীংবা অদুগা লোয়নদুনা পাৎকি অকোয়বা পাৎপান্দা চৎলি ঐখোয় অনী। কোঙগ্রেং অচঙবা থির থিরদুনা। মানস পাৎনা শক্তম হোংলম্লিবা অদু উরগা থাইনগী কেগে মোইরাং লৈবাক্কী ৱারী অমা নীংশিংলকই। অদুঙৈ সোইরাংনিংথৌ পোংলেনহনবৈ স্না হাক্তক্তনি লোইরাং তুরেলুগী ঈমায়থক্তা হৈনি লৈনি মশক খঙদবা অমা তাউথরকই তুরেলগী ঈচেল ঈরোয়ননা। মদু লোক্লগা মোইরাং লাইখু পাৎতা থাহনখি। চহী ওল্লবা মতুংদা ইঙা কুমদমলক ইঙেল কুমখাইরকপা মতমদা নিংথৌনা হাকুম মমাঙথাদা থাখিবা পাম্বীদু হৌরিব্রা হৌদ্রবরা য়েংঙুচো হায়দুনা মনাইশিং থাখি। নিংথৌ মনাইশিংনা য়েংলুবদা কেগে মনুং নুংজেং পাৎ কেগে লাইখু পাৎতা মনানা ইশং শং লৈরাং মপান্না ইঙাঙ ঙাঙ শাৎলমলেনে। করি ওইবৈ মফজনো করি ওইঙৈ মনীংথিনো।

মোইরাং নিংথৌ মনাইশিংনা উখিবা অদুগুম্না ঐসু উরে মানস পাৎ লৈরাং থম্বালতনা পুমথল থল। খেন্নবা হায়ববু লোক্তাক্কী লাইখু পাৎতা শাৎলম্বা থম্বালনা অঙাঙবা ঙাক্তা। মানস পাৎতা শাৎপা থম্বালনা অঙাঙবা অঙৌবা য়াম্নবা শাৎপা মতুপ মতুপ। খেন্নবা হায়বু মসিতনি।

মফমদুদা ঐহাক নুমিৎ ৭/৮ নি ফাইদুনা লৈরে। মানস পাৎকি মরমদা খর হেন্না কুপনা থিজিন্নীংবদে খঙনীংবদে। পাৎকি অকোয়বদা তারিবা খুনজাশিং খর উনরে। মখোয়দৈ খঙবা ঙমখি মদুদি পাৎ অদুবু মশামক্কীনি খন্না শেমগৎচরম্বা অহল অদু শিগ্রে। মানা পামজরম্বা মওং অদু হৌজিক্তি ওইদ্রে। অদুনা থম্বাল হৌহনবা শাৎহনবনা হেন্না ফরে হায়বসি অকোয়বদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীওইশিংগী অপাম্বনি। মখোয়দি পাৎ অদুগী মমিংফাও থম্বাল পাৎ হায়না থোনবনা হেন্না পান্নবনি। থোনসু থোল্লবনি।

কোঙগ্রেং হায়বা থরোইসি মীনা চানবা থরোইনি। মশা চাউদবনিনা মতোংদি য়ান্না য়াওদে। মকুদা থাদুনা চাউনা উবনি। থরোইসিবু চাবা মীসু লৈ চাদবা মীসু য়াউই। থম্বাল পাম্বীগী কান্নবনা কোঙগ্রেংদৈ হেল্লি। জগবন্দুগী কাং চিংবা মতমদা ক্ষেত্রি হাপনবা চাকলুকলা ওইনা শীজিন্নৈ। থন্নাদা হাপ্না খেচরিদি মনম নুংশি। শ্রাদ্ধনচিংবদসু থন্নানা অচাপোৎ য়োম্নৈ। লফুলাদৈ উইবা থন্নানা হেল্লি। লফুলানা শেগায়গল্লি পোৎয়োম্বদা খুদোং কয়া চাদে। থন্না খেনজোংনা নৌরিঙৈ মনা কোল্লিঙৈ মোরোক অমেৎপগা কোৎতুনা চানৈ। থম্বালনা লৈরাং ওইনা শাৎলিঙৈ মতমদা লাইদা কৎনৈ। লৈখোক্তা শাৎতুনা লৈরসু য়েংবদা নুংঙাই মিৎ পেল্লি। জগবন্ধুগী কাংদসু থেৎনৈ। লৈরাং থম্বালনা লৈমন চল্লগা লৈনা কেনখি।

লৈনা কেনখ্রগা মহয় য়াল্লকই থমজেৎ ওইরকই। থমজেৎ মরু অঙাংশিংনা য়াম পাম্না চানৈ অহলসু চায়। থমজেৎ মরু অচারনচিংবদসু হাপনৈ। নিংথম থাদা থম্বাল পাম্বী থমনা কংথ্রবসু মরু থম্বৌ লৈনুংদা তাদুনা লৈহৌই। লৈনুংদে থম্বৌ তাল্লগা য়াম হাওনা হাওনা চানৈ। মথেল কয়াসু শেম্বা য়াই। লৈশাবী মৌনহা মচাশিংগী শিংজুগী পান্নরবা মচল অমা ওইরি। থম্বৌদগী অঙাংশিংনা পান্নরবা হৈঙান শেম্বা য়াই।

কান্নরবা হাওরবা চিঞ্জাক ময়াম অসি থেংনবদে থম্বাল পাম্বীবু খ্বাই খুদিংনা পান্নরকপনি।

ঐনা হনগদবা নোংমা বাথলিঙৈদা ঐগী লমজীং লমতাকপা নুপা অদুগা ঐগা অরোইবা ওইনা মানস পাৎ য়েংবা চৎলি। ঐখোয় অনীনা মানস পাৎ অসিদা কোঙগ্রেং অমতা লৈত্রবরা হায়দুনা লৈরায় হোৎ হোৎতুনা থি য়েংঙি। থেংনদে কোঙগ্রেং অমতা ফংদে। মমৈ থংদা পাৎ থুংনা থিরবা মতুং উচিন নাচিম্না লৈক্রক শাংলপ তৌবা অমা থেংনৈ। লৈক্রক অদু হোগাইদুনা য়েংবদা কোঙগ্রেং ১৩ খক লৈরম্বা থেংনখি। কোঙগ্রেং ১৩ অদু অমমমতা ওইনা চপ চপতুনা লৌথোকই ঐখোয় অনী চঙ। ইকোন কোনবদা লৌথোকপা অদুদি অতৈ অদুদৈ চাউবসু হেল্লি মচুসু ঙৌরুনৈ। অতৈগা মান্নদে।

ঐনা হায় মসিমদি বিলাটি কোঙগ্রেং হায়দুরা?

লমজীংবনা খুম্মকই- নত্তে বিলাটি কোঙগ্রেং হায়বা থরোই লৈতে। মসিদি হয়িংখোইগী "কুইনবী" হায়বদুগুম জাৎনি। থরোই অসি অমোমনি। হয়িংখোইগী কুইন-বীনা মরুম কোক্রগা লৌমী, শীম্মী সিফাইনচিংবা শেমগৎতুনা চিঞ্জাক পৈহনগুম, মহুম ঙাক শেলহবগুম কোঙগ্রেংগীসু শেমগৎকে হায়না প্লান তৌবা মাল্লি। মদুগীদমক কোঙগ্রেং মপী অচৌবসি য়াওহনবনি।

চুম তায়ে। মানস পাৎসে থম্বাল পাৎ ওইহল্লোই কোঙেং পাৎ ওইহনগে। থম্বাল মাঙহনখিগে সিনিনে কোঙগ্রেংগী প্লানসে।

মাম্নি মাম্নি মদুমকনি।

মদু ঙমগনি হায়বা ঐ থাজবা ঙমদে।

করিগী?

করিগী হায়বু থম্বাল লৈখোক্তা তিংখং পাল্লিদো কোঙগ্রেংনা শোকপা য়ারোই। অদুগা লৈনুংদা থম্বালগী মরু থম্বৌ তারিদো। কোঙগ্রেংনা থম্বৌ

তাঙ্খোকসু ওম্মোই। মরূদৈ হায়বদি থম্বৌদৈ থম্বাল হেক্তা চোংখৎলক্কনি হায়জরিবা অদুনা থম্বালবু পাক হাৎতোকপা ওইথোক্কে। ওম্মোইদা কান্নরোইদা।

ওমগদবা অমদি লৈরিদে।

করিনিনা?

ন্যুক্লিয়ায় বোম থাদরদি থম্বৌ মরু ফুকনা মাঙহনবা উৎ ওলহনবা য়াগনি হায়বা। অদু নত্তনা উপায় অতৈদি লৈত্রে।

ন্যুক্লিয়ার বোম হায়রক্লদি সোয়দনা ইউ এন ও য়ৌরনি। ঐখোয়গী মাথা মচাসিনা ইউ এন ও য়ৌনা খন্নবা ওমপোৎ নত্তেদা। কান্নদেসে লৌইশিন তেনশিল্লসি। কোঙগ্রেং ১৩ সে মহোয়না লৈরম্বা লৈত্রক অসিদা অমুক হন্না হাপচিল্লম্মসি। মহোয় কে কু লোৎপী শান্নদুনা লৈহৌরসনু। ❑

# লাল্লক্তা ফিজেৎকি ফাইটিং

(জর্জ বাশিংটন-মপা, ইলজাবেট-মমা, জোনসন-মচা নুপা, হেলেনা মচানুপী। মপা মচা মখোয় মরী ফিজেৎকী মরমদা মরৈ য়েৎনরি। বাশিংটন্না বাতেমলি)

মমা - জোন! কৈদৌরে? নঙনা ফি ফি কামদুনা চণ্ডকইবো?

জোন - খণ্ডদে খণ্ডদে। হায়দে হায়নি হায়বিরিসিনি।

মমা - অদুবু কৈদৌরগে হায়মি? মাসিনা ঙসি তৌরিসিবু কৈনোনে ?

জোন - হয়েংদৈ ঐখোয় হেলেনাসে লাইরিক তম্বা কাবদা ফনেক শেৎলগা কাহল্লুকো। ফনেক শেৎ কাউ য়াদ্রগনা লাইরিক তম্বা তোকহল্লো।

মমা - কৈদৌরগেনে? নঙ ঐনা হেলেনাবু লাইরিক তম্বা তোকহনবা য়াই হায়ব্রাও?

জো - কৈদৌবা হায়বু মমাম্বা লোইনা ফনেক শেৎতুনা কানরে। অদুনা মাসু শেৎকদবা ঐখোয়গী অইদেন্টিটি ঙাক্লবা ঐখোয়গী চৎনরম্বা ফিজেৎ চাকচা অদু ঙাক্লা চৎকদবা। নোংচুপলোমগী মতৌ তম্বসি ফত্রে। নুপীনা খোঙগ্রাও অনক্লী শেৎপা য়েংবো নুংঙাইতে মিৎ নাই। মেকসি, মেডি, ফ্রোক, স্কার্টসু অদুমঙাই। হায়রিবা ফিজেৎশিং অসে ঐখোয়গী চৎনরম্বা ফিজেৎ অমতা নত্তে তোক্লসি হায়বনি। মীগী মতৌ তম্বা তোক্লসি হায়রিবা।

মমা - ফনেক শেৎতুনা কাগদবনি হায়রিসিবু কনানা হায়রিনো? ওজাশিংনা হায়ব্রা নত্রগনা কনানা হায়রিবা?

জো - ওজাশিংনা হায়বা নত্তে। স্টুদেন্টস ইউনিয়ন্না হায়বনি।

মমা - ছাত্রশিংবুদি কৈমতা হায়দব্রা? ফৈজোম অহনবা লৈরগা শেগায়দুনা খোং দাই তাইরগা মদু শেৎতুনা কারকউ হায়দ্রি করিগীনো? ছাত্রশিংবুসু ছাত্রীশিংবুসু চপ মান্নবা হায়ফম থোকই। মদুনা মৈতৈ ঐখোয়বু মপুং

ফানা শক তাক্লবা মরম অচুম্বা ওইগনি।

জো - নুপাগীদি কৈসু কায়দোয়। খোঙগ্রাও শেৎলসু য়াইয়ে।

মমা - য়াদে। নুপীদতা হায়বা য়াদে। নুপাদসু হায়গদবনি।

জো - নত্তে ইমানা মচানুপী শোক য়াদ্রিসিবু করিগীনো? করিগী শাওরিনো? করিগী শাউরিনো হায়বা।

মমা - শাউদে শাউদে। ইমা কৈমতা শাউজদে। নহোয়সু লাইরিক তম্বদো ইং রেজী তম্মুরনু তোকথোকলে। মীগী মরোল তম্বা হৌনদে। ইংরোজীদি নোংচুপ লমগী মরোলনে। ঐখোয়গী থায়নগী চৎনরম্বা মৈতৈ ময়েক তশেংবা মৈতৈ ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা ললনে। ঐখোয়গী লন মাঙহনবা চুমদে। মৈতৈ লোন্দা মৈতৈ ময়েক্তা মহৈ তম্বনা ফত্রাও? অদুগা নঙসু নশমদো ধাকা কক্লনু কেলি কোদোম মপান মান্না ককলো। য়ারগনা ননা অনীদো নাইন অমমম য়ানশিল্লু। খোঙউপনা তয়ারগী খুগ্রাংলা নত্রে হায়রগা উগী খুরুমলা। করিনো অমা তোংঙু। অদুগা লাইরিক তম্বা চৎলু। মদুম তৌরবদি ফিজেৎতা শেল তিংলরোই। ঐখোয়গী ইপা ইপু পরম পরাদে চৎনরকপা নাৎসু কায়দ্রেদনা।

জো - ইমানা চৎনবা য়ারোইদবা বা ঙাক্তা ঙাঙলিসিবু কৈগীনো? নচানুপীগী শোকলুবগীনিনে হাঃ হাকন চঙবা হেনমল্লিকো।

মমা - নত্তে নত্তে হাকন চঙবা নত্তে। ঐখোয়গী হান্নদৈ চৎনরম্লবা নাৎ অমদি সংস্কৃতি ঙাল্লা চৎসি হায়বতনি। অদো নচন্না ফনেক শেৎপা তারবদি নচনগী লৈরিবা খোঙগ্রাও, মেকসি, মেডি, স্কার্ট ময়ামসি শিজীন্নদনা লৈবা তারেদো। শেৎনা চানদবা ফিরোল ময়ামসি য়োনবসু শিৎলোই শেগায়রগা মৈ থাদোকখিসি হায়ব্রাও?

জো - হেলেনাগীবু খোঙগ্রাও, মেডি, স্কার্ট অতৈ অতৈ ফিরোল শিজিন্নরবোইদবা কয়া য়ান্না লৈবগে।

মমা - নঙ পাবুংনা হন্দক দিল্লী চৎলুবা অদুদা নঙগী খোঙগ্রাও, জীন, জেকেট, ফুরিৎ জাৎ জাৎ, মমল য়াম্না য়াম্লবা খোঙউপকা লৈবিরকইদনা।

জো - লৈরকই লৈরকই।

মমা - নঙগী অদুগা মশীং চপ মান্ননা নচনগীসু লৈরকপনি।

জো - অদুদি য়াম্মীনা। মাঙহনবদি পাম্মুইবো শীজিন্নদনা থম্বে মহৎতা য়ুমদা লৈবদা ইমুং মনুংদা শেৎ চাবা তারেদনা। অদুম তৌরবদি ফিরোল ময়ামদু অরেম্বদা মাঙদ্রেদনা।

মমা - নঙগীসু নচম্না শীজিন্নবগুম্না শীজিন্নবা তারেদনা। নখোয় নচিন নপুবাতা লৈবা ইমুংসিদা মান্নদবদি ফত্তে হায়বা।

জো - কৈনো ইমানা হায়রিসিবো? কংয়েৎ হেক য়েৎলদনা। খোঙউপ লীশীং অনী পীবা অসে তোংলগা, জীন ফজবসে শেৎলগা লমজাওদা চৎকদবনে। য়ুমদা শেৎকদবা ফি নত্তে য়ুমদা তোংগদবা খোঙউপ নত্তেয়ে। ইমাসু ভাব খরা তাবিয়ুনা করিনো ।

মমা - ঐদো ভাব য়াম্না তাবা নমানে। ইমা জ্ঞান মাঙদে। নচনসু নঙনা পামলিবা অদুম্না পামলিবনে। অম্মানে অম্মা। নচনসু মীগী মমাঙদা শোরোক লমজাও চৎপদা শেৎ চাবা পাল্লিবনে।

জো - ইমানা নচা নিঙোলবু নুংশিবসে খল অমা কায়রেকো।

মমা - খল কৈমতা কায়দো। নঙবুসু নচনবুসু চপ মান্ননা খল্লিবনে নুংশিরিবনে। নঙনা তৌবগুম মাসু তৌফম থোকই অসিতনি ঐনা হায়বদি। নিঙোল পিবা খেন্নবে বাফম ঐঙোন্দা লৈতে।

জো - কান্নদেসে ইমা। ইমাগা ঐগতা সুম য়েৎনদুনা লৈরদি চৎনবা য়াবা ফল অমতা তাবা ঙম্নরোই। ফিজেৎ চাকশেৎ, ওল্লক্রিবা য়াওল, হোংলক্রিবা মওং, চাউখৎলক্রিবা সমাজ হায়বসিগী মরমদা দিবেট অমা তৌরসি। ইমানে, ঐনে, হেলেনানে ঐখোয় অহম্না বা ঙাংলসি। মানা মানা পাম্বদু হায়নরসি। মদুগী বাতেম্বনা পাবুং ওইহল্লসি। বাতেম্বীয়ু হায়বদা পাবুংবু য়ারকদ্রা?

মমা - করি য়াদনি। য়ানি য়ানি। শোয়দনা য়ারকনি।

জো - অদুদি ইমানা পাবুংদা খর হায়বিরো।

থবক খর শংবা নোংমাইজীং অমা খল্লে। ডিবেট তৌনগদৌরিবা নোংমাইজীং অসি চাক ঙস্তা চাথোক্লগা মপা মচা মখোয় মরী ফমফম কাদা ফমদুনা ডিবেট হৌনবা শেম শাবা লোইরে। ইলিজাবেটতি পানা বা হাপ্পা শেঙ্গাদু মমাঙদা থারগা বা চপ চপ শায়দুনা ফম্মী। চহীগী মতুং ইন্না বা ঙাঙবা হৌই। ইহান হানবদা

হেলেনাবু প্রণ্ডহল্লি। মথংদনা জোনসল্লা প্রথণ্ডি। অহমগুবদা মমা ইবেম্মা ইলিজাবেটনা ঙাংঙি। মানা মানা পাম্বা মওংদু কোঙদোক্নুনা ময়েক শেংনা মচা তানা অখাকপা লৈত্না ফোঙদোক্নে। মখোয় অহম মাগী মাগী ভাষন পীবা লোইখ্রে। হৌজিক বাতেমবিগদৌরিবা মপাবুং ইবুংঙো জর্জ ৱাশিংটনগী পালি য়ৌরক্লে। মপা ইবুং ঙো ৱাশিংটন ৱা ঙাঙবা হৌরে। অহানবমত্তদা মানা হায় ঃ-

ঐনা হায়গদৌরি ৱাফমসে চৎতবা য়াদে ইন্দবা য়াদে হায়বা অককনবা লৈতে। ইংরেজীদা হায়রগা সজেসন হায়বা অদুনি। পাল্লগা লৌগনি ইনগনি। পামদ্রগসু লৌদবা য়াই বেরা লৈতে কৈসু কায়দে। নহোয় অহমমক নঙনা নঙনা পাম্বদু ফোঙদোক্নখি ময়েক শেংনা শেংনা মচা তানা হায়খি। ঐ লোইনা মুন্না তাহৌই। মদুগী মতুং ইন্ননি ঐনা হায়রক্কদৌরিবা অসি।

নমা মচা নখোয় অহমক্না নখোয় নখোয়গী অপাম্বা ফোঙদোক্নখিবদা খুঙ্গং ৱাদি ইপান পল্লখিদে। ভারতবর্ষ অসিদি খুঙ্গংনা শাবা লৈবাক্নি। ১০০ গী মনুংদা ৯০ দি খুঙ্গংগী মীনি। মেজোরিটি ওইরিবা খুঙ্গংগী নুপীদি মৈতে নুপী নত্তবরা? ইম্ফাল সহর মপুংয়াইদা লৈরিবা খুজোক অমা ফাদবা খোঙগ্রাও শেৎপী মশম তেম্না ককপী খরা অসিতবু মৈতে নুপী ওইহল্লিবা করিগীনো? খুঙ্গংদা লৈবী ফনেক ফিদোম চিংখৎতুনা শেৎপী, খ্বাংজেৎ শেৎপী, কোকশেৎ শেৎপী মখোয়না মৈতে ঐখোয়গী চৎনরক্রবা থাইনা য়েলহৌঙেদে চৎনরক্রবা ফিজেৎ চাকচা কায়হন্দনা ঙাক্নুনা লৈরি। মশিং য়াম্বা মখোয়না হেল্লি মখোয়না ঙাক্লি ঐখোয়গী চৎনবী ফিজেৎ।

অদুনা সিনেমা হোল মমাঙদা লেপলিবী, কলেজ কারিবি খরতবু উরগা, মখোয়গী ফিজেৎ চাকচা য়েংলগা করিগী নুংনাংবিরিবনো? করিগী ৱাবিরিবনো? খ্বাইনা পাল্লদে হায়রিবা ফিজেৎ ফিকায় শেৎপা মৈতে নুপীবু কয়াম শুরমগদগে? য়াল্লবদা ৪০০/৫০০ মঙাইদনা। মখোয় খরা অসিনা মৈতে ঐখোয়গী ফজরবা কলচর মাঙহনবা ঙমলোই। নুংনোংবিগনু খোইনা ৱাবিরুগনু হায়নীংঙি ঐদি। অদুগা পামদবা ফিজেৎ শেৎতুনা লমজাওদা চৎলিবা নুপীশিংদো মখৌচিনবা মীদি উবু উরমলোই। য়েংবা শংলম্লোই।

ফিজেৎকি মরমদা নৈনবা, খন্নবা, খৎনবা ইনবা কয়ানা অমা থেংনরে। ফিজেৎ হোংলিকলিবসি মতমগী য়াওল মতুং ইন্ননি। অহোংবা লাকপা শুদিংমক অফবা ঙাক ওইদে। অদুনা অফবা মখে লৌশিনবা ফত্তবা মখেনা থাদোকখিবা। মতম অমদা মৈতে নুপী শম শানেরম্মী। মশম শাংগ্রে ফজগ্রে য়াম্বা য়াম্বিবা, জুম

জুম হেক লাউরদনা। মশমদো নীংদু য়েনে, মকল্লাক য়ৌইনে অসিনচিংবা। ফজবা শীংথানবদা য়াওরেম্মীবনি। অদুবু মদু হৌজিক চণ্ডনদ্রে। নুপী মশম শাংনদ্রে। কক্সরে নুপাদৌনা। থিংজুবা য়াদে মতমগী য়াওল মতুং ইন্না লাকইবনি, হোংলকইবনি, মতমগী ঈথক্তা তাউথরকইবনি।

ইশাগী ওইনা শম শাংবসে হৌজিক্তি কান্নরক্তে খনজে। মতমগী মমলনা সুম সুম তাঙশিল্লকপনা মরম ওই নুপীনা নুপাগুন্না শম তেন্নরকপনি। শম শাং লবদি শমগীদমক মতম কাইথোক্তবা য়ারোই। শমজেৎ হাৎতবা য়ারোই, থাউ তয়দবা য়াদে, চীংহী উতি লুবিদবা য়াদে। নীংথম থাগী মতমদা কোক চীংহী লুরুরগা কংবা ঙমদবদে পৌদা ফৌনরম্মী। হৌজিক্কী নুপী শিংদদি মদুগুম্বেদমক কাইথোক্লবা মতম মখোয়গী লৈজদ্রে। মচা মগুগী পীজ পিথক তৌনবা থোং থাকনি। স্কুল কানবা থৌরাং তৌবিগনি শেম্বী শাবিগনি। মনেম মকুগী মপুরোইবে সেবা তৌরমনি। মদু পূন্নমক লোইরে হায়রগা তলব চাবা থবক তৌরিবনিনা ওফিস, কলেজ, স্কুল কাগনি। করম্বা মতমদনো মখোয়না শমগী যতন তৌনবা মতম কাইথোক্কদবা। মসিনা সহরদা লৈবী লাইরিকহৈবী খরতগী ৱাফমনি।

খুঙ্গংগী নুপীশিংদা অমুক য়েংশি। লৌউ শিংউবৈ শিনফমদা শরুক চাউনা য়ারিবী খুঙ্গংগী মৈতৈ নুপীনি। ইমুং মনুংগী চাক ঈশিং থোং থাকপা তঙাই ফদ্রবা মখোয়গী মথৌদাংনি। মদুগী মথক্ত ফৌদি তীংবা, তীংদ্রিঙৈগী মমাঙদা ফৌৱাম খপতোকপা, লৌহোল ফোইবা, লৌলিংবা, শন দানা থোংবা। খন্ন নৈনবদা মৈতৈ নুপী হায়রগা ইম্ফাল সহর মতেকসিদা লৈবা নুপী খরতবু মৈতৈ নুপী ওইনা লৌনৈ। মসি ঐ কয়া য়ানীংদে। ১০০ গী মনুংদা ৯০দি খুঙ্গংগী নুপীনি। নুপীগী ফিজেৎ চাকচাগী মরমদা খন্নবদা মখোয়গীসু য়াওফম থোকই। মৈতৈ ঐখোয়গী কলচরদি খুঙ্গংদা লৈবনি। কোসমোপোলিটান ওইরিবা ইম্ফাল সহরদা লৈতে।

মফম অমদি মতম য়েংলগা ফি শেৎ চাগনি। নুপীনা খোঙগ্রাও শেৎপা, ফি ইন্দবা, নুপানা নুপীদৌনা শম থাকপা, খোঙগ্রাও অচিলবা শেৎপা য়েংবা কয়া নুং-ঙাইতে। য়েংবা নুংঙাইতে শেৎ চাগনু হায়বদি নত্তে। খরা হোংদোক হোংজিন শেমদোক শেমজিন তৌরগা মীগী মিৎয়েংদা ফজনা উহনবা য়ানবা শেৎলু হায়বনি। মীওইবগী সমাজ হায়বা অমা লৈরিবা মরম্না সমাজগীসু মীগীসু খরা য়েংবা তায়।

জুহোং খোঙদোংবদা বাল্ল-ম্ন, মেডি-স্কার্ট, জিন-কাওবোয় শেৎনদে। স্কুল কলেজ কাবদা, সিনেমা য়েংবদা শেৎনৈ। এক্তিব ওইনবনি সুবিধা য়েংদুনা

শেৎপনি। মশা ঙাকথোকচনবা শেৎপনি। খুদোং চাই হায়দুনা লুহোংবা চৎপদদি শেৎনদে। লুহোংবা চৎপদদি মৈতে কুমগী ফিবান্দা মরোল নাইবা ফজখ্রবা গোলাপ মচুগী ফনেক শেৎ ইনফী অপাবা ফজবা ইন, লমথাং খুল্লক ইনবসু য়াওনৈ। খুদাংদা সনা খুজী পোপচাউবী খুৎতা সনাগী পরৈ খুদোপ শিনৈ। ঙক্তনা সনাগী লীক পরেং। নাদনা জোন জোন লাউবী নায়ানবী। সনা অশেংবা নত্রসু অরুপ্পা ওইরসু মঙানি চাক্লৌবদনা ফিগে ফনেক শেৎকনি মুগা ইনফি ইনগনি কয়াদা ফজখ্রবা মৈতে ঐখোয়গী ফিজোলনো। ফিজেৎ মফম অমসুং মতমগী মখা পোন্না লৈ হায়বসে ঐখোয় খক কাওরোইদবনি মতমগী য়াওন ঐখোয়না থিংবা ওইথোক্তে। ঐখোয়গী পরম পারাদে লৈজরক্লিবা কলচরবু ঙহাক খোংগ্রাও শেৎলুবনা মাঙহনবা ঙমলোই।

নুপানা আপর্টুডেড ওইরিনি হায়দুনা জীন শেৎতুনা, জেকোট লিৎতুনা খোঙউপ বূট খুরাই কাবি তোংদুনা লুহোংবা চৎপে বরদা য়াওনদে। বর পার্টিদা য়াওবা তারদি ফৈজোম ফজনা শেৎ, ফুরিৎ পুময়াৎ লিৎ, মুগাগী ইনফি অঙৌবা নত্রগনা শাল অঙৌবা ইম্নে লেংবান্দা য়াম্নে। লুহোংগদৌরিবা বরনা ফৈজোম, ফুরিৎ পুময়াৎ লিৎকনি, লাঙরা ইনগনি কোক্তনা কোয়েৎ। কয়াদা লূনা ফজখ্রবা ফিজোলনো। শেৎলি চারিবা পুন্নমক অসে তৌদবা য়াদ্রবা চৎনবী ঙাক্তনি। মৈতে ঐখোয়গী অয়ৌবী কলচরনি।

লুহোংগদৌরিবী নুপীনা পোৎলোই শেৎ, লিসোম ফুরিৎ লিৎ, কোক্তনা কজেংলৈ হাপ। ফজরবা ফিজোল অসি থাদোক্তুনা মৈতে লৈশাবী অমতনা খোঙগ্রাও শেৎতুনা লুহোংগে হায়রকলোই। চৎনবীগী লীপুন্না ঐখোয়বু চেৎনা পুল্লি। খোঙগ্রাওনা মেড়িনা কিশি থোকপা ঙমলোই মীপাইনীংঙাই লৈতে।

চৎনবী ময়াম অসিনা মৈতে ঐখোয়গী কলচরবু য়োক্তুনা থমলি। মফম অমসুং মতম্না মরু ওইরি। মতমগী ওল্লক্লিবা য়াওল হোংলক্লিবা পুন্নমক অসে থিংবা ঙমলোই। থিংফমসু থোক্তে। বাখল খাংতপ খল্লগা পংই ইনবনসু কান্নবা ফংগনি নীংদে।

মমা নঙবু ঐনা হায়খিবা ময়ামদো লৌশিনবা ঙম্মীকো। ভাব তাইকো।

ইলি - ঙমদদি কৈনো? অঙাংসু নত্রবা ঐবো! ভাবকা য়াম তারি জাৎনি।

বাশিং - নঙ ঐ য়ুম্বানবা নৌরিঙে নঙনা চাকখুমদা শীং মৈ চাক্তে হায়দুনা নমিৎতা নপি ওরো ওরো তামখে মৈ কাম্বদো ঐবু শাউবদো।

হৌজিক অমুক্তা শাউখোদা।

ইলি - হৌজিক্তি শাউজদ্রে শাউজদ্রে। পূন্নমক অদো হৌখ্রবা ঙাকনে। সুক নুংঙাইরকান কৈদৌবে শাউদোইনো। নুংঙাইবা হায়বু গ্যাস লৈরে, রাইস কুক্কর লৈরে, ফ্রিজ লৈরে। মিনিট মখায় অমফাও মতম অরেম্বদা মাঙহন্দরে। থবকসু লোইনা নংলে। সিদৈ হেন্না নুংঙাইবা কদাই লৌরুনি হায়গে।

বা - অদুনি অদুনি চাউখৎপা হায়দো। মতম্না পুরকপনি। নখোয়না ঙাং খিবদা অমদি ইচিৎ চিৎথরিনে। জোন নঙগা নচনগদি মপান লমদা চৎতুনা নহে তন্নিবনি। মৈতে ঐখোয়গী কলচর অমদি নাৎকি চৎনবী নঙনা লৈরুবা মফম অদুদা খঙহনবা ঙম্নমব্রা?

জো - কমদৌনা খঙহল্লমদৌরিনো পাবুং। ঐ ভব অমা তাদে পাবুংনা হায়রিদো।

বা - ইপা হায়গে তাও। নঙ ঈশৈ হৈবরা? নঙনা ঈশৈ ঙংবদি ইপানা তৎতনা তায়।

জো - ঐনা ঙংবদুদি ইংলিস সোংনে পাবুং।

বা - জগোয় শাবদি হৈব্রা? পেনা খোংবা হৈবরা? মোইবুং খোংবা হৈব্রা?

জো - অহুমদুমক অমতা হৈতে পাবুং।

বা - অদুদি নঙ নখোয়গী বিশ্ববিদ্যালয় অদুগী কলচরেল ফংসন অমতা য়াওদ্রেনে।

জো - য়াওদ্রে পাবুং।

বা - ঙসি ফাওবসিদা নঙ মনিপুরীনি হায়বা তাকপা ঙমদ্রি নত্রা? নঙনা তমলিবা ইন্সটিটিউসন অদুদা তৌরকপা ফংসন খুদিংমক্তা শরুক য়াবা ঙম্নবা হোৎনগদবনি অহৈবো অমা হেক্কা য়াওশিনগদবনি। মদুতদা নঙনা নঙগী জাতিগী মশক মীয়ামদা খঙহনবা ঙমনি। কালাগী বিষয় অমদি হৈজিনবা ফবনিকো।

জো - অদুদি পাবুং ঐ মোইবুং তন্নগে। মোইবুং খোংবনা তম্বদা থরা লায়দৌ মাল্লি।

বা - হোয়নে। মোইবুংদি নঙনা পুদুনা চৎপদসু লায়রনি। নঙগী স্যুট কেশ

মনুংদা ফি মরক্তা হাপতুনা পুবা য়াইদনা। কলচর, ঈশে নোংমাই, জগোয়তনা মপাল্লমদা মৈতে ঐখোয়গী শক তাকপা ঙমলিবনি। মসি খক কাওগনুকো।

হেলেনা নঙগীনা কমদৌরিবা? নবুংগুম নঙসু মৈতে মচানি হায়বা শক তাক্লমদবা জাৎনিনে নত্রাও?

হে - নত্তে পাবুং। ঐদি তাকলম্মী।

ঝা - করম্না করিনা তাকলল্লিবা?

হে - পাবুং ঐনা য়ুমদৈ চৎপা মতমদা ফনেক মপান নাইবা অমা, ইনফি অপাবা অমগা সনাগী শিননবা লীক খরগা পুজে। ইমানদি ঝাই চিন্নবা করিগী পুরিনো চৈহৌরিনি শেৎসু শেৎলোইদবদা হায়না। পাবুংনা ডান্স কলেজদা জগোয় তমহনবিদুনা ঐ জগোয় খরা খরা শাবা ঙমজে। লাইহরাওবৈ ঈশে য়াওবা কেসেট অমসু পুই।

হৌখিবা চহীদা ইন্টর ইউনিভরসিতিগী ফেস্টিভেল তৌখি। মদুদা ঐনা লৈমা জগোয় শাই। জগোয় লোইরকপদা ভাবোক্লা খুবাক খুরকপদুদি করি হায়রুনি হোলদু পোকখাইগদৌই। অদুদগী ওজা ময়ামদুনা ঐবু থাগৎকদৌগী খুৎ শোকপা চঙঙকপদুদি। ইমান্নবী ময়াম্না মরোল অমা ঐনা শেৎলিবা ফনেক ইনফী পায় পায়দুনা য়েংনৈ। ঐবুসু য়াম থাগৎপীরম্মী।

ঝা - অদুনি অদুনি তৌগদবনি। মপানলমদা মৈতে ঐখোয়বু শক তাক্কদবা খুৎলাই হায়বু মদুনি। অতে মতমদা থবক ইনখাং নোম্বদা লংফে চৎপদা চানবা ফিজেৎ শেৎকদবনি। খোঙগ্রাও শেৎলসু কৈসু কায়দে য়াই নশা ঙাকথোক্চনবনি।

নহোয়না খঙজিনগদবা অমদি অন্তরজাতিগী ওইবা কুম্মেদা মাগী মাগী লৈবাক্কী ফিজেৎ শেৎনরকইদু উরেদনা। মদো শক তাক্লবৈ অচৌবা মরু ওইবা অমনি। ঈশে নোংমাই জাগোয়না সেকেন্দরীনি। ফিজেৎনা মরুনি।

মৈতে মচাসি মীতৌ তম্বা য়াম্না হে। হায়নরিবনি মৈতে মচাদি মমিৎতা মথীবোং পাল্লি হায়না। মখোয়দি উবগা হেক্তা হৈবনি। মতাং অসিদা খুদম অমা নীংশিংলক্রে। মদু নহোয়দা তমগেকো। মমা নঙসু মুন্না তাউ। মৈতে মচা মীতৌ তম্বা অসুক্কী মতীক থুনা হৈ মদুগী খুদমদি-চহী নিফু য়াংখৈগী মমাঙগী ঝানিকো। মতমদো ঐনা নমাফাও লুহোংদুনা লৌদ্রিনে। রূপমহল সিনেমা হোলদা "আইবানহো"

হায়বা ফিল্ম অমা উৎখি। ইংরেজী ফিল্মনি।

ফিল্ম অদুদা ইলিজাবেট টেইলরনা রেবেগো হায়না কৌবী নুপী অমগী শক্তম লাংখি। রেবেকোনা মথোল কয়া বাংলবা দলান অমগী থোঙনাওদে য়েংথোরকই ফি ভৌম্রবা পারবা অমনা হাইফেৎ মকোক খুম্বগুম তৌরদনা। কয়াদি ফজখ্রে শক্তমনো। সিনেমা অদু য়েংলুবা লৈশাবী মচা অমনা রূপমহলদগী দাইরেক পঞ্জাবী দোকান্দা চঙখ্রে। অঙৌবা ফি মতুপ অমা লৈরগা রেবেকোনা মকোক খুমখিবা অদুগুন্না মাসু হাইফেৎ মকোক অদু খুমগুম লাক্লুম তৌরগা একাগাড়ী থৌদুনা ময়ুমদা হনখি।

অমনা ফ্রেন্ড টকিজদমি। "সেমসন ডেলাইলা" কৌবা ইংরেজী ফিল্ম অমা উৎখি। মদুদা য়াওখিবা ডেলাইলা শাবা নুপা অদুগী মশমদো শাংখি লেংবান্দা জ্বাই জ্বাই তায়। অয়ুক্কী সোদা উৎখিবনি। নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা কাঙজেবুঙদা হোকি অমা শান্নে। হোকি শান্নবা অদুনা পাখঙ্গচা অম্না ডেলাইলাগা শম মান্নবা ফি অমুবা মতেক অমনা মকোক্তা কিশিন্দুনা শেম্নগা শান্নবা য়াওরম্মী।

ইপানা লীখ্রিবা বারী মতেক অনীসে মৈতৈ মচাগী মীতৌ তম্বদা খুৎলৈ থুবগী অমদি হৈবগী খুদম পীবনি। অদুনা মনিপুরদা খোঙগ্রাও, জিন সালবার, মেকসি, মেডি, কাওবোয় খোঙগ্রাও মখল মথেলগী ফিজেৎ শেৎনা ইন্নরকইসে মীতৌ তম্বা থুনা হৈনবদে থোরকইবনি। থুনা শন্দোরকইবনি। মসি থুনা শন্দোক্নবা লাঙৈনা মখল অমনি।

ঐনা হায়নীংবদি নখোয় মশেল খৎনগনু। খৎনবগী মহৎতা নৈনৌ খম্নৌ। হোংলকইবা পুন্নমক অফবনি হায়না লৌগনু। অফবা মখে খনগৎলগা লৌশিল্লু ফত্তে হায়না খনবা মখৈনা থাদোকউ। সমাজদা হিংলিবা মীওইবা ঐখোয়নি। মীগী মিৎয়েং হায়বা অসিমা য়াম্না লুবনি। চাউখৎলিবনি হায়দুনা য়েংবদা মিৎ নাবা ফিজেৎ খক শেৎলোইদবনি। মদো মীনসু য়ারোই লাইনসু য়ারোই।

ঙসি ঐখোয় মরীনা ফিজেৎকী মরমদা খন্ন-নৈনরকইসে ফনদি কুইরম্মনি। ইপানা থাজে মসিদগী অফবা ফল খরদি শোয়দনা থোরক্কনি হায়না। থোরকপসু ওইসনু।

অরোইবা ওইনা বাফম অহমখক্তং থমনীংঙিঃ—

অহানবদা ঃ

মঅগী য়াওল মতুং ইন্না হোংলক্লিবা চৎনবীগী ঈচেল কনানসু থিংবা

ওইথোক্তে। অনৌবা হোংলক্লিবা পুন্নমক্না হাল্লা চৎনরম্বা অরিবদে হেন্না ফৈ হায়বগী বাফম লৈতে। হোংলক্লিবা অনৌবশিং ফৈ হায়না খঙলবা উরবা মখৈ লৌশিনগনি। ফত্তে হায়না খঙলবা মখৈ থাদোক্কনি।

**অনিশুবদা :**

মবুক থাদোকপা ফুরিৎ লিৎপী, মেক্সি মেডি থবায় য়াওনা শেৎ চারিবী ফিজেৎ ফিকায় শেৎলিবী, মচুগী পাউদরনা মমায় মরাঙ্-মরাঙবী, সিনেমা হোলদা তোয়না চাক্তাবী, মরম লৈতনা সনা লমজাও শোরোক্তা খোঙদারিবী অমতা মিতাক্লদে মথৌ মশক খঙনা চৎলিবা, মতমগী মমল খঙনা থবক তৌরিবা, মথৌদা পুক্নীং চঙলিবা নুপা অদুনা। মরমদি নুপা অদুগী মিৎ মাঙদা মখোয়দুগী মশক্তি লায়রদনা মমি ফাওবা তারদে। য়েংনবা মতমসু লৈতে। য়েংসু য়েংলুদে।

**অহুমশুবা :**

মৈতৈ নুপীগী মরু ওইবা ফিজেৎ ফনেক্নি। মনিপুরগী নুপী পুন্নমক ফনেক শেৎলি। ইম্ফাল সহরদা লৈবী লৈশাবী মৌনাও খজিত্তংনা মশীং থীবা য়ারিবা থরনা শেৎ চাবা অদুবু মনিপুর অপুম্বগী ওইনা লৌবা অচুম্বা খক ওইবা য়ারোই। শোয়দনা লানগনি। মখোয়না লৈশারিঙৈদা শেৎলম চারম্বা পুন্নমক ময়ুম পান্নবদি লুহোংলবদি মশা মথন্তা হায়ক্লদনা তোকচরকপা তাবনি। করিনা? মচা পোক্লুনা মৈনীং কুম্লিঙৈ মখোয়না শেৎচারম্বা খোঙগ্রাও তপ নপ্পী, ঝল্ল মল্ল মেডি, মেকিস শেৎখিগদ্রা? মচেৎ মচেৎ শেগায়রগা অঙাংগী নীংথা ওইনবা নত্তনা।

মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎ মহৌশা চৎনরম্বা অমতা কায়দনা শেৎলি। মদুবু তেকতা কায়দনবা য়োকখৎলি মৈতৈ ঐখোয়গী চৎনরিবা দেব-কর্ম্ম, উসব-মেলা, লুহোং-খোঙদোংবা, নাহুৎ-নারেং ময়ামনা। মৈতৈ নুপীগী ফিজেৎকী শক্তম খুঙংদনা অমুক্তা হেন্না ময়েক শেংনা উবা ফংলি।

বাতেমলিবা বাশিংটন্না বারোইদা অসুন্না হায়খি :

ঐগী ইমায়দি ঐনা উজবা ফংদে। মীগী মমায়তমক উই। দোলাই তোং-বগীদমক বাইকুপ পুবীনা বাবিফম থোক্তে। ❑

# থম্মোয়গী ৱাকৎতি থম্মোয়নুংদাতা

থাগ্না লৈবা খুঙ্গংনি। খুঙ্গংদো কয়াদি চাউদে মচানি। পীকতক্লা চঙখোল্লি ফজে। য়ুমদা য়ুমদোম্পোক হায়নবগুম খুনদোমপোক হায়বা তায়। খুল অদু উবদা লবুক ময়ায়দা খোংনাং বোট মনা পুংবা পাম্বী অমগুম উই। হায়রিবা অসি থাপনা য়েংবদনি। খুল অদুনা খুল অতৈদগী তোপনা লৈবা মাল্লি।

হায়রিবা খুঙ্গং অসিদা লৈবনি থরো অমসুং থম্বাল মমা মচা। মমা মচা অনীমক লুপ্লাবী ভাক্তনি। থরোনা মচানুপী থম্বাল পোক্লবা মতুং চহী ২$^1/_2$ রোম শুরকপৈ অদুৱাইদ থরো লুপ্লা ওইহৌই। থরোগী মপুরোইবনা লৈখিদবদো অরুবা অকনবা লাইনানা নাদুনা শিখিবা নত্তে। কৈসু লৈতবা লায়খ্রবা লাইনানি। সহরদে থাপনা লৈবা খুঙ্গং ওইবা অমদি লাইরবা ইমুং ওইবনা মতম চানা লায়েংবা নং হৌদবনি খাংঙুথক্তা শিখিবনি। খল্লুবদা থরো ওহোক্লা নীংঙমখিদ্রে।

মচানুপী থম্বাল হৌজিক্তি লৈশাবী ফারক্লে। চহিনা ১৮ লোম শুরম্বা য়ারে। মমা মচাতা তরু তরু পানজবা ইমুংনি। নুপীভাক্তা লৈবনা লৈকাইনা উশিৎপীদে খুন্না থৌওইবিদে। থরো মচানুপী থম্বাল শেন্নবদা ৱাজে। লৈকাইনা কানা কানি ভাওনৈ। থওইনা তারুদে তারসু তাশিন্নদে। অসুন্না খাংদুনা মতম লেল্লকই থরো মমা মচা।

নোংমা নুমিদাংনি। মৈরা চাউনা চমদুনা কৈথেল কুপল্লকই লৈকাইগী মনম্মা চাউবীগা লোয়ননা চাউবীনা হায় "থরো! ইনম্মদি নহালমখে কাউথোকলুরে' নও পাউ অমা তথ্রিবরা?"

"করিবো? ঐদি কৈমতা তাদেনা। করি পাউনো ইনমহন।"

"খুল অসিদা তৌবা ওম্বা, খ্বাইদে ইনাক খুনবা, কোনুংগুম ময়ুম-মকৈ চাউনা নুংঙাইনা শাবা ফৈজাও হায়বদো নও খঙঙিদনা?"

"মাবু করি খঙদনেগে। ক্বায়োনবীগী মনাক্তদা লেপতুনা ক্বা ভাংশং ভাঙনা খায়াৎকা কোদাংনা ইতে হেক তৈমখে চপ চপ শায়দুনা অচৎ অওক য়েংবদু নত্রাও?"

"ফৈজাওগী মচানুপা ফোর হায়ব্রা করিনো নিশাদু চাবা খোইদুম হায়বা শগুন অফাওবা গুন্দা অমা লৈবদো মদুনা নওগী নচানুপী থম্বালবু চিংগনি হায়না হায় হায়য়ে। ইবেম্মা চ্যেকশিল্লুকো। কৈথেল ওঙ্গা কুম্মু। নচা মতোমতা কুইনা হুন্দোক্নু। মহোয়গী মপা মচাসে কয়া মথোঙ চাদবনিকো। ফত্তবা থবক তৌবদা হালেংদবনি। ফৈজাওনা নুংঙাইরিবা শেল পায়রিবা অসে ফোর ব্রেক চ্যেনবদেনে হায়নে। মী ফত্তবে হিদাক লৈতবনি ইবেম্মা। চিংগনি হায়বসে মীনা ঙাঙনরকপা কুইরবনি। নঙসু তারম্বা য়ারে হায় ইনম্মনা তমদবনি।"

"কদাইদে তারুনি হায়বগে। ইনমহন, ঐদি লৈত লাইরগী চ্যেনবদা ঈ-পাউগা অমতা তাদবনিদো। মহোয়না নুপীবু চিংলগা লৌগনি হায়রিসিবু ফজনা হায়না শীংনদুনা লুহোংদুনা লৌবদি কৈদৌই হায়গে।"

"মদুনা নঙ ঐগী ৱাদিনা। মখোয়গীদি চিংবা, লাকপা, ফোইবা হায়সি গুন্দাশিংগী হৈনবীনে হৈনবী। য়াদ্রগনা মশা মাঙহল্লমগে সিনিনে মহোয়না খল্লিবা।"

"ইনম্মা ঐগীদি য়ুম য়ৌরবনিনা চঙহৌরগেকো। য়ৌবিখ্রো ইনমহনসু।"

"হোয় হোয় চঙহৌরো। ইনম্মসু য়ৌখ্রগে।"

থরো মনম্মা চাউবীগী পাউদু তাবদে অহীংদুমা ৱাখলনা মিথকি ককলা অমতা উইশিনবা য়াখিদে। কনানো অমা তান্নরগা থম্বাল থাজথোকখ্রগে লেপ্লে। মদুনা খুদোং থীবা পুন্নমক্তে কন্নবা অমতা ঙায়রবা উপায়নি। মওল মওল কয়া খল্লে ফল অমতা তাদে। তৌফম খঙদে। খল্লকই– মপাদুতা হিংলন্নবদি অসুক পিদোম্না হিংলোইদবনিকো হায়না।

নোংঙাল্লে। মওল মওল খল্লি থরো। মখোয়বু কনা লৈজদে হায়দুনা লুনা খনবিবদি থরোগী শাগৈগী মবুং থোকপা অমদি লৈ। মাগা তান্নরগা থম্বালসে থাজথোকখ্রগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্লে। মবুংদুবু কৌরে। থম্বালগী মরমদা লোইনা তল্লে। মখোয় অনি মুন্না তান্নরে খন্নরে। খন্নরদুনা নক্কবা থংননা লৈবা খুল অমগী নুপা অমদা চেলহল্লগা মী পোং থোইদোকপা তাকপা তৌদনা কন্যা কৎলে। লাইবক থীবদি থম্বালনা ময়ুম পানখিবা চহী ৪ হায়রকপদা থম্বালগী মপুরোইবদু নোঙ্গাগ্রে। হৌজিক্তি থম্বালসু নৌনা মমাগুম লুখ্রা ওইরে। লুখ্রা ওইরবী থম্বালদো হল্লক্নুনা মমাগী মনাক্তা লৈররে।

থরো অৱাবগী মথক্তা অৱাবা মথং মথং সুম হাপকৎলক্লি। হৌখিবা চহী

মরী অদো মচা কায়নবে খরা নুংঙাইত্রবসু খুয়া তুশিংনা মতোমতা ঙায়রবসু পানজরম্বনি। হৌজিক্তি মদু নত্রে। থম্বাল চহী ১৮ তা ঙাইরিঙৈদা লৈশাবী মপুং ফাদ্রিঙৈ ময়ুম পানখিবনি। চহী ২২ মপুং ফারক্লবা মতমসিদদি ইনখৎলকপৈ লময়ৌনা য়েংবা নুংঙাইবা মতাং হায়বদু থোক্নে লুখ্রাবীনি হায়জবতনি। নহারোল অঙাওবৈ মিতানফম ওইররে। থরোগী ঝাবদা থেংখ্রে।

লৈশারিঙৈদা থম্বালবু ফংহৌদবদে অমুক্তং লমন খুমগে শীংদুনা লৈরিবা খুন্দুগী অফাওবা গুন্দা খোইদুম্নি। মঙোন্দা খুদোংচাবদু লাক্নে। নোংমা নুমিদাং অথেংবদা থম্বালগী য়ুমদা খোইদুম লাক্কুনা থোঙ থীশ্লে। থম্বালদা থোঙ হাং-দোকউ হায়রে। খোইদুমগী মখোল তাবদা লুখ্রাবী মমা মচাদি কিখিবনা থক থক নীকখ্রে। মমা মচা চেজেৎ কোনশিন্নদুনা কাংখল মনুংদা ফমদুনা লৈরি। থোঙ হাংদোকউ হায়না খোইদুন্না মপানদৈ লাউরকপা অহমলক শুরে। অহমলক শুরবা মতুংদা খোইদুন্না হায়রকই "লুখ্রাবী নমা নচা ঐনা হায়গদৌরিবা ঝাসি মুন্না তারোকো ঐ খোইদুম্নি মুন্না খঙঙেদনা। ঐদি খরা ঙাওজরবসু হায়দোকখিবা ঝা ঙাক্লা চৎপা মীনি। নখোয়গী থোঙনি হায় পাম্লিসিদি ঐনা খুৎ নামনা ইনবদা তুখিগদবা থোঙনি। নমজা নমথেক্লবা ঐ পামদে ঐ তৌরোই। থোঙ হাংদোকউ হায়বদা তাশিন্নদ্রবনিনা নমা নচাবু নোংমদি শোয়দনা নরু কোকথোক্লগা খোঙগোইনবদি শোয়দ্রবনি। মদুমদি নমা নচা খাঙবা তারেকো।" ঝাহয়শিং অসি হায়রম্লগা খোইদুম চৎখি।

মসিগী মতুংদগীদি নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাং অথেঙবদা তত্তনা মী লাকপৈ মখোল, খোঙথাঙ কম্না কম্না থাংদুনা দুং দুং চৎপৈ মখোল তায়। অসুম্না তৌরিসি নুমিৎ খুদিংগীনি। মীগী মখোলদু তাবদা মমা মচাদি কিখিবনা লৈফম খঙদে। থা ১/২ রোম হায়জিল্লক্নে থৌদোকসি নোংমতা লেপ্পা লৈতে। মসি পূন্নমক অসে খোইদুম্না মী নেক্কুনা তৌরিবা ঙাক্তনি মমা মচা কিন্নবা হায়দুনা।

খোইদুম্না মাগী মী থাজিন্দুনা ক্লবকি মেম্বরশিংদা মৈরা পায়বিশিংদা হায়হল্লি "লুখ্রাবী মমা মচা লৈবা ইমুংসি অহীং অহীং মী লাঙবা তায়। নত্তবা লমচৎ চৎতুনা মী তিললিবনি লাঙলিবনি, ঈরাঙ তৌরিবনি। খুল অসিদা নহারোলগী ক্লব লৈরিঙৈ মৈরা পায়বী লৈরিঙৈ ঐখোয়গী লৈকায় অসিদা ওক্তবী লমচৎ নাইদবী লৈহনবিগনু। মতীক চাবা দন্দি পীবিয়ু ঝারকপীয়ু।" অসুম্না হায়হন্দুনা মৈরা পায়বী, ক্লবকী নহারোলবু শাওহল্লি। "ঐখোয়না হায়রিবসি থাজবিদ্রবদি নোংমা নুংদাং অমা ময়াম্না য়েংবিয়ু। মিৎনা সং সং উরগা খঙবিগনি। অসিনচিংবা কয়া

হায়জিনহন্দুনা ময়ামবু শাউহল্লি।" লুখ্রাবী মমা মচাগী কারবার অসে অসুম চৎথল্লবা অদু ওইরবদি লৈকাই অসিগী নহারোল লোইনা মাঙবা তারে। অদুগা মৈরা পায়বী, ক্লব লিংদুনা লৈবগীসু অর্থ থোক্ত্রে।"

নোংমদি ইখঙ খঙহৌদনা মীনিল তারকই। মীয়াম ৰা ৰা তৌদুনা লাকপা মখোল তায়। নুমিদাংনি থেঙলে নোংয়াই মতুংনি। মীয়ামদু লুখ্রাবী মমা মচানা লৈবা ইংখোল তল্লকই। লোল্লিবা থোঙ্গালগী কোম্বোংজে হাংদোক্কুনা চঙঙকই মথং মথং মৈরা পায়বী নুপী ময়াম্না মাঙ থারকই। তুং ইল্লকই ক্লবকী নহারোল মেম্বর ময়াম্না। মখোয়না চঙলকপা মতমদা নুপা ৩/৪ শম্বল চোংদুনা, লৈপল কাদুনা, খোংবাল চোংদুনা চ্যেনখি। চ্যেনখিবা উহৌবদুগী মনুংদা খরনা লাউরকই- চ্যেনখ্রে, চ্যেনখ্রে থৎলো থৎলো, ফাসে ফাসে। নুপী খরনা হায়নরকই – হায়নরিসি চুম্মেদনা। মতীক চাবা দণ্ডি পীফম থোকই। অমনা হায়রকই চ্যেনখ্রিবা নুপাশিংদো ফাখিদনবা মমা মচানা থাদোকখিবা ওইরিনি। মখল মথেলনি ঙাঙনা শক্লরিবা। থরো মমা মচাদি ঙাঙনখ্রিবা ৰা ময়ামদো তাবদা জ্ঞান মাঙখ্রে। তাবা ঙল্লকতদুনা মনাকোং মেনশিন খাঙলি।

খোইদুম্না শরৌ শিন্দুনা ময়াম লাক্ত্রিঙৈ মমা মচাগী ইংখোলনুংদা নুপা মরী মঙা নেক্কুনা হান্নবা থমজিনখ্রবনি। চোংখ্রিবা চেনখ্রিবা মীশিংদু খোইদুমগী লোয়য়িন খোঙলোই ঙাক্তনি। ফোর খরা পীজ, য়ু খরা পীথক, শেল খরা পী তৌদুনা নেকপা খুনেক ঙাক্তনি। মসি পূন্নমক অসে ক্লবকী মেম্বর নহারোল, মৈরা পায়বী ময়াম খঙখ্রগনি হায় য়াম্না চ্যেকশিন্না শীল্লিবনি খোইদুম্না। খোইদুম্না পাঙথোকলিবা থবক মুম্না খঙলিবদি মমা মচাতনি। মৈরা পায়বী ময়ামদুগী লুচিংবী শবিনা মাঙ থাদুনা থোঙ কাওখায়রগা ইমুংদা চঙখ্রে। ইমুংদো মথক মখা ওনবিরে, ফমুং চিংথোক্রে, মোন লংথোকখ্রে, কাংখল শেগায়বিরে। ফুঙ্গাদা ঈশিং লুমজরম্বা পুলফাও থুগাইবিখ্রে। মপান্দা ক্লবকি মেম্বরশিংনা মরোল অমা লাউরি– ঐখোয়দি মমা মচাসি লেম্না থাবিগনু মৈরা পায়বী ইমা ইন্দোলশিংনা মরালগী মতুং ইন্না চৈরাক পীবিয়ু। বিচার চুম্না তৌবিয়ু। ময়াম পূন্নমক উবিহৌরবা নত্রাও? লৈপল চোংদুনা খোংবাল চোংদুনা চেনখ্রিশিংদো। লমচৎ নাইদবি মমা মচাগী য়ুম অসি মৈ থাদোক্লসি। য়ুমসি থমদবনা ফরে। মৈরা পায়বীশিংনা মরোল অমা মচীন পেন্নবা চৈরি– ওক্তবী, তৌঙম্বী, মায়থাবী হায়না। পূন্নমক অসে তাবা ঙল্লকত্রদুনা থরো মমাকোং মেন খাঙলি।

"নমা নচাগী চৈরাক্তি হয়েং অয়ুক্তগী নুমিৎ য়ুংবা ফাওবা লমজাওদা কোইপু

পুদুনা খুঙ্গোইনগনি। খুনজাশিংবু মমিৎ থিৎনা য়েংহনগনি।" হায়রল্লগা মৈরা পায়বী, ক্লবকী মেম্বর, লৈকায়গী পুল্লম্বা কুম্মে য়েংনহম্বা ময়ামদো মথং মথং ১/১, ২/২ থোকখিদুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখ্রে। থম্বাল মমা মচাদি উপায় লৈতবনিনা হীক হীক কপ্লদুনা লৈহৌই। পূন্নমকসি খোইদুম্না শীনবা থবক ওইরমগনি হায়বসে মমা মচা অনীমক্কী পুক্লীংদা ফাওখি।" থম্বালগী মপাদুতং লৈজরন্নবদি মসি থোকলোইদবনিকো" হায়না য়াম্না থম্মোয় শোক্লা থরো মথন্নতা শোনজৈ।

থরো মমা মচা খুঙ্গোইনখ্রে। থোকখ্রিবা থৌদোকশিংদো থরোদদি মগুনি। নীংশিংলুবদা থরোদি তু খ্যাও খ্যাও চুংলি। পল্লেপফম খগুদ্রবা মাগী ব্রাখল অমদি থম্মোয়না অতৎপা লৈতনা হংলি— মতু শোল্লবা, হন্না য়েংবদা মমিদৈ হেন্না উজদ্রবা লমজাদা করিগী অসুক শাথীনা ওৎ নৈরিবা? মসিবু চাওখৎলবা সমাজ অসিগী চৎনবিরা? লাইর অনংববু হন্থনা য়েংবা মিৎয়েং, তোন্থনা খনবা ব্রাখল, ইনাক কৈরাক খুনবা শেনজাও পায়বা মীতবু মীনি হায়না খন্দুনা মহোয়গী মীচংদা লেপ্লা। অচুম্বা ওইরবসু লাঙ্গরবনা তৌরবদি অরানবা ওইহনবা। ফনা লানবা লৈরবসু শক্তি পায়রিবা মীনা তৌরগনা অচুম্বা হেক্তা ওইহনখিবা। মসিনা সমাজ অসিগী করম্বা আইন? অতোওবদা লৈথোনবা অকুৎপদা লৈতৌবা হায়বসি সমাজ অমা লিংবদা চগুদ্রবা য়াদ্রবা জাৎলা? মীওইবগী মপোক ব্রহ্মামক্লা ফগুওমদ্রবা মপোকনি হায়নরিবসি চুমলম্বদি য়াই। অদুবু ইমা ইচাগী মপোক্তদি মসি অরানবনি। ইমা ইচাগী লাইবক্তা সমাজ অসিনা তয়শিনবিরিবা মিংচৎ থীবগী কালি অসিদি মুথৎপা কৈদৌনুংদা ওইথোক্লরোই। নুপীবু অসুক তোম্না থম্বীরিবনা কনানা? লৈরিবা চাউখৎলে হায়রিবা সমাজ অসিনা। পূন্নমক অসে থম্মোয়নুংদা থরো মথন্নতা খনজবনি।

চহী ২/৩ হৌখ্রবা মতুংদা নোংমদি হায়নরকই ময়াম্না খোইদুম থানানা ফাখ্রে। জেলদা পুশিনখ্রে। মপা ফৈজাওনা অরৈবা শেল মখৈ পুথোক্লুনা খোইদুমবু জামিন্দা থাদোকপীনবা অগুম অথৌ কয়াদা হায়জখি। থাদোকপীয়ু হায়বা য়াখিদে। খরনা গুাগুনৈ খোইদুমবু ফাখিবৈ মরম বেঙ্কতগী শোয় শারগা শেল লৌথোকলম্বৈনি। খরা অমা হায় মোরেদৈ ফোর লল্লোনবা পুথোরকপদা ফাবনি। খরনা অমুক মশানা য়াদবা নুপী চিংলুবৈ ফাবনি।

মীহাৎপা অমদা চৈন্নসু হায়, নোংমৈ পায়দুনা লুট তৌরুবৈ ফাবনিসু হায়। কানা কানি পংগুাগু গুাগুনৈ। করম্বনা চুমলিবনো হায়বদু কনামতা মুম্না খগুনদে।

ফাগ্রে মপুন্নী চুপ্পা জেল তাগ্রে হায়বুদমদি তশেংলে।

খোইদুম ফাখিবে অমদি জেল তাখিবে পাউদু হেক তাবদা থম্বালনা মথং মথং নীংশিংলকখি। মঙোম্দা খোইদুম্না হায়রম্বা ময়ামদো। থোঙ হাংদোকউ হায় য়াদ্রবনিনা ঐনা করি তৌরকপগে হায়বদু নমিৎ থীৎনা য়েংজৌ। নমা নচাবু ওস্তবীনি হায়দুনা লমজাওদা খুঙ্গৈইনগে। মদু ঙমদ্রবদি ঐখোয়দুম নৎত্রদনা। অমনা থৌদোক্তু থোকখ্রবা মতুং নোংমা কোনবে অহীংদা লাক্তুনা থোঙজীন ময়াদা লাউরম্বা– খঙলব্রা থম্বাল। খোইদুম ঐগী ইগুন । ঐদি পাঙথোক্কে হায়না খনবু খনগ্রবদি হেক্তা ঙম্বনিকো। বাহৈ খরসি থম্বালগী নাকোংদা হনজীন হনজীন শীংজা য়েবগুম য়েররি।

নোংমা অহীং অথেঙবদা থম্বাল মমা মচা য়াম্না চীকথনা বা তানরি। মমানা হায়– "হৌজিক ঐখোয় অনী করম্না লৈগনি। খোইদুম ফাদুনা জেল তাগ্রবসু মাগী মতুং ইনবা খোঙলোয় ময়াম্মা লৈরি। মহোয়না ঐখোয়দা করি অমা অমুক তৌরক্কনি হায়বসি খঙবা ঙমদে। ইমা ইচাদি কনাসু লৈতে ইমিদৈ হেন্না। ঙাকপী শেনবিনবা মী লৈতে হান্নদৈ লৈরক্তে হৌজিক্কা অমুক্ক হৈন্না লৈররোই। করি উপায় তৌগনি? খুল অসিদা সুম লৈবসু কয়া নুংঙাইগদবা মাদ্রে। খুল হোংদুনা অরাপ্পা মফম অমদা লৈরুবনা ফরে খল্লে ইমাদি। নঙগী অপাম্বনা করিনো?"

মমাগী বাদু তারগা থম্বালনা খমলকই "ইমা খুল হোংসি হায়বদো নচা য়াজরে। ঐদি মফমসিদা লৈনীংদবা কুইরবনি। লৈনীংদ্রে হায়দুনা চৎফমদি লৈতবনিনা তুমিন লৈবে বানি। থুনা মফম অমা য়েংলগা হোংনবা তৌরসি। হোং দ্রিঙৈ মমাঙদা খুলসিগী মীদা অমুক্তংদি পারা অমা তম্বীরম্বা চুম্মী।"

অসুম্না মমা মচা খন্নরবা তুংদা লাইগী মতেঙ লৌদুনা চাংয়েং অমা তৌরসি হায়নরে। মখোয়না তৌগদৌরিবা থবক্তো কয়াদি মথোঙ চাবা থবক নত্তে লুসু লুই হায়বদো মহোয় খঙদবা নত্তে। উপায় লৈমন্দ্রদুনা মখল মখা য়েংলকপনি। কোয়থী থিদুনা ওঝা মাইবা অমা থেংনরে। মাইবা অদুগী ময়ুমদা চৎত্তুনা খুল অদুনা মমা মচাদা ওৎপী নৈবিরিবা পুন্নমক অদো শিৎ শীৎনা লীরে। কৃপা অমতদি তৌবিয়ু হায়দুনা মমিংতা মপি ওরো ওরো তানা খুরুমদুনা মাইবদুদা হায়জরে। মমা মচাই মতৌদুদা নুংশিরদুনা মাইবদু য়ারে। চঙগদবা পোৎলম পুন্নমক মাইবদুনা মমা মচাদা লাঙননবা হায়খ্রে।

উচিন নাচিন্না কোয়হং হংদুনা য়াম বানা থাংজা নুমিৎত্তা শিখিবা মী অমগী মং মফম খঙলে। থাংজা নুমিৎ অমদা নোংয়াই চবুক্কী মতমদা মমা মচাগা

মাইবদুগা মংদু তান্না তংলে। চঙ্গদবা মখেদি মাইবনা তাকপীবা মতুং ইন্না অমতা বাৎতনা মমা মচানা পুরকই। মাইবা থবক হৌরে। মংথোং হাংলে। ঙরং ঙরং ঙঙলদুনা মোংফমদে হৌগৎলক্লে লাইদু। লাইদু উবদা মমা মচাদি কিবনা থক থক নীকয়ে। মমা মচাগী মতৌদু উবদা মাইবনা কিগনু চেনবা য়াদেকো ঐ লৈরি হায়। বাহৈয়শিংদো মনাক অদুবাইদা খোঙ হান্নম্বা নুপা অমনা তাহৌরে। মহোয় অহন্না তৌরিবদো নুপা অদুদি হৌবদৈ উহৌরিবনি। "কনা কনানো?" হায়না নুপাদুনা কন্না খংলাউ লাউরকই। মাইবদুনা "য়াদ্রে ইবেম্মা। মী খঙগ্রে। ঙসিগীদি য়াররোই। ঐ মসি লোইশিল্লমখিগে অদুগা হল্লসি।"

হল্লক্লগা মাইবে য়ুমদা থবক মখা চৎথবীরগনু হায়রগা দক্ষীনানচিংবা মাইবদা কৎলম্মগা হনখি। মমা মচানা তৌজরব্বা অমতা মঙ্গল ওইদ্রে। লাইফাওবনা য়াবিরক্ত্রবনিনা হায়দুনা ময়ুম অদু মৈ থাদোক্লল্লগা নোংঙাম্ব্রিদৈঙে কনা উদ্রিদৈঙেদা মপোৎ মচৈ য়োম্লগা খুলদু থাদোক্লুনা চৎখি। কদায়দা চৎখিবা কনানসু খঙখিদ্রে।

মাইবদুনা অয়ুক মমা মচা চৎখিবদুগী পাউ তাবদা থম্মোয় শোক্লা শোনখি "ও ওহোকপনিদা। মালেমসিদা মতু শোনবে লৈফম লৈতবোইদো। লাইরবদা লাঙ্গৈ চঙবা হায়বদু হেক থোকখিদা মমা মচাদা।" ❑

# কাঙজেবুঙ দোকান প্লোট নিলাম অমসুং ডোনেসন

শৌরা মখোঙ লাওনা লাওনা থাং লাকই। মা লাকপা উবদা নোংবান মন্ত্রীনা মায়থোঙ মকা লান্না হরাওনা –

নোংবান– শৌরা ইবো নঙবু কদায় চৎলুবগে?

শৌরা – স্যার মেম সাহেবনা মনম নুংশিবা চ্যুইংগম পেকেট অমগা এলাইচি পব্বা অমগা লৈরু সাহেবনা মিটিংদা পূনবনি হায়বা। মদু লৈজরুবনি স্যার। মসি স্যারগী বা ঙাঙবদা উমনবা ওইরমাগ্নে। স্বর নুংঙাইনবা।

নোং – চৎকদৌরি মফমসে লম খরা লাপ্লে। অদুনা খর ঙন্না চৎপনা ফৈ হায় তৌবনে। ঐনা প্রধান অতিথি ওইরুদৌরিনিদো। নঙসু ঐগা লোয়নদবা য়াদবনি।

শৌ – লেঙনবা তৌরসি স্যার। ননাই ঐহাক ঙাহাক পল্লকলে স্যারগী মরমদা ইবা খবরগী পাউদু ঙহাক তাথোরক্লবা। ময়ামদুনা স্যারবু থাগৎনহৌই।

নোং – করিনো করি পাউনোনে শৌরা? খবরদা য়াওরিদুবো?

শৌ – হন্দক স্যারনা কাঙজেবুঙ শেমগৎপদা ডোনেসন খ্বাইদৈ চাউনা তৌবিখিমাগ্নে। মদুই মরমদা ইরকপনেয়ে স্যার। কয়াবু তৌবিখিবগে স্যারবো? স্যারনা খ্বাইদৈ হেল্লি হায়নৈনে।

নোং – য়ামদেদা লুপা লাক্ষ ৫০ দনি।

শৌ – হরে হরে। অদুক য়াম্বা শেলদি স্যারসি কনাদৈ লৌরুরিবা? স্যারগী তলবত্তি থাদা লীশীং কুলসু য়ৌদনা। স্যারনা কেন্দ্রগী মী ময়াম লাক্লগা থাকলিবা। চাক পীজবতা নত্তনা হবা ভারাসু অমুক তাল্লি। স্যারগী অঙাং মখৈসু মপান্দা থাদুনা মহৈ-মশিং তমহল্লি। মখোয়গী

শেলসু য়াম য়াম থায়। শেল ময়ামসিবু কদায়দৈনো? ঐদি য়াম ঙকখ্রেবো। স্যারবু জালি নোটকা নমব্রাও?

নো — নঙনা হেক হায়দোরকপা অসিমা। মথোঙ চাখিদ্রে। চৎনববু তৌরসিনে।

শৌ — লেঙঙসি স্যার। লেঙনবা তৌরসি। গাড়ী, সিফাই ঙন্না তয়ারিদা লৈরে। মতাংদি চাদ্রে স্যার করিগুম্বা বা অমতংগা হংজহৌখিগে?

নো — করিনোনে? করি অমুক বাৎলিগে চৎলসি হায়রগা।

শৌ — অচৌ অশাং ফমজাও পায়বা, মন্ত্রীনচিংবে নুপীদি বেগ অচৌবা পায়। মহোয়না বেগ অচৌবা পায়বে মরমদি ব্রেক্কী সনা লুপা, ফোরনচিংবা পোৎ মখৈ মখোয়গী বেগতা হাপতুনা পুথোক পুসিন তৌরিনি হায়নৈনে। মসিবু অচুম্বরা স্যার।

নো — নাপ চাখিদ্রেদকো মসিনা হেক ঙাঙথোরকপসিমা। চৎলম খোৎমদাইসিদা মথোঙ হুক্কবা বা ঙাক্কা। লাকও লাকও চৎতুম চৎসি।

চৎলে। কাঙজেবুং অনৌবা হৌদোকদৌরিবা মফমদু য়ৌরে। মন্ত্রী নোংবাল গাড়ীদৈ কুমথরে। মনাই শৌরানা থৌগল তৌ লেঙশিল্লক্লে। ওক্লম্বশিং অদুনা লৈপরেং অঙকপা ফংনা হুকখরে। মঙক্কূ লৈ পরেংনা য়োমখরে ফমফমলাংদা ফমখ্রে।

ভাষন পীনরে। করম্না কাঙজৈবুঙদু শেমগৎলকপা কনানা দান কয়াম তৌরকপা, কনানা করি তেংবাংলকপা, কনানা পাঙ্গল পুথোকখিবা, বাখিবা পুন্নমক সেক্রেটরিগী রিপোর্টতা মরীক চুন্না হায়খরে। খুলগী শান্নবদা থবাই য়াওবিবা মখৈসু বা ঙাঙবা লোইখ্রে। হৌজিক্তি মী অয়াম্বনা মতমগী মমল খঙনরক্লবনিনা বারেম শূদুনা ভাষন শাংনদ্রে। তেন্তক তেন্তক পীনখিবনা থুনা লোইশিনখিবনি।

বা ঙাঙবা প্রধান অতিথিগী পালি লাক্লে। প্রধান অতিথি মন্ত্রী নোংবালনা হায়— ঐগী ইমাঙদা ঙাঙবিখিবা লোইনা মচং ওইবা মখৈ তেন্তক্না ঙাঙনখি। ঐসু ভাব তাজরে শাংনা ঙাঙজরোই। খুল খুদিংগী শান্নবুঙ অমমম লৈবা হায়বসে তঙাই ফদবনি। মনিপুরবু পৃথিবীদা শক তাকপা ঙমলিবসি ঈশৈনোংমাই, জগোয় অমদি শান্নবননি। শান্নববুংনা খর হেন্না থবায় য়াওফম থোকই হায়বসি ঐগী মোতনি। ঐগী থাজজবনি। ঙসি নহারোলদা লাছোকপীরিবা অসিগুম্বা শান্নবুঙ শেম্বীদুনা মখোয়বু থৌগৎপীগদবনি। শেরান্নবা লম্বীদা চৎখিদনবগী পাম্বে অমসু

ওইগনি। শান্না খোৎনবদা ঐখোয় মৈতৈ মচা অসি পোকপদৈ পীথোরক্লবা মগুন অমা য়াওরকপগুম তৌই। মৈতৈ মচানা মপান্দবু শান্নবা য়াওববু চৎথ্রবদি মেডল পুরক্তনা থক হল্লক্তে। মসি অহল লমন্না হায়নবা অমা লৈ। ঐখোয়সি মালেমদা লৈবা, সোরারেলগী থারানি হায়। কোষ্টোজম তম্ফা লাইরেম্বীগী বারী খ্বাই পুন্নমক তাবিরবনি। খোরীফাবা শোরারেন অমসুং তম্ফা লাইরেম্বী অনীগী মচানি। তম্ফানা মালেমনি শোরারেন্না অতিয়ানি নোংদোলনি। খোরী ফাবনা মাবু পোকপা মপল পষ্টো শোরারেলবু থিবা, কাঙজৈ কাঙহু পায়দুনা চীংশাং থুংনা চৎখি অসিনচিংবা বারী কয়া লৈরি। মুক্না কাঙজৈ হায়বসে উমংলাই হরাওবদা চিংথদনা য়াওরিবা অসিনা তাকপদি শান্নবা হায়বসে ঐখোয়গী লাই ওইথ্রবা ইপা ইপু হাক্তগী হৌনা শান্নরক্লবা অমসুং লোয়নরক্লবা অমনি। অদুনা কাঙজৈবুঙ অসিগুম্বা খুল খুদিংগী ১/১মম থন্নবা হোৎনসি। শান্নবুঙ অসি শেমগৎপৈ মতেঙ ওইনা লুপা লীশীং ১০ অসি ঐগী শরুক ওইনা কৎচরে।” হায়দুনা নোংবাল মন্ত্রীনা মাগী ফুরিৎখাউদৈ লৌথোক্তুনা সেক্রেটরী অদুদা পিন্নে। অদুগা মানা মখা তানা হায়রম্মী “অতৈনা পীরে হায়না মচিন্নদি লাউথোক্লন্নগা শেনফমদু ফংনবৈ হোৎনবদা চৎথোক চশিনগী ভারাদা চঙখিবা, মতৈ অতৈ খরচতা চৎখিদুনা পীরিবদুদৈ হেন্না চঙখিবদু ঐ পামজদে। অদুনা ইশানা পুরক্তুনা খুৎশিন্নজরিবা অসিনি।”

ভাবক পুন্নমক মাগী বাদু তাবদা খুবাক প্রোক প্রোক খুনরকই। শৌরানা খ্বাইদৈ হেন্না খুবাক হৌনা খুরকই। মতাং অদুবাইদা শান্নবুঙ হৌদোকপৈ থৌরম লোইশিনখি। নোংবান মন্ত্রী অমসুং শৌরা মপু মনাই সোভা লোইরদুনা হায়গৎথ্রে।

লম্বীদা কার মনুংদা মপু মনাই বারী শা শাদুনা লাকই।

শৌরা — স্যারদি থায়নগী পুরানগী বারীকা য়াম খঙবীরম্মীনা।

নোংবান— শৌরা ইবো খঙদবা য়াদবনিনে। মন্ত্রী ওইরবদি লোইনা খঙগদবনি। ঙমদ্রগসু খরত্ত ওইরসু খঙফম থোকলিবনি। খঙদ্রগা মীঙোন্দা অখঙবদা হংদৌনি। লাইরিক লাইশু পাগদবনি।

শৌ — খঙজরে স্যার ভাব তাজরে।

শৌরা ঙসিগী অহীংদি তুম্বা য়াদে। মাগী নিদ্রা লাক্তে। নোংবান মন্ত্রীগী শেল লাকফম মশীং থীরি। চৎফমদি চাউরাকপা অমা খঙলে। শৌরা অপঙ শাদুনা ঙাওশিন্নদুনা মীগী মবা খঙদোক্লবা হোৎনৈ। মাগী লৌশিংদু মুন্না খঙলবা নোং-বান্না শৌরাবু মফম চানা মাগী লৌশিং শীজিন্নগে খন থাদোক্তবনি। অওইবদো

ফাগীদা অরানবা তাহনবা গুস্বা শৌরানি। মসিনি মাগী খ্বাইদে মমল য়াম্নবা মগুন। শৌরা মাগী ফম্মুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা নোংবাল মন্ত্রীগী শেল লাকফম মথং মথং মখুৎ থেক্তুনা থারি।

"গঞ্জাগা ফোরগা লম্লোনবদে লাকপা অচৌবা শেনফম– মরমদি মন্ত্রীগী কারদি থানানা চেক তৌদে পুনীংবা ব্রেকী পোৎ পুবদা বেরা লৈতে। – ডিপাটমেন্টকি অচৌবা খুৎলাই ইঞ্জিনচিংবা লৈবদা কমপানি অমসুং সরকারদে অনী তুনা ফংবা শেল– পোৎ চৈ সপ্লাই তৌবা কাণ্ডবুদে ফংবা শেল– ফম পাহতোক হাপচিন, ট্রন্সফর তৌথোক তৌশিনদে ফংবা শেল চোংথোক চোংশিন দল থুগায়বা দল শাগৎপদে তোংলকপা শেল– লোন পীবদা খপহৌবে শেল। য়ামখ্রেদা। পেট্রোল পমপ্টগী লাকপা শেল য়ামখ্রেদা। অসুক য়াম্না ফংলিদবু তৌসনু দান। মাগী মরলবু কনানা চা লোইগনি। ঐদি পুন্নমক অসি খল্লুদবনা দান ময়ামসি মাগী তলবনা কোন্নরমলোই খল্লুরেদনা। মচুম খরা লেকপা ফংবা ঐখোয়ফাও মরেক মহাও খর থোকলিসিনিদনা। অশিংবনা অপঙবে মরল চাজবনি। চাজস্নু বেরা লৈতে। কৈসু কায়দে। তুম্বনদুম ফরদমাল্লে। নোং ঙানফাৎত্রিঙে সিপাই ময়ামসিনা লাক লাক্তুনা তা শৌরা হৌগৎলো, তা শৌরা হৌগৎলো হায় হৌদোক্লরনি। জয় শিদবা মপু।" হায়রগা ফৈজুপ চিংখৎতুনা শৌরা তুমথখি।

দোকান্দার অমগী মচানুপী য়াম হৈশিংবী থোইনু কৌবী অমা লৈ। মহাক মমান্নবীশিংগা সুম শান্নরম্মী। মপা হেক উবমক্তদা শান্নরম্বা অদু হুনজেক্লন্নগা মপা তন্না "বাবা! বাবা!" হায়না কৌদুনা মপা তন্না চ্যেনশিল্লকই। অদুগা মপাগী মনাক্তা চঙদুনা কোনশিল্লি। অদে হংল্লকই "বাবা নঙ দোকান চৎতবা কুইরে। কৈদৌরে বাবা?"

– করিসু তৌদেদা।

– অদুদি করিগী চৎত্রিবা? নঙ দোকান থোক্ত্রবদি ইমাগা ঙহাক লৈতনা খৎনৈনে। তাবদা ঐখোয় নুংঙাইতে হায়বা। দোকান চৎলদি হল্লকপদসু অচাপোৎ পুরকই। অচাপোৎসু চাদবা কুইরে। বাবা দোকানদা চৎলো। দোকান থোকও।

– থোইনু! বাবানা চৎতবে মরমদিনে ঐনা ফমলিবা দোকানদুগী মমাঙদনে কাঙজেবুঙ শেমবে লৈবাক ময়াম হৈদোকলিয়ে গাড়ী অচৌ অচৌবদা হোল্লক্লগা। লৈবাক ময়ামদো নোং কল্লা চুবসিদা চোৎতুনা লৈখোমনা প্রোক প্রোক লাউরে। চঙথোক চঙশিন য়াদ্রে। অদুদা চৎতবনিনে।

দোকান থোকত্রদি ইচাশিং চানীংঙাই লৈরোইদৌরিনে। লাইরিক তম্বা ঙম্মোইদৌরিনে।

– অদো বাবা মীনা ঙাঙনবা অমা তাইনে।

– করি তারিবা?

– কাঙজৈবুঙ শেম্মীদো দোকানসু য়াওব্রা?

– য়াউই। য়াম য়াউই। পরেং শাংব্রবা কাঙজৈবুঙ থুংবা অমা য়াওরি।

– কাঙজৈবুঙ শেম্বদা মীনা শেল য়াম দান তৌনব্রা?

– তৌনৈয়ে। থোইনু নঙনা অসুক কুপথনা হংলিবু করিগীনো?

– অদুবুরাও মীনা ঙাঙনবা অমা তারকপা।

– করি ঙাঙনরিবা?

– শেন য়াম য়াম্না ডোনেসন তৌবশিংনা দোকান প্লোট লৌদোই তৌরিনি হায়বা। নিলাম তৌবা মতমদা থবক হাপ্লগী ইন্টর্ভিয়ু মমিং তা ওইনবগী তৌরগা মহোইনা হাপনীংবা মী ঙাক্তা হাপ্লগুম তৌখিনি। শেনফম চাউনা দান তৌরকপশিং অদুদা ফাওহনখিনি। মখোয়গী মীদা ফাওখিনি। অকোয়বদা দোকান মচা মচাশিং ফমজরিবা দোকান্দার মখৈদি ফংঙরোই হায়নে। অদুদা বাবাসু ফংদবদা য়াওগদৌরিব্রা হায় নুংশা থীদুনা হংঙিবা।

মচানুপীনা তারক্লিবা পাউ অদুদা অচুম্বা য়াওরে হায়বসি থোইনু মপা চাউবা লৌশিংবনা ভাব তারে। নুমিৎ অদো চাক ঙস্তা চাথোক্লগা ময়ুমদে থোকখ্রে। কাঙজৈবুঙগী অকোয়বদা মাগুম দোকান মচা মচা ফমবশিংদু খরা উনরে। উনদুনা বাফমদু তমলে খন্নরে। মখোয় ৪/৫ না মথং মথং চৎতুনা লোইনা উনরে। দোকান প্লোট নিলাম তৌদ্রিঙৈ মমাঙদা ময়ামগী ওইবা জেনারেল মিটিং অমা তৌসি হায়না য়ানরে।

মিটিং নুমিৎনি। চানা য়োনবী লৈহাওগী মান্দপতা মিতিং অদু ফপ্লে। দোকান মচা মচাদা পোৎ য়োনজবা, লুকমাই অমতা থারগা য়োনবা, করিমতা থাদনা লেপয়োন য়োনবা, খবর য়োনবা অমতা চিৎথদরে কাঙজৈবুঙগী অকোয়বদা পোৎ য়োনজিবশিং। সভাপতি তোলোংখোম্বনা ওইরে। মানা মানা খনজবা মওংদা বা ঙাঙনরে। খন্নরে নৈনরে দোকান প্লোটকি মরমদা কুপ্না। মদুদা পুথোক্লখিবা নৈনখিবা শমলপ্না বারোল খরা মখাদা পীজরি ঃ–

হায়নরকপা য়াউই, লাইরিক য়েনবা, ফি য়েনবা, হোটেল ফম্বা, হিদাক য়েনবা পানা-কা য়েনবা, অচা অথক য়েনবা, চুরুট মৈখেৎ য়েনবদি লম চাইরোই মোৎলোই পাকাগী দোকান্দা তরু তরুনা ফম্বা য়াগনি। অদুগা মুচিগুম্বা খোঙউপ শেগায় তুখাই ফোৎপা, চানা অঙৌবা য়েনবনচিংবদি য়ানি থাজদে। দোকান লূনা নান্না মওং তানা ফম্বদা অকায়বা লাকপা য়াই।

বাফমদু তাবদা মুচি অমনা হৌগৎতুনা হায়রকই "দোকান প্লেট পাকাদো অদুতা পীবিয়ুসে। মদুদা ঐবু ফমহল্লু মদুদা ঐনা তৌরকপা ময়াম য়েংবীয়ো হায়বা। খোঙুপ খুগা হোংবা, ফজনা ফোৎলবা, কাপ নীংথিনা থারবা ময়ামদো মিংশেল উপু সো কেস অমদা থম্নবা অদুগা খোঙুপকি মপু মপুগী মমিং লৌরগা তাংনচিংবা ইদুনা চে মচা অমা থেৎ থম্বা। খোঙউপ ফোৎলবশিংদু মমল লীশীংদৈ হেনবা ঙাকনে। মমল য়ামদবা খোঙুপতি তোংবু তোংনদ্রেদা। দোকান মনুংদা চৌকি ফজবা থাদুনা থমগনি। বাবু ভায়া লাকপশিংদু ফমহল্লগা ঐনা কাপ থাগনি। শোড়োক্কী চিদাইদা নালা মনাক্তদি লেপফমফাও লৈতে। নোং চুরক্রুগল্লু ফম্বা য়াদে থবক শুবদি লায়রদনা। মুচি কাপ থাবা হায়বসিদি কণ্ডাক্টেবুঙ মনাক্তদি য়াম দরকার ওইবনি। মরমদি শান্নবা য়েং লাকই ময়ামদো বাবু ভায়া ঙাক্তনি।"

অদৈদি কেল্লী চানা অঙৌবা য়েনবী লৈহাওনা হৌগৎতুনা হায়রকই-- চানা য়োল্লদি মোৎকনি লুখাক লানা বাই চাইগনি হায়বদো লমহাংদা, নোং মরক্তা, শোড়োক্কী চিদাইদা, নালা মমাক্তা য়োলহনবদৈ চাইরিবনি। দোকান ফজবদা ফম্বা ফংলবদি কদাইদৈ বাই চাইগদগে। ঐসু অরূবা ফজবদো খঙলিবনি পামলিবনি। চানা, ময়ুমদা মচাশিংগী পুননবা লৈবা লাকপশিংদদি প্লাস্টিক্কী খাওদ চেরংদা হাপকনি। মচিন তুশিনগনি। লুপা ৫ গী ময়োম ১০গী ময়োম খায়দোক্কনি। ময়োম ময়োম মিংশেল উপু মনুংদা থেল থমগনি। ময়াংগী অথুম অহাও য়েনবা দোকান্দৈ হেন্না ফজনিসে। চাগদৌগী লাকপশিংদসু থমনাদা, লাদা, লানা চামস শারগা পীবদো পীররোই। মনুংদা টেবল, চেয়ার থারগা ফমহনগনি অদুগা প্লেট চামস পীদুনা চাহনগনি। মোরোক শাবনিনা ঈশিং খৌরাংলমনি। লমহাংদা নালা মনাক্তদি পীথকপা ঙমদে। প্লেট চামস তৌদুনা, চারবদি মনাক্তা অহাওবা ঈশিং গ্লাস, অমমমসু খিনবা ঙম্ননি।

ময়ায় টাংবল লৌবিরিবা ইপু তোলোংখোম্বনা ফরে অদুদি বারেপ খরদং তাথোক্কুনা থম্নসি। ইপু চাউবা লৌশিংবনা বাফম অদু সমর্থন তৌরকই। বারেপশিং অদুদি ঃ-

**অহানবা ৱারেপঃ** ঐখোয়না ঙসি শেম্লিবা লুপ অসিগী মমিং "**কাঙজৈবুঙগী অকোয়বদা ফমজরিবা দোকান মচা মচাই লুপ**" হায়না থোম্লে। মসিগী প্রেসিদেন্টনা ইপু তোলোংখোম্বা, সেক্রেটরিনা ইপু চাউবা লৌশিংবা। অদুগা থবক পুগদৌরিবা মীনা লাইরিক য়োনবা, চা য়োনবা, পানা ক্বা য়োনবা, খবর য়োম্বা, চুরুট মৈখেৎ য়োনবা, মুচি, হিদাক লাংথক য়োনবা, শম ককপা, চানা অঙৌবা য়োনবা অসিনচিংবৈ মীহুৎ অমমম। মসিনা ৱাকিং কমিটি শাবা।

**অনীশুবা ৱারেপঃ** কাঙজৈবুঙগী ষ্টেদিয়ম শাবদা য়াওরিবা দোকান প্লোট পরেং অসে কাঙজৈবুঙ অকোয়বদা ফম্লিবা দোকান মচা মচাশিংদা অমদি লমহাংদা নালা ময়াদা পোৎ য়োনজরিবা কাঙবুদা পীহনবা।

**অহুমশুবা ৱারেপঃ** ৱারেপ অনীশুবদা পনজরিবশিং অসিদা পীবা লোইরবা তুংদা করিগুম্বা প্লোট লেম্লবদি মদু অতোপ্পা কারবারৱালাশিংদা পীবা। পীবা মপীদি নিয়ম চুম্না নিলাম তৌরগা পীবা।

**মরীশুবা ৱারেপঃ** প্রিমিয়ম থীবা ঙমদবা য়াওদুনা কনাগুম্বনা থীবিগে হায়রবদি কাঙজৈবুংগী দোকান মচাগী লুপকী মেম্বর অমতনা য়াদবা। য়ারগসু চেচাং সহী তৌনদবা। শেলতমক লৌবা। শেল চাবা মীনা শেল লৌবগুম লৌবা।

**মঙাশুবা ৱারেপঃ** মথক্তা তাখ্রিবা ৱারেপশিং অসি থবক ওইনা পাঙথোকপা, পাঙথোকপা য়াদ্রগদি আন্দোলন তৌবা। মখল মখলগী আন্দোলন চৎথবা। ধারনা, রেল্লী চৎপা, বোয়কোট, স্ত্রাইক, বন্দ, চরা হেনবা, শিদ্রিভাও চরা হেনবা অসিনচিংবা খোঙথাঙ কয়া কয়া ঐখোয়গী দাবী পীদ্রিফাও চঙশিনবা।

শৌরা প্রপ প্রপ চেনশিন্লক্তুনা ফিংনা "স্যার! স্যার! ৱাফম অমা তাবিরব্রা?

নোং — করি অমুক তৌরগে?

শৌ — ঙসিগী খবরদা য়াওবনে। কাঙজৈবুঙগী অকোয়বদা ফম্বা পোৎয়োনবা পোৎয়োনবী ময়ামগী লুপ অমা শেমলে মখোয়দা কাঙজৈবুঙগী দোকান প্লোট ময়ামসে মহোয়দা পীগদবনি। পীদ্রবদি মখোয় ময়াম চরা হেন্দুনা শিনি হায়রিয়ে। সে সে সিদা য়াওরিসিনি। অমুক্তা মুন্না পাবিয়ু।

শৌরানা মন্ত্রী নোংবান্দা খবর পীশিনবা। নোংবান্না লৌদুনা খবরদু পাবা। পাবা লোইরগা নোংবান্না হায়রকই—

নো — শৌরা ইবো ঐদি লায়না খন্নুবনি। লায়রোইদৌরিনা তৌরিসিদি।

শৌ – স্যারগী দোনেসন অচৌবদুদি করম তৌবা তারে? মাঙবা তারব্রা?

নো – মাঙববুদি মাঙলোই অদুদা। ইনশিনবিনবা মীসু নক্কা লৈরেদো। মহোয়না ইনশিনগদৌগী হুম্না হুম্না থীদুনা কদায়দা করি লৈবগে হায় থিদুনা লৈরেদো। প্রজানা মরোল অমা পংবনে। খঙদ্রে তৌরিসে। নালাদা গল্লিদদা পোৎ য়োনদুনা লৈবা মীনা মাথা কয়াম লৈগদগে কয়াম শিং গদগে। ইনশিনবিদুনা তৌরিনে। মহোয়না প্রোমট তৌরিবা ইনশিল্লিবা। মহোয়না নক্কা লৈবনা থোকলিবা ঙাক্লিসে।

শৌ – ইনশিল্লিবু কনা কনানোনে?

নো – ইনক নক্কা লৈরি অনীদু নঙ খঙদ্রাও?

শৌ – ওপোজিসন্দা ফম্বা অনীদো খঙলে খঙলে। মহোয়দি ওপোজিসন বেঞ্চদা ফম্বদি পাকতি পকচখ্রেদকো। প্রোমট তৌবসু মহোয়দি ফাওরিবনি। ড্রামাদকা ওইরদি মেদলবু ফংনিনে।

নো – হো মখোয় অনীদুনিনে। মহোয়বু লাক্লবদা মাথা কায়রিনি করিনো মহোয়গী ব্রাহংগী পাউখুম পীনবা হোৎনবদা। হন্দক্তি মৈরিকপীদে মৈজাওবী ওনদৌরেদনা। মসি মায়োক্লনবা হোৎনবদা ব্রাখল খরা চঙবা তারে।

শৌ – ফরে স্যার। স্যারসু ব্রাখল তৌবিরো। ঐসু করি লৈবগে হায়বদু ব্রাখল তৌদুনা য়েংজখিগে। অদুদা স্যার প্রজাগী খোল্লাও হায়বসিদি লুইদো। ❑

# এম এল এগী নুংশি লৌনম

অচৌবা খুলনি। লম্বী থোং যৈ। কেন্দ্র অদুদা কাবা এম এল এ শক্তি পায়গনবা মীতানি। কোটা য়াবদা মমিং চৎলিবা মীশক্তি। মাগী শরুক য়াদবা য়াদে থুংহৌদবসু য়াদে। মানা কোটা য়া য়াদুনা উকু, লম্বী, থোং য়াম্না শেম্মী। স্কুল কয়া সরকারগী ওইনা ওনশিলহল্লি। কাঙজেবুঙ, শাম্নবুং কয়া শেমগৎলি। ফম কয়া হাপ্পী মরু ওইনা মাগী শাগে নাতে। অতৈনা শেল চার চারগা হাপ্পী। মাগী কেন্দ্রদা থবক তৌদবা মী লৈত্র হায়বমক য়ারবনি। মীনা মাবু তৌবা ঙমবৈদমক কিনবা এম এল এনি। ফোরসু ললোল্লি হায়নৈ। মিৎনা উরুবদি নত্তবনিনা অশেং বা হায়বদি ঙমদে। মাগী সিনেমা হোল লৈ। পেট্রোল পম্প লৈ। দোকান কয়ামসু লৈ হায়নৈ। মানা তোংনরিবা কারদু নত্তবা জীব গাড়ী লৈ। টটা ত্রক ২/৩ সু লৈ। শেল য়াম্না পায়। দানসু চাউনা চাউনা তৌথোকই। মীনা মাগী দান খুৎতৌদু ঙক্লে। লৌরী য়ুমফম, লল থুম পুন্নমক মাগী মমিংদা অমতা লৈতে শাগে নাতে মচা মগুদা ঙাক পাল্লিসু হায়নৈ। কেন্দ্র অদুদা মাবু ইনথুবিনবা মী লৈতে অসুন্না খ্বাই তরানা ঙাঙনৈ।

ভোটর মশীং য়াম্না য়াম্মী। মনিপুরদা কেন্দ্র ৬০ লৈরিসিদৈ ইহেন হেল্লি হায়নৈ। চহী শূদ্রিবা মীওইসু ভোটর লিস্টতা চনশিনব্রা করিনো খঙদে। শিখিবা কুইরবা মীসু মাগীনিবু হায়রবদি মংদৈ হৌগৎলক্নুনা ভোট থাদবা য়াওরৈ হায়নৈ। মসিদনি এম এল এ অসিনা মমিং চৎলিসি। অহানবা কাবা মতমদদি লম্বী থোং শেম্বীবা, অঙাংশিংগী মহৈ তম্ফমশঙ শাবিবনিনা প্রজানা য়ারম্মী। কুইশিল্লক্রবা অদুদা মাগী চালাক ময়ামদু খঙলকপদৈ য়ানরকত্রে। অতোপ্পা মী অমা হোংদুনা এম এল এ কাহন্দুনা য়েংনীংলে।

মতাং অসিদনি চিত্রসেন্না মীখলদা মাগা মায়োক্নগে খল্লক্রিবা। চিত্রসেন কনানো? খুল অদুদা লৈবা মহৈ মসিং ওখাক হৈবা ইনখৎলক্রিবা নহা অমনি। মহাক চহী ২৫/২৬ শুরম্বা য়ারে। মহৈনা হন্দক্কী চহীদা এম এ পাস তৌখিবনি।

মশা মউ ফৈ চাউ শাংঙি। মীওই মীতৌ চঙথোক্লি, শাবান মুর্ত্তি ফজে। শন্না হায়রবদা মাগী মশাদা অবাৎপা কৌবা অমতা লৈতে। খুলগী লৈশাবী ময়ামগী কল্লকুফম মিতানফম ওইদুনা লৈরি। নিঙোল পোকপা মপানা মম্মাক ওইনীংবা নিঙোল পোকপী মমানা ময়া ওইনীংবা মীতানি। মসিনি চিত্রসেনগী হৌজিক হৌজিক ওইরিবা ফীভম।

চিত্রসেনগা পীশক পিকলিঙৈদে হৌনা ক্লাস অমতদা তম্মীন্নরকপী চিত্রলেখা হায়না কৌবি নুপীমচা অমসু খুল অদুদা লৈ। মখোয় অনীমক লাইরিক ফনা হৌরকই। চহী অমদনা চিত্রসেন্না মকোক ওই। মথংগী চহীদনা চিত্রলেখানা ওই। অসুন্না ওন্না ওন্নরনা মকোক মথং মকোক মথং তাদুনা লাকপনি। হৌজিক্তি মখোয় অনীমক এম ও হায়বদু ওইরে। মখোয় অনী নুংশিনৈ হায়বসে খুল অদুদা লৈরিবা মী অয়াম্বা খঙনৈ। চিত্রলেখা লৈরিঙৈদা ঐখোয়না চিত্রসেনবু আশা তৌরুবদি থীকনেম্বা থা লাম্বা তাগনি মসিনি খুলদুগী লৈশাবীশিংনা হায়বদি হায়দোক্তনা মপুল্লীংদা খল্লিবা।

নোংমদি চিত্রসেন্না সিম্পোসিয়ম তারুসি হায়দুনা চিত্রলেখাবু হৌবা লাকখি। চৎমিন্নে হরাও হরাও অনীদু। হল্লকপদা সিম্পোসিয়মদা ঙাংখিবা ময়ামদুগী মরমদা খন্না নৈনদুনা লাকই। অদুদৈ চিত্রসেন্না কৌরকই হায়—

— চিত্রলেখা।

— করিনো বা ঙাঙবকা লেপ্লগা খংকৌ কৌরকইবো?

— ঐ ঙসিসি নঙোন্দা বা অমা হায়বা তারে।

— করি বানো? হায়য়ো।

— ঐখোয় অনী লুহোংলসিনা।

— হায়মা। অদুগী বাদু ওইরে। ঐদি, য়াম লুবা বা ওইরবোই নীংলুরে। লুহোংবৈ বা ওইরে।

— অদুক লাইশ্রবা থবক্তুবো?

— লুহোংববু অরায়বা থবক্লনে?

— অরায়বা থবকপুদি নত্তে। অদুদা।

— অদুদা নত্তেনে। ঐহাক ইলেকসন লেপকে হায়না খল্লি। নঙ য়ানীংদব্রাও?

— য়ানীংদদি কৈনো। লৈবাক্কী সেবা তৌরগে হায়না চোংথোরকপবু

করিগী য়ানীংঙোইদৌরিনো অদুদা হায়গী লৈরিবা এম এল এ অসিনা লিংমনবসিদা কাদদুনা তোক্কদরা চিন্নরিবা।

— কাবা কাদবা হায়বদুদি লাইগী নোংদমনি। নঙনা খঙলিদুনি ঐগীদি ইচন ইচে কনাসু লৈতেদো। য়ুমদা নুপী অমা লৈবদি য়ান্না দরকার ওইবনি। ভোট খোম্বগী থবক মকা ফোংনা তৌনবা হায়বনি। অতেগী নত্তে।

— নঙনা পাখং ওইনা লেপ্লদি লৈশা ময়াম নঙোন্দা থাদবা শোয়দ্রবনি। হেক লুহোংখিবদা লৈশা পুন্নমক্কী আশা কায়খিদুনা থাদররোই। মৌনা ভোট খোম্বদে লৈশাবীনা খোম্বনা হেন্না ভোট তানিসে ইবুংঙো।

— নঙ লৈশাবীনবু ঐগী ভোট খোম্বা ঙমগদ্রনে? করি থোক্কে হংলবদি নঙ করি হায়না খুমগনি?

— ঙমগনি। করি ঙমদনি। মীনা হংলক্রবসু খুমনীংঙাই য়ান্না লৈ। লৈশাবীদি ফ্রিনে ফ্রি। অদুগা নঙ ঐ লুহোংবনা মীখলদা মায় পাক্রগা। হায়বদি কারক্রগা, এম এল এ ওইরগা, য়ারগদি মন্ত্রী ফম পায়রগা লুহোংসি চাউনা। য়ারেদনা য়ারেকো।

অনীদু আশাগী মঙলান্দা ফুরা চাউনা শাদুনা নোক্র নোক্রদুনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি। অনীদুগী মঙলানগী আশাদু মঙফাওনখ্রিব্রা হায়বদু য়েংলসি।

মীখল মতম য়ৌরক্রে। চিত্রসেন ভোট লেপ্লে। মাগী সিম্বোলদি মুকাকলৈনি। মানা মুকাকলৈবু মাগী মার্কা ওইনা খনখিবে মরম লৈ। মমাঙে চিত্রলেখানা অঙাং ওইরিঙে লৈশাবী পুংকক চাউরকপা মতমদা হায়খি "মুকাকলৈ হায়বা লৈরাং অসি পামজে" হায়না। মরম অসি লৈবদে চিত্রসেন্না মুকাকলৈবু মাগী মীখলগী সিম্বোল ওইনা খনখিবনি। চিত্রলেখানা মুকাকলৈবু পামজরুবে মরমদি উখোঙ, ম্বাখোঙ নাক্তা, লৈপলদা, নারক মোংশোংদা মদোম শাংলগা মদোম কেনজখিবা কবি কনানা শৈশক শৈথাবিদবা লৈরাংগী নোংমতকী ওইবা পুন্সীবু চিত্রলেখানা নুংশিজরুবনি। লৈরাংদি খুৎশেমগী লৈকোলবু থৌওইদবীনি। পামজদবীনি।

চিত্রলেখা ভোট খোম্বা হৌরে। মানা মরু ওইনা খোমলিবসি নুপীনি। য়ুমথোঙ য়ৈনা চংত্তুনা খোমলি। চিত্রসেনগী মপোক নুমিৎ খুদিংগী লাইদা সঙোম ক্ষীর, তুলসি মনা বর্ত্তি কথলি। নোংমাইজিং খুদিংগী উমংলাইগী লাইবুংদা হৈরুক কায়। পুই লফোই-ল ফাং চঙ থোকপা অতে অতে হৈরা, লৈ শুনচিংবা। কথলি

লাইদা চিত্রসেনগী মঙ্গল ওইনবা। লাইগা মরী লৈনবা থবক পূন্নমক চিংহি উত্তি লুথোক্লগা, তরু তরু ইরু মায়থজরগা, ফিসেং শেৎলগা পাঙাথোকই। মমিৎতা মপি তানা লাইবু খুরুমজে থম্মোয় শেংনা। মসি পূন্নমক পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মা চিত্রসেনদৈ পাই অমতা লৌদে। মাগী লৈজবা শেল, সনা লুপা, মখুৎতা শিবা খুদোপ মখুদাংদা শিবা খুজী, নায়ানবী, মঙক্তা শিবা ঝিনজুর ওন্না কায়থোকখ্রবনি। অসুৰ্কী মতীক কন্না হোৎনজে। মহাক্না মপুকচেল শেংনা লৌথুপ লৌকোয় লৈতদনা থম্মোয়দগী হায়দোরকপা, ফজরবা ব্যবহার কায়দবা ৱাঙাংদু তাবদা নুপী পূন্নমক পেন্দবা য়াওদে। মাগী ৱাঙাং ৱাতা ফজবদুনা খ্বাই তরানা মাবু ঙমখে লৈতনা য়াখি। নুপী পূন্নমক মুকাকলৈ মার্কাদা ভোট থাদসি হায়না অমতা ওইনা য়ানদুনা ৱারেপ তানখি।

চিত্রলেখাগী মপান্দে চিত্রসেন মীখলদা মায়পাকখ্রে ভোট কারে। মী পূন্নমক ঙরুখি করম্না কারিবনো হায়না। খরনা হায় মানা কাবদি মবেম্মসিগী মপান্না কাবনি। চিত্রলেখানা কাহনবনি অসুন্না। হৌজিক চিত্রসেন এম এল এ ওইরে। মানা য়াওবা পার্টিনা মেজোরিতি ওইরে। মন্ত্রী মন্দল শেমখ্রে। শাসন পায়খ্রে। চিত্রসেনবুদি হন্দক্তা নৌনা কারকপনি মশাসু নহা ওইরি হায়দুনা রাজ্য মন্ত্রী অমগী ফম হাপ্পীরে। মদু তাবদা মাগী কেন্দ্রগী মী পূন্নমক হরাওনৈ। থোইদোক হেন্দোক্লা নুংঙাইজরিবা হরাওরিবদি যোঙদি যোহদোক্তনা চিত্রলেখানি। মানা হোৎনজবা মহয় য়াম্লে খন।

চিত্রসেন রাজ্য মন্ত্রী ওইরবনিনা ময়ুমদা লৈত্রে। মন্ত্রীগী কাটরদা লৈখ্রে। মানা পুরিবা বিভাগ অদুগী অফিসার অচৌবা খ্বাইগী মকোক অমা লৈ। মানা চিত্রসেনবু মতেং য়াম্না ওফিস মতম নত্তবদসু পাংই বাঙ্গালাদা লাক লাক্লুনা। ইমুং মনুংগুম মচাগুম লুনা তৌরি। অতোপ্পা মীনি হায়না খনবা উদে। ওফিসার অদুগী মচানুপী লৈশাবী মপুং ফারবী অদুনা মচানুপী অদুবু চিত্রসেন মন্ত্রীদা থাজনীংল্লম্মী। মরমদি মহাক মন্ত্রীগী মকুবোক্লি হায়দুনা খ্বাইনা মকু ইথুংঙো হায়না ময়াম্না ইবায় খুন্নবদো মহাক্না পামজে। অদুগী মথক্তা মচানুপী মন্ত্রী অমগী লোয়নবী ওইহন্নীংঙি। অমনা চিত্রসেন নহাসু ওইরি। মহৈ মশিংসু মতীক চানা হৈবনিনা নোংমদি মহাক শোয়দনা চিফ মিনিস্টর ওইরকপা য়াই হায়বসি মাগী থাজবনি মাগী আশানি। থিম্বরবদি অকায়বা লাকপা য়াই মাগী আশা কায়বা য়াই খন্দুনা থুনা লুহোংনবা হোৎনখি। থীন্দনা চিত্রসেন মন্ত্রী ওফিসার অদুগী মচানুপীগা লুহোংখ্রে।

চিত্রসেন ওফিসার অদুগী মচানুপীগা লুহোংখ্রে হায়বা তাবদা কেন্দ্রগী মী পূন্নমক ঙরুখি। করম্না চিত্রসেন্না চিত্রলেখাবু থাদোক্লক্লিবনো অমগা অমগা হংলখি।

কৈথেল নুপীশিংগী কৈথেল অকা অকুমগী লম্বীগী ৰারী ওইনগ্রে। হায়নরি নুপা হায়বা জাৎসে থাজনীংঙাই কৈসু লৈতেসে। মাগীদমক্তনিকো চিত্রলেখানা চাদ থক্তা হোৎনজখিবদো। মদুবু থোক হেক লায়না কাওথোকপীরম্মীদা। নুপী অমনা– ইনাক কৈরাক খুনবা সহরদা লৈবা অফিসারগী মচানুপীনা খুঙ্গংদা লৈবী লৈশাবীদে হেল্লি সিনিনে। অমনা– অদুবু ইনম্মা! চিত্রসেন হায়বা অঙাং অসিদি ধর্ম্মদি লৈতেদনা। মানা তৌরিসি ধর্ম্ম থোক্তে হায়বা। মনম্মনা– অদুবুদি কয়া কুইনি হায়বগে? লাইনা মরাইনা ৰারকচনি। কেতুকীনা মখা শমথরকই– ঐ কৈথেল লেপ্তুনা মাই মনাক্তা নোংমতা চৎলুগে খল্লিবনি। অমনা– খুম্লকই চৎলগা কৈদৌরুদোইনো? কেতুকীনা হো চৈরুগে চীন পেন্নবা। মানা সুম তৌরক্কনি খঙলম্লদি নুপী ঐখোয় ময়াম মঙোন্দা ভোৎ অমতা থাদরম্মোইদবনি।

কেতুকী থৌদোক্তু থম্মোয় শোক্লা নুংঙাইতে। নোংমা কৈথেল লেপ ইম্ফালদা চিত্রসেন্না লৈবা মন্ত্রীগী ক্বার্টর তম লাকই। গেটতা ঙহাক পল্লি চঙহন্দে। কেতুকীনা লাউনা হায় "সিফাই থোঙঙাকপা! ঐগী মিং কেতুকী কৌই। ঐহাক কেন্দ্রগী মীনি। নহোয়গী মন্ত্রী চিত্রসেন হায়দো অদুগী মমাবোকনি ঐসে। ইচানুপাদো অমুক্তা উনগে লাকপনি। নহোয়গী মন্ত্রীদুদা নমাবোক লাকই হায়রু।" সিফাই মনুং চঙখ্রি মন্ত্রীগী পার্মিশন লৌবা। কেতুকী লেপলি। ঙহাক লৈরগা সিফাই থোরকই অদুগা গেট হাংদোকই লেঙশিনবিরো য়ারনি হায়রৈ। কেতুকী বাঙ্গলা মনুং চঙখি।

ফমফম কাগী থোঙজীন্দা চিত্রসেন লেপ্তুনা লৈরম্মী। হেক উবমক্তদা "ইমাবোক লেঙশিনরিরকউ। সোফাসোমদা ফম্বীয়ু। ইমাবোক লেঙঙকপসি ওহ্নোক্লা নুংঙাইশ্রেদা।"

কেতুকীনা খোল খরা কল্লপ তৌনা "ঐদি নুংঙাইতেনে। করিনো নঙনা তৌরিসিবো? মীগী মচা লৈশাবী চিত্রলেখাদুদি নঙ লুহোংখিবৈ পাউ তাবদৈ ইকাইদুনা মপাল থোকখিদ্রে। অসুক তমথীনা মাবু নঙনা কাওথোকপীরমলিবু করি মরমগীনো? মানা ভোট খোম্বীদুনা নঙ কাজবা নত্রাও? তৌবিমল খঙদবা শানিনে নঙদি। ঐ চিত্রলেখাগী ৰাফমসে হায়গে হায় লাকপনি। নত্রবদি নঙগী নোরোক্কী য়ুম সিদা কৈদৌবা লাক্কনি। কৈথেল লেপ লাকলিবনি ৰাফম অসিগীদমক।"

– ইমাবোক ঐনা তৌরিসে, রাজনীতিনে রাজনীতি। মসে রাজনীতিগীদি ধর্ম্মনি। ঐ ধর্ম্ম কায়দে। রাজনীতিৰালাগী ধর্ম্ম ঙাক্লা চৎলিবনে। হায় তারিবরা কনা কনা লৈবগে? ইমাবোক্কী চাগা, ব্রেক ফাস্ট প্লেট অমগা

পুথোরকও। খরা থুনা।

— ইমাবোক নওগীদা চা থকপা লাকপা নত্তে। থকলোই পুথোকহল্লকনু। ঐ চৎলগে। নওনা তৌরিবা থবকসে ধর্ম্ম থোক্তেকো। কেন্দ্রগী মীশিং নসু নওবু য়াম শাওনরবনি। নও তুংগী লম্বী ককপা থবক তৌরেকো। হায়বিগেহে।

হায়রম্লগা কেতুকী থোকখ্রে। চিত্রসেনগী নুপী শাউনা ফি ফি কাম্মদুনা থোরকই। হংলে— ছজিক সিদা ফম্লম্বা নুপীদু চৎখ্রবরা? মশমদো খুদাংদা য়েৎ হায়গে থোরকপনিনে। কদায় য়ৌখ্রে। নত্তে নুপীদুবু চিত্রলেখাগী মমারাও? মাগী পাউ পুবা মীরাও? মানা চিত্রলেখা পন পন্দুনা ঙাঙবদো খরা তাহৌইনে। নাচল মথীনা পাহোম্মরিবু করিগীনো? নুপানা পাম্বীদদুনা হন্দোকপীরম্মে। ইকাইগেদি হায়দনা।

চিত্রসেনগী মরূপ মপাংনসু লাক লাক্তুনা অসুম্না হায়রে— নওনা হন্দক তৌরিসে য়াম্না লাল্লিকো। নুপীমচা লৈশাবী অমবু চঙহাৎ হাৎতুনা থম্বীরম্বসে। মানা নওগী ভোটকী মতমদা লৈশাবী অমা ওইবৈ ইকায় ইকি থাদোক্তুনা হোৎনখিবনি নোংজু নুংশা থাক্তনা। মদু নওনা তরায়না কাউথোকপদু কেন্দ্রগী প্রজা মীয়ামদা নমথাক তৌরম্বনি হায়না প্রজাশিংনা নওবু হঙ্গোই তুক্কচনা ঙাঙনৈনে।

মদুগুম্না হায়রবশিংদো চিত্রসেন নাচুংদে থওইনা তাদে। ইরায় লায়না খুমদোকই— রাজনীতিদা মদুগী বা লৈতে। হৌজিক্তি ঐহাক রাজনীতি পুরা তৌরবনি। বাশকপা পুন্নমক রাজনীতিদদি খোংবাল চোংলগা কোকই হায়নৈ। ঐগীদি অচুম্বনি, ধর্ম্মনি, রাজনীতিনি। রাজনিতিদা অশেংবা নুংশিবৈ মফম লৈতে। কান্নদে বন্ধু খনবিরন্নু।

চিত্রলেখানা অসুম্না খনখি— "মঙলান্দা শারুবা আশাই ফুরাদো লৈঙোইদা শাবা ওইরম্লে। কুইনা মতম চঙনা শাগৎচরুবা ফুরা মিকুপ অমদা নীংখায়খ্রবকো। নুপা হায়বা জাৎসিদি করিমতা থাজনীংঙাই লৈতেদা। মা ঐ নুংশিনরকপা ঙসি ঙরাংতগী নত্তে। পীশক পীক্লিঙেদগীনি। মানা সুম তৌরকনি হায়বা ঐ থাজবা ঙমদে মঙফাও মঙলুদে। নুপী ওই হায়দুনা মীনা উশিৎপিদ্রবসু ঐগী তৌবা ঙম্বা ইতীক্তদি খঙহল্লম্লগে। খঙগনি মথংগী মীখল লাকখিসনু মাগী মায়োক্তদি ভোট মখোল্লমগে। ঐগী ইপানদৈ মহাক ভোট কাজখিবনি হায়বসি মীপুম খুদিংনা খঙলসনু।"

চিত্রসেন লুহোংবা থা ২ বু ফারমখিরোই। মাগী দলদু মাইনোরিটি তারে হায়দুনা চিত্রসেন মন্ত্রী ফমদে ওম্ভখ্রে। মেজোরিটি তাবা দলনা মন্ত্রীমন্দল শেমখ্রে শাসন পায়খ্রে। চিত্রসেনগী নৌনা লুহোংলুবী মৌনাও অফাওবীদো নীংবা কায়খরে। চিত্রসেন্না মাগী নুপীদা হায়– "হৌজিক ঐখোয় বাঙ্গলাসি থাদোক্লম্বা তারেদো। কুইথনা লৈবসু ইকায়দো। ঐদি ঐগী কেন্দ্রদা হনবা ইকাই। য়ুমদসু লৈনীংদে ইকায়। ঐনা ইকায়রিসে মরূ ওইনা চিত্রলেখাগী মমাঙদনি। হৌজিকপু ঐখোয় কদায়দা লৈরূবা তাবগে? কল্লক মমাঙ চাং তাবদু হেক থোকইদা"।

– হে হে অদুগী ওইরেসে। ঐ লৈরিসিদি করি ওইনা উরূরগে? চিত্রলেখাদা নুপীরাও? ঐদি নুপী নত্রবরাও? মানা করিদা হেল্লদনা। লৌবাই লৌথ্রাওদা লৈবী লবাই নিঙোল ককয়ি চুবীদুবো কৈদা ইকায়রিবনো? মথাই থায়না মরী লৈনরম্মী হায়বদুগীরাও? কান্নদেসে ঐগী য়ুম লৈরিসিদি ঐখোয়দা লৈরূরগা লোইরদুবো।

– নঙনা করি করিনো পঙঙাঙদা ঙাঙ্ঙি। লাউসে পোৎতুম য়োমসি লাউ। পাবুংগী মমাঙদা চঙবদো ইদি ইকায়খ্রেদকো।

অসুম্লা চিত্রসেন মকু ইবুংঙোগী য়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈখ্রে। ফম তারবা মতুংদা মহাক কেন্দ্রদা অমুক্তা লাকত্রে। পাউসি কেন্দ্র শীন থুংনা খঙলে তারে। নোংমা নুমিদাং সন্ধ্যা য়াচংবৈ অদুবাইদা কৈথেল পোকম ফম্বী ৭/৮ মরী মরী লাকই কৈথেল কুল্লকপৈ। পাখঙ মচা ৪/৫ সু অহলশিং অদুগী তুং ওইরপ্না চৎলি মহোয়গী বারীদু তাবা নুংঙাইদুনা।

নুপী অমনা হৌদোরকই –

– চিত্রসেন্দু মফম তারে হায়নে।

– কৈদৌবে?

– হোঃ মানা য়াওবা দলদো মশীং য়ামদ্রে মীনা হেনখ্রে। অহেনবা দলদুগী মীনা মন্ত্রীফম অমুক পায়খ্রে হায়নে।

– চিত্রসেন মন্ত্রী ওইদ্রে হায়বা নত্রাও? পেল্লিদা। মাদি ধর্ম্ম লৈতে ওইরোইনে। মানা মফম তাদনা কনানা তানি হায়গে? মীগী মচা লৈশাবী অমবু চঙহাৎ হাৎলমলগা অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংবা ঙম্মীবা মহা চন্দালদো, মহা পাপ্পীদো চীন পেন্না চৈখিগে।

– ঐদি চিত্রলেখাবু অমুক্তং লেপহন্নিংলিয়ে মাগী মায়োক্তা।

– মশানবু লেপনীংলমদ্রনে? লাম্বাবুদি য়াম চায়নে।

– ইবেম্বা নচিন ননাওনা ঙাঙনরিদো ইচেম য়ানীংঙি। চিত্রলেখানবু লেপ্লবদি কাবা মশানা তারবনি। কানি। চিত্রসেন্দি মাগী কেন্দ্রদা হল্লকত্রে নুপী ময়ুমদা য়াওং ইন্দুনা লৈখ্রে। মশা য়াওদনা করম্না প্রজাগী সেবা তৌদৌরিনো?

– কুইররোই কুইররোই ইবেম্মা। মাবুদি চন্দোল উপু কোথোং নাদুনা চৎপা নিঙোল মবা তারদৌনি।

– চিত্রলেখানা লেপচরোই হায়রসু নুপী ময়াম্না নমদুনা লেপহননি। হন্দক চিত্রসেন্না চিত্রলেখাবু কাওথোক থনম্লিবা অদুবু করি মতৌ কৌই হায়গে?

ঙসাই মখে তুংইল্লমলিবা পাখং মচাশিং অদুগী মরক্তে অমনা– চিত্রসেন্না তৌরমলিবা অদো “এম এল এ গী নুংশি লৌনম” কৌয়ে ইবেল।

কৈথেল কাবী নুপীশিং অদুগী মরক্তে খাইদৈ অহল ওইবীদুনা হন্না য়েং-লক্লগা নোকই হায় “ঐপা য়োংগী মচাশিং অসি ঙসাইদৈ ঐখোয়গী তুং ইন্দুনা লাক্লগা অচেৎ অকোম য়েংদুনা ঐখোয়না ঙাঙনবা বা তারমলিবোরে।” ❑

# পোলিওনা বিলাটি বোল ওল্লকপা

পোলিও থা শূদনা পোকপা অঙাংনি। থা ৭ তা মহাক পোক্লল্লগা মমা লৈখিদ্রে। মমাসু শিদোকখ্রে। থা শূদনা পোকপা অঙাংনিনা থা অমরোম ডাক্তরদা লৈহল্লু হায়রে। মপাগা পোকমিন্নবা মনে অমনা মাবু নাওকোল্লকই। মনেদু মানা ডাক্তরদা লৈবা মতমদসু লোয়নরকই। নর্সশিংনা পোলিওগী অঙাংদু হিদাক পীথক্লবরা, শঙ্গোম পীথক্লবরা হায়না হংনবা নুমিৎ খুদিংগী মনেদুনা তায়। মনেদুনা পোলিও হায়বা বাহৈদুবু তাবদা ওন্তোক্লা পামজরুই। মদুদগী মানা ময়া নুপাবু পোলিও হায়না থোনখিবনি। মমাগী খোমনা য়োক্লক্তবে হৌনবা পোলিও নাওশোন্ননা হৌরকই। থা শূদনা পোক্লকপা অঙাং ওইবনা খোমককলাইসু চুই।

পোলিও চহী ৬ শূরকপৈ অদুবাইদৈ লাইরিক তম্বা হৌখি। মশা শোল্লি হায়দুনা খরা থীম্না হৌখিবনি। মশা শোল্লি হায়জবতনি লাইরিক্তি ফনা হৌরকপা অঙাংনি। সিম্পোসিয়ম, দিবেৎ, একসটেম্পরনচিংবা অমতা চিৎথদনা য়াওরকই। মকোক ওইদুনা মনা কয়া ফংলকই। ক্লাসতসু মানা মকোক্তা ওইদুনা লাকই। শান্না খোৎনবনচিংবদি মশা শোনবনিনা য়াওরক্তে। মশা শোল্লি, নুপী মাল্লি হায়দুনা মমান্নবশিংনা ইবেম্মা ইবেম্মা হায়না লংনৈ। কলেজ ড্রামা শান্নবদা কুচু ঙৌই মশক ফজে হায়দুনা নুপী মরক্তা নুপী শাদুনা য়াওহল্লি।

পীক্লা মমানা হুন্দোক্লল্লবনি মমা মশক খঙহৌদ্রবনি হায়দুনা মনেনা মাবু লুনা তৌই। ময়াবু করিদা শোয়খিদগে হায়না চেকশিন্না বারক বাতেমদুনা য়োক্লকই। পোলিওগী মনেগী মীং কাকলৈ কৌই। পোলিওনা ইনে কৌবদৈ খাইনসু ইনে কাকলৈ হায়না অদুম কৌরে। ইনে কাকলৈ চাউ শাংঙি, মশা ফৈ, চুং ফিরান চায় মাগী মরায়বক থীবা হায়মক্তবু নৌনা লুখ্রা ওইদুনা মপামদা হল্লক্তুনা লৈরিবা অসিতনি। অদুগী মথক্তা মহাক মচা পোক্তে। মদুমক্তনা পোলিওবু নুংশিনা জুনা তৌদুনা য়োকচবা ঙম্বনি। কাকলৈমক লৈরমদবা থোক্লবদি পোলিওবু য়োকপীনবা লৈরমলোই।

হৌজিক পোলিও এম এ তম্বা লোইরে। লো তম্বসু লোইরে। আই এ এস পরীক্ষা পীখ্রে। হায়দোরক্কদবতা মণ্ডাইরে। মসিনা পোলিওগী মহৈ মশিংগী ৰানি।

ইনে কাকলৈগী মরমদা। খুল অদুগী মচীন চৎপী নুপী অমনি। অহানবদা মহাকসি খুঙ্গংদুগী মহিলা সমিতিগী সেক্রেটরী ওইরম্মী। অদুদে প্রেসিদেন্ট ওইরকই। লৈকাইগী চাকচা হৈজানবগী অশীন অরাঙ মানা পামজবনি। ইনে কাকলৈ কাং শান্নবসু য়ান্না পাম্মী। ইনে মখুৎ চুম্মী। মানা য়াওবা কাংখুৎনা থোইবদি শোয়দ্রবনি। মখুৎ চুম্মী অকাপ খুদিং পাল্লি হায়নৈ। মাবু নেক্করিবনি শীংনবা শান্নবদা। অরাপ্পা খুনদগীফাও লাক্কুনা ইনেবু নেক্কে। ইনে ঈশৈসু হৈ। চহী খুদিংগী ঝুলোন্দ ইনেনা ঈশৈ হল্লিবনি। শন্না হায়রবদা কাকলৈ খুল অদুগী লুচিংবীনি।

ময়া নুপা মহৈ মশিং তম্বা লোইরবনিনা ইনে মৌ থিবা হৌরক্লে। কাকলৈনা মৌ থিবদা মশা মউ ফবা চাউ শাংবদা মথি। মহৈ মশিং হৈবা হৈতবদি থোইনবু য়েংদে। পোৎ য়াম উল্লক্কদবা ইনাক খুনববুসু মিহৌদে। মানা খল্লিবসি মশা মউ ফবা, চাউ শাংবা অসিতনি। মরমদি ময়া নুপা পোলিওদি মী পীকই শোন্দম নাদম্মী। ময়াং কংগুি। নুপী মশা মউ ফবা চাউ শাংবা লৌরবদি মচা মশু মশা ফবা চাউ শাংবা ফংগনি সিনী। কাকলৈনা মাগী মচে, মচল, মনাও থোকপা খরদা শীন্নৈ মানা পামলিবা অদুগুম্বা মৌদু খর য়েংবিরকউ থিবিরকউ হায়না । মাসু চৎতুনা য়েংলি থিরি। নোংমদি মাগী মচল থোকপা ঙাংবিতোন লাক্কুনা হায়রে, "নুপী ফরবা অমদি লৈরেবো। ইনম্মনা পামলগনি পাল্লমলোইদি খঙদে।"

— কদাইদ লৈবনো? কয়ুমনো? মশা মউদি ফৈ হায়ব্রাও?

— মশাবু য়াম ফৈ, চাউ শাংঙি। স্কুল কলেজ তমলিঙৈদা নুং হুনবদা, তা লংবদা মকোক্তা ওইদুনা লাকএ হায়নৈ। মহৈকাসু য়াম হৈ জাৎনিদা। ডাক্তরনে হায়য়ে। লায়েংবৈ ডাক্তরদি নত্তমাল্লে। কুচুদি খরা মুইনে। ইবুংঙোদি সাহেবতৌনা ঙৌইদো।

মুজসনু কৈদৌই হায়গে হায়রদুনা মচন মনিং লোয়নদুনা নোংমা নুপীদু হায়বা চৎলি। নুপাদু আই এ এস নি সেক্রেটারি ওইরি হায়বা তাবদা নাম্ভোকহনীংদে নুপী ময়ুন্না। নুপীসু ডোক্তরেটনি বিশ্ববিদ্যালয়দা ওজা ওইরি। নুপী ময়ুমসু নুপা ময়ুমসু য়ানদুনা নুপীগী জন্মকুঠি পুদুনা লাকই। মহোয়না থাজজবা পানজি অমদা কুঠি অনীদু পুদুনা পক্কা ৰায়না য়েংলুই। য়াম্না পক্কে সিঁদৈ হেন্না পক্লবা ঐদি অমতা থেংনরক ত্রি হায় পানজিনা। অনী রাশী গূন লৈখ্রেদা। নুপীদু লুহোংলবদি নুপীগী রাশীদগী ফম মথং মথং কাউ, মতোন তোলেনফাও কাও হায়বা লৈনে।

ফমন্দুনা নুংশাবু থীনে ঐদি। লৈবাক্না শকখঙ মায়খঙবা অমা শোয়দনা ওইগনি।

পানজিগী বাদু তাবদা কাকলৈগা ঙাংবীতোনগদু মথুম মরাঙ হৌরে। অফবা থবক্তি পম্বুবা চুমদে শারিঙেদা য়েহৌগদবনি হায়দুনা কোইলাঙ লাঙ লুহোংনবা শীল্লে। লুহোংবদু অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইখি। নুপানা শুমাঙ লীলাদা নুপী শাবী মাল্লি। নুপাদুনা বাংবনা ফুট ৫ গা ইঞ্চি ৪ বাংঙি নুপীগী বাংবনা ফুট ৫ গা ইঞ্চি ৮ নি। নুপাগা নুপীগা খেন্নবা সুপ্নগী ইঞ্চি ৪ তনি। নুপীনা শান্নরোই ওইনা হৌরকপনিনা মশাদো তীক তীক লাউই মশা ফৈ। বরগা কন্যাগা মহৈ মশিংগী য়েংলরদি লাম্বা চায়। খিত্তং নুংঙাইতবা হায়বু নুপীনা বাংবা খরা হেনবা, কুচুনা নুপানা বিলাটকী সাহেবমুক ঙৌবা নুপীনা আফ্রিকাগী নেগ্রোমুক মুবা অসিদনি। লুহোংবা লাক্লিবা ফল্লিবা মরক্তুদৈ নুপী অমনা হায়রকই, "কন্যাসিদি মুখ্রেদা। মুমন্দুনা য়েংফম খঙদ্রে হায়মি। অমনা খুম্মকই, "মুন্না য়েংশিল্লু রাশি য়াম লৈবনি। বরদা হান্না য়েংঙুনু। কন্যাদা হান্না য়েংঙু অদু ওইরদি খরা শেংনা উগনি।" অমনসু বাতেমলকই "নুংঙাই য়াইফবা, মরল মথুম লৈবা, মহৈ মশিং হৈবা মীনা তৌথোরকপদি ইফদা ফজৈদকো। শকপু চাবা য়াবা পোৎশক্লাও? মুজসনু থীজসনু কৈনো?" হায়রিশিং অসি লুহোংফমদা মীনা ঙাঙনবনি।

পোলিও মথং মথং প্রোমোসন ফংলক্তুনা চিফ সেক্রেটরী ওইখি। মহাক্না সি এস ওইরবা মতুং মশাগী চহী ৫৮ শুরকপদা মহাক থবক্তগী পোৎথাই। থবক্তে পোৎথারবা তুংদা মাগী পেন্সন অদো পুল্লপ্না লৌথোক্লগা ভোৎ লেপখি। কাখি। অহানবা কেবিনেট মন্ত্রীতমক ওইরম্মী। অদৈ দোলগী মনুংদা য়েৎনবা খর লৈবদৈ মহাক ওইদবা য়াদদুনা সি এমগী ফম পায়খিবনি। মনেদা পানজিনা ফাওরকখিবদুদি চুমখ্রে। মহাক্না পেনজদবা অমখক্তেংদি মানা মাগীনি খনজরম্বা ময়া নুপানা মীগী ওইখিবা মাবু হন্না য়েংলক্তবা অসিনি। নুপী মপামনা লোইনা শুপখ্রে। লাক্তুনা মনেবু হন্না য়েংলদ্রে। কাকলৈ নোংমতসু সি এমগী বাঙ্গলাদা চৎলুদে। নুপী মপামগী ময়ামদুনা তৌরিবদু য়েংনীংদবদৈ।

ইনে কাকলৈনা মথন্নতা খনজখি "ঐনা পোলিও য়োকলুবৈ মহৈ কৈমতা ফংদ্রেদনা। চুমখ্রেদা অহল লমনগী পাউরৌদো, নুপা পোক্লগা মমৌনুপীগী, নুপী পোক্লগা ময়া নুপাগী হায়দো। ইখুৎনা কাক কাক খন্দুনা থিজরুবা মৌ। কুচু মুই, মশকথী হায়না মীনা ঐবু ঙাঙখি চৈখিবা। ঐনা মাগী মগুন থা থাদুনা কনখৎখিবা। অদুগা হুজিক্না ঐবু মাগী খুরাইদা হৌবা তৃগুম খল্লবকো। নোংমদি ময়ুমনিনা সিদা শোয়দনা লাকখিনি। মখোয়গী মশক সুকউ উনীংদে য়েংনীংদে। মহোয়গা অমুক

হননা লৈমিন্নবা পামদ্রে। মনিপুর থাদোকপা তায়। শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা লৈরুবনা ফবা তারে। লাই নীংবা নত্তনা ঐগী করি উপায় লৈরি।" মসি ইনে কাকলৈগী অরোইবা বারেপনি।

ইনে কাকলৈ লুখ্রাবী শামু লোইবীনি। খুজিন থৌরাং হৈ। থবক অৱাবা শুরুদনা শেল তানবা হৈবী ইনেনি। ইনেনা পোলিওবু খ্বাইদৈ বারৌখিবসি নুপী মপামদা ইংখোল লৈরগা চাউখ্রবা পাকাগী বাঙ্গলা অমা শাদুনা লৈখিবা অসিনি। মহৌশাদি করিগুম্বা থবক অমা তৌবদা মনেদা তাক্লন্নগা তৌবনি। হন্দক নুপী মপামদা য়ুম শাবে মতাংদদি করিগুম্বী অমতা তাক্লমদে। নুপী মপামদা শারিবা য়ুম অদুনা মাগী ময়ুমদা শারিদুদৈ চাউবসু হেল্লি ফজবসু হেল্লি হায়নৈ। পুন্নমক অসি তাবা ঙমশিল্লকত্রে কাকলৈ। নীংঙমদবা নোংমা নোংমৈ অসুম হেনজিল্লক্লে। মথৱাইদি হেন্না নুংশিজরম্বা ময়া নুপা পোলিওবু পুন্সীগী ওইনা থাদোক্লন্নগে খল্লক্লে। পোলিওদা তাক্লমদনা ইনে কাকলৈ বৃন্দাবন চৎখ্রে। শ্রীধামদা বাস তৌবা চৎখ্রে।

খুল অদুদা হনুবী অমা লৈ। অহল য়ান্না ওইরে। মঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা তুমিন মথন্নতা ফল্লি। কোঙৌগী গ্লাস অকোপ্পা অমসু পায়রি। কনানসু মাবু হন্না য়েংবীরদে। মীওইবৈ মপোকপু নিন্দা তৌরি। মনাক্তা মৌ মীয়ায় ওইরপ তৌবী অমনা চঙশিল্লদুনা "ইবেন ইবেন ঐ থম্বালতোম্বীনে।"

– হাওনে থম্বালতোম্বী নঙ ওইরে। ফম্মু ফম্মু মোরাদুদা। নঙবু কৈদৌবা লাকপনো?

– ইবেন ঐদি ঙসি অয়ুক্তো ওঙ্গোল্লা নুংঙাইখিদ্রবা অমা উরকইনে। মদু ইবেনদা তন্নীংমনগ্রদুনা লাকলিনে। অতৈনদি তানীংঙোইদবা।

– তম্মো, তারসিদনা

– ঙসি অয়ুক্তো, ইনে কাকলৈ বৃন্দাবন চৎনি হায়দুনা অমুক্তং খুরমহৌগে হায়দুনা ঐ চৎলুইয়ে। ঐনা য়ৌবা মতমদো মহাক্না পুগদবা মপোৎ মচৈশিং য়োম লোইরম্মে। তুরং মচা অমগা ফি ময়োম অমগতনিদা তুরং অদু মকোক্তা থোনগৎলগা ময়োমদুনা মখুৎনা পায় পুদৌগী তৌবদা ঐনা অনীমক পুরগা ইনেবু থিনদোকখিউগে তৌবনে। অদুদা ময়োমদুদি মা অদুম পায়জরগে হায় পুরে ঐনা তুরংদু পুরে অদুগা বস থাফমদা চৎতুনা থিন্দোকলুইয়ে। মতৌদু য়েংবদা কয়াদি নুংঙাইখিদ্রে

তরক তরক মতোমতা বস তোংদুনা চৎখিবদো ঐ মিৎতা পি অর অর শিষ্থনা লেপ য়েং লৈহৌবা। মতম অমদা লাইরেন মতুং ঙা ইনবগুম ইল্লম্বনিদো ইনেগী মতুং। ঙসিদিনে মী অমতা লাক্লুনা মাবু থিন্দোকপীরদবা।

— অদুনি অদুনি। ঐদি ননে কাকলৈদো শিংঙি খল্লিবনি। মানা তৌরিদো ফরবনে। খরা নহা ওইরিঙৈ মপাঙ্গল খরা লৈরিঙৈ য়ৌহৌবনা ফৈ। নত্রবদি মাসু ঐঙোন্দে হেন্না বাগদৌরিনি। মাগীদি কনাসু লৈজদবনিনা। ঐনা তৌরিসি য়েংঙুদনা ইসূশিংসে ঐনা হেক পোকচবা ইচা নুপাগী মচানে। ঐনা পায়রিবা কোঙৌগী গ্লাস অসিদা চা খুবীমুক্তা হৈবিয়ু হায়না অয়ুক্তগী লাউববু কনামতা তাদেনে। মহোয়না লাঙবদি তায় হায়বা। খৌনাও কংদুনা তুমিন্না ফম লৈরিসিনি ইবেম্মা। অহল ওইরক্লদি কনামতনা নুংশিবিদেনে।

সি এম গী বাঙ্গলোদনি। অহীংনি মতমদো খরা থেঙলে। "মেম সাহেব! মেম সাহেব! অমুক্তা লেঙথোকপীরকউ" হায়না থোঙ থীল্লকই। মেম সাহেব সি এম লাকপা ঙাইরিবনি টি,ভি, য়েংদুনা। থোঙ হাঙদোকউ হায়বদু তাবদৈ থোঙ হাঙদোক্লুনা থোরকই। ড্রোইং রুমদা থাবা সোফাদা পোলিও জ্ঞান তাদনা য়ুনা বং চু সোফাদা ঙা লৈরম্মী। মাবু থাংজিল্লক্লম্বা ময়ামদো মেম সাহেবনা য়ারনি হায়বদুদা মপান্দা লোইনা থোকখ্রে। থোঙ লোনশিল্লে। মেম সাহেবনা পোলিওবু শূপকোন কোনশিল্লগা ফৈনা পম পুশিনখ্রে মাগী কাদা অদুগা মাগী ফম্মুংদা থাদে। নুপী মশা ফবাকাইসে কান্নেদকো। মশা ফবা চাউশাংবা নুপী ওইরম্বে পোলিওবু পম থাংজিনবা ঙম্বনিকো। মেম সাহেবনা হায় "নঙবু লৈবাকসিগী শাসন পুরি মকোক ওইরি হায়দাই। করিনো তৌরিসিবো? নুংদাং খুদিংগী সুম হায়না তৌরিসি কয়াদি কুইশিল্লক্লে। নশা খর ফরদি ফৈ। ইশোন হেক শোল্লে থকত্রিঙৈদে হান্না ঙাওরে য়ু মরীক অমা তাবা য়াদে হায়বা নশা খঙজরবা নত্রাও?"

হায়নরিঙৈ সিদা ফম্মাংদা থ্রোক থ্রোক ওথরকই। ফোরেইনগী হুইশকী অঙাঙবা ফজবদো হৈথরকই। ফম্মাং পূমতাউ তাউই। অদু উবদা মেম সাহেবনা হায়রকই "কৈদৌগে ঐনা হায়দি নবুক পীক থন্না থক্লুনা চন্দ্রদি নবুক্তা হাপ পুরকত্রসু ঙাওশিন্নদুনা লিকলী অমদি পুরগে হায়দুনা পুরকপা য়াদ্রা হায়মি। চন্দ্রবা নবুক্তা হাপ পুরক্লুনা করি থোক্লেসে। ফোরেনগী মমল য়াম্বা হুইসকীসি অরেম্বদা ফম্মাঙদা হৈদোক্লুনা মাঙলেদো। নোংমতা থাঙ্গৎতুনা য়েংলুদবনা

নশাগী অরুম্বসু খণ্ডদে। নশা মচাওগা ইয়াং হেক য়াংলদনা। অঙাং মচানবু লুম্বা হেল্লিনে। শরু য়াওদবদুনসু লুমদবনি। ননেনা পোলিও হায়না থোনবীরম্বসে সত্য মতীক চপ হেক চায়রে। নশাসু কামখৎলে য়ুনা নমায়দুনা বিলাটি বোলদু মঙাইরে। খরগা থকচিনখো বিলাটি বোল কায়গৃম মরাইনা কায়জনি।" ❑

# হঙোইনা লৈপূং ফম্বা

(লীলা মচা)

( মশেন মবাই অনীনা হঙোইনা লৈপূং ফম্বা তারুবে য়ারী )

মবাই — ইশেন! ইশেন লৈব্রাও?

মশেন — লৈয়ে? কনানো? থোরক্লগে ঙহাক্তা ঙাইরম্মো। এ ইবাই ওইরে। ঐদি মী অতোপ্পা ওইরবোই খল্লুরে। ইবাইনা লেঙথোক্তুনা লেঙকপবু করি করম্বা অরুবা থবক লৈরগে? নত্রগা সুম।

মবা — থবক অরুবে নত্তেদা। কুম্মৈ য়েংঙুসি হায় হৌবা লাকইনে।

মশে — করি কুম্মৈনোনে? ফোরেইনগী সর্কাস পাটি অমা লাক্তুনা সর্কাস উৎলি হায়দুরাও?

মবা — হেরা অদু নত্তেদা। সর্কাস হায়বদুদি য়াবা জাৎনিদা। অশেংবা সর্কাসমক্তি নত্তে। হঙোইপুরগী হঙোই ময়াম্না, মেম্বরশিংনা শান্নবা সর্কাসকুম্বা কুম্মৈ অদুনি।

মশে — মদু ঐ য়েংনীং লৈবা কুইরবনি। তানজা ফংদদুনা লৈরিনি। হঙোই ময়াম্না লাউনবদো তানীংবা। ইবাই মহোয় সর্কাসতো য়োংদি য়াওদেকো?

মবা — য়োং য়াওরম্বা য়াই। ঐ মদুমদি মুম্না খঙদে। হঙোই মেম্বর ময়াম মফি শেন্নদুনা লাউনবদো তারুসি য়েংলুসি হায় ইশেনবু হৌ লাকইনে। কুম্মৈসে মী অমতা নাইতোম য়েংবদি কয়া নুংঙাইতে। ইশেনবু শং-ব্রাও? ঙসিগী লৈপুঙ ফম্বে কুম্মৈদি নুংঙাইনি হায়নৈনে।

মশে — ইবাইনা হায়বু শংদা য়াই হায়ব্রাও? লৈপুঙ ফম্বা হায়রিসিবু লৈপুঙবু কদায় লৈগে?

মবা — ইবো নঙ অমা খঙগনখিদ্রে। লৈপুঙ ফম্বা হায়দনা য়াচংলকপা মতমদা চাকঙাইবা ওইনা ঙবোং ইন্দুনা চরু মৈ তীক্তুনা খুঙ্গংগী নহা অহল

পুন্নগা ফম্মীদনা বারেম ভাঙনদুনা, বাচোই শুনদুনা মদুবু ঐখোয়না লৈপুঙ ফম্বা হায়না খঙনৈদনা। মদুগুম্দুনা লৈপুঙ ফমফম চাউরবা শং লেন অমা শাদুনা লৈয়ে। শঙলেন অদুগী মমিং লৈপুঙ ফমফম য়াকাবুঙ হায়না কৌইদনা। য়াকাবুঙ অদুদা হঙোই মেম্বর ময়াম স্পেসিয়েল মীফম অমা ফমগনি হায়। মদুগী কুম্মৈদু ইশেন ইবাই য়েংলুলি হায়বনিনে।

মশে – চৎসি ইবাই চৎসি। হঙোই লুবাওবা, হঙোই হাওরোকচম মতৈ, হঙোই পোলিও, হঙোই নোক্তবী অদুগা হঙোই ৪/৫ গদি কুমসি ঈপান থাগী ঈনৌ লাকপদা ফন ফন চোংবদা য়াওখিদে। মপুনীংবা হূইগুম হঙোই টাংশাংগী মনীং নপ লৈহৌরি হায়দায়?

মবা – হঙোই টাংশাংদি শাংবনিনা মশাসু তনাপ তনাপ উইদো। মানা শান্না চোংখিদুনা লমজেল থোইনি খন্নমগনি। অদুনা মনীংনপ লৈহৌরি ওইরিনি।

মশে – হৌজিক্তি পোরোবীনা লমজেল থোইখ্রেদো। পোরোবীগী কাঙবুদসু জঙ্গল উরক বারক্তা লৈবা মশা ফবা মনঙ্গল ইশং কাবা হঙোই খরা য়াওরিমান্নেদা।

মবা – মদুনি কুম্মৈ য়েংবা নুংঙাইদৌরিসি। অদুদনিনে ঐনা নঙবু কুম্মৈ য়েং লুসি হায় হৌবা লাকলিসে। পুং ১১ চপ চানা নংনবা চৎসিকো। চৎলো চৎলো। ইরুমায়থজদুনা চাক চাথোক্লবা তৌরুরো। ঐসু চৎলগে লোইশিল্লুরগে। মতম চানা থোক্লরকসিকো। ঙাইননুসে চৎলে চৎলে।

হঙোইপুরগী য়াকাবুঙদা হঙোই মেম্বর ময়াম লৈপুঙ ফম্বা নুমিৎনি। ফমফমলাংদা হঙোই ময়াম ফম্লখ্রে। ময়ায় টাংবল লৌগদৌরিবা হঙোই মায়শোন লুহোংবৈ কন্যাগুম মখোঙ তপ্না তপ্না থাং থোরক্রে। ফমফল্লাংদা লেঙশিনখ্রে। কন্যা শেন্নবদো মায়শোন হঙোই ফমহল্লন্নগা থোকখ্রে।

মশে – ময়ায় টাংবল লৌরিবা হঙোইসিদি হঙোই মানখিদ্রেদা। মসি চোংবা কয়া হৈরম্মোইবো। মমায় পুবা ঙমদ্রিসিনা কনাবু ইকায়রিনো?

মবা – ইকায়বা নত্তেনে। মরু লুকথদুনা মানা চিনফা পুরকপদো নীংসিংলিবা।

মশে – ও আই সি। ঐ জ্ঞান তারে।

মবা – হঙোই পোরোবী বা ভাঙবা হৌখ্রেহে।

মশে – ইবাই হঙোই পোরোবীনা ঙাঙলিবা অসি করি হায়রিনো হায়বা ঐ খঙদে। মরোল লৌবা সুকঙম হেক ঙমদেবো।

মবা – ঐনা হেন্নদুম খঙদ্রে। মাগী খোম্বোকসি হায়নবা অমদি লৈদো।

মশে – করিনো হায়নরিবো?

মবা – মানা অঙাং ওইরিঙৈদা য়াম্না কম্না নাখি হায়। মরোল শেংদ্রিসি নারুবদুগী লায়থৈনি হায়নৈ। খৌনাওদে থোরকপা খোম্বোক্কা নাতোনদে থোরকপা খোম্বোক্কা অনী তিন্নখিদুনা হায়বদি স্বরগা ব্যঞ্জনগা অনী সন্ধি তৌনখিদুনা মান ঙাঙবা অমতা ময়াম্না ভাব তানদ্রিনি হায়নৈনে।

মশে – মদু চুম্মমতাইয়ে ইকাই।

মবা – ইশেন! ইশেন! হঙোই চরোং হায়দো হৌগৎলক্লেনহে। মা বা ঙঙদৌরিমাল্লে।

মশে – তাসি ইবাই তাসি।

মবা – হঙোই চরোংসি বা ঙাঙবা ফৈ হায়দো চুম্মীদনা। তাবা নুংঙাই। মানা ঙাঙলিসে অচুমবা ঙাক্তনিনে। মরীক চুন্না ঙাঙগ্রেদা বারী লীবা অফাওবদে মানা হেল্লিনে। মমিৎমক্লা শং শংনা উরকপসি মঙাই মানা ঙাঙলিসে।

মশে – উবু উরক্লিদ্রনে?

মবা – উরকপা উরক্তবদি খঙদ্রে। মহোয়গী কাঙবুদি বা ঙাঙবা হৈবদা, মী শীথবদা হৈবদ মপা লৈতে হায়নরিবনি। বা ঙাঙবা মরীক চুম্বদা উপাধি ফাও ফংলিনিদনা। মহোয়দি চিন কাঙজেদা "ভাষন" হায়বা উপাধি ফংগ্রবনি। চোংবা হৈবদা ডোক্তরেট ফংবা হঙোই য়াওরি। খুৎচোং ফজে হায়দুনা থাগৎনরি।

মশে – ইবাই ঙাইখোনে। বা ঙাঙদোই হৌগৎলক্লি অসে হঙোই লান হায়দু নত্রাও?

মবা – মান্নে মান্নে। মানা ঙাঙবা অমুক তারসি।

হঙোই লাম্না বা ঙাঙবা হৌরকই– ঙসি ফম্নিবা মীফম অসিনা বারেপ অমা তারসি। মদুদি ঐখোয় মেম্বর ৬০ কোম্নবা হঙোইপুর জিলা ৬০ থোক্লা খায়দোক্লসি। মদুম তৌরবদি কাঙলুপ কাঙলুপ মাগী মাগী জিলা জিমান্দ তৌনররোই। খায়দোকসি হায়বা য়াদ্রগদি হঙোইপুর অপুম্বৈ ওইবা বন্দ অমা

কৌবা তায়। অদুগা কলেজ, স্কুল, ওফিস পুন্নমকসু স্ত্রাইক তৌহনগনি। জিলা ৬০ থোক্লা খায়দোকসি হায় য়াদ্রদি হঙোই ময়ামগী য়াকাবুঙ ওইরিবা শঙলেন অসে কেরোসিন, পেট্রোলনচিংবা হৈজিল্লগা মৈ থাদোক্কনি। য়াকাবুঙ ওইরিবা শঙলেন শারিবা মফমসি ফাওবা তেমথোক্নুনা লৈতেম মান্নহন্নি।

মশে – মানা হায়রিসিবু ওইথোকপা য়াগদ্রনে। ওইররোইদবা ৱানিদা।

মবা – ওইবা ওইদবা মীনা ঙাঙনৈ হায়দুনা মাসু ঙাঙজরিনিদা।

হঙোইলাম্না মখা তানা হায়রকই– হঙোই হঙোই মচা অমা মাঙখিবা ঙসিফাও থিদুনা পুথোকপা ঙমদে। শিখ্রে হায়বসু হায়দোক্তে হিংলি হায়রগসু লৈফম তাকপা ঙমদে। মসিগী পাউখুম অশেংবা অমা হঙোই ময়াম্না খৌরাংনা ঙাইরি। শেঞ্জা থুমজাগী থৌদোক ময়াম্মা লৈরিসি লৈখায় তানা খঙহন্দে। চৈরাক পীবসু ঙমদে। মহৈ তমফম শঙ পুন্নমক থিংজিলহল্লিবা করিগীনো? অঙাং অমতা মহৈ তমহল্লরোইদ্রা? অদুগা লোটরীদা হঙোইপুরগী শেল মখৈ থাদোকপ্রে হায়রিসিনা করিগীনো? হঙোই ময়াম ভাব অমা তাদ্রে। মসি পুন্নমক হঙোই প্রজাদা ভাব তানা অমুক্তা খঙহনবিয়ু।

অসিতা নত্তনা ৱাহং কয়া হঙোই মেম্বর কয়াদৈ লাকলি। মদুগী পাউখুম পীগনি হঙোই মকোক ওইরিবা হঙোই পোরোবীনা।

হঙোই পোরোবীনা ৱাহং ময়ামগী পাউখুম মখাগী অসুম্না মথং মথং পীথরকইঃ–

পীকখ্রবা হঙোইপুর হায়বা লমদমসে হান্নদি জিলা অমতগী লৈবাক ওইরম্মী। জিলা ৬০ থোক্লা খায়দোকপা হায়বদো লাইনসু য়ারোই মীনসু য়ারোই।

শেনজা থুমজাগী থবক্তি চহী কয়াগী মমাঙদগী চৎথরকপা অমা ওইবনা অমগা অমগা মরী মরী শন্নৈ। মরীদো পাক হেক থদৎপা ঙমদে ওইথোক্তে। অদুবু লোইশিন্নবদি য়াম্না কন্না হোৎনরি। করিগুম্বা লোইশিল্লম্বা ঙমদ্রগসু ঐগী তুংদা লাকপা হহোইনা মরাইনা লোইশিনজনি। কৈমতা নুংশা থীবিনু। তহা তহা তৌবিগনু। শান্তি ওইনা লৈবিয়ু।

মহৈ মশিং তম্ফম শঙ থোঙ লোনবদি ঐনসু নত্তে ছাত্রশিংনসু নত্তে। চৌকিদারনা লোনবনি। চৌকিদার লাক্লগা শোয়দনা হাংলনি। মাগী মখৌনি থোঙ লোনবা অমসুং হাংবা হায়বসে। ঐখোয়গী ইথৌ নত্তে হায়জরিবা। অদুনা মমা মপা ওইবশিংনা নুংশা থীনীংঙাই কৈসু লৈতে।

লম্বীদা লুট পাৎ তৌবা, শেল মুনবা, গাড়ী থুগাইবা, গাড়ী মৈ থাবা, ওফিসকি শঙ মৈ থাদোকপা তোয়না থোকলিবা অসে ঐনা ইনশিল্লুবা অমতা নত্তে। ঐনা মহোয়দা পাঙথোক্তবা য়াদে হায়খিবা লৈতে। ময়াম্না শেরাম্নবা লৌবিগনু।

মৈ ঈশিংগী মতাংদা ঐনা ময়ামদা খঙহনজনীংবদি নোংজুপাম্বানিনা ময়ামগী অবাবা কোক্লনি। ঈকংগী বা লৈররোই। ঈশিং ফংদবগী অবাবা লৈররোই। ময়ামগী অবাবা উজদুনা নোং কৌবা লাইরেম্বীদা ঐনা টেলিফোন অমা তৌজে নোংজুপাম্বা অসিদদি নোং লেপতনা চুহনবিয়ু হায়না। বাফমদু টেলিগ্রাম অমসু তৌশিন্দুনা কনফার্ম তৌরনি। মদুদেগী নোং লেপতনা চুথরকইসিনি।

হঙোই মকু ফম লৌথোকউ। মানা নুপী অঙাং য়াম ওৎলে কিহল্লে। মহাক্না নোংঙাল্লমদাইদা পিয়ো পিয়ো হায়দুনা তত্তনা নাহে। অদুতা নত্তনা কু কু কু হায়না অথুবী খোম্বাংদসু হেক হেক খোংঙি। মহাক্না নুপী অঙাংবু কিহন্দুনা ঙমখে লৈতনা ওৎলে। অদুনা মহাক মফম লৌথোক্তবা য়াদে। হায়রিবা বাফম অসি অরানবনি। মাদি বাফমসি সুকখঙ খঙদে হায়রি। মীনা মাবু কল্লক্তুনা হায়জিনবিবনি। হায়রিবা নুপী অঙাংশিংদো মচীন থীবনি। অদুনা মহাক লৌথোকপে বাফম সুপৌলে লৈতে।

হঙোইগী ফম য়াম্মল্লি হায়বদো ঐগী মোত্তদি য়াম্মন্দে। করিনা ফম হেক ফংদবদা মেম্বর পুন্নমক হঙোই ঙাক্তনিনা হেক্কা চোংথোকখিদৌরিনি। চোং-থোকখ্রবদি ঐ মাইনোরিটি ওইহৌনি। অদুনা ঐনা মেজোরিটি ওইনবা হঙোই ফম মশীং য়ামহনবনি। মসে ঐগীদি অমতা ঙাইরবা পোলিসিনি। ঐদি ঐগী পোলিসি অসি পোকপদগী লোয়নরক্লবনি। মসি ঙসি ফাওবদা হোংজরক্ত্রি। থুগাইগেসু খন্দে থুগায়বসু থুগায়জরোই। হঙোইপুরগী বা ঐ খঙদে। ঐগী শোয়দ্রগা লোইরে।

বিজুলি শক্তি পুথোক্লবা ইজিন লৈবদা অমনবা সেকেন্দ হেন্দ লৈ হায়বদো অরানবা বাফম্নি। ঐগী মতমদা অহনবা ঙাক্তা লৈখি। সেকেন্দ হেন্দ অদো রং নৌনা অমুক কামশিল্লদি অহনবা ওইরেদনা। করিগুম্বা অমনবা য়াওরম্লবদি মদু হান্না পুরম্বা কাঙবুনা লৈবা ওইরমনি। ঐদি লৈখিদে।

নেসন্যাল গেমসকি শান্নফম শেমগৎ শাগৎপদা শান্নবৈ লমদা খঙ-হৈরবা কয়ানা তৌংরিবনি। মদুবু হৈতবা ঐখোয়না য়েংশিনবা শাবৈ মরমদি ঐখোয়বু করিসু খঙদে হৈতে হায়খিনি তৌবনি। অমনা থন্দবা চফুনা মখোল হৌই হায়দুনা

অহে অপা থরা শাজবতনি। ঐখোয়গী ফীভমসি মুন্না খঙলবা মীওইশিংনদি বারৌবিরোই হায়না খনজে। মসি অসুম চৎথবদা থবক্তা থোইদোকপা অকায়বা লৈরোই।

লোটরীগী ৱাফমদুমা মরী লৈনবা হঙোইনা, হঙোইনা খুম্মসনু। মানা থৌনা ফনা লিন্নবোব অরাংবা অচৌবনা কাম্বগুম কামদুনা মরীক চুম্বা পাউখুম অমা শোয়দনা পীরক্কনি। ঐদি ঙসি ফাওবদা লোটরী অমতা য়াওজরক্তে। মরূপ মপাংনা লাক্কুনা টিকেট য়োল্লরফাও ঐদি লৈজদে। অদুনা লোটরীগী মরমদা খঙবা ৱাৎলি সুকখঙবু খঙদে হায়বা য়াই।

"ঙসিগী হঙোই সভাসিগী ৱাহং পাউখুম মতাং অসিদা লোইরে। ৱাহং পাউখুম লোইরবনিনা সভাগী মীফমসু ঙসিগীদি সুৱাইদা সুম লোইশিল্লসি।" হায়না ময়ায় ফম্বা হঙোই মায়শোন্না মরুলুকথরপ তৌনা লেপখৎলগা লাউথোরকই। হেক লাউথোকখিবগা কন্যা শেন্নবা অনী থোরক্কুনা হঙোই মায়শোন মখুৎ পুশিনখি।

লোইরে হায়না লাউথোরকপা অদুদা মশেল মবাইসু হল্লসি হায়দুনা মপান থোরক্লে। য়াকাবুঙ তুংওই থনম্লে। ময়ুম মায়কৈ পাংলক্লে। মহোয় অনীনা হল্লকপদা ৱারী শানা শানা লাকই।

মশে – ইবাই হঙোইগী লৈপুঙ ফম্বসি মথোঙ কয়া চাদেবো। তাববুদি নুংঙাই হায়বু ওইবা য়াবা অমতা য়াওদে হায়জরিবা।

মবা – অদুনা লৈপুঙ ফম্বা হায়রেদনা। লৈপুঙ ফম্বা হায়দি চোইঙাঙ ঙাঙবনে। ৱারেম থৌরেম শূবনে।

মশে – মহোয়না তৌরি মতৌসিদি হঙোইপুর হায়রি লৈবাকসিদি মাঙবা তারেবো।

মবা – মাঙবা তারে নত্তেনে মাঙলবনিনে করিনো। নোংমতা কাংদে বন্দ, স্ট্রাইক, ব্লোকেড। চয়োল অমৈ মনুংদা নুমিৎ কয়ানি কৈথেল ফল্লিবগে। নোংমগী চরা তান্দুনা চাজরিবা কাঙবুদি চরা হেল্লবনে। ছাত্রনা থিংঙি হায়ব্রা অঙাংশিং অমতা স্কুল কলেজ কাহন্দ্রে। য়ানবা অমা পুরকপসু ঙমদ্রে। অঙাং পুন্নমবা মহৈ তম্বা লেপ্লে। অদুদা অশিবা অমা লৈরম্লে, অনী অহুম মদুদা শি লৈরম্লে। অশিবা তুরেলদা তাউথরক্লে, নালাদা লৈরম্লে। কাপ্নরে, য়াম্নরে নোংমতা কাংদে থৌদোক ৱাথোক মীশি মীনা। গাড়ী

লাকপ্রে, মৈ থারম্লে। ওফিস মৈ থাদোক্লমদুনা উৎ ওনপ্রে। সিফাইদে নোং মৈ মুনপ্রে। নূপীগী ইজ্জৎ মাঙহল্লম্লে। মৈ ঙাপ্রে ঈশিং ফংদ্রে।

মশে – খহদে ইবাই বন্দগা স্ট্রাইকনা ৱাই চাইরেনে হঙোইপুর হায়বা লৈবাক মচাসে।

মবা – নোংমগী চণ্ডদ্রবা য়াদ্রবা চেঙ হৱাই, থুম, থাউ, চিনি ফংশিল্লক্তরে। ফংলবসু মমলদি গাড়ীনা চীংলে। লাঈরবা প্রজাদি কয়া ৱানরে। মসিবু হঙোইপুরগী করম্বা শাশন মওংনো? খঙদ্রে। হান্না পাল্লম্বা সরকার শেনজা থুমজানা মরেপ থুম্লম্লবসু অসুম্না ৱাবা খক থেংনরক্তে। সি মঙাইরে মথোঙ মরম খঙদবা হায়বু। মী পূন্নমক লম্বী চৎপদা কিবনা মিহুন য়াওনদ্রে মপুক্লীং লৈতানা চৎচবা ঙমদ্রে করি থোক্লগদগে খনবদা। ফম হাপতোক হাপচিন, থাংদোক থাংজিন তৌবদা ইফোং ফোংনা মন্তিক্লরে। অদুনা ইবাইনা খনবদি হৌজিক লৈরিবা সরকারসে হোংদোকপনা ফরে অসিনি। ইশেনগী মোতনা করিনো?

মশে – ঐগী মোততি হৌজিক পাল্লিবা সরকারসি মুথৎলসি পালহল্লনুসি হায়বসিদা লৈয়ে।

মবা – নৌনা মীখল তৌবনবু ফরব্রা?

মশে – নৌনা মীখল তৌরবসু সিদগী হেন্না ফত্তবা মথোঙ চাদবা অমা ওইরবা য়াইদা ইবাই।

মবা – অদুদি প্রেসিডেন্ট রুল তারেদনা।

মশে – প্রেসিদেন্ট রুলদি করম্না লাক্কনি।

মবা – ইশেন মদুইমক্তা ৱারুনুদা। হঙোই ময়াম্না তৌরিবা কারবার অসে অসুম লেপ্তনা চৎথবা তারবদি মতোমতা লাকচরদৌনি। অদুনা ঐনা চাওথোক্লা হায়রিসিনি হঙোইনা পুরক্কদবা প্রেসিডেন্ট রুলনি। কুইররোই।

মশে – খরা থুনা লাক্লদি ফনিদা হঙোইপুর কলহৌনবা। ❑

# লৌশিংগী পুক্কে চোন্নবা
# রিজার্ভনে রিজার্ভ

(ফমফম কানি। কাদু কয়া চাউদে। পীকতকপা কা অদুদা টেবল ময়ায় ওইরগ্না অমা থাই। চৌকি অহুম মরী অমসু থাদুনা লৈ তরু তরুনা। ওঝানি মহাক মাগী ফমফমদা করিনো লাইরিক অমা পাদুনা লৈ। কাদুদা ওঝাগী সেবক অমা চঙঙকই।)

সেবক – ওঝা! অমুক্তা চঙজরক্কে য়াগদ্রা?

ওঝা – এ: কনানো? নঙ ওইরে। চঙঙকউ চঙঙকউ। ফম্মু চৌকিদুদা। নহাল মখৈদি নশক উদেনা। কদাই চৎলুরে?

সে – কৈস্যু থোইদোকপা চ্চরব্দে ওঝা। ইমাগী মতেং তেক তেক খরা পাংবদা ঐদো চৎথোকপা ইশং শংদে।

ও – ফৈ ইমা ইপাগী মতেং খরা খরা পাংবদি ফৈ। নঙনা ঙসি লাকথোক্তনা লাকপবু করিগীনো করি লৈবগে?

সে – ওঝা! ঐ কৈগুম্বা অমতা ওঝাদা হংজগে লাকপনি।

ও – করিনোনে নঙনা হংনিংলিবো?

সে – হেক্তা হংজরগেকো? ওঝাবু রিজার্ভ হায়বা ঋাহয়সিনা করিনো করিবু খঙনবগে অদুগা জেনার‍্যাল হায়বসিনা করিনো করি খঙনবগে? ঋাহয় অনীসিগী মরমদা শুগাইনা অমুক্তা তাকপীয়ু ওঝা।

ও – করিগীনো নঙনা ঋাহয় অনীশিতং হংলিবো? কৈদৌরগে?

সে – কৈস্যু তৌদে ওঝা। মুন্না মচা তানা খঙনীং তৌবা।

ও – রিজার্ভ হায়বসি ইংরেজী ঋাহয়নি। ঋাহয় অসিগী ঋাহয়োক্তি তুংদা শীজিন্নবা খাক্তুনা থম্বা নত্রগা অককনবা পোৎশক অমদা শীজিন্নবা

থম্বা। শান্নবদা হায়রগা রিজার্ভ প্লেয়ার হায়দুনা থম্নরিদুনি। করিগুম্বা অশোক অপন য়াওরক্লুনা শান্নবা ঙমদ্রবদি শোকলিবা মীদুগী মহুৎ শিন্দুনা শান্নহল্লিদুনি। অদুগা রিজার্ভ কোটা হায়দুনা সিদ্যুল কাস্ট সিদ্যুল ট্রাইবকীদমক রিজার্ভ তৌদুনা সিতনচিংবা খাক্লুনা থল্লি। ওফিসকি থবক তৌবদা সিদ্যুল কাস্ট অমদি সিদ্যুল ট্রাইবকী সিট অদু অতোপ্পনা শোকলুবা য়াদে শাঁজিন্নবা য়াদে মখোয় নত্তুনা। স্কুল কলেজদসু লৈ। মহোয়গী হেল্লো খুদোংচাবা ফংনবনি। হায়রিবা মহোয়গীদমক খাক্লুনা থল্লিবা অদুবু রিজার্ভ কোটা হায়না খঙনরিদুনি।

রিজার্ভ থম্বগী অর্থদি শোৎথনা লৈহৌরিবা কাঙবুবু খুখোংচাবা কয়া পীদুনা চাউখৎলবা মীয়ামগা মান্নবা হোৎনবিবে থৌওং অমনি রিজার্ভ হায়দুনা থম্নরিবসি। অমগা অমগা থোং মান্নবা চৎমিননবনি চাউখৎপে লম্বীদা।

সে – অদুগা জেনরেল হায়রিবা অসিনা খঙনরিবনা করিবুনো ওঝা?

ও – জেনরেল হায়বসু ইংরেজী ৱাহয়নি। ৱাহয় অসিগী ৱাহয়োকনা কাঙলুপ খুদিংমকপু পুল্লপনি ময়ামগীনি হায়বা খঙহল্লি। আর্মিগী মকোক থোংনা থবক পুরবা মীওইবুসু জেনারেল হায়না খঙনৈ কৌনৈ। সেক্রেটরি ময়ামগী মকোকপু সেক্রেটরি জেনার‍্যাল হায়না খঙনৈ। শম্না হায়রবদা ময়াম অপুম্ববু জেনার‍্যেল হায়না খঙনগনি।

সে – ওঝা ঐ হৌজিক্তা ভাব খরা খরা তাজরক্লে মখোয়না মরৈ য়েৎনরিদুগী মরমদা। ওঝানা ৱাহয় অনীগী অর্থ ফজনা তাকপীবদৈ ঐ ভাব তারকলিবনি।

ও – ঐদি করিসু মুন্না খঙবা নত্তে। চুম্বা চুমদবা ঐনা খঙবা খরদু নঙনা ঐবু ওঝানী হায়না হংলবদুদা হায়বৈ ৱানি। মখোয় অনীনা খৎনবা য়েৎনবদুই মরমদা নঙনা তারকপা খরা তম্মুদনা ঐসু খরা তাগে।

সে – ওঝাদবু ঐনা তারকপদু লোইনা তম্লদ্রাও?

ও – নীংশিংবা মখে তম্মুদা খরতা ওইরসু।

সে – সে সুম তৌবা জাৎনিদা ওঝা। ঙরাংদো ওঝা, ছাত্র অমগা ছাত্রী অমগা লাইব্রেরী রুমদা মরৈ কন্না য়েৎনরম্বা জাৎনি। ঐ লাইরিক খরা পাগে হায় চঙবনি। ঐসু মখোয় অনীনা মরৈ য়েৎনবদু তাবা নুংঙাইমনখ্রদুনা তাদুনা লৈথোকলে লাইরিক্কা অমতা পান্দ্রে। করিনো মখোয় অনীনা

হৌগৎতুনা হেক চৎত্রিফাও তাবনি।

ও — করিগী মরমদা য়েৎনরিবনো মহোয় অনীনা য়েৎনরিবো?

সে — ছাত্রদুনা হায়রিবা সাহিত্যকার অমদি কবি নুপাশিংনা নুপীগী তোঙানবা কবি সম্মেলন তৌবা, সিম্পোসিয়ম তৌবা, রচনা ইবা তান্নবসে তোকপনা ফৈ। অতৈদা তৌরবসু সাহিত্যদদি অনীথোকপা চুমদে। মসি অসুম চৎথরবদি অকায়বা লাকনি। নুপাগা নুপীগা শয়েং পাম্বোম ভান্নবৈ ৱাফম অমা লাকপা য়াই হায়না মিপাইবা পোকই। নুংশা থী অসিনি।

নুপীদুনা অমুক হায়রিয়ে ওঝা হৌজিক লৈরিবা সমাজ অসিদা নুপাদগী নুপীনা খরা শোৎথনা লৈরি হীরম খুদিংমক্তা। অদুনা নুপাগা থোং মান্নেনা চৎমিন্নবা ঙন্নবা নুপীতগী ওইবা সংস্থান লিংখৎতুনা, নুপীতগী ওইবা করি সম্মেলন পাঙথোক্তুনা শোৎথহৌরিবা শরূক অদু মেনখৎনবা খন্নরিবনি নৈনরিবনি জ্ঞানগী লমদা খরা চাউখৎনবা হায়দুনা। মসিদা তোখায় তাবগী ৱাফম সুপলৈ লৈতে। মান্ননবা হোৎনরকপনি। নুপাগা থোং মান্নবা চৎমিন্নবা য়ানবনি। হেন্না ফবা সমাজ অমা পুরক্লবনি।

অসিতা নত্তেদা মখোয় অনীনা য়েৎনবদু পুং ৩ লোম খরা হেন্না য়েৎনৈ। ক্লাসকা হেক চঙদমখৈ য়েৎনরিবনি। মখোয় মখোয়না খঙবা মখৈ হায়নরিবনি। লাউসু লাউনৈ। জেনরেল, রিজার্ভ কোটা য়াম্না পন্নে মখোয়না ৱা ঙাংবনি। অদুদা ৱাহয় অনীসি করি করিনো করি হায়রিনো হায়দু খঙনীং লাকচবনি।

ছাত্রীদুনা হায়রিবা লাইরিক খরা শোনবা ছাত্রবু মাগী মমা মপানা প্রাইভেট ওঝা থমদুনা টিউসন তৌহল্লি। খঙদবা হৈতবা ঐখোয়না ট্রেইনীং সেন্টরদা শিন্দম লৌই হৈনবা তম্মী। অদুগুমদনা নুপীশিংনা শোৎথরিবা নুপীশিংগীদমক্তা তোঙানবা সংস্থান লিংদুনা হোৎনদুনা অৱাৎপা মেনখৎতবা য়াদবনি। থোং মান্ননা চৎমিন্ননবনি হিংমিন্ননবনি। তোখায় তানা লৈনীংবগী ৱাফম লৈতে। সাহিত্যকার অমদি কবিশিংনা থরুম তৌবিফম, নুংশা থীবিফম, মিপাইবিফম থোক্তে। মদুগী মহুত্তা য়োকখৎপীফম থোকপ্রা হায়না খনজৈ। ৱাফমশিং অসি নুপীবু নমথবিনীংবা মাল্লি ওইরমদবসু য়াই। কবিদৈ সাইত্যকারদৈ অসিগুম্বা শেরান্নবা মিৎয়েং আশা খক তৌদে। অসিতা নত্তে। করি করিনো য়াম হায়গ্রে ওঝা। ছাত্রীদো ৱা ঙাংববু ওহ্নোক্লা হৈগ্রেনে।

ও — নঙনা লীবা ৱারী তাবদৈ ঐ লোইনা খঙলে। ঐগী মোত পীরগে তারো। সমাজ অসিদা মরু ওইনা পোৎশক অনীখক লৈ। অনীদুদি

অমনা নুপা অমনা নুপী। সমাজ অসি গাড়ী অমনি চাকা অনী পানবা। চাকা অমনা নুপানি চাকা অমনা নুপীনি। গাড়ী অদুনা পুরিবনি সমাজ। চাকা অমা ফত্রবদি গাড়ী চেনবা য়ারোই। অদুনা চাকা অমা ওইরিবী নুপী নুপাগুম ওইবা তাবনি। নত্রবদি সমাজ লিংবা ঙমলোই। প্রাইভেত টিউসন তম্বা তায়, কোচিং তৌবা তায়, ট্রেইনীং লৌবা য়াবা লৌগনি। মতীক চাবী নুপাগী লোয়নবী ওইবা ঙম্নবা। মখোয়না নুপীতগী ওইবা সংস্থান লিংখৎপা কৈসু কায়দে পুন্নমক্কী য়াইফনবনি। মসি সমাজিক, রাজনৈতিক, অর্থনৈতিক, সংস্কৃতিক অমদি সাহিত্যগী লম খুদিংমক্তনি। সাহিত্যগী লমদা য়েৎনৈ হায়বনিনা সাহিত্যদা য়েংসি। নুপীশিংনা নুপী ঙাক্তগী ওইবা সংস্থান লিংখৎপা, কবি সম্মেলন তৌবা, রচনা ইবা তান্নবা করিমতা অকায়বা লৈতে। মিপাইনীংঙাই, থরুম তৌনীংঙাই লৈতে। মতীক চাবী নুপী অমা ওইবা ঙম্নবা জ্ঞান তানশিঞ্জবনি। লৌশিংগী পুক্নে চোম্নবনি। সাহিত্যগী লমগৈ থন্নবনি। নুপীগী অশোনবা শরুক্তু মেনখৎনবা লিংখৎচবনি শেমজবনি। তোখায় তাখিদৌরে হায়দুনা মিপাইবিবগী মহৎতা থৌগৎপিফম থোকই খল্লি।

নুপী মরক্তসু লৌশিং জ্ঞান মতীক চানা লৈবী শীংথানবা য়াবী কয়া অমা লৈরী। তোপ তোপ্পা গুন চেনবী নুপীসু য়াওদবা নত্তে। মখোয়দু নুপাদৈসু য়াম্না হেল্লি। অদুবু মখোয়দু চাম্নগী মনুংদা ১/২ তগী হেন্না য়াওদে। নুপী অয়াম্বদি খরা শোৎথনা লৈরি।

সে – ওঝা! নুপীনা প্রাইম মিনিস্টর ওইবী, এমবেসেদার ওইবী, এরোপ্লেন থৌবী বৈজ্ঞানিক কয়া লৈরিসিদি।

ও – মদু অন্তরজাতিগী ওইবা বাফমনি। থাক মান্ননা লৈবা লৈবাক্কী বানি। থোইদোক হেন্দোকপা খরদু লাইপোক্লি হায়বা য়াই। ঐনা হায়রিবা অসিদি ভারতকী বানি। ভারততদি নুপীসি খরা শোৎথরি। মনিপুরনা ভারতকী মনুংদা অমুক্কা হেন্না শোৎথরি। নুপীনা তৌরকপা খুদিং অফববু ওইরবদি য়োকখৎপিসি থৌগৎপিসি হায়বনি।

সে – য়াম্না চুমখ্রবা বানি ওঝা। খঙনীংবা কয়াসু খঙজরে। অনৌ অনৌবা জ্ঞানসু ফংজরে। য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐ অমুক হন্নবা তৌরগে।

ও – ফরে ফরে চৎনবা তৌরো। মরক মরক্তা অশংবা মতমদা কোয়থোরকও।

সে – ফনি ওঝা ঐ য়ৌজরে। (খুরম্মমগা থোকখিবা) ❑

# হেন্দ ব্যেগ অচৌবা পায়বী
# মেম সাহেব

(থাম্বৌ অমসুং থেম্বুং কমরেদ অনীগী লীলা মচা)

থম্বৌ — কৌরিদুবো কমরেদ থেম্বুং নত্রাও?

থেম্বুং — মানে মানে। ঐনে।

থম্বৌ — ঐনা খল্লিনে কমরেদ থেম্বুংগী মখোল মাল্লিদা হায়না। লেঙশিল্লকও হেক্তা ফমফম কাদা। (থেম্বুং চঙঙপা) চৌকিদুদা লেঙশিল্লু। উনদবা কুইরেনে। নহান কাঙজৈবুঙদা রেল্লী চৎপা য়াওমিন্নবদুদৈ অদুম উনখিদ্রেনে। কৈদৌঙৈ লেঙওকই?

থেম্বুং — হৌজিক্তা বসতগী হেক কুমথরকপগা সিদা চঙঙকইসিনি। ঐখোয়দি লৌমীনিনা লৌনা মরূনিদো লৌ লোইদ্রিমখৈদি য়াওনীংঙি হায়দুনসু য়াওবা ঙমদেদো। লৈবাক্কী সেবাসু তৌবা ঙমদেদো।

থ — অদো কদায় কদায়দা চৎকদবা লৈরিগে?

থে — কৈসু লৈতে। নখোয় খ্বায় উনগে ইম্ফালগী ঈ পাউ অনৌ অনৌবা লৌরুগে লাকপনি। নঙ উনরবনিনা অতে উনরুদ্রসু য়ারে। নঙোন্দে লোইনা ফঙঙগদবো।

থ — বন্দ তৌদবা নুমিৎসিদা লাকপদি নরায়বক ফৈহায়।

থে — নহানমুক কারকপদা হংগে খল্লগা থবক ময়াম মরাঙ মরাঙ তৌবদা হংদনা অদুম চৎলে। ঙসিদি শোয়দনা হংদবা য়াদ্রে।

থ — করিবু হংদোইনো? হংঙো।

থে — অচৌ অশাং ফম অচৌবা পায়রিবা নুপাশিংগী নুপীনা হেন্দ ব্যেক অচৌ অচৌবা পায়রিসি করিগীনো? মচা পায়বা পংনা উদে। অচৌ অশাংগী নুপীদি ব্যেগ মচা পায় য়াদ জাৎলা?

থ — ব্যেগ অচৌবা পায়দুনা চৎলি নুপীশিংদু চাজেনবীরা? অঙাং মচাকা মখুৎ শমদুনা চৎপরা? নত্রগা অঙাং পম্বা উরবা?

থে — পুবা উদে। অঙাংকা পম্বীবা জাৎ নত্তেদা। কেনা কেনা জীব কারদঙাক চৎপা জাৎনি। জীব কারদু ফিরালদি থেৎতে পাইদে। অদুগা চৈখোক্তি য়ুংবা উই।

থ — ঐ ভাব তারে নঙনা হায়রিদু। ঐনা মীগী খুৎথাঙদগী তাবা অমদি লৈ। ব্যেগ অচৌবা পায়বৈ মরম অনীনি। অমনা অঙাংগী নীংথা হায়বদি ইংরেজীদা হায়রগা ন্যেপকিন হায়দো হাপ্পা। মীগী ময়ুমদবু চৎলবসু কুম্মেবু য়েংলসু অঙাংনা করিগুম্বা মথী ময়ুং চোইরক্লদি হোংদোক্লবা। হায়রিবা নীংথানচিংবদু হাপ্লদি মসানা ব্যেগ চাউদবদি য়াদবা। লৈশাবী, মচা মৌনাও মচানা পায়বা ব্যেগতি নপতোং অমা তৈথোকপা কোম্নরোইদবা রূমাল মচা খুবাকমুক্তা পাকপা, শেল হাপ্নবা মনি ব্যেগ মচা, পাউদর কৌতা মচা, লিপ্সটিক, পিশুম য়েক্লবা পেন্সিল মতেক অসিগুম্বা পোৎঙাক্তা হাপ্লদি ব্যেগ পীকই। চ্যেনকা ফজনা পানবনি। ব্যেগ অচৌবা পুদুনা চৎলিবী মেমসাহেবশিংদুগী ব্যেগ চাউরিদুগী মরম অমা লৈ। মরমদুনা ব্যেগ চাউদবা য়াদে।

থে — মদুনি ঐনা খঙনীংলিসে। মদু কমরেডনা শৃগাইনা মচা তানা অমুক্তা তাকপীয়ু। ঐদি লবাইদা খুঙ্গংদা লৈজবা লৌমীনিদো। অদুনা ইম্ফালগী হাল চাংসি কয়া খঙদেনে। কমরেডখোয় ময়ামদৈ খরা তাজগে লাকপনে।

থ — কমরেড: ঐনা খঙমখৈ হায়রগে নাকোং শেংদোকলো। অদুগনে কদায়ফাও চুম্বগে হায়দুদি ঐ শেংনা খঙদেকো। শাগোম্নবা ড্রাইভরশিং না য়ু ঙাওরকান্দা হায়দোরকপনি হায়নৈ। মেমসাহেবশিং অদুনা মাই মাই সাহেব মন্ত্রী, সাহেব ওফিসার ওফিস কাখিনবা হোৎনজৈ সেবা ফজনা তৌই। কাম্লবা মতুংদা ব্যেগচাও পায়বী মেমসাহেবতুসু মকে শেম্বা হৌই। খুইরবা মমায় কুরু কাবদু উদনবা ক্রিম্না মেল্লি, মথক্তা পাউদার থানা থাজিল্লি পিশূম হাইফেৎ য়েকই, চিনবান ঙাংবী খজিক্তং নাল্লি। সাহেবনা পুখিদবা জীব ওইরে কার ওইরে থনম্বা অদুমা মাই শাদোং ওই খোঙ শানখি মাই কৈথেল থিবা।

থে — পোৎ লৈবা চৎলিরাও?

থ — নত্তেনে। পোৎ য়োনবা চৎলিবা পোৎ য়োনবা।

থে — কদায়দনো? কৈথেলদরাও? খ্বাইরম্বন্দ বাজারদরাও?

থ — হেরা নত্তেদা। মাই কৈথেলদি য়ুমদনে। ওফিসার অচৌবে য়ুম, মন্ত্রীগী য়ুম। য়ুম য়ুমদা চঙদুনা য়োনবা পোৎ। পোৎ মখল অমনে কৈথেল জাৎ অমনে।

থো — করম্নোনে? ঐদি ঙক্লা থোক্লেদা।

থ — করম্ননো হায়বদো ঐনা হায়রক্লগা খঙগনি। কৈমতা ঙকলোই। নঙনা ব্যেগ অচৌবা হায়বদো মদুদদি য়াওদবা পোৎ লৈতে। তম্ফা খুদোপ য়াইওইবগুম্বা জাৎনি। মমল য়াম্ন য়াম্নবা পোৎ ঙাক্তা য়াওরিবনি। সনাগী খাঙেন, নুং মমল য়াম্বা মচু মচুগী খুদোপ মমায়দা হাপ্নবা, লীকতা য়াম্ফরিদু করি হায়য়ে লোকেট হায়ব্রা করিনো মদুদা হাপ্নবা। নুপীনা মথক্সাই ওইনা পামজরিবা সনা লুপাতা নত্তনা হৌজিক কানগী নম্বর রান্দা চেল্লিবনি। শালেন ফোর হায়বদুসু য়াওরিবনি। মদু য়োনবনি মেম সাহেবতুনা চৎলিদো। মাগুম্বা ওফিসারগী নুপী মন্ত্রীগী নুপীদা য়োল্লিবা।

থে — করিনোনে হায়রিসিবো। মন্ত্রীগী নুপী অচৌ অশাং ওফিসারগী নুপী য়াওনা ফোর হায়বা নিশাদু শিজিন্নরব্রাও? মহোয়সু ফোর চারবরাও?

থ — মেম সাহেবশিংদুদি কদায়দৈ নিশা শীজিন্নরুরনি হায়গে। ব্যেগচাও পায়বী নুপীদুনা মহোয়গী খুৎফা দোকান্দারশিংগী মখুৎতা পীরম্লিবা। ফোরগী ময়োমবু কয়া চাউরুনি হায়গে। মেমসাহেবতুগী থাঙ্গৈশেংবা মমিংমক্তি ঐ খঙদেকো। খ্বাই মমানবীশিংনা অমদি পোৎ লৈরিবী মেম সাহেবশিংনা মঙোন্দা ইচেমশি ইচেমশি হায়না কৌবদি তারে। মমিং ইচেমসি কৌব্রা করিনো মদুমদি ঐ মুম্না খঙদ্রে।

থে — মনিপুরসিদি চাউখৎলেদনা। ঐদি নহাল মখৈ সহরগী নুপী অসুক য়াম চাওখৎলমগনি হায়বা থাজরুদেদো।

থ — নঙ মখা তানা মশামক্লা ঙাংনবা তানীংব্রাও? মেমসাহেব মশামক্লা ঙাঙবা তৌবা থবক।

থে — তানীংঙিনে। করি তানীংদনেগে। নঙনা তম্বদি সেকেন্দ হেন্দনিদো। ফার্স্ট হেন্দুনি ঐনা হেম্না তানীংলিসে। তাসি।

থ – অদুদি কেসেট অমা লৈ মদু খোংগে। তারোকো।

(কেসেট খোংবা। থম্বৌ থেম্বুং অনী মখুৎ খদাং শৌ ফম তাবা)

তয়াম্লে – সন্ত্রীনা গাড়ী খামদনা গেট হাংদুনা মনুং তান্না থৌজলহল্লকইসি শোয়দনা ইচেমশি ওইরম্লিসে

ইচেমশি– তয়াল লৈব্রাও? হো তয়াল লৈমা! ঐ লাক্লিয়ে তয়াম্লে।

ত – হো: লৈয়ে লৈয়ে। ঙসি ইচেমশি লেঙঙক্কনি হায়রম্বদুদা ঙাইরিনে ঙসাইদৈ। ইচেমসিদি হায়নখিবা বা শোয়গন্দেদো। চীন অনী শুদে হায়বা। এক জবাম্নিদো।

ই – ঙসিদি য়াম পুরকখ্রে। মথং মথং য়ামখৈ য়ৌথোক্লম্লগে হায়দুনা। নঙ পাবুংসু টুর চৎখি। হয়েং হল্লক্কনি হায়রম্মে। অদুদা থবক খর শংবনিদা।

ত – য়াওরকপখৈ পুথোকপীরকও। য়েংজরগে অপাম অপাম্বা খল্লগে।

ই – নঙনা খ্বাইদৈ নহা ওইরি হায়দুনা ইচেম্না নঙগীদা হান্না চঙঙকপনে। সে সে য়েংঙোসে। ময়োমসিনা খুদোপ মমায়দা হাপনবা নুংনি, ময়েমসিনা নায়ানবিদা হাপনবা, মসিমনা লোকেটকী।

ত – ইচেমশি! খুদোপ মমায়গী নুং অসি মচু ফজ ফজরবা য়াওরিনা।

ই – য়াওবনি য়াওবনি। ইসু হেক শুনা য়াওবনি।

ত – ঐদি গুলাপী মচুগীসিনা ইপামহেক পামজে। মমলদি য়াম তারমনিবো?

ই – অদুদি নুং নুংদা লৈরে। চাওবা পীকপদা থোইনা লৈতে।

ত – ইচেমশি ঐগী সনা হায়দুদি পুবিরকত্রব্রাও?

ই – করিগী পুরক্তনেগে। ইনাওগীবু শোয়বা য়াব্রাও? অদুদা অরুবা অমা লৈরিনে।

ত – কদৌরগে ইচেমশি?

ই – সনাবুদি খাঙেন অনীখক য়াওরকইয়ে। অচৌবা অমগা খরা হন্থবা অমগা। খরা পীকপা অদুসু নঙনা হায়বদুদৈ খরা হেল্লিনে। কোনশঙদা চঙদুনা ককথৎহল্লুবসু য়াবা নত্তেদো। কমদৌনিসিদে। মসিগীদমক্তা ঐ ঝারবনে।

তয়াল – ইচেমশি ঐগীদি সনা দরকার য়াম লৈয়ে। হুজিক হুজিক্তি পীনীংঙাই

লৈতবা। মখোয় তামোসু চৎথোকখিদো।

ইচেমশি– ইবেম্মা ঐগীদি হায়রিসিনি নশা নহা ওইরিঙে শিহৌ চাহৌ। হৌজিক্তি নশা বাই শংঙি নচা নশুসু চেপ্পি হায়বা। য়ারিমখৈ লেপশিনবা লৈশিনবা মতম্নে। ভাব তাও সনা হায়দো সে সিনিসে। য়েংঙো। মচাসি লৌহৌগে হায়রদি লীশীং ৩ লোম হাপ্লকখি তারি। হান্নাদুই মথক্তা।

ত – অদো ইচেমশিনা অবাৎপদু নুমিৎ কয়ানিরোম ঙাইবিবা য়াবগে?

ই – নহোয় পাবুং সাহেবতো মথংগী চয়োলদা মোরে চৎপা য়াই হায়য়ে। মদু নংলগা লোইরে। ঐ ফোন তৌরক্লে চৎকদবা নুমিৎ খঙলগা। নোংমা বাথিলিঙে ঐনা সৎ হেক লাক্লগা লোইরে।

ত – হোয়নে অদুম হায়না তৌরসি। ঐনা ইচেশিগীদা কোয়থোরকপা ওইনা থিল্লকপসু য়াইদা।

ই – ঐদি ইকাওবু কাউথোকলুইদা। নঙবু য়েংহনগে হায়দুনা নহাগী ইনফি ফজখ্রবা অনীখক য়াওরকপনিনে। সে সে মসিনা অঙৌবনি। থৌবানখোং নুপীনা শাবা অমসিনা উৎলৌ নুপীনা শাবনে। সিনিসে হৈখা অমুনবা মচুগী হৌজিক হৌজিক নহনা য়াম পামনৈ হায়রিবা মচুদো। ইনফিশিংসে নঙনা পাম্মী লৈগে হায়রবদি শীংবিখিগে তৌনে।

ত – অনীমক হেক পাম্মীদা। কমদৌনি সিদি। ইচেশি!

ই – অঙৌবসিনা অক্তি সঞ্চয়গুম্বা, শোরাৎ চৎপগুম্বদা ইন্নবনি। অমসিনা পার্টি চৎপদা লুহোংবা চৎপদা ইল্লগা লোইরেদনা।

ত – অদো অনীমক শিংবিখ্রো।

ই – ফিশাবীশিংদু সিদা ইবেম্মা উনবা লাকহল্লুবাও?

ত – ইচেমসি লাকহনগনু লাকহনগনু। মহোয় তামোনা য়ারোই ইজ্জৎ মাঙবা থবক তৌই হায় ঐবু শাউরক্কনি। ইচেমসিনা শিংবিখ্রগা লোইরেদুবো। ঙাইখো ইচেমসি ঐদি ঙসাইগী খুদোপ মমায়দা হাপ্লবা নুংদু য়াম পাম্মে হায়মি।

ই – পাম্মগা লৈথোকসু ঙাইদনা।

ত – অদুদা পৈশাদি লৈতে। মীঙোন্দা য়োহ্লোকপীগনো? মতম খরতদি থম্বীখো হায়বু ইচেশিদা য়াম কায়রদ্রাও? নুংদো মহোয় তামোদা

অমুক্তা য়েংহন্নীংবনি। উবদা মাসু শোয়দনা পাম্মী হায়রক্কনি। অদুদা—

ই – নঙনা অদুদা হায়রিদো ঐ খঙঙে। নুংদু থনম্বা য়ারোইদ্রা? ইবুংঙো য়েং হন্নবা সি নত্রা? নঙোন্দা নুং মচা অমা থনম্ববু কৈদোই হায়গে। ইচেন্না নঙবুদি থাজে থনমদুঙাইদনা। সে সে ইবুংঙো লাক্লগা য়েংহল্লুকো। মানা করি হায় হায়দো ফোন তৌরকউ ইচেমদা। চৎলে চৎলে ঐ।

ত – ইচেমশি লেঙঙোকো। (কেসেট মুথৎপা থম্বৌ থেম্বুং ৰারী হৌবা)

থম্বৌ – হৌজিক তাখ্রিবা কেসেট্তো খুদম অমখক্তংগী ৰানি। অসুম তৌদুনা ওফিসার নৌনা ওইরকপা মন্ত্রী নৌনা ওইরকপশিংগী মতু মচাদা চৎতুনা লম্লোনলিবনে। মসি মেমসাহেব অমখক্তা ওইরমনি থাজদে। ৩/৪ শূরম্বা য়ারি।

থেম্বুং – মোরেদৈদি করম্না পোৎশিংদু পুরকইবা। লম্বীদা থানানা ফাদবরাও?

থ – ঙসাই ব্যেগ অচৌবা পায়বীদুনা তোংবা গাড়ীদু ফিরাল চৈখোক য়াওইদনা। গাড়ীদুগী অশেংবা মপুদি ফিরাল পাইহনবনে। ফিরাল থেৎপা কারদা থানানা চ্যেক তৌবা উরবরা? সলাম কোৎপা নত্তনা। অদুগুম্বা গাড়ীদা হাপ্লগা পুরক্লিবনে ৱেক্কী মমল য়াম্বা পোৎশিংদো।

থে – মোরেদৈ পুরকপেদি ভাব তারে। থানানা ফারিসিদি ঐখোয়গুম্বা লাইরবা মতু মচা থাক্লবা লালোনজবা কাঙবুতবু ওইরে। ঐখোয়গী মনিপুরসি মাঙলেদকো। ঐখোয়গী সরকারসিদি নুপী অঙাংদা নোং শাগুম্বা মমাম্নবদনা হৌদোংগুম্বা হায়বদু তারেনকো। ওম্থোকইদা।

থ – ঐ থিসিস অমা ইগে হায়না খল্লি। বিষয়দি অনীখক্লি। অনীদুদৈ অপাম্বা অমা খল্লগা ইদৌরিনি। বিষয়শিংদুদি (১) ইম্ফাল সহরদা লৈবী মেমসাহেবশিংগী শেন্দান লম্বী (২) ইম্ফালদা লৈবী মেমসাহেবশিংগী শেন্দান লম্বীগা খুঙ্গংদা লৈবী নুপীশিংগী শেন্দান লম্বীগা অনীগী খেন্নবা।

থে – ঐদি অকোনবৈসিনা পাম্মীবো। মসি ইয়ু পাক চাউনা কোভরেজ তৌবা য়াগনি। অহানবৈসিগী সেকসন মচা অমখক্তগী ৰানি।

থ – হায়রিবা থিসিস্ অসি ইরদি ঐ ডোক্তরেট ফংবা শোয়দে। ❑

# মপা থিবা

— ইতাও রিহিয়ারশেল তৌসি হায়দো ঙসি নত্রাও?

— মাগ্নিনে। ঐ ঙসাইদৈ ঙাইরিনে। লাকমন্ত্রবা অদুদা ইতাওহোয়দা চৎলুসিরা হায় তৌরম্লিবা।

— ঐ লাক্লনিনা চত্তসু য়ারেদনা। কালাকার অতৈদি?

— কালাকার অতোপ্পা য়াওহল্লনুসিদা। কালাকার নহারোলশিংসে ঙাঙনবা ৱাইনে। জবান ঙাক্তে হায়বা। ইতাওখোয় ঐখোয়দি হায়নখিবা ৱা শোয়নদেদো। ইপোম ওই করিওই ইতাওগা ঐগতা মতৌরসি হায়বু।

— হোয়দা মদুনদুম হেন্না ফরদমাগ্লে।

— অদুদি হৌনবা তৌরসিনে। মতম মাঙহন্দুনা কান্নদে। লীলাগী স্ক্রিপতু সি লৈরেসে। ইতাওনা অমা পায়বীরো। ঐ অমা পায়জরগে। শক্তম লাংদৌরিসি মী ৪ খক্তনি। নুপী অমা নুপা অহুম। নুপীদু চিহাই খর কনবিনী, মমানি। নুপা অহুমদুনা অমনা ইনাক খুনবনি শেঙ্গাও পায়বনি তৌবা ঙস্বনি। অমনা য়ুঙাওবনি য়ুদা থক্তুনা লৈবা মীতানি। অহুম শূবসিনা ইনখৎলকপা পাখংনি। শিবা কিদবা।

— ইপোমনিনা ইয়াদা য়ারেদা। ঐখোয় অনীনা অনী অনী শাদোক্লগা লোইরদুবো।

— অদুদি ইত্রও। ইতাওদা ঐনা ৱারী লীবা ওইনা হৌরগেকো। মরক মরক্তা ইতাওনা হংনীংবো হায়নীংবো লৈবদো হেক্তা হংঙকউ হায়রকউ। নুপা অমা লৈ। চাউ শাংঙি, মীওই মীতৌ ফৈ শক ফজে। লাইরিক্তি য়াম হৈতে। ইবা পাবতমক হে। লাইরিক হৈতে হায়বতনি মামুক শেল পায়বা, ময়ুম মকৈ চাউনা কোনুংগুম শাবা, শঙ্গোই লুকোই মরাঙ কায়না লৈবা মাতনি মনিপুর অসিদা। স্টেতকী ওইবা থৌদোক্তা বার্ত্তোন ফংলিবা নুপানি। মন্ত্রীদৈ মাবুনা হেন্না লুনা খগ্লি খ্বাইনা।

শেলবু ফংগনি হায়রবদি অচৌ অশাংদা নপ্পা মহাক ইকায়বা লৈতে। সি এম গীদা মহাক তৎতনা চংঙি। থোং অচৌবা শাবা, য়ুমজাও শাবা, দাম অচৌবা শাবা, ইঞ্জিন অচৌবা লুপা লাক্ষ তাবা অচৌবা অয়াম্বা সপ্লাই তৌবসি মন্ত্রী অয়াম্বনা মঙোন্দা পী। অচৌবা ঠিকা পূন্নমক মাগী শরুক্নি। শন্না হায়রবদা সি ত্রমগী শেঙ্গাও মানা পায়রি হায়বা য়াই। মন্ত্রী মগুল কায়থোক কায়শিন, শাগৎপা থুগাইবদা সি এম গীদমক মানা শেল পুথোকলিবনি। সি এম গী মনীং নপ্পদা অফাওবা অমা ওইরিবনি। সি এমগী মনীং নপ্পদা খ্বাইনা য়াম তুক্কচবা অমা য়াওরি মঙোন্দা। মদুদি সি এমবু কনাগুম্বা অমনা চাক্কৌরবা নত্রগা ময়ামগী ওইবা চাকলেন সি এমগা য়াওনি চাবা চৎকনি হায় তারবদি চৎকদবা পুংখায়মুক্কী মমাং ওইরপনা মহাক থুংলগনি। থবক অচিনবা, অথুবা, সি এম উনদবা য়াদবা মওংগুম লাক্কনি।

— ইতাও মানা লাকইদো চাকচা, চৎপা য়াওদোই লাকইবা নত্রাও?

— মান্নিনে। সি এম না চাকচা চৎলমদাইনিনা ফজদে হায়দুনা। চৎলুসিদনা হায়রেদো। চৎলে বার্ত্তোনসু ফংদনা। ইকায়দ্রাও মাগুম্বা শকনাইরবা মীশক অমনা মদুম তৌবদো। মসিনিসে খ্বাইনা মাবু তুক্কচনরিসে।

— ইতাও! চাবদা মানা অদুক চোপ্পীদু কৈগীনো? মাবু শেঙ্গাও পায় হায়দাইনে।

— মানা পামলিবদি চাক চাবা নত্তে। সি এম গা ফম্মিন্নদুনা চাক চামিন্নে হায়বদু মীবু উহন্নীংবা চান্নে হায়বদু খঙহন্নীংবা। অদুই বানিনে চাক্কী বা নত্তেনে ইতাও। নঙসে ওহোকপনিদকো।

— ও মদুইদমক ওইরেকো। ঐ ভাবতারে ইতাও, ভাব তারে।

— ইতাও করি অমুক হায়রুনি সিএমগী লম্নাই বেক্ক। ইতাও ঐ নুপাদুগী মরমদা ময়ুম মকৈ লন থুমগী বা হায়গ্রেকো।

— হায়গ্রে ইতাও হায়গ্রে।

— মাগী নুপী অঙাঙদা কা হেন্না হৈনবে বা অমুক হায়রগেকো।

— লীথরকওনে, হায়থরকওনে তাগে হায় ঙাই লৈরবনি কৈনো?

— মাগী নুপী য়ুমদা লৈবীদুগী মমিং তিংগোংলৈমা কৌই। ইশৌ কল্লি

খম্বন চাউই। মপামদু ইনাক খুল্লি। লবাইগী ইনাক খুনবা ওইনা তৌই। নুপাগী চান্দিবু ওহোক য়াম লৈখ্রে হায় ইশং কা কাদুনা।

– লুপাদি শীজিন্নদ্রদি চৎনদ্রদি ইশং কাবা মশানা তাবনিনা কৈনো?

– কাগে কাসনু কারোই তোকসনু নঙ ঐনা লৌ য়াদসু নত্তবদুবো। মাঙনিং মাঙসনু। ঐনা বারী লীরি ময়ামসে য়ুমফম থোল্লিবনে লীলাগী য়ুমফম।

– থোল্লু থোল্লু ফজনা থোল্লু। য়ুমদু ফজনা শাগৎসি।

– য়ুমফম থোল্লে লোইরে। হৌরসে নুপীদো ইতাওনা শারো।

তিঙ্গোংলৈমা– ঙসিদি মোই পাবুংগা জোনে চঙনা বা অমতা ঙাঙনবা তারিয়ে। অরোইবী ওইনা ঙাঙনগদবনি। চা কাক্তো ফাল্লো সে সিদা লৈরে চা। নে না তানা হায়দৌরিনি।

কৃষ্ণদাস– হা হা (নোক্তুনা) নঙনা ঙসি হায়দৌরিসিবু করি বনানোনে পেম্মা।

লৈমবা – নোকশিন্নদুনাকা কান্নরোই। ঐ পাউ কুপ্না লৌরবনি সি আই ডি কা থাদোক্তুনা। নহাকসে মনিপুরদা থোইদোক হেন্দোক্লা শকনাইরবা মীশক অমনি হায়বসি নশানা ভাব তাফম থোকই। নচা নুপা অনী চাউখ্রোক চাউনা লৈরি। অমনা রূশিয়াদা ডাক্তর তম্মী। অমনা আমেরিকাদা ইঞ্জিনিয়ার তম্লী। চিফ মিনিস্টারদৈ চিংনা মন্ত্রী অয়াম্বা নতুং ইল্লি নঙগী য়াকা য়েংদুনা থবক তৌরি। নঙগী নরল নথুম কুবেরগী পুক্কেগুম লৈরি। ওফিসার অচৌবসিংসু নঙনা তৌ হায়বতা তৌরি। নঙগী করি বাৎলি। অসিগুম্লবা ফীভম অসিদা লুখাককোমদা কুন্নগা নোরোক্কী কোমদা চোংথগে খল্লিবু করিগীনো?

কৃষ্ণ – করিনো লৈমা! নঙনা ঙসি ঙাঙলিসিবো। ঐ করিমতা ভাব তাবা ঙমদে।

লৈমা – তারোই। কদায় ভাব তানি হায়গে? তুমদবা মী হৌদোকপদি লুবনে। করিগীনো নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংবাইরমদা থিররিবো? থা শূরক্লে অমুক্তা লাকপীয়ু হায়ররিবো? নঙদি নুপীদদি চোন্নীনকো। অদু অদা খঙদে ঐগীদি হায়বিরিসিনী সমাজ অসিগী মাঙদা চোপ্পা য়াদে। লুখাকলাগী মচা লাইদা হে-লৈ কৎপা য়ারোইদবা খোংবাল লুকলাংদা পোকপা অঙাংগী মপা ওইবা য়াদে হায়রিসিনি। অঙাংদো নহান্না থা

য়ামদ্রিঙৈ নৌরিঙৈদা মাঙহনখিবা য়াদ্রা হায়বা। হৌজিক্তি থা শুজিল্লক্রবনিনা মাঙহনখিবা য়াররোই। অদুনা মতম লৈরিঙৈদা পৈশা নুংশা খর পীথোক্লগা কনানো য়াগদবা অমা থিয়ু। অদুগা অঙাংদো য়াহনখো পীথোকখো। নত্রবদি তিংগোংলৈমা ঐবু ফম্ভে হায়হনগনু। ঙসি হায়রিবসে অরোইবনি।

— ইতাও মকাদি?

— মখা লৈরি ইতাও। মখাসিদি য়াম নুংঙাইদৌরি জাৎনি।

— লীলাগী কেরেক্তরনা কমদৌজাৎনো।

— অমনা য়ুঙাওবা। মমিংনা নিংথৌজাও। অতোপ্পা অমদুনা ইনখৎলকলিবা পাখং। হকচাং শাজেন তৌবা মী। মশা মউ ফবা থাঙ পায়বা। অশেঙবা মপা হায়দি মাবু পোকপা পাষ্টৌ অদুবু থেংনবা মফমদা থাঙনা য়ানশীং হায়দুনা লৈরিবা পাখং। মমিংনা খোরীফাবা।

— ইতাও পার্ট অনী শুদৌরিনে। ঐখোয় অনীনা অমমম শারসি। ইতাওনা খর হৈননি য়ু ঙাওবা নিথৌজাওগী শক্তমদু লাংলো। ঐনা খোরীফাবা থাঙ পায়বদু শারগে।

খোরীফাবা— বাবা ঙসিদি বাবাদা ৱা অমতা হংজগে। শেংনা তাকপীয়ুকো।

নিংথৌ — করি ৱানোনে? অওইবদু শেংনা তাকউ সিনিনে। করিগী তাক্তনি তাক্কনি। অদো খরদি লৈবা তারে। থকত্রদি ৱা ঙাওবা ঙমদেনহৈ ইপাদি।

খোরী — লৈজনি বাবা ওক্লবা লৈজনি। অশেংবতদি লোইনা হায়দোকপীয়ুকো।

নিং — বেশ বেশ খোরীফাবা নঙগী ৱা তাবদা ইপা পেল্লে। হিদাক থকপা ঐখোয়দি অচুম্বতা ঙাঙবনে। এক জবান। অচুম্বদো হায়দোকউ হায়রদি হান্না গ্লাস মচা অমতদি চিংখিগেদনা।

খো — সিদা লৈরে। গ্লাস মচাদদি তৌজদ্রে অচৌবা ওইনা। সি পায়বিরো। ঐসিবু বাবানা হেক পোকপরা? অয়োকপনি অশেংবা মচা নত্তে। অপোকপা মচা নত্তে হায়না মীনা মুশূক মুশূক ঙাংনবা তাবদা ঐ খাঙবা ঙমদ্রে। অদুগা খৎনবদসু ইমান্নবনা মপা খঙদবা লমজা শারা মচা হায়না হেক্তা লাউরকই। মসিমতদি বাবানা শেংনা হায়দোকপীরো।

নিং – (য়ু হাইফেৎ ঙাও লৈয়েং ফাইরপ তৌ) মীগী মচা য়ারগা য়োকপা। ঐনা যষ্টি শোনবা। নপানা লুপা লীশীং ৫ পীরকই যষ্টি শোন্নবা। চাউনা শোনখ্রপোৎনি। ইপাগী হিদাক হিদাক মরূপ লোইনা বার্ত্তোন তৌই। মহোয়দো ঐনা পেন্ন পীথকপা।

খো – ঐবু পোকপা নুপাদুগী মিং করি কৌই? কয়ুমনো? কদায়দা লৈ হায়বদো নচাদা খরা তাকপীয়ু।

নিং – মদু তাকথোকপা য়াদে। নুপাদুনা অঙাংদু য়াবীয়ু হায়দুনা মী ফনা য়ান্না হায়রুবা জাৎনি। কনামতা য়াবীরক্তবা। ইকোন কোনবদা ঐঙোন্দা হায়রবদা মতৌদু য়েংবা ঙমদদুনা ঐনা য়াথোকপীবনিদনা। নুপাদুনা অঙাং য়াবগীনি হায়দুনা লুপা লীশীং ১০, লৌ পরি ১, মানা শাবিবা য়ুম লৈরিবা ইংখোল। ইংখোল য়ুমগদো নমাগীনি। য়ুমদো বাঙ্গলা মচানে পীক্তক তৌরদনা ফজখ্রে। পোৎ ময়ামদো শিন্নবা নুমিৎতা দলীল অমা ইনৈয়ে। "থাবক্লেনা পোক্কদৌরিবা অঙাং অসে নিং- থৌজাও ঐগী ইচা অশেংবনি।" হায়না। অদুগা ঐবু সোয় তৌহল্লে। দলীল অদো কপি অমা ঐনা পায়হৌয়ে। অদুগা কপি অমনা মানা পায়খি। সাখী ওইহন্নবনি হায়দুনা মাগী মতুং কোইন ইন্নবা হুইরোই অনীসু পুরকই মখোয়বুসু সহী তৌহল্লি দলীল অদুদা। অদুগা মানা ঐবু মাগী মমিং কনাঅতদা তাকথোকপা য়াদে তাথোক্কনু হায় ঐবু বাশকহল্লি। শরী নামুংখ্রেদো মীগী শেল থুম খর লৌশিল্লুরবনিনা। অদুনা মমিং হায়দোকলোই। কপ্পু কপ্পীংলকইদা খল্লুবদা। তোনখ্রেদা মীগী শেল শোকচিল্লুবসে। হিদাক থকনৈবদমক লৌরুবনিকো শেল। য়ারুবনিকো মীগী মচাবু ইচানি হায়না। ঙসি ইচা খোরীফাবনা হংবদা অশেংবা মিং তাথোকপা ঙমদ্রে। (ও খোংনা কপ্পা)

খৌ – বাবা। সে নুপানা কপ্পা হৈনদে। পোৎথাবনা ফরনি। পোৎথানবা তৌসি।

নিং – নমাদো থাবক্লে হায়বীদো শকহেন্নবীদো ঐনা হিদাক ঙাওদুনা হাইরং হাইরং লাক্রগা ঐ মপানি হায়দুনা যষ্টি শোল্লবদো অদুদা নীংবা কায়রমাল্লে ও খোংনা কপথোকলক্লে। মানা নীংজরম্বদি ইনাক খুনবা, মরল মথুম লৈবা, মীনা শকখঙ মায়খঙনরবা অমদা মচা নুপা অমা পোক্লে হায়না হয়াওজরম্বদো ঐ উবদা নীংবা কায়খিদুনা কপ্পা ওইরমনি। মদুনা লাইনা ওই নমাদো য়ুম শেংদ্রিঙৈদা শিদোকখ্রে। ঐনা থাবক্লে

শকহেনবীবু লৈশারিঙে লুমজবনি। মদুসু ফংহৌদ্রে। অঙাং য়াবদা মমাসু য়াওরকনি খল্লুবদা হ্রাওজরম্বনি। হৌজিক্তি কাহ্মাঙ খুজাইকায় তা লৈহৌরে। থাবল্লে ফংব্রা হায়বু গীরাদুম পুহৌরে। নবোক্তো থাবল্লে পোকপী মমাদো মদুসু মচা শিখিবা চহী ওন্দ্রিঙৈদা শিদোকখ্রে। মঙোন্দা নঙগী নপাদুনা নমথাক তৌবিরম্বদু খল্লুবদা মদুনা লাইপু ওইদুনা শিখিবনি হায়নৈ। নবোক শিখিবদৈ য়ুম ইংখোল য়োম্বোক্লম্লগা নঙবু সিদা পুরকপনি। য়ুম ইংখোল য়োনবৈ শেলদো য়ু থক্তোকখ্রে।

খো — বাবাগী ৱারীদৈ ঐ ভাব তাজরে। অদো শা মখোঙ মরী পানবদৈশূ হেন্না তমথীরবা নুপা অদুগী মমিংতদি তাকপীয়ুনে বাবা।

নিং — নিংথৌজাও ঐদি শরী নামুংখ্রে। হায়দোকপা য়াদ্রে। নঙনা করি তৌগে খন্দুনা মাবু হংবনো? হাৎতোক্কেরা হাৎতোকউ বেরা লৈতে।

খো — মতীক চাবা লমন খুমগে। পারা অমদি তম্বীরমগে খনবা। ঐবু মপা মশক খঙদবা লমজা শারা মচা অমা ওইনা সমাজ অসিদা হিংহনবা। অনীশূবদা মরাল লৈজদ্রবা পঙলবী ইমা অমসুং অবোকপু হাক্তোকপা। অহুমশূবদা সমাজ অসিদা মখোঙ মরী পানবা শাদগী হেন্না তমথীরবা মীওই লৈ হায়বা খঙহল্লমগে তৌজবনি। বাবা ঐ থৱাই য়াম নুং ঙাইতে মশক্তদি তাকপীয়ুনে বাবা।

নিং — নঙনা নথৱাই অদু য়ৌনা নুংঙাইত্রবদি ইপা মন্ত্র অমা তাক্কে। নঙগা নশক চপ মান্নবা ঐখোয়গী লেঙ্গা ওইনা তৌবা মীওই অমা থিয়ু। মীনা হায়নবনিকো— শক্তি মপাগা চপ মান্নে কার্বের্বান কপিনি, অসুন্না। মরল য়াম লৈবনি শেঞ্জাও পায়বনি নুপাদো। ময়ুমদো কোনুংগুম শাবনি। থিয়ু শোয়দনা ফংগনি। খুজিন মমায়মুক্তা চাউবা মনিপুরবু ৱা ওইনা হেক তৌশিল্লে ইচাসিদি।

(ৱাহয় খরসি হায়রল্লগা নিংথৌজাও য়ু কা অমা হেন্না থকচিনবদৈ লোরে। গো গো নাখোক্তুনা তুমথখরে।)

— ভালো ভালো। ইতাও নঙনা নিংথৌজাও লীলা পাল্লিহে।

— ইতাওনা খোরী ফাবা শাবসিসু মাল্লিনে। ওইদা ওইরবোই নীংঙি।

— মথাসিদি সিন অমতা মঙাইরে। মসিনা লীলাসিগী অরোইবনি।

হন্দক্লা কনা কনা য়াওদৌরিনো? কনানা করি শক্তম লাংদৌরিবা?

— অরোইবা সিন্দা য়াওদৌরিসি কালাকার অনীখক্তনি। অমনা নুপানি অমনা নুপীনি। ঐখোয় অনীনা অমমম হেক্তা শারসিনে? করি হায়গে?

— ফরে। শারসি। লীলা হৌরসিনে।

তিংগোং লৈমা — করিনো তৌরিসিবো? চোইরোলদু খিৎ লোল্লনুসে।

কৃষ্ণদাস— চোইরোল নত্তেনে। নঙনা নত্রাও? নঙবু হায়খিদবরাও খোংবাল লুকলাংদা পোকপা অঙাংগী মপা ওইবা য়াদে। চাউথোক চাউনা চিত্রবোৎ কুম্বা নচানুপা ২ লৈরি। নঙগী চিত্রবোৎকুম্বা নচা অনীদো হল্লক্লরোইয়ে। অমা রুসিয়া নুপী লৌ লৈখ্রে অমনা আমেরিকান মেম লৌখ্রে। মখোয় অনীমক য়াওং ইন্দুনা লৈখ্রে। নচা অনীগী কুজবা য়ানি হায়দুনা পোঙজবদো হৌজিক পোঙখো হায়বা?

তিং — মদুই ৱাফমদো খিৎ হৌদোলনুসে। ঐ তীনীংদ্রে হায়বা।

কৃ — করিগী তানীংদ্রিনো? ইবেম্মা নঙসে ইশৌদি হায়ফেৎ কল্লিহে। নঙনা শ্রু শ্রু হেক নৈদুনা অঙাংদো নিংথৌজাওদা থেমদুনা য়াহনখিবা নত্রদো? নিংথৌজাওগী সহী য়াওবা দলীন নখুৎতা ঐনা শিন্নবা মতমদা নঙনা হরাওখিবদো ঐনা কপ্পীংখিবদো। মরাল লৈজদ্রবী থাবল্লেবু ইকায়বা পীখিবদো। ওন্তোক্লা নীংঙমখিদ্রেদা। ঐসে নুপীনা খুদোম্বী হাপপুরে হায় মীনা ঙাওনখিবদো। মীনা ঐবু অধামোরানি হায়নখিবদো।

তিং — ওইররোইদবা ৱামন ময়াম পোপথোক্তুনা লৈদৌ শরুক খরা চৎথোক খোত্তোকপা য়াদ্রাও? নমান্নবা মীরক খর তীল্লো।

কৃ — তিল্লোই। ইমুংদৈ সুকহেন হেক হেন্দোক্লোই। নহান থাবল্লেনা অঙাং উনরমদাইদা থোঙ লোনশিন্দুনা ঐবু মপান থোকপা য়ারোই হায় থম্বা নত্রাও? অদুগা হৌজিক্লা মপান থোকউ মীরক তিল্লু হায়বা। থোক্লোই থোঙ লোন লৈনি। নঙ কৈদৌগে হায়রিনো?

তিং — ইমাইপেম্মা! কদায় কদায়দৈ ৱা কোৎথোক কোৎথোক ঙাওলিনো। খিৎ তোকপীরোসে।

কৃ — তোক্লোই। ঙাওখিনি। ঙাইখো ঙরাং নুমিদাংৱাইরম পাখং মচা মশা মউ ফবা অমা থাঙ অরংবা অমা পায় ঐখোয় থোঙ্গালদা লেপলম্মী হায়দু নঙ মশক উহৌবরা?

তিং — করিগীনো মদু হংলিবো? নঙ্গু ঙাওরব্রাও?

কৃ — ঙাওরে। ঐ ঙাওরে। ঐগা শক চপ মান্নরদি শোয়দনা খোরী ফাবা ওইরমনি। হায় থোঙ থোঙনাও ঙন্না লোনশিল্লু। ঐদি খোরীফাবাবু য়াম কি জাৎনি।

তিং — করিগী কিরিবা। গেটসু লানশিন্নকপা ঙম্মোইদববো।

কৃ — কিদবা য়াদবনে। মানা পায়রিবা থাঙ অদুনা ঙক কক্তুনা ঐবু হাৎকনি হায়না তায়নে। কিদবা য়াদে। তান্নক অসিদা পুকসিসু গ্রোং গ্রোং খোং-লক্রেনে। হায় হায় খোঙ য়াম হামনীংলেনহে। ঐ পায়খানা চঙবদি ঙম্মরোই মপান থোকপা কি। ইমুংদা সুম হোৎনবা তারে। ইহে কমদৌনি নংদ্রে নংদ্রে য়াদ্রে।

তিং — করিনোনে তৌরি মতৌসিবো। লোইরেনে কাসি থুংনা চাইরেনে।

কৃ — ঙরাং অহীং মঙদা থাবস্লে মচা মচাদো লাকঅম্মে। মচানুপাদো খোরী ফাবদো থাঙ অরংবা অমা পায়। থাঙদো য়াম লংঙে মমাগী মতুংদা লেপ্লে। অদুগা ঐবু থোরকও হায় কৌয়ে থোঙজীন ময়াদলেপ। ইমুংদি চঙলক্তে নমথী হায়। ঐ য়াম কিরেবো। কাংখল মনুংদা লোৎ লৈবনা ফরদমাল্লে।

তিং — ইহে মোমপাক ফিদক্কাসে ইতৈ তৈরেদো। লোইরেদনা সিদি। মনম্না নমথীরিবা।

— ইতাও সুবাইদা লীলাসি লোইশিন্নবা তৌরসি। মখা তাবসি স্টেজদা পুথোকপদা কয়া ফজদৌবা মান্দ্রেবো।

— ঐসু অদুম খল্লিবনি। মওং চাদৌবা মান্দ্রে। মখাসিদি ঐখোয় অনীনা সমথরসি হায়বু ইতাওগী মোৎ করিনো?

— ফৈনে ইতাও ঐনা ৱারী লীবা অমা ওইনা মহোয়গী অৱাৎপা ৱারীদু লীথজরগে। কৃষ্ণদাসনা নারিবা লাইনা অসি হৌজিক কালগী য়েংবা ঙমদ্রি হায়বা লাইনা করি হায়য়ে মহোয়গী ওইদস হায়বদুদৈ হেনবা জাৎনি। ড়াক্তর, মাইবনা লায়েংদুনা ফবা ঙমলোই।

— ইতাও কৃষ্ণদাসকী লাইনা অসি ঙাওনা ফৈনা নাবনিনা থম্মোই অমুসুং কোক্কী লাইনা ওইগদরা হায়না খল্লিনে।

— চুম্মী ইতাও। ইতাওনা খল্লিদো অচুম্বমক্কি। মপান থোকপা, খোঙ হাম্বা পুন্নমক ইমুংদা তৌরবনিদো। করিমুক হায়গনি সোফাদা মখোঙ হামজিনবা। ফুল গ্রাস মনুংদা মপান থোকচিনবা মহা ওইরবনিনে। মনম নুংশিরমগ্রবা লূরমগ্রবা ইমুংদো হৌজিক্তি চঙবা য়াদ্রে নমথীবনা। নুশিং নুংশা খরা চঙলবদি নমথীবা অদো খরা ফদবা। মদুসু নত্রেদো কৃষ্ণদাসনা মরোল অমা নুমিৎ মঙাল উবা য়াদে হায়দুনা থোঙ পঙলোন্দা লোনহনবা। মাগী নুপী তিংগোংলৈমদু বাদি বাজরবা জাৎনি। মনম নমথীবদু খরা ফগদ্রা হায়দুনা থাউ মনম নুংশিবকা চাইদুনা হোৎনজরিবনি। মদুনা মনম নমথীবদু কোকপগী বা লৈতে। হেন্নদুম নমথীরবা তোপ তোপ্পা মনম অমসু ফাওরকই।

— ইতাও ঐ ওদৌরে। ওক ওক। নাতোন মেন্দনা খাঙলবনে। ইতাও য়াদ্রে পুকসে মথক মখা ওগ্লে।

— ইতাও লীলানিনে করিনো? সিদবু কদায় মনম লাক্তৌরিনো?

— ইতাও লাকপা লাক্তবা বারী তাবদা মনমদু ফাওরক্লবোই খল্লুরবা। মাগী নুপী লৈমাদুদি বাররিনিনে। বাসনু মরালগীনি লাইনা বারকপীবনি। মপুরোইবদু মানা বারক চেৎপদৈ করি থোক্লবগে হায়বা। মীনা অনাবা হংবা লাক্লসু অমতা চঙহন্দে অঙাও অফৈ ওইনা নাবনিনা মী অমতা মওংদু উহন্নীংদে।

— ইতাও ঐনা তিংগোংলৈমবু বারৌরিসি অতৈ নত্তে। মাসু নুপী অমনি অদুবু নুপী ওইবীগী চাউরবা গুণ মীনুংশি খঙবা, থম্মোই থোৎপা হায়বদু মঙোন্দা চেন্দে। থাবন্নেবু অদুক শাথীনা ওৎপীবা হৌনব্রা হায়বা। মীনুংশি হায়বদো মচেৎ অমতা মাগী মশাদা পক্তে। নুপী পীদা অমনি চিহাইনা কল্লিবা।

— ফরে। লীলা লোইশিন্নবা তৌরসি।

— লোইশিল্লসি ইতাও। লীলাসিগী মমিংবু কনানা থোনবগে?

— কৈদৌরগে ইতাও। মমিংগা লীলাগা চানদ্রবরাও। ঐনা থোনবনিনে।

— লীলাগা মমিংগা চানমনগ্রদুনা হংলিনিনে। ইতাওদি মীং থোনবকাদি লাম্বা লৈত্রৈহে সত্যনা সাখী। মমিংদি শেৎথরেদনা।

সে সিনিমা লীলা অসিদা মপা থিরিসি অনীনে হায়জরিবা। কৃষ্ণদাসনা

অঙাং য়াবিয়ু হায়দুনা মপা থিরেদো। অদে অমুক খোরীফাবনা মপা হাৎকনি হায়দুনা মপা থিরেদো। মপা থিবা হায়বদু অনী মান্নরবনিনা কমন লৌথোকপৈ বানিদা। অদুনা "মপা থিবা" হায়না মীংথোনবনি।

· ঙসিগী রিহিয়ারসেল মায় পাক্লা লোইশিনবসি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইবো।

· লীলা অশেংবা শান্নবদা, নুমিৎতদি সুকপু নুংঙাইনি থাজদে।

· অরোইবদদি ঐখোয় অনী পুন্না হায়মিন্নসিকো

ওক্তবা লমচং চৎপা নুপাদি, ঙাওনা ফৈনা নাগনি, কৃষ্ণদাসকুম। ফংঙমদ্রবা মীওইবৈ মপোক, অমাংবা মরক্তা ওনগনি, কৃষ্ণদাসকুম। নুপী ওইনা পোক্লগা, মীনুংশি চেন্দ্রদি বাজনি তিংগোংলৈমগুম। কাহেন্না খম্বন চাউবী নুপীদি কদৌনুংদা নুংঙাইবা ফংলোই তিংগোং লৈমগুম। লীলা লোইজরে। ❑

# শবীনা মমা নোক্নবা

(য়াইবী লৈমা অমসুং তোংকাপ চনু অনীনা শক্তম লাংবা লীলা মচা)

তোংকাপ চনু – তুলসীবোং ৰাই তয়রিসিবু ইতা ইবেম্মা য়াইবী লৈমা মানখ্রেদা।

য়াইবী লৈমা – মাম্নে মাম্নে। ঐনে।

চনু – ফিশাবকা তোকহোক্লুনা ৰাই তয় লৈরিসিবু করিগীনো? অনৌবীবু কৈদৌরগে' মাবু তয়হনবা য়াদ্রাও? মশা ঙমদ্রাবরাও?

লৈমা – ইবেমশা নত্তেদা। কোম্না হায়গে।

চনু – খরা থুনা লোইথোক্লো। লুরবা ৰা অমা তান্নদবা লৈয়ে।

লৈমা – করি ৰানোনে? লোইরে লোইরে লাক্লগে। মাঙ্গোলদা থারিবা মোরা অদুদা ফন্নম্মু ঙহাক্তা। খোঙ খুৎকাসে লৈখোম্না ইমোৎ মোৎলে, ইতৈ তয়রে। পুথ্রীদা অমুক্তা শেংদোরকখিগে। ঐসু বাজারদা লং লৌবা চৎফনি। মিৎনা কুপ্নদা লোইরক্কনিসে।

চনু – থুনা লোইরকইদা।

লৈমা – থুদবা য়াদবনিনে। ইনফিগী লং মফেল লৈত্রে। য়াইস্কুলগী সীজদো মাগী ইনফি হয়েং পীদবা য়াদে হায়রম্মে। মফেলগী লংদি লোইথোকখ্রবা। ৰা খন্নবা লোইরগা ইচিল ইনাও থোকমিন্নখ্রসি। করি ৰানো খন্নসি হায়বো?

চনু – ৰা খন্নবদি লায়রি। অনৌবী কদায় লৈগে?

লৈমা – হো ময়ুমদা ময়ুমদা?

চনু – করিনোনে হায়রিসিবো? চাননা চৎখ্রব্রাও? চুমনা মপামদা নোংমা ফাদোক চৎপা নত্রনে।

লৈমা – নত্তে নত্তে চাননা মপামদা চৎখ্রবনে। হিংচাবী নঙনা থিন থিন হংলবনিনা

হায়দোকপা তারেদনা। ঐদি কনা অমতদা হায়দোকলোই খনবনি।

চনু — ঐখোয় হোমো মশেল্লি করিগী ৱা থুপ্নগদগে হায়দোকলো।

লৈমা — ইবেম্মা। মৌদুনা হায়রিবা নেংমতসু নুপা মান্ন থেঙনা হঞ্জিল্লকউ। য়ু ঙাওদুনা লৈয়েং ফাইনা হাইরং হাইরং লাকউ সেবা তৌজগে। মদুসু তৌদে। নুপাগী শিনদি শুগে হায়দনা নুপীদৌনা ফিসাকোন অমা হেক থাজিল্লে। কদায়দৈনো খঙদে নুপী ময়াম্মা কনাই মৌনাও কনাই মৌয়াংথাং পুমসু সুরে তিল্লরিবা হিয়াংথাং বরদু মঙাইরে। লোইরবা লোইদ্রিবরা? অদু শাবিয়ু আদা শাবিয়ু। কৈদোঙৈ লোইবিগদগে মহানি। পুন্নমকসি য়েংজনীংদ্রে। নুপী মানবী নুপাদা ওংদুনা লৈদৌ শরুক ইপামদা চৎচগ্রগে। সিদা লৈবা ঙমজররোইয়ে হায়রম্মবা চৎখ্রিনে হায়ৱানি। ঙকত্রাও হৌজিক কানগী নুপীশিংসে।

চনু — মমং অনী শুজরেদনা কমদৌনি। চৎখ্রবদি চৎখরেদনা। নুপী ময়াম ফি শীংবা, লৈবা লাকপা অদুগা খম্বনবসু ওইরম য়াইদা। করিনো হয়িং লাবা ফাওবা মাগী নুপীদা তোংহন্নীংদ্রিবো।

লৈমা — করিনো তান্নসি খন্নসি হায়বো নঙনা?

চনু — সে সিনিমা ঐখোয় হোমোগী এসোসিয়েসন অমা লৈদনা। ঐনা সেক্রেটারিনি, ইতানা প্রসিডেন্টনি। য়াম থুনা ঐখোয়গী জেনেরেল মিটিং অমা কৌদবা য়াদ্রে। মদুদা ৱারেপ অহুম লৌসি। মদুগী ৱা তানসি খন্নসি হায় লাক্লিনে। খন্নরগা ফজনা তাগদবা রিজোলুসন অদো ইথোক্কুনা থম্মসে। মিটিং নুমিৎ অদুদা পুথোক্কুনা খন্নরসে।

লৈমা — ফৈনে। মতম মাঙদনবা । অহুমদু-করি ৱানো। কনাই ৱানো?

চনু — অহানবনা - হৌজিক পোৎ য়োনবা কারবারৱালানা মখোয়গী পোৎ শিৎননবা হায় এডভর্টাইজ তৌবদা- নুপীতমক য়েক খোৎতুনা তৌরি পোস্টরনচিংবদা । অতৈ লৈবাক্তদি নুপী নুপা অনীমকপু চাং মান্ননা য়াওহনবা শীজিন্নবা উই। ঐখোয় মনিপুরদদি নুপীবুনা হেন্না পামনা শীজিন্নরি। মসি সাইন বোর্ড, মেগাজিন খবরনচিংবা চেফোং কয়াদা উবা ফংঙি। এডভর্টাইজ তৌবদা নুপীদা পীরিবা অধিকারসি য়াম্মল্লে খল অমা কায়রে। অদুনা হোমো ঐখোয়সু নুপীগী কেটিগোরিদা চল্লিবনিনা অধিকারসি খরা লৌথোকসি। হোমো ঐখোয়দা ১০০ গী

মনুংদা ২৫ দি পীহলসি অসিনী।

লৈমা – অদুদি য়াম ফবা ৱানিনা। ফেনে তৌসিনে। হোমো পুন্নমকসু য়ারক্কনি।

চনু – অনীশুবদা-শুমাঙ লীলাদা নুপীগী শাক্তম লাংলিবা পার্ট পুন্নমক হোমোদা পীবা।

লৈমা – শুমাঙ লীলাদা নুপী শাবী অয়াম্বা হোমো ঙাক্তা ওইরমনিদা।

চনু – খরদি হোমো ওইরমনি খরদি ওইবমলোই। অদুনা হায়রিবনি। ১০০দা ১০০ ওইফম থোকই হায়বনি ঐনা হায়দি।

লৈমা – মদুদি য়াম চুমথ্রবা ৱানি। লীলাদা মখোঙ থাংবা হৈতবা, কেবা হৈতবা য়াওরিদো হোমো ওইরম্মোই। অদুনা হৈত্রিনী। ঈশৈ লীলাদা নুপী শারিনিকা হায়দুনা মেখোঙনা শামু মখোঙদৌনা চাউথ্রোক চাউরে, মপাম্বোম মখুদাংনা নুং থাঙ্গৎপা বোক্‌সিং তৌবা মীগী মপামম্বোম হেক মাপ্লে মসলনা মত্রং মত্রং হেক কারদনা অদুগা মোত থোক্লিবনিকা হায়দুনা তৌবদো মাই মাই ঐ য়েংজনীংদে।

চনু – অহুমশুবদা– নুপীনা খোঙগ্রাও শেৎতুনা মশম তেন্না নুপা মান্না ধাকা করুদুনা নুপা শাদুনা চৎপা য়াম লৈরে। নঙ তাদ্রিবরাও হন্দক্তা লৈশাবী অমা চ্যেল্লক্তুনা নুপীনা শাবা নুপা ওইরমদুদৈ খঙ্‌নরক্তুনা নুপী লৈশাবীদু মমা মপানা ফাদুনা পুখ্রে হায়য়ে। অদুগা নুপা শারম্বী নুপীদুবুনা শাথীনা ফুরগা থনম্মী হায়নে।

লৈমা – ইমাইপেম্মা হৌজিক কালগী নুপীশিংসে ওহোল্লা তৌ ঙমথ্রবা য়াওরিনে। নুপীদো তপতানা ফুরম্বা অদুনা মতীক চপ হেক চায়ে। ঙকখ্রেদকো হৌজিক কালসে। হোমো ঐখোয়দি মদুমহাইদি তৌদে হায়বা। ঐখোয়গী হায়বু পানক্কা পোৎফম ফমদুনা য়োনজবা, ফিশাকোন অমা থাদুনা ফি অদুক শাজবা চুন্না থিবোংগীদমক শেল তানজবা। ঐখোয় মশেল তিন্নরগা কেবৈ ৱারী খরা শাজবা নত্তনা করিবু তৌরিগে।

চনু – পাউ অমসু হন্দক্তা নৌনা তায়নে। নুপী অমনা নুপাগী ফিজেৎ শেৎলগা য়ু থকফমদা নুপা মরক্তা য়ু থকপা য়াওই। অদৈ নুপীদু য়ু ঙাওদুনা য়ু থকফম হোটেল অদুগী টেবল মখাদা লৈপাক্তা তুম্লম্মী। নোংঙাল্লগা হৌগৎ চৎখি হায়নে।

লৈমা – মদুতা নত্তেদা য়াম লৈরিনে। মহোয়দি নুপা শাদুনা নুপাগসু তিন্নে

লোয়নৈ, চৎমিন্নৈ, নুপীকাসু কোয়মিন্নৈ হায়। কানা কানি য়াম ঙাওনৈদা। হোমো ঐখোয়দি পামজরুবৈ তৌজবনি। মোর‍্যাল য়াওদবা থবক্তি তৌদে হায়বা। মহোয়গী থৌদৌদুদি ইজ্জৎ মাঙবা থবকনিনে। ইমাইপেম্মা কিজে।

চনু – অদুনবু ঐখোয় সমাজগী ইজ্জৎ কন্নবা, ওক্তবা লমচৎ থিংহৌনবা রেল্লী অচৌবা অমা চৎসি হায়না হৌদোক্লিবনি। রেল্লীসি ঐখোয়গী এসোসিয়েসনগীতা ওইনা তৌসি। নুপীনা নুপা শাবা য়ারোই। ইজ্জৎ মাঙজনি। অহল লমন মখৈ নখোয়বু উবদা ও মঙ্গলনি হায়দুনা লম্বী থয় থয়দুনা চৎনরে। অসি হায় স্লোগান লাউবিরগা লোইরদুবো। লাইখ্রপোৎনি।

লৈমা – ঙাইখোনে মীনা শবীনা মমা নোক্লরে হায়রক্লোইদরাও? ইশাগী ইমায়দি ইশানা উজবা ফংদে মীগী মমায়তমক উই করি হায়গে? ❑

# চীংঙু খোংনাং থাবৈ পাউমেন

(মাইচৌ খোংনাং থাবনা নোংদ্রেন কৌবা তম্ববু য়াবা পাউথাদুনা কৌরগা পাউমেলম্বা। অনীনা পাউমেন্নবদুগী মরমদা ৱাচানবা)

নোংদ্রেন– ইপু পুনেমজরি। ইপুনা ননাইবু চিঙ্গোই পাউথারক্লুনা কৌবিববু করি থৌগী ওইরবনো?

খোংনাং– লাউ চঙলকউ লাউ। ফমফম লাংদা ফম্মু। ঐনা নঙবু কৌবদি অতৈ করি থৌগী নত্তেদো। ইপুদি অহল মতম ওইশিল্লক্লে হনু মাল্লে চল্লক্লে। ইমং খুৎনা লাম্বা ফংলেদো। ঐগী মতমসু শুজিল্লক্লে। মরম অদুনা নঙোন্দা ৱাফম অনীখক্তং পাঙথোকউ শিন্নরমগে হায় কৌবনি।

নোং – করম্বা ৱাফম ওইরবনো চিঙ্গোইবিয়ুদো মাইচৌ পুরেন। ননাই ঙমজরদি শোয়দনা পাঙথোকচগে।

খোং – ৱাফম হায়বু অদুঙে মমাঙেগী কুমজাদা মীরৈবাক মচা শান্তিদাম গোসাইনচিংবা কাঙবুনা মীতোপ মীয়ান খরা লাক্লুনা থোক তৌদুনা মৈতৈ ঐখোয়গী নাৎ চৎনবী পুন্নমক মাঙহনখিরম্মী। নাম শোল্লিবনি লাইগী মিং লৌরিবনি হায়জিন্দুনা মৈতৈ পংথহল্লগা মখোয়গী খোঙবী মচুম পীথকলম্মী। মতম অদুদা ঐখোয়না পঙবদৈ করিগুম্বী অমতা হায়হৌদে মৈতৈগী পুরানসু মখোয়না মৈ থাদোকপীরম্মী। মতম অদুগী নিংথৌনসু মীতোপকী মায়কৈদা লেপখি। ইপু খা ক্রক ক্রক চীক্লা খুৎনা প্রোক প্রোক থেক খাঙ লৈখি। ঐগী য়াৱা অমতা ইনবিখিদে তাবিখিদে নিংথৌনা। নীংঙদবনা পেন্দবনা শৌ শাদুনা লৈরবা কংলৈবাক্লি। পায়মনুংদা ৱাখল মহুম শারে থম্মোয়সে কায়গদৌরে। মতমগী পোইরৈ তুংইন্না নহা পাথৌ ময়াম্না শয়েংগী মথা ফল চনুরা ময়াম্না খ্বাংজেৎ মচি লাং পাগী পারম পুগী পুরম থিরক্লেদো। মৈতৈ ঐখোয়গী নাৎ চৎনবী পান্নক্লে হৌরকফম লীখুন থিরক্লে। ঙসি কৌবা

নোঙ্গাশোই অসিদা নপু ঐনা নফম লাংদা হৌদোকদৌরি য়াবাসে নঙসু শোয়দনা য়ানীংগনি হোয়াগনি।

বাফমদুদি অসিনি - থায়নদি য়ুমনাক শাগে অমগী মচানুপা মচানুপীবু চা চনু হায়না খঙনরম্মী। খুদম ওইনা লাইশ্রমচা, থোকচোম মচা, পোৎশং বম চনু, খোম্রাম চনু অসিনচিংবা। মীয়ান মীতোপ মচানা হান্না লৈরম্বা চৎনবী পুম্বা মুথৎলে হায়রগা চা, চনু, নীংঙোল তোকথোক্লগা নুপীগী মিংগী মমৈদা দেবী হায়বা বাহয়শিং নপশিল্লে। নুপী পুন্নমক দেবী ঙাক্তা ওলহল্লে। নুপাগী কাংবু মখৈনা সিংহ হায়না নপশিল্লে। তম্বা পুন্নমক-সিংহ্ ঙাক্তা ঙাইরে। মফম মরাং খঙদ্রে অমগা অমগা খেন্নবা লৈহন্দ্রে। অবাবা অমা ওইরে।

অদুনা মীয়ান মীতোপ মচানা নমদুনা হোংহল্লম্বা পুন্নমকসে মুথৎলসি চৎনরনুসি। সিংহ অমসুং দেবীগী মহৎতা চা চনু, য়েক হাপ্পনা ফরে খল্লে পায়মনুংসিদা। খুদম ওইনা -

খাইদেম মচা পিশক খাঙানবা - খাইদেম চনু পিশক খাঙানবা থোকচোম মচা তোম্বা লুবাং - থোকচোম চনু তোম্বী লুবাং -খুমন্থেম মচা চাউবা খুমন - খুমন্থেম চনু চাউবী খুমন

অসুম্না ইরবদি হায়নরদি অমগা অমগা মান্নররোই খেন্নরগনি। য়ুমনাক শাগে খেন্নবা লায়না খঙবা ঙম্লগনি। ইপা ইপুগী লীকলমসু কায়দব্রা হায়না খল্লি। নঙগী পায়মনুংদনা করি করম্না খল্লিবা।

নোং — চিঙ্গোইবিরিবা য়াবাদুমক ননাই ঐহাকসু পায়মানুংদা খনজরল্লিবনি।

খোং — তম্বা নঙসিম্মক্তি মতমগী পণ্ডিত হায়না ময়াম্না থোল্লিবদো চপ হেক চাইয়ে। ঐনা ঙসাই চিঙ্গোইখিবদো অদুদা চিংথহৌরে। চা চনু তমক শীজিন্নবসু য়াই। য়েক্তমক শীজিন্নবসু য়াই মাগী মাগী অপাম্বা মতুং ইন। অনীমক শীজিন্নবসু কায়দে মদুনদি হেন্না ফৈ।

নঙদি মতমগা চুনরবা পণ্ডিতনি। তৌগে হায়বতা ঙমলিবা কোনুংগী অমাইবা অমাইবিগী ঙমদা ঙম্বা অঙম্বনিদো পণ্ডিত অচৌবনিদো। নঙনা ঐগী য়াবা পাউমেন অসিমতংদি পাঙথোকঅম্মুনে।

নোং — ইপু পাঙথোকচগে। লায়নসু পাঙথেকাকপা ঙমজনি। মরমদি খ্বাই তরানা পান্নবা বাফম ওইবনিনা বারোই। করিনা হায়বু মী অয়াম্বানা

সিংহ দেবী হায়বা বাহয় অনীসি কয়া পান্নরকত্রে। অওনবা অমদি খাইনা পান্নরে। মিংনা হান্না ইরগা য়ুম্নাক্লা কোন্না ইনরকপসু থেংনরে। বায়েন পথাপ অমগী মখাদা চৎথবা নত্তবনিনা অপাম অপাম্বা মীনা ইনরকপৈ বাতনি।

খোং — বায়েন পথাপপতুবু সনা কোনুংদা লৈবা পণ্ডিত অচৌবহোয়না শেমগদবা নত্রাও? হৌদোরক্কদবা নত্রানে?

নোং — মান্নি ইপু ননাই ঐখোয়না শেমগদবনি।

খোং — অদু ওইরদি থুনা শেম্মো। পথাপতু চৎনহল্লো। ইপুনা পাম্বদি ইং ২০০০ অহৌবা নুমিৎতগী হৌনা কনাগুম্বা কনাগুম্বী অমতনা সিংহ দেবী শীজিন্নবা থেংনরবদি ফাদুনা অকনবা চৈরাক পীহন্নিংঙি। মসিগী ঐগী অহানবা পাউমেন।

নোং — ননাই ঐহাক পাঙথোকপা ঙম্নবা হোৎনজদে। ঙমগনিসু খনজে।

........ ....... ....... ........ ........ ........ ........ ........ ....... ......

খোং — অনীশুবা পাউমেনসিমদি মলেষ মরোলগা তোৎনা য়ান্নরগা ভাঙনরসিকো। মলেষ মরোলতা নত্তনা হিন্দি, বেঙ্গলী, সংস্কৃটসু য়াম্লসি মতমগী চৎনরিবা লোল শিংজু লোন ওইহনসিকো।

নোং — ফগনি ইপু। ইপুনা তাকপিথ্রিবা লোলদু মৈতৈ মচাশিংনা য়াম্না পামজনা হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরি। চৎনবী অমা ওইরি। ঐখোয়সু লোনবা চুম্মালে খল্লে।

খোং — ফরে অদুদি ঐ হায়রগেকো, ঐখোয়গী পীক্লবা খুজীন মমায়মুক্তা পাক্লবা মনিপুর সনালৈবাক অসিদা ডাইরেক্তরনা চেঙ্গুম শৌবগুম শৌরে, মোনজাম মহয় পানগুম পাল্লে। মথোঙ মরম খঙদ্রে। নহানা মাইবা শাবা মং থল্লে হায়বদু ওইরে। মসি কোক্লবা মনিপুরবু মথোঙ মরম খঙদবদৈ কলহৌনবা উপায় অমা থিহৌদবা য়াদ্রে।

নোং — করি উপায় তৌসিগে? লকানুংদা ইপুনা হীরি অমুক্তং কোনবিয়ুদো।

খোং — ঐনা খনবদি ডাইরেক্তরগী পরীক্ষা অমা থম্বনা ফগদবামাল্লে।

নোং — করম্না ইপু। ঐবু তাব তানবা অমুক্তা তাকপীয়ুদো।

খোং — বি এ, এম এ, লো নচিংবগী পরীক্ষা থারুরগা ঙম্নবশিংনা মিংদা

টাইটলশিংদু নপানে, মিংগী তুংদা ইনে। অদুগুম্মদনা ডাইরেক্তরগী পরীক্ষা গুম্নবা মীতবু শীজিন্নহনসি। অদু ওইরবদি খণ্ডলম খণ্ডফাংতা খরা উরগা তারগা, য়েংলগা ডাইরেক্তর ফম পাম্বা ডাইরেক্তর ওইনীংবা শোইনৌ মখে কেনখ্রগনি। মীগী চাউখৎলবা লৈবাক্তা ফাও ডাইরেক্তর ৪/৫ দৈ হেন্না লৈতে। পাক পাক ওইনদে খণ্ডদ্রবদি, হৈত্রবদি মতীক চাদ্রবদি। হৌজিক মনিপুরদা লৌনগনবা লায়নাগুম পাক্না শন্না শন্দোক্লকলি ডাইরেক্তরগী লাইচৎ অসি। মসি থিংহৌদবা য়াদ্রবনি।

নোং – ইপু মদু য়ান্না চুম্বা ৱাফমনি। পরীক্ষাদি করম্না লৌগনি?

খোং – পরীক্ষা মরৌদি সুম তৌরসি - নোটিশ অমা ডাইরেক্তর লৌগনি হায়না থোক্লসি। ফোর্ম অমা নম্লমি। ফোর্মদুদা হায়বা মতুং ইন্না মেনখৎতুনা দরখাস্ত থারকপা মখে লৌশিল্লগা য়েংলসি। মহে মশিং ৱাৎপা এক্সপরিয়েন্স লৈতবা মখে স্ক্রিনিং তৌথোক্লগা খৎথহৌরসি। খৎথবা য়াবা মখে খৎথহৌরগা খনগৎলবা মখেদু পরীক্ষা য়াওহল্লসি। মদুনা য়ারোয়দরা?

নোং – পরীক্ষাদি রিতন টেস্টমক তৌগদরা?

খোং – অইবা চাংয়েংতমক তৌবা য়াদে। থিওরী প্রাক্তিকেল অনীমক তৌগদবনি।

নোং – ঈশৈ নোংমাই অমদি মিউজিসিয়ান হায়বদি য়ৈবা, থীনবা খোংবা, লেনবা কাণ্ডবুদদি প্রাক্তিকেল লায়না পাণ্ডথোকপা য়াগনি, য়ারোইদবা খরা লৈরিনে ইপু, মদু হান্না মুন্না খন্নহৌদবা য়াদে।

খোং – য়ারোইদৌরিবু করি করিদনো?

নোং – ফিল্ম ড্রামা,লীলা, শুমাঙ লীলানচিংবদদি খর লুনা থোক্কদরা হায়না খনজরিবা।

খোং – লুরোই কৈগী লুরুনি হায়গে। ফিল্মবু ওইরে, ড্রমাবু ওইরে, শুমাঙ লীলাবু ওইরে মদুগীদমক মখোয় মখোয়না পীখৎলকপা ভোল্যুম অদুদে সিন অমা খনগৎলগা হায়দি মদুগী একজামিনার ওইদৌরিদুনা খল্লগা শান্নহনগনি। শক্তম লাংদুনা ষ্টেজদা কুমগদৌরিবা, স্কৃন্দা মশক শক্তম থোক্লক্কদৌরিবা মখোয় অদুদদি অথিংবা খরা লৈগনি। অথিংবা থমগদৌরিবশিং অদু নপু হায়গে তাউ।

মদুদি ঃ –

(১) ককই চুবা মী হায়রিসে কুচুদনিকো। নুপা কালাকার ওইরসু নুপী কালাকার ওইরসু য়ারোই। তোতি ঈশিংনা ইরু মায়থজবা ককই চুদবা মীওই হায়বদি তুখোঙ লংবা মশা নানবা মীওইতমক ডাইরেক্তর ওইদৌরিদুনা প্রাক্তিকেল ক্লাসকিদমক পুরকপা য়াগনি।

(২) মমায় মায়হীং পান্না কাবা মমায়দু ঙমু বোগ্রা মথা মানবা পুরকপা য়ারোই। মরমদি পেন্ট তৌবদা ৱাই-। মাগী মায়হীং অদু কুপশিনখিনবা তৈবদা থানা তৈদবা য়ারোই থামল্লবদি মায়গী মায়ওং কায়রকই। য়েং বদসু ফজবা ৱাথলি।

(৩) য়াতা থীবা মীসু প্রাক্তিকেলগীদমক পুরকপা য়ারোই। কালাকার অদুনা আর্ট এক্তিংদা য়াম্না ফবা হৈবা মী-ওইদুনা পুরক্তবা য়াদ্রগদি মাগী অথীবা ময়া অদু শংতোকপা তায়। ময়া পোববু ওইরে, চৌববু ওইরে, য়াহিদাক হাপ্পা মান্না মুববু ওইরে, চগেম মরু মান্না হৌববু ওইরে লোইনা শংতোক্কদবনি। অদুগা চাইনাগী দোকান্দা চংতুনা কফোই য়াতা মানবা য়াদু হাপলগা লাক্কদবনি। মরমদি লীলা শান্নবদ নোকপা য়াউই, ৱা ঙাঙবা য়াউই য়া উদবা য়াদে। অদুনা ফজদবা য়াদে।

(৪) লীলা কুমগদৌরিবা কালাকার অদুগী মায়ওংদু তেলঙ্গা মানবা হায়দি কা অমা হেন্না মায় চুথেক নায়বা য়ারোই। মরমদি লীলা সিনেমা হায়বসি য়েংনবনি। মায়ওং ফজদবা য়েংবা নুংঙাইতে। প্রোফাইলদা মখদাংদু থারাক থরাক য়ানবগুম উবদু য়ারোই।

(৫) শুমাঙ লীলাগী হায়বদি ঈশৈ লীলাগী ৱানিকো। ঈশৈ শকপী শাদুনা শক্তম লাংগদৌরিবা কালাকার অদু মখোঙ শামুমুক চাউবা, মপাম্বোমগী মসলনা হৌদোং মচা কাগুম কাবা পুরকপা য়ারোই। হায়রিবা শাবান মূর্তিসিগী মীওইনা ঈশৈগী মোত থোকপা উবদা ভাবোক্কী মিং নাই। লীলা ফালা কুম্মে হায়বসে য়েংহনবৈদমকনি। য়েংনিংনবা তৌগদবনি।

(৬) শুমাঙ লীলাদা নুপীগী শাক্তম লাংগদৌরিবা কলাকার অদু চউ শাংবা মীওই মুক্তি ফজবা থোংলেনগী মমৌনুপী মান্না থোরক্রগা নুপাদুনা খুকউ মুক্তা ৱাংলবা ময়াং কীংত্রিক কংলবদি য়েংবা নুংঙাইতে ভাবকনা শাউনে। কমেদিয়ানগী মওংসু মান্দে। শাবিনবা কালাকার লৈতদুনা

তৌরিবনি হায়রগনা লৈত্রগদি তোকথোকপনা হেন্না ফৈ। কাষ্টিং হৈতবা ডাইরেক্তর তাদনবা।

(৭) কমেদিয়ানগী শক্তম লাংগদৌরিবা মীওইদু নোক্লিংবা ব্রা ভাঙথোরকপদা পকচবা কালাকার ওইগনি। নত্রবদি নোক্লবনি হায়দুনা ভাঙলগা ভাবোক্লা নোকপীরক্ত্রবদি ইকাইনীঙাইগী মশকনি।

মথক্তা ঐনা হায়গ্রিবশিং অসিসু ঙাক্লা নিয়ম চুন্না প্রাক্তিকেল তৌরদি থবক মহয় য়ানগনি। মদু থোক্লবা নঙনা শীনবা তারেকো।

শান্না হায়রবদা স্টেজদা অমুক্তং কুমজবা ফংলবদি, স্কিন্দা ইমি তাহৌরবদি হৈতি হৈতনা শেল পুথোকঅগা হেরো শাজবা, হেরোইন শাজবা য়াহল্লোইদবনি। সা রে গ ম মমুৎ তাদনা খঙবা মীওই অমতা ঈশৈগী ডাইরেক্তর ওইবা য়াহল্লোইদবনি। হৈতবা খঙদবা মীনা ডাইরেক্তর ওইরিবনি হায়দুনা তাকশিল্লকপদা মিউজিসিয়ান মকোক ঙাওরে তৌফম খঙদে।

নোং – ইপুনা তাকপীরিশিং অসিবু ইন্দুনা নিয়ম চুন্না থবক্তা চৎথরবদি ডাইরেক্তর পরীক্ষা ঙম্বা মশীং য়ল্লোই। মশীং য়াম্না থুনা হন্থরক্কনি।

খোং – মশীং হন্থনবনিনে। ডাইরেক্তর শোইনৌ ময়াম শোইদঙবা পরীক্ষা লৌদৌরিবনে। খঙও ভাব তাওও । ডাইরেক্তর মশীং হন্থহন্নবা পরীক্ষানে পরীক্ষা। মীরৈবাক মচাগী মমাঙদা ইকায় হায়বা । নহানা মাইবা শাবা মং থল্লি হায়বদো তাহনগনুসে। মনিপুর সনা লৈবাক্নে সনা লৈবাক।

নোং – ইপু মতাঙ চারিঙেসিদা ডাইরেক্তরগা মরী লৈনবা ব্বাহং অনীখক্তং হং জহৌগে হায়বু।

খোং – করিনো হংভুদনা। নপুনা খঙবা ওইরদি খুমগনিনা।

খোং – স্কৃপকা স্কৃন প্লেগা খেন্নবা খঙদবা নুপা অমনা ফিল্মগী ডাইরেক্তর ওইরিসিবু?

খোং – মদুদি লায়খ্রবা ব্বানিনা। মদুগুম্বা ডাইরেক্তর অদো ........ সেল্ফ স্টাইলগী ডাইরেক্তর কৌইদনা। মখোয়গুম্বা ডাইরেক্তর মৈতৈ লৈবাক অসিদা য়াম লৈবনি।

নোং – অহোয় খঙজরনি। অদুগা ইপু মতম অমদা লীলা ইবা ওইরম্বা। ভোল্যুম ৪/৫ দি ফজনা ইরম্বা মীনসু ফজে হায়নখিবা অদুগা ইবা তোকথোক্নুনা ডাইরেক্তরগী ফমদা থুনা কাখিবা। মসিনা কমদৌরি জাৎনো?

খোং – হে মদুদি নপু হায়গে তাও। সিনেমা ড্রামা য়েংল্লুবদে খঙলকপা উরকপা থরা অদুগা মাগী হান্না লৈজরম্বা নোলেজ থরগা পুনশিন্দুনা ইরম্বনি। পাল্লা শন্না মপুং ফাবা জ্ঞান, অমদি এক্সপরিয়েন্সতি লৈজদবা মীওইনি। মানা খঙজবা নোলেজ অদু লোইথোকখিবা মরন্না ইনবা মচাক লৈরক্তবা। ইরবসু ভাবনা শাগৎতুনা ইবা তাবা। মদুগুম্বা ইবদো ফজরক্তবা য়েংবদা নুংঙাইরক্তবা অদুদা ফেল ওইবা, মশা মথন্ত ইকায়জরক্নুনা ইবা তোক্লগা ডাইরেক্তর কাজখিবনি। মখোয় অদুবু "স্তোক নীল" নত্রগা আউত ওফ ষ্টোক হায়না খঙনৈ। মশা মথন্ত কাজবা ডাইরেক্তরনিনা সেলফ স্টাইলগী ডাইরেক্তর মথল অমনি।

নোং – ও আইসি। ঐ লোইনা ভাব তাজরে ইপু। মনিপুর অসিদি মখোয়গুম্বা ঙাক্তা পীক থন্না লৈরেকো।

খোং – অদুননি নপুনা ডাইরেক্তর পরীক্ষা লৌসি হায়রিসে। ❑





**অইবী অসিগী হৌজিক হৌজিক ফংলিবা লাইরিকশিং ঃ**

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | নুজা ফিদম | .............. | ১৯৫৭ |
| ২। | খোঙ্জেংগী মণ্ডলান | .............. | ১৯৮৩ |
| ৩। | থিঙেল লাইজ ঈরাওখোল | .............. | ১৯৮৪ |
| ৪। | লোইজীং লোইয়া শৈরেংনৈ | .............. | ১৯৮৪ |
| ৫। | ইমা খুম্লাকপীগী নোঙ্গাংহৈদো | .............. | ১৯৯০ |
| ৬। | অবোক্কী মণ্ডলান | .............. | ১৯৯০ |
| ৭। | মমাদো লৈশাবীদো অঙাওবীদো | .............. | ১৯৯০ |
| ৮। | কবোক ওইশ্রবী কবোকনৈ | .............. | ১৯৯০ |
| ৯। | মহালক্ষ্মীগী খুৎপায়শেল | ....... ..... | ১৯৯০ |
| ১০। | নূরা য়াইথিং কোনু | .............. | ১৯৯১ |
| ১১। | হেল্লোই হেল্লোই মীহেল্লোই | . ............ | ১৯৯১ |
| ১২। | ইক্রিসাটকী কুম্মী নুপী | ............ . | ১৯৯১ |
| ১৩। | খুমন খম্বা | ..... ........ | ১৯৯২ |
| ১৪। | তোবর্বুংগী তেরা পাম্বীদা শাৎপা মৈবুল | .............. | ১৯৯৩ |
| ১৫। | তোকঙা মখুম হাংবা | .............. | ১৯৯৪ |
| ১৬। | কংলবা সনারৈ ময়োম | .............. | ১৯৯৬ |
| ১৭। | ইবেন মায়োগী লৈপরেং | ............ . | ১৯৯৬ |
| ১৮। | তোকঙ চরোং | .............. | ১৯৯৬ |
| ১৯। | ঐ নহোয় চঙরোইয়ে | .............. | ১৯৯৬ |
| ২০। | হৈয়েন চরোং অচুম্বা | .............. | ১৯৯৬ |
| ২১। | মুক্তা পরেং | .............. | ১৯৯৬ |
| ২২। | ইচেথোইবী অমসুং অতৈ ৱারীশিং | .............. | ১৯৯৭ |
| ২৩। | এন্টোনি দোলাই পাবা | .............. | ১৯৯৮ |
| ২৪। | ইংখোল মচেৎ অমতংগী | .............. | ১৯৯৮ |
| ২৫। | শীঙেল লৈরাং | .............. | ১৯৯৮ |
| ২৬। | খুম্নাইসিগী থোক লীলা | .............. | ১৯৯৮ |